## ঈয়েক-লাঙ্গাঙ

—০—

থুরুমজার হান্না হোবা ।
নমু মিঃ হো লোন
কোন্না ল্লোয়বা ।
ভাঙ্গবঙ মৈহৌরকঙেগী ।
য়েনহৌ নোংদম অহানবদা
পারি বংঙবা ঙচেন্না
মতম খোঙলৈ তুংইন্নানা
সুইয়োন— লাংওনগী—
ঈপুরা থিরেন পোকথাযবা ।
নমু মিরম লেনগা,
পারি পাঙ্গল বাংকনি,
ইমোমগী স্রিঙ্গা কাওখিনি,
থুচারম্বী ইমানা
মনলাবা তাবুনুঙদা
তম্ফা ইমা অপোকপীনা
থজীরম্বা লিক্লাং পারেংবু
নাদয়াই মন্তু লিংবা,
সিদয়াই মহৈ য়ানবা
লাই ওইবা লাইরিক
অসী য়েংনা পাবিয়ু..
লৈবাক্কী মমা মপা,
ওইবারিবা,—ওইবিগদৌরিবা,
ইরঙো ইবেম্মা থৌজান হৈবা,
থৌজান হৈরবী পুজমক্না
অবাঙবা থাক্কী মরু ওইবা
মী ওইবগী অরুবা বাফম
কয়ামুক ফঙবীগনী ।

— ০ —

ইংকুমজা ১৯৮০দা উরিপোক নাওরেমথোং চাওবা প্রেসতা লাইরিক অসি ছাপা তৌবদা ফোরমেট ৯ (মাপন) পেজ ৩৬ (কুল্হ-তরুক) গুরকপগী মতাংদা খুদোংথিবা অরাবা অমা ওইরকপদগী হাওবম মরক নোঙ্গালৈমা প্রেসনা অরাবা শরুক চাউন য়াবিবদগী ইংশোক ১৯৮১—বাকচিং থাগী থাগোই—কাইরেন থাগী থাহৌ—থা অহন নোংমা পানবা—কেত্র,বারী তাং ৫ (মঙ) ।'খা অনি শগোল-শেন হুনিংকী অযুক পুং নিপাল তাবা মতমদা লাইরিক অসি ছাপা তৌবা লোয়ঙরে, ফোঙঙরে।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী কোভর অমসুং কোটো ব্লোকনসু মতাংদা ফ্রেণ্ডস' ইউনিয়ন 'প্রেসকী মেনেজরনা তাংলবা নতমদা অরাবা শরুক য়াবিবগীদমক তৌবিমল খঙবী ওইঁনা পুন্নমকপু থাগৎচরি।

অহানবা খুৎনম— কোপী—১৭০০

অচুম-অরানগী হক পুন্নমক—অইবা—অহোঙবগীনি ॥

লাইরিক ফংফম—

কংলা বুক ষ্টোর অমদি ত্রিয়ো বুক ষ্টোর,

লৈরেমা কৈথেল লাইরিক য়োনবা মফম ওইবা দুকান পুন্নমকতা ফংবিগনি।

খুদোল—লুপা ২৫ তনি

পাকা বাইণ্ডিং—লুপা ৩০

লাইরিক অনিগী মুপ্পা লমাঙ্গ ২৫৮

—০—

চৈচৎমসিং মতম্ খঙনবা।

লৈখোঙ-নোংখোং কোয়াব —চীং-তম্ কংলৈ পুঙময়োনগী মিংথৌ অহানবা প্খাৎ য়োইরেন্ তোম্পোকপদগী হৌনা থিরকপা মসিং।

১। চীং-তম কংলৈগী চৈংচৎ ম ছিং— :২,৩৪,৬৪৫।
২। মোরিয়া ফম্বাল চাগী কুম্বা মসিং— ৩৩৭৮।
৩। খৃত ইংরেজীগী শোক্——————:৯৮০ ইং
৪। হিন্দুগী শকাব্দ———————— ১৯০২।
৫। আশাম্মীগী সর্ন——————— ২৫৮৭।
৬। চন্দ্রাব্দ————————— ১১৯২।

১। ঈয়েক তরেৎনা কংলৈ পীবা শক খঙনিংবা মতম্।
২। হীজ হায়নেস ডি মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎনা ভরত-তগী য়েক্স মহারাজ ওইবদগী চীংতম্ কঙলৈ পুঙময়োন্দা নিংথৌ ওইবা মতম।
৩। চীংমী য়ীসাংনা চিক মীনিষ্টর ওইবা মতম।

লাইরিক-লেংবা।

নোদিঅচান্দ=অকোইজাম্বা অমায় পীবা লাইরেন ফমলাং মৈঃ স্নাকোমুং উমং লাঈ অমায় লোয়সঙ—পোনফম্ লমদম্ তিতিম্ রোট ক্যাকৈথেল কোঙ্গেং লৈকাই ইম্ফাল।

মতম্ খোঙলৈ তুংইল্লমা

হরি হয়া-খুমুঙ-কোম্না চকপা লোন মরিমকী ঈয়েক্ সন্নাটগী লাইরিক কোঙজবে।

— ১ —

# অফোংবগী ৱাহৌ খরদং

—০—

যুমলোন্নবা লৈরিবা জাতিসিংগী মনুংদা পোইরৈ চীঙ-তম কংলৈসনা লৈপাক্কী প্ৰানা মতম খোঙলৈ মতুং ইন্না অথঙ অহৈ লাকপিগনি হায়বা অহু লৌদবা ঙমদে। তুংগী কবি কয়াগী তেংথা নক্নবা ওইবা লৌসিংগী মপুঙ ওইনবা য়েলহৌগী হৌরকফম মরু ওইবা ৱাফম কযামুক মচা থায়না খঙনবা অসিগুমলবা লাইবিক মমল্ য়ামলবা নহারোল কয়ানা খঙনীং-লিবা অসিগী অৱাংপা তেনসিনলনী হায়বা অসী মায়কৈ অসোমগী ওইনা থাজবা খরা লৌজে!

ঈয়েক সন্নাইগী মাগী মাগী চংনবীদা অৱাংপা হেন্দিনবা ৱাহৈ খেন্নবা খরা ৱাঙবদগিদি য়াঙৈ। করিগুম্বা চৈতপ ঈনিন খোন্থোক অতৈ খচিক সোইনরবগুম্ব চীং তম ঈয়েক সন্নাইগী চংনবী মায়কৈ অতোপদা পুক্রিং হোংবা নাইদনা লৈরিবা ঈয়েক সন্নাই সংগে লৈরিবা মীয়াম্ পুন্নমক্কী, কান্নগনি হায়না লৌদবা ঙমদবা ৱাফম খঙজন্নী!

য়েংলু পারাদ অমুক হন্ন পানিংবগী ঈথক ঈশোম অমা তংতনা পীরি। ময়ামগী মতেংনা ফোংহনরিবা লাইরিক মচা অসিগী তোপ তোপ্পা মতিক ময়াই অমদি কংলেন্না অরিবা প্ৰানা চংনবা লোনচং লাইনীং খোৱমগী চংনবী হৌরকফমগী মরু ওইবা অৱাবা অহু তাসংনা মশক্ তাকলী।

—০—

অসিদসু নত্না মীওইবগী চংনবী মঙ্ক ওইবা মরম অমনা কোয়ো মাহেম্ তায়বং অহুমংকী মনুঙদা পোপা সিবা হিংবগী চংনবী থীরম হৌনবদা. মুমিং-থপানগী থয়াঙ্গইমিচাক্ অচং অথোক অমদি মুমিং চয়োনগী থাচৎ অঙ্গা ফত্ত' খঙনবগী মরম্ পুম্নমক অয়াংপা নৈতনা থল্না লাইরিক অসিদা য়াওরী ॥

মীওইবগী পুন্সিগী ঈচেলনা পান্থ্রকম তান্না চেনথারক্লিবা ইচেলগী তাকক খুদিংদা পুক্রিং থন্দবা ঙমদে। অসিগুম্বা নৈবাক মীয়াম্গী শিজিন্নবা মরম পুম্নমক্তা কাননরগদবা লাইরিক মচা অসী।

সরকারনা সাহিত্যাগী পুকৈদা থমজিলবীয়ু মনিপুরী ইতিহাস মপুঙ ফানবা মনিপুর সরকারনা লৌসমনিত্নুনা নৈবাক মীয়াম-গীদমক কাননবা মরম য়েংত্নুনা সিজিননবীয়ু হায়না হননা হননা নৈবাক মীয়ামগীদমক য়াকৎচচরি।

চীং তমগী অয়াংপা ইতিহাস অমদি সাত্যাগী, অহোংবা অসি মেনসিনবীবগীদমক লাইরিক অসি পুথোকপিরক্লীবা (নোদিয়াচান্দ) অকোইজাম্বা পীবা অসিবু থাগচচরি. তুংগী কাননগদবা অসিগুম্বা লাইরিক কয়ামুকমু অপনবা নৈতনা পুথোকপিরকথিগনী. হায়না থাজবা লৌজে। লাইরিক লেংবগী য়াহৌরকপদা মুঙ পানগী অরুবা অয়াংবা থাককী য়াকম মরম ওইবা মরম কয়ামুকমু লাইরিক অসিদা কোংদোক্লা হীর। মীওইবগী খঙজিননবা হোংনবগী মায়কৈগা লাইরিক মচা অসিনা মতেং খরদং ওইরবদি কোঙজরিবা অসিগী মহৈ য়ারে হায়না থনজগনি।

মঙাং-য়াইমা

সৌক্‌্রকপম মোংসাংকৈ মনিং লৈকাই।
ইম্ফাল তাং ২১।১২।৮০ ইং পোইমু থাপুঙ নোংমাইজিং

—o—

## সৈহৌ

হ: য়ম্ হে; চীঙ্ খোইয়ুম্ সিদবা নঙনা লাহান্, নোং সাং হৌবৈবু সৈথিরককে, মালেম লৈসেমঙৈ কোরৌ নোংহৌরকৈ হানদগী লৈরক্লব; চী তমগী "পুয়া" ময়েককী লোন অহুদী অয়াম্বনা পাবদা মথোক নদেএ, মরম অহুদগী হৌজিক মতমগী লৌন্দা খঙনবা "পুয়া, লোন অরিববু অনৌবা লোন্দা য়া হন্দোক্নুনা (অরথ) তৌদুনা ঈথোকপা য়ারোন অসী ময়ামগী পাবদা লৈয়েং নানথুদনবা ময়াম্না পামনরিবা অরায়বা বেঙ্গোল্লী ময়েক্তা সিনজিল্লকপা চীং তম সলাই নিংথৌ (৭) তরেংকী 'পুয়া, লোননী, লাইরিক অসী ॥

খোইয়ুম লাই মপুরেন সিদবগী ফানখোং নিপাল মককী ফাংখোং ওমদাই য়াদি অসিনা লোইয়ে। হুংঙোন মরারেপ খোইয়ুম লাইগি য়া অকববু নদায়রেম তয়ুম ইরাক মনা লাইরেন চিংখোং য়াকৈ য়াবু নংতবা হেপলি পনথাং হৈতবা অসৈ লিয়োং খঙদবা তেংথা ময়েক চাদবা য়ারি মীয়োন ওইদবগি য়াহঈবু তাইবঙ লোননা থজিক্তা, তেংথাজরককে, হে: অসৈ লেংনা তিনবা পুন্নমক উনবী পুক্নিং পিনা লামনা নাতবিয়ু।

লাইরিক অসিদী পাথাং পুথাঙ কোক ইপুধৌ লাঈ ওইবসিংগা, য়াথংনে, লাঈগা লাইরিক পারম অসিদী সনাচে (১০০) চাম্বনা মতিক ওইদে লাইনা তোগনো: লাঈ হায়বদী থৌগল্লিববু হায়বনে, অশুম খঙউ: ॥ ইপুধৌসিংনা উনবী পুক্নিং তপ্পনা হায়রম্বা য়ানে, য়ারম লৈবা লাইয়েক লাইগী লিকমনে, লাইয়িক লাই ওইবা নদা য়াই মাপাল শাবা, সীদ য়াঈ মহৈ য়ানবা ঈপুন হুঙসাংবা লাঈ ওঈবা য়াদী অসিনে খঙউ:। পোংনিংথৌ খিগেম্বা মৈতৈ নিংথৌ কাবা মথুং য়ানে; লাইগী মরম ফুমগা সংনে য়ারম অসীদী।



অফোঙবা—মঙাং য়াইমা

লাইরিক অসি লৈবাক নিংথৌ মীয়ামগী মাংদা পুথোক্নিংবগী মতাংদা ইথোকৃইবা, অইবা, লাইরিক লেংবা ঐগী খুদোং থিবা অমদগী অর বা ওইহনা ঙমদবা ত ররদা, পুকচেল্ চ উবা, মী-অকবা, মীমক চংথোনবা, মিন্নংশ থঙবা, য়াইমা, সোগ্রাকপম্ অসিনা অরাবা শকক চাউনা য়াবিহনা লাইরিক অসি কোঙদোকপিবগীদমক অইবদা অপেনবগী শিংবা ঙমলবোইনবা লম্নগী মপু-ওইবা সক্তম্ অমু লাইরিক অসিগী অহানবা হৌবমক্তা হাপচবিবনি ।।

— 0 —

# অকোঙবা—মঙাংয়াইবা

নম্বর ৩২৫৬—সুবা মাকোণুঙ উমংলাই সংলেনগী থৌসিনবা।

অমায়বা শিংসাং

১—চোংথাম অমুবী মায়চৌ (হবোয়াইমা) লমপোয় খোংনাং।

২—থোংগোম মখুমংকাস মায়চৌ থা হৈনোৌপোক।

৩—হোদাম নিলচান্দ মায়চৌ কবোবাকচিং।

৪—অকোইজাম্বা শীবা, অমায় নাওরোইহনবা কাংকিথেল কৌজেং-লৈকাই।

৫—ময়ালম্বা নোংওান-অমায় পোয়রৈ কাওথিবা, (চন্দ্রসিং) অয়াংপতী।

অসিমচিংবী অমাই কমথৌ পুম্নমক্কা—উমংলাই সঙলেন লাইরেল কয়াংমৈদা কুওকা শোঙচুম সানা কমভল্লা থোইমূল লাইয়ন্নেন— নমখীরম লেঙ্গী ময়মদা, বাংলেপ নারথগী মচুংদা। লৈকাক নিংথৌ মীয়ামগী য়াইকনবা মওমগী মচুং ইমা সিজিনবা য়ান্নবা, ইরক্কিবা লাইরিক অসি।

কোওংদাক্ষ্মা সনদোকপদা মীয়ামগী কায়বা কংগনি হায়না কোঙবগী সরুক য়াবিথিবা পৃকচেল চাউবা মাগী লিক্লাই খুখিঙবা বাখল লৈবা মীওই কয়াগী মিং পুম্নমক।

১—অংকাইজাম্বা তোম্বচৌ এলকত্রিসিটি ডিবীজন বান মেকানিকেল কাকৈথেল কোজেং লৈকাই ইম্ফাল। ২—তিংথাম থলতাম খুমনচা সেক্রেটরি মণিপুরি পিলেণরস এসোসিএসন ইম্ফাল তিংথাম লৈকাই। ৩—য়েলেম হবেতোবা এলকত্রিসিটি ডিবিজন বান মেকানিকেল থাংগেল-পল্লি ইম্ফাল। ৪। সাবোংবম কুঞ্জো অমাই পোইরৈ কাথিবা লৈকয় হাওরৈবা নোংদা লাইরেল পাথংবা মসাইকোন মযাই লৈকাই। ৫—নাওরেবম কুঞ্জরাজ এজেন্ট উথংমেহুয়েল বেনিফিট সোসাইটি লিমিটেড কলকটা ৭০০০১৪। লৈকম কাকৈথেল কোজেং লৈকাই ইম্ফাল। ৬ হবাইবম ইবেম্মা চন্দ্র লৈমা উরিপোক মযাই লৈকাই ই



অইবা—অকোইজাম্বা পীবা, নোদিয়াচান্দ

উবং মাপনগী লাংপুম্ সকথঙলবগী তুংদা, মীয়াম্ অপুনবগ' লে'ইনন' ল'ইগী থোরম তৌবদা, মীয়ামগা লোইনন। লৌচৌবা মমি-মঙান অপুনব' সবতম্ মণ্ড অমা হ'পচরী ॥ থবক্তা মতম্ হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৬৬-গী গ্রামহি প'থংবা কংলা মেনগী থোরমদা তৌখিবনে।

—0—

# য়াহৈ থরদং

অকোইজায়া নোংদিয়াচান্দ চহি তরাহোম মনিপুর ফার্স্ট বেটালিয়ন এম: আর: দা ইং শোক ১৯৩৮ দগী ১৯৪৮ফাওবা থবক তৌরম্মী। মতম অসিদগী হৌনা থুপগ্রবা মাইচৌশিংনা চংশিল্লা: শোল্লবা লাইনিং লাইশোল পামজররকপা অমদি অয়ীবা পুয়া থিজিন খোংচিন্দুনা হেন্না লম অংশোমদা থংজিল্লবা হোংনবদা মপূক্কীং চঙলক্লবনি। থবক হেক তোক্লকপদগীদি পুক্লিগী মপুঙ ওইবা থৌদাং অমা ওইনা মাথকৈ অসোমদা চঙসিনখি। হৌজিক্কা লৈবাক্কা শকথঙনরবা অমাইবা অমনি। অকুনা লাই থুরুম্বদা অমদি মতীক চাওবা লাইরেম্বা লাইরেম্বী করাওরকপদা, ইরাং থৌনিরক পদা মরু ওইবা থৌদাং পুখিরিব মীওইনি ওবা অসিগী "ঈয়েক সল্লাই অমসুং মুমিং থাপান" কৌবা লাইরিক অসি কোংননবা পুরকপদা থেংনজরনা পজংহৌরেনগা অহন থায়দনা সাগৈ পুন্নরকপা, সল্লাই তিন্নরকপগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকপগা মপা চাননা লাইরিক অসি পুথোকপীরকই। ইপা ইপু খোঙ্গুল লীরকপদা, পুম্না লাইনীং থিরকপদা শোয়দনমক অচৌবা উপাই অমা ওইগনি হায়না আশা তৌই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা লাইনিংথৌ অমদি কুমশিদবীগী মিংথৈ, অরিবা পুরাগী লাইনিং লাইশোল, ঈয়েক সল্লাই অপোকপগী ইরাং থৌনি, মৈ ইরাংপা অমদি অচৌবা পোৎচং ভাকপীবা মতমগা চানরবা ভাক্কি। অচম্বা লাইনিংদা ইমারোন্দা অর্থ থঙনা, থারবা লৈনা থঙুনা খুরুমজবদা, মচা মগুনা খোঙ্গুল লিরকপদা খৌরাংনা ভাইরম্লবা, ভাকপী হৈবা, ইপা ইপু পোকপা পোকপীনা লেপনমক থৌজানবীরকনি থজি।

— 0 —

অসিগুম্বা মমলগী ওমথৈ লৈত্রবা মিথৈ অমদি লাইনীং লাই শোলগী লাইরিক মচা, তরা মাওদা পুথোকপীরকপা অসি থাগৎনকম ওইবা থবক্নি। অঙোবা চেদা, অমুবা মুক্না, মীতৈ ময়েক্তা ছাপা নমদুনা কোংদোকপীরকপা ওমলবদি মীতৈ পোকপীনা হেন্না পেনবিগনি নিংই।

ইবিরিবা ওঝানা অসিগুম্বা লাইরিক কয়া কোংদোকপীরক্‌না মীতৈ পোকপীগী থোগল মথং মথং তৌবিরকখিগনি হায়না আশা তৌজরি।

ইন্দ্রকুমার থিয়াম

উরিপোক ময়াই লৈকাই

ইম্ফাল

ইম্ফাল

তাং ২৪।১।৮১

# ঈয়েক-সল্লাঈ 

—0—

কচ্চবগী বাহয় থরা

ইঙান লাংপুমগী মতাং অমা।

ঈয়েক সল্লাই অমসুং নুমিৎ থাপান কৌবা।

লাইরিক অনি অসি কচ্চবা

নুঙলেন সিদবা, পলেম ওঃ

নোঙলোন সিদবা, পহৌ ওঃ

খোইম্নুম লাইরম্লেন্দা তিনথ্রবা,

মালেম লৈমায়দা লৈরম্লবা,

পলেম পহৌ অনিমক্কীনি।

পহৌ অমু কৌবগী,

ঙাংলো থম্বাল মাল্লবদা,

কৎচরি তোল্লবা নপারিনা

ঈয়েক সল্লাঈ কৌবা লাইরিকা

অমসুং নুমিৎ থাপান কৌবা অমগা

লাইরিক অনি অসি কচ্চরিবা

নপারি

অঙোপালবা সল্লাঈ

অঙোমচা অকোইজাম্বা

তোকেন (নোদিয়ান্দ)

কাকৈথেল মথা কোঙেং লৈকাই, ইম্ফাল।

ফাইরেল ১৭নি পানবা, নোংমাইজিং

ফেব্রুয়ারী তাং ৩।২।১৯৮০ ইং।

— 0 —

পলেম পম্হো অনিগী মতিকপু।
কোরৌ নোংনা ৱাংবরা
পম্হৌ ইপানা মৱাংই,
মালেম লৈনা লুম্বরা
পলেম ইমানা মলুমই।
পলেম পম্হো কোলোইবু
লাইয়ুম'থক্তা থম্নরি।
কোরৌ ৱাংবদা পম্হৌওঃ
মালেম ইমাদি পলেমওঃ
মালেম লৈমাই থকসিদা
খোইয়ুম সনা শকতম ওইরিবসে
য়েংঙ্নে হেঃ নমু তাইবঙ
পাঙ্গলগী মিংশেন্দি থম্মোয়নি,
থম্মোয়গী মিংশেল মঙান্দি,
মায়থোংনি মায়থোংগী মঙান্দি,
পলেম পম্হো অনিমক্কে।
ইমা ইপা অনিগী মতিক ময়াই
মঙানবু মালেম লৈরোন অসিগী
অরুম মথৈ লৈতববু।
পলেম পোকমবীগী মতিক।
লাইজ ঈরেন পুঙগুম্বনা
খোইনা লুম খোইএ।
কোরৌ নোংমদোন অৱাংবা
সৱাং অথাপ্পবু হেন্না পম্হৌ
সাংমাবগী মতিক অরুবনা
খোয়না ৱাংখোয়রিবা মহাক্কে॥

— 0 —

# লাইরিক অসি ইরুবগী মরম

তাং ১৭।৮।৭৮ ইং থয়ান থাঃ ১৫ নি পানবা ইয়াঈ হুমিত্তা হিজ হায়নেস দি মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎনা কোয়ৌ মৈনা ফবা হুমিৎ অসিদা অকোইজাম্বা ইরাংয়াইদা থোংদোইবিরকুনা হৌজিক কোন্নুংদা চৎতবা য়াদে হায়তুনা ইনিংথৌগী লোইনবা ফমথৌ ফমনাইবা অওম্বা পুন্নমক্না হাঙ্গৈরবদা, নিংথৌ সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনীনা ঐস্ন কোন্নুংদ।, নিংথৌ ফমনাইবা পুন্নমক লোইননা কারদা অতুম্মক লোইননা কোন্নুং য়ৌনবা চৎলে।

কোন্নুঙ য়ৌরগা সঙ্গাই মনুংদা ফমথৌ ফমনাইনা ময়াম্না কোইসনলে, নিংথৌ লৈমা তাইবা ইমা ইন্দোন ইবেল ময়াম তিন্নবদা মহারাজনা সনা য়াথং তাকপিরে ইপু অকোইজাম্বা লৈবাক অসিগী মনুঙদা লৈরক্লিবা লাইকাকতকুগী সমথারক্লিবা ইপুথৌ নিংথৌরেন পুন্নমককী চৎনলোন মায়চৌ পোইরৈ ফাংথিবা কয়ামুক্না থনম্ব। লাইরিক লাইসুগী মরম পুন্নমক, ইপুনা থঙবা উবা তাবগী মথৈ, মফম অসিদা হৌজিকমক লাইরিককী লোন অহ্ বারি ওইনা লিউঃ ময়াম অসি তাহনসি, ঐস্ন লৈবাক অসিগী নিংথৌ অমনি হায়রগা ইচম চম্না লৈথোকপদি মতম অসিদা চানদে. মরম অসিনা ইপুথৌ পুন্নমক্না প.লকপগী নিংথৌরেন মথং মথংগী মরম থঙবা, নিংথৌ ঐনা পামমী তাকপিরে।

নিংথৌ সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনা ঐনা থঙজবা উজবা থরা লারৈ লাথুপনা চিংবা সিংককলোন পুন্নাপা লোইনবা লৈসেম নোংসেম্বদগী হৌনা মথং-মথং পাল্লকপ। নিংথৌরেন ইপুথৌ পুন্নমকী বারি চাওরাকপ। থরদং সনামাংদা লাইরিককী লোন থরা থৌগল বারি ওইনা লিজরুবদা।

ইনিংথৌসনা পুক্লিং পেলবীরুয়ামানলে. অকোইজাম্বা ঈপু নহাকপু পোকপা পথৌ মিং করি কোবগে হংবীরবদা ঐনা অমু কৌঈ থুমজরুবদগী লৈপাক ফমথৌ ময়ামগী মমাংদা ইনিংথৌনা তাকপিরে।

— ৭ —

অকোইজম অমুনা প্রোকপা কোঞ্জেং লৈকাইদা লৈবা নোদিয়াচান্দ অসিবু নিংথৌ ঐহাক্লা ঙসি তাং ১৭।৮।৭৮ ইং অসিদগী হৌনা মহাকপু মতিক চাবা যায়রৌ অমনি হায়না হুকুম .তৌরি। মৈতৈগী অমসুং মীতৈ লৈরিবা কংলৈপুঙময়োন সনাকোন্নুংগী চংনবীদা মহাক্লা কমবা তৌগদবনি। চাংতমদা লৈরিবা উমংলাই পুন্নমককী থৌরম তৌবদা নিংথৌ ঐনা থাজাবা ফংলে লাইগী অচুম্বা থৌরম ঈপুনা তৌগদবনি হায়না সনায়াথং তাকপীরে। ব'রিগী মনা লুপা ১০০ গা পীনবীরে।

মুমিং অসিদা চিফ মিনিষ্টর য'মাসো সৈজান' ম'নিপুরগী হান্নদগী য়াওদবা মৈতৈ চংনবী মরমগী মতুংইন্না সবকারগী বেকোডতা মুট ৫ থানবগী রেকোড তৌখি।

ইকাই খুম্ননিঙাই ওইরবা চিফ মিনিষ্টর অসিনা ঈয়েক-সল্লাঈগী লাঈ পু'পানা নিংনহুনা চেংনা লুনা থনম্বা লাঈবু 'হন্দুনা লাংতুনা জাতি মাংনবা থমাইহুনা নামুঙনবা থনক তৌবা য়াদে কায়হনা মেরাগী চাওরেল হৌবা মুমিং সগোলসেন তাং ১৩।১০।১৯৭৭ ই'দা য়েক তরেৎকী অনৌবা পুল্লিরোল অমা সেম্বীখি। ইনাৎ লাইনিং পুন্নমক্কী মুঙাই য়াইফ মহৈ ফংনখি॥ অসিগা লাইননা চাং-তম লৈপাক মীয়াম অপুনবগী মীফম্না লেপনখিব ১৯৬৯ গী কনফরেন্স ময়েকপু মাইখুম পোমাই হাংখি॥

ইং কুমজা ১৭০৯ গী মমাং লাইনিংথৌ তুবী চাইরোংবা, সনা হাকতক ফাওবা লিক্লাই ইবুঙো লাইনিংথৌ নিংথৌরেন হায়না কৌ নরম্বদগী ১৭০৯ দা পামহৈবনা নিংথৌ ওইবদগী চহি ১৬ মুবা ইং- শোক ১৭২৫ দা চাং-তম ঈয়েক-সল্লাঈগী লাইনিং থৌরম ওস্থোক খিবদগী শ্রীযুট মহারাজ হায়না কৌনরকখি।

মতুং চথর কপা ইংশোক ১৯৩৫ ফাওবা মতমগী মতুংইন্না মতিক মগুন লৈনা পানলম্বা শ্রীযুট চুড়াচান্দ মহারাজ কে, সি, এস, আই, সি, বি ঈঃ য়্যম্বা, মিংথোন ফ খিবা নিংথৌরেনগী মজা ইবুঙো: শ্রী যুট বোধচন্দ্র মহারাজগী মতম ইংশোক ১৯৪৫ দসী মৈতৈ চংলম,

— 0 —

য়াংবী য়োইরেন লোইসঙ অমদি জাতিগী মনাৎ লাইনিং লাইশোন চংনবী থৌরম পুন্নমক লুনা নাল্লা চথরকপনা মজা। ইবুঙো শ্রীযুট ওকেন্দ্রজিৎ হিজ হাইনেস ডি মহারাজগী মতম ইংশোক ১৯৮১ অসি কাঁওবা চহি ৩৬ শুরক্লবা অসিগী মখা তানা জাতিগী হৌনবা চংনবী মতুং ইন্না জাৎ-জাৎকী থৌরম পুন্নমক কংলৈ পুংময়োম্না কাইহল্লকত্রে।

মখাতাবদা নিংথৌ ঐনা ঐগী লৈবাকপু কনাবা মরম পুন্নমক কজাহনবা থৌরম সিনবা থবক অসি অরাইবা থবক নংত্তে অরুবা হক অমনি। পুন্না ময়েককী লোন অহু মতমগী মতুংঈন্না পুথোক্নুনা কো দোকপঃ কৈ। লৈবাক অসিগী মচি মচিদা লৈবা মীয়াম পুন্নমকস্ থঙঙকপগী মতুং ইন্না মীয়ামনা অফবা থবক থৌরম তৌরকপা য়াঈ। ঐনা ঐগী লৈবাকপু কনাবা পুন্নমক ফজহনবা থবক্তি পুন্না ময়েককী লোন অয়াম্বনা ওঈগনি খঙদা উদবা মীনা অয়াম্বনি পুযাগী লোন বাহল্লোক বাহৈ ( আর্থ ) অহু মতম মতুংইন্না পুয়াগী লোন পুথোক্নুনা লোইসংগী অমাঈপুন্নমক্কা কোংলবদি লৈবাক মরা চেংনা পালগনি হায়না ঈনিংথৌ সনায়াথং তাকখিবা মতুংইননা নিংথৌ য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনিনা ঐনা কংজরুবা পুয়াগী বারি লাইরিক খরা খোমজিন ত'সিনহ্নুনা হায়ক্রিবা মরম পুন্নমক অসিগা মরি লৈননা ইবা লাইরিক অসি পুথোকচবনি।

ঈয়েক সল্লাঈগী লাইরিক কয়ামুক ইপ্রে, মথং-মথং কয়ামুকস্ কোংনপ্রে। অহবু অমগা ইমান-মান্নদবগুম উবা ফংঈ। মরম অহুদগী মায়কৈ অসোমগী ওইনা লোন মান্নদবা, লাইনিং থৌরম তোঙানব কাংলুপ কয়াগী মীওই খরনা চৌং-তম ঈয়েক সল্লাঈগী হৌরককম মরু ফুরা মাংননবা থৌরম তৌই।

তৌরিবা থবক "মরম পুন্নমক অসি খঙলবগী মতুং অসিদা পুয়া কয়ামুকগী মথং-মথং খোমজিন্দুনা পুয়া লাসং কয়াগী বাহৈনা সেমগং সাগৎচহনা লাইরিক অমা ওইনবা ইথোকলকপনি।

লাইরিক অসিদ: য়াওরিবা লখা মচা লখা অচৌবগী মুমিং চয়োন মছিং পারকপা থা মপুঙ লেপ্পা। চহি মছিং হায়রবদা ওঙ্গা

— o —

খোক্তনবা থারবোন ( অংকাগী ) চাউরাকপা থরদং। থবাইগী মণ্ডান ৮০০ না মনিন ১ ওইবা য়াইবীগী মশক ওইরকপা মনিন ৮০০ না উফূল ১ ওইরকপা উফুন ৬০ না মরিক অমা ওইরকপা, মরিক ৬০ না মসুং অমা ওইরকপা, মসুং ৬০ না মচেৎ অমা ওইরকপা, মচেৎ ৬০ না মিকুপ অমা ওইরগা মিকুপ ৬০ না পুং অমা। পুং ২৪ না নোংমা নোংমা সুমিৎ ৩০ না থা ১, থা তরানিথোইনা চহি অমা সুমিৎ ৩৬০ না চহি ১ ওইরিবা অসিদগী য়ুহারাবা অমদি গুরোহনগী সুমিৎ পুংকম মতম খংগে হায়রবদি, অকুপ্পা থারবোন হোৎপদা পুং ২৪ পা মিকুপ তরানিপালনা নোংমা সংগনি, পুং অমদা মচেৎ ৩০পা মসুং ১৫ পা হাপ্লগা মিকুপ নাহুম পুংকুপ য়েংনা থারবোন হোৎলগা খণ্ডবা তমগনি॥ ইপোইরৈ ইবৈবাকচাগী হোরকপা নহারোল পুন্নমক্কী খোমলাং ওইগদবা থুন্নবা বাহঈ গুণ্ডসিবা ইচেল মথল মথল থলনা লাইরিক অসিদা কংবীগনি।

ঈয়েক সল্লাঈ কৌবা লাইরিক অসিগী মমুতদা য়াওরিবসি। ঈয়েক-সল্লাইগী হৌব হৌবদা পুরোল ৭।৮।৯গী ব: ঈবসি বাকোক মকোক কৌবা পুয়া অহুদা অপোকলোন অসি ইরম্বনি। থক্তা হৌখিবা অহল লাই ওইবা পুন্নমক্কা পুরোঈ মসিন কৌবা পুয়া অহুদনা ঈয়েক-সল্লাঈগী চৎনবী মরম পুন্নমক শুনা ঈবিরম্মি।

লৈসেমলোনগী পুয়া মথল মথল লৈরিবা পাখণ্ডবা মুয়ী পুয়া, সনামহি লাই হুই, তাওরোই লাই য়াংবী, পাখংবা বীরেন, তাংক্রু নমলেন সাকোক সরুম অসিনচিংবা পুয়া, লাইরিক কয়ামুক্তা ইরম্বনি।

সুমিৎ থাপান কৌবা লাইরিক অসিগী মমুংদা য়াওরিবা অসিনা চিংলোন লাইহুই, চিংকোইলোন, মসিন, কয়বলোন, থরোন অসিদগীনি য়ুমগী মেন ( যত্রা ) উরেপকী মতাং অসিনা খুল্লাবা পুণ্ডখপা পুয়াদা ইরম্বনে। লাইনিংলোন সুমিৎ চয়োনগী থাচৎ য়াওরিবা অসিনা সাকোক সাত্তিং অচৌবা, নোংলোন হিরি, সাকোক নমলেন, হিরি লংসুংলোন, হকলোন, সিংতাপুণ্ড চকপলোন, লাইহুই নোংতম পুয়া, হায়রিবা পুয়া লাইরিক অসিনা চিংবদগী থরা থরা খোমজিনলগা লাইরিক অসিমা মপুণ্ড কাহনবনি॥

—o—

১। কহক্ক চকতা চৌংথু মপৃরেন সিদবনা পারে। ২। থোই বক্ষ চকতা নোংথো কুক্ক সিদবনা পারে, সোয়ারেন হাঁয়না, তেংথানৈএ। কুমছিং লখা অচোবা ১৯,৫৫৮৮৯৩৫ (বৃন্দ ১৯ লক্ষ ৫৫ লিছিং ৮৮ "মরিফুমিপান চামাপন কুম্মৃ মচ্চা ৯৩৫ লখামচা চহি ১৬,২৯,৯০৬। (লখা ১৬ লিছিং ২৯ চামাপল তরুক ৯০৬), অসিনা হংকোঃ অনিমক্কা পানক্রে।

৩। তয়ো হক্কংকতা কোনসেন সনা ফুহিং, সিদবনা পারে। কুমছিং চহি ৫৭৮৪৫ পানক্রে। ৪। পোইহক্ক চকতা কোবয়েম্না পারে। কুমছিং চহি ১১,৭৯;৯০০ (লখা তরা-মাথোই লিছিং ৭৯ চামাপল) ৯০০ অসিগী মতুং হংকোঃ মরি অসিদা লাইগী নিংথৌ ১০৮ পানক্রে। (১) কহক্ক চক হায়বা অমা (২) থোইহক্ক চক হায়বা অমা। [৩] তৈরো হক্কচক হায়বা অমা [৪] পোইহক্ক চক হায়বা অমা। হওকো চক মরি অসিনা লাইহাক্তককী চক মনিনি। চকপরোল তুগী অহানবা কবিগু লৈত্রিংগী, অমম্বদগী অণ্ডানবা মতান থরতমক উন্নলগা চকনি। লৈবাক মমিংদি পোইরৈ নমথক সায়োন পুঙ কোরম্মী।

১। হয়ি চক্রা পাথং য়োইরেন তোনপোকপা কোনা পালমগে মাগা থানা নিংথৌ ১৩১ পাঁনখিএ। কুমছিং লখা অচোবা ২০৮৮০০০ [লখা কুন লিছিং মরিফুমিপাল] লখামচা চহী ২৭৪০০।

—০—

(লখা অনি লিছিং তরেৎ চাংরি) লৈপাক মমিংদি তিনলি কোক্স তোং অহানবা কৌএ। চক অসিগী মনুংদা লম্ভ তুবু তরেৎ লৈকাক থেমতানা পাললম্বা চহি লখা অমা লিছিং মাপল শুনা সনামহীনা পাক্সই। লৈপাক মমিংদি লৈতাং কাংওইপু কৌএ ॥

২। হয়া চক্লা ভাংজা লিননা পাথংবা কোনা পাল্লমেএ। মাগা থানা নিংথৌ ১২৭ পানখিএ। কুমছিং লখা অচৌবা ৮৭২০৫০০ (লখা তরাতরেৎ লিছিং ২০) লখামচা চহি ১৪,৩৩১ লৈপাক মমিংদি, মুবা পাল্ল সনা য়াই কোন্নু কৌএ।

৩। খুম্বু চক্লা সেনক্রেং লোলাং পাথংবা কোনা পাল্লমএ। মাগা থানা নিংথৌ ১১৫ পানখিএ। কুমছিং লখা অচৌবা ১০৪৩০০০ লেখা ১০ তরা লিছিং নিফুমরি) ৪৪ লখা মচা চহি ৮৭০০ লৈবাক মমিংদি মীরা পোংথক নম সনা লৈময়োন কৌএ।

৪। কোন্না লাংবচক্লা তুবিয়োই নোংতা নোংদা লাইরেন পাথংবা কোনা পাল্লে। মাগা থানা নিংথৌ ৫২ পানখিএ। তুবী চয়াইরোংবা হাকতক (খ্ঃ ১৭০৯ ফাওবা) কুমছিং লখা অচৌবা ৫২২০০০ (লখা ৫ লিছিং ২২) লখা মচা ৪৩১৪,। লৈবাক মমিংদি হান্না শেঙ্গা কোননা লোইবা কৌএ।
অঙ্গখোঙ কোইরা পাথং য়োইরেন্ তোনপোকপদগী পাল্লকপা নিংথৌ-লা তুবি চয়াইরোংবা কাওবগী মনুংদা চক মরিগী নিংথৌ ৪১৭ তৌরে।

—০—

হয়ি হয়া কোয়া চক মুবা পল্লি সনা লৈপাক্কী চকপয়োন কুমছিং চহি মাপনন।ময়োঙ অমা লেপপ্রবা মতুং লিছিং তরুক্তা লোমগদবনে। অসুম্না লাকলমএ। কোনন' চক্তা অপালবনা ওইখিএ।

১। হয়ি চক নিংথৌ কাঙবগী মতমদা, কুমছিং চহি পারকপদা, পোইহল্ক: চকতগী হৌনা মশিং থিরকএ। পোইরৈগী মশিং থিবদি অমা; আনম, চোংলম, নমফেৎ লুপা ক্যাকোক্ত লোইয়া, তোনাসেন, কোক, তাম্না, প্রভৃতন। নিংথৌ কাঙবদগী হৌবা চৈচং মছিংদি হংকো কুমছিং চহি ১২,৩৪,৬৪৫।

২। খুমুঙ চক লোইরকপদগী চংথরকপা মোরিয়া কম্বাল চাগী কুম্ববা চৈচং চহি মছিং ৩৩৭৮।

৩। খুমুং চক অরোইবদগী মশিং থিরকপা খৃষ্টগী ১৯৮০ ইং। ৪। অকোনব লংবচকক্তা মচিনদগী মছিং থিরকপা হিন্দুগী শাকাব্দ ১৯০২। ৫। মথংদা অসামীগী সন ১৩৮৭ চন্দ্রাব্দ ১১৯২।

হয়ি চক অহানবদা অতীয়া সিদবগী য়াথংবু মাংদা হৌথিরবসু তুংগী থোক্লককদৌবাসু হোংনগমুসে, হায়না খাক্সা কবশঙম লোইনাবুনা হায়নরমলে। অতুগী খনিংবনু থোংনদে। মী কৌবসু হোংনদে। খংনি: মীকো অমা ভোপনা লৈবদি মহুবা ঊদথোং পোইরৈত্তোন মথুয়োমবু কোননবৈতেনে।

—০—

পাখঙবগী লাংওন থৌরম লাঈয়েক অসি নোংদম নোংখাই পাখঙবা নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতুং বুমশিং ১০০১২১ (লথা অমা চাপ্পা কুলমাথোই) শুবা খৃষ্ট ইং কুমজা ১৫৬৮ শুরকপদা ॥

লাইনিংথৌ খাগেলবনা কপ্পান্দা কুমশিং ২৭ (য়াইথ্রিভাবেং) সুনা পুন্সিবদি ৭৭ সুবদা লৈথোকসংদা ওমত্নুনা কুক ৯ মককা মায়োক্লনা হায়বষা রানে। লাইনিংথৌ খাগেলবনা মনোংয়াই লাইনিংথৌ খুণ্ডাওবদা সিন্নরখা রারম্লে। সনাকপ্পান্দা চহি ১৫ পুন্সিবদি ৪৫ নে॥

লাইনিংথৌ খুণ্ডাওবনা তবুংবগী নচা পাইখু লাম্বাবা মনোং য়াইদা সিন্নরম্বা রানে। পাইখু লাম্বাবনা মনোংয়াই ভুবীচরাই লোংবদা সিন্নরখা রানে। ভুবী চরাই লোংবনা কুমশিং ১৫ দা শকুম কপ্পান লাং ফংজৈএ। পুন্সিদি সুপনা ৩৫ নি॥

মৈদিঙু লাইনিংথৌ ভুবী চরাই লোংবনা মযু নোংবান রাংখুবা চহু মনোংয়াই থৌমী লোংজু অহোংবগা খাংলৌ লাংমৈ য়াগেন নিংথৌ মচাগী লোইয়ুম নোংবান নহাগা লাইনিথৌ ভুবী চরাই লোংবগা মঙামক্লা মাইয়োক্লনা হায়রমবা রারমনে।

—০—

লাইরিক অসিগী অন্নি অনৌ খণ্ডনবদি চহি কুমসিং লাক ১০ না মিলিয়ন ১ ওইবা, মিলিয়ন ৫৭০ না কোটি ৫৭ নি, কুমশিং চহি কোটী ৫৭ অসিগী মমাংদগী হৌরকলবা থরাই পানব' পুন্নমক অসি মালেম লৈমাই শক্লা লৈরমায়ে। হায়ন' থাজনরিবা অসি। লাইগী কুমসিং চহি লখা ১২ না মপুমগী মিহুৎ ১ সাবা অমুক হুমিংপু লৈ কৌয়ে, থাবু সিংলেল কৌবনে হুমিংপু কৌবনে। অনে। থা ১২ বু চহি ১ কৌয়ে সিং ১ থায়ে থা ১ দা হুমিং ৭ মনা ওন্না ওন্না চংলে। হুমিং ৩৬০ নে, হুমিং পোকয়ে, হুমিং ১ সিরে থা ১ দা পোকয়ে, থা ১ দা সিবনে। অমুক হুমিংপু পাজেং কৌবনে থাবু ফিরাল কৌবনে মখোক্তি লৈপাক্লে। মাওইবগী হুকসাংদা পুন্ডনে পুংকুপনে মিকুপনে। মিকুপ নাহুম মুথক পুংজা অম্মিদগী সাগৎলকপা নোংমগী পুঙ ২৪ দগী হৌরকপনা চয়োন ৪ না থা ১, থা ১২ না চহি ১ চহি কুমসিং কোটি ৫৭ কী মমাংদগী লৈরকলবা মালেম লৈময়োন্নি ॥

মালেমগী থোইদৌ মখাদা কৈতোম মরিমকপু লৈথায়না ঈরিক কোন্দোন থারকপা মমি মিরেন পোঙথক্লা মিতম সক থোঙ লেপ্পা পুঙময়োন কংনা মিতম পুংনা মিরাংগুম্বা মিঃ দগি লৌহ্না মিরেন মিতমলগা লৈমরেদগী মিংনম্ন ঙেংনা থোইমুম কুরু মমি তম্না মীসাথি হায়হ্না মিরেন মিতম 'সনা' লৈবাক কৌই। লমদমগদী অথোইবা লাইনা পেম্বা' লৈবাক্লি, সনা লৈপাক পাম্বীরেন অসি ॥

—০—

## মতাং ২ তমকপদা লুরাং ঈয়েক সন্নাঈগী

পোকোং পোক হায়নাইবা খোইগুম লাঈ সিদবা শাও-বিরোল্লাইনা পোকপা অতিংকাক্লা য়েনবা-খাইকুবিনা পোকপা অসিবনা য়েনবা লৈকোন তানবিনা পোকপা অতাইবনা য়েনবা খেরে লোংবম চদুনা পোকপা অকুপ্পানা য়েনবা চিনকুয়োন লৈচিক তানবা চদুনা পোকপা নোংমাই মরী শনবনা য়েনবা পিয়াই মুনা পোকপা নোংদম খুবনা য়েনবা লৈনাও তাবিনা পোকপা পোইরৈ তোম্না য়েনবা কৌবরেল নাথোইগুনা পোকপা পমিংনা য়েনবা লুরাও পুলিবা পোকয়ে লুরাং ঈয়েক সন্নাইগী ঈপুথৌ লাই তরেৎ মকপু পুনেমজরি কুথিয়ু হাউং হল্লেং।

২ খোইয়ম লাই নামুং মামুংবনা লাইজ ঈদ্রা কুম্নবস্ লাইজ ইবেল চাওকোই লৈবগুম্বা চৌংও লাইজ ইথৈরেল খোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা লাইম্লিংখোল। ভুরাইবী খোইনু তোনথাংগুগা ঈলোয়নবদগী পোরৈতোম পোকএ। লুরাং পোকপা পল্লোনে। য়াকচিং-থা ১২ নি প্পানবা ইরাই ভুমিৎ চিংথৈ হুনলকপদা পোকখিবনে। লুরাংদি লংমাইচিং ভুমিংতা পোক-খিবনে। চিংতুবা লাইদি কৌক্র চিংদা লৈবা লাইতোবা মিহিংলেন অচিবনে মীথাবনা কৌক্র অচিবা হায়রগা থতবৈ। ক্ষিসেঃ লৈতেংদি সনা চুখানবনে থাদি মেয়া থাদনে। পাথংবনা থরুং পাংতা লৈম্নিতৌলা মমা নোংলেল খোংঈনা মপা লৈবাক পোকপা তকুপলেং কৌনা মংয়ক থিংকাখিবীদা ভুরাইবীদি তোম্থাংতুনা ইরোই মকোক পামবা লাইথু কেন্নে, পোরৈ তোম পোকই।

—০—

লুৱাংনি ঈরোই কোল্লে হুয়্যবনি ঈয়োই পোয়নবা ঈ:য়াই-নুবদগী মুঙসিনহুনা লুহাং পোকই হায়বনি। লুৱাংদি চিং তে তে অসানবা কোহুনা লৈসাংথোং ঈরেন মরু ইয়াং থেল চিংজিল লাংগোল চিংলাই পকতা পানথী।

২- অসি লংমাইচি –হয়েং নিংথৌকাবা হংচিং লৈপাক-পোকপা মসেম য়ুমসকৈস ময়ৌ সগোলসেন-মকাপ ইয়াই মশিং থাংচা অস্নুম তৌনা মিংথোনবীখ্রিবা অসিবু লাংচকবী মমৈ কোন চককী মচিন্দা সাকেংলকপবা যিযু নোংতন নোংঙা লাই পাখংবগী শমু মাংদা মুমিং চয়োন তরেং মককী থয়াই মম্নি-রেনমু ক্রৌনোংলাং পী ন কুমথরপুনা কোয়ো নোংজা তরেৎপু লাই পাঙবগী মাংদা রাইথুংলয় হায়দবরা। য়ীযু নোংদা লাই-রেন পাখংবগী মাংদা সচিফু নিপালনি পালবগী চিংথৈ কনলক-পদা সন য়োংমানবী অমবু রাইথুংলরে। পাখংবনা হংবদা নদাইরেন ঐদি কৌব্রু চাংদা লৈবা লাই মিহিংলেন অচিবগী মনোংয়াই অসিগী মপায়ী কোলোই মিমিং থোনদি নোংপান লংমাইচিং কোএ। নদাইরেন ঐবু সল্লাই খুনথোং অয়েম্নবু থৌচান ললকুপিয়ো হায়না। শমু মাইয়োকখি, পুনেম খোনগা মালেম লৈমেনমু চৈনৌসনা সেনপাক্তা হৈরুক মশিং সুনা সিংলেন চমেলনৈগী লৈরোং থক কোই; শেম নমশা মনম মুঙসিবগা থাংমৈ মৈরা থান্না –চিংগু মাংদা থানা কংলবগা

মুমিং লংমাইচিংবু লাইরেন পাখংবনা কয়ি মিংথৈরেন কঃ সনা মিংলেন য়াই হৈরোম সিদবগা নাকোং মুংসিং থোংলেন অনি মপ্তা ওননা ওননা কমশিনবিরগা, শমু থোবি থুরক

—০—

মুংগী লিপ্পা থুমখোইববু থুমলেন মাঁপি থক্লগা কাওরেন সনশক ওইববু কোকথিয়ে; হায়দবরা। নমু পোংশক ওই হকচাং য়াও-চুননা চোংখোক্লগা মুবাক লৈতাহনা থুক্রমজখিএ।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা হে: য়িপারি নহাক্তি নোংপাল লুরাং সাগৈ সপ্লাঈ হনববু ওইরক্রগ। সনা চুদানবা লংগা মাপন মুববু লেংলোই খোইথাংখিঙ। চরি নফী লেংঙি য়াইচং চুদানববু মাংলম তোংতানা ফুংসৈংনাবৈ মপনা পাকল ঙাংচা য়েংও;। কোয়ৌ নোংমাইচিংবু শমু খুনেং ওইনোও। খোয়ুম কৌবু চিংদা: লৈবা লাই মিহিংলেন অচিববু কস ননোংথৌবু ওইনা খোইয়ুম লাইথোংলেন থৈবিক্ত লুরাং অমাইদবু ওইরুও।

হায়থরবগা, কোয়ৌ মুমিৎ লংমাইচিংদগী, লংপরেন-১ লংমাইরেন ২ চিংপ্রেন ৩ খোইপুংলেন ৪ পুংয়িরেন ৫ নাঙসংলেন ৬ পোংলেন ৭ য়ায়েন-৭ মকপু সপ্লাই চৎথরক্লে।

তালোই নাক্পা থারক্লে, চিনফুরমা লৈচিক ঙানবা চহুনা মপারী নোংতমলেন অথুববু নৌ নাওরক্লে, লৈথমলেন চহুনা নোংতমলেন অহনববু ফুইনরক্লে, হায়দবরা চিংমু লৈমা পাইমা লিনকোইগী কোয়ৌলেন মৈনাইদববু পোক্লক্লে, হাইমু লৈমগী মপারী কুরুম লেন মৈনাইববু পোক্ললে হাইমু লৈমগী মপারী করুমলেন মৈনাইববু ফুইনরক্লে, হায়দবরা। লৈকুরেন চহুনা পোংথাংলেন লৈহুং ঙনগা চহুনা পোংহনলেন নৌনাও রক্লে পিসিন-লৈমগী, মপারী হৈরোমলেন নৌনাওরক্লবগী মথৈবু লুরাং সপ্লাঈ য়ুমতানরক্লেহনে, হায়দবরা। য়ুথককী মথৈ নোংয়াই তানবা পুং মাপন্দী লুরাংনা চৎলে। লুরাংনা পুরকপা খৌদি,

—o—

য়ুৎক মভুংগী পুং অহুম নোংমাই য়োৌবা তান্না লুরাংনা চংলে। লুরাং নোংগুম্বা; নোংমাইপুং কাবা, লংমাই চাং কাবা খৌনিবা, চিং কাবা উতোন কাবা হাকাবা। খোংহাম মাই অহ্না অসেঃ আমাং আ-নল অরা, হিকোন হৈহার মচি মম্না পানবা মকোক মরু খোংপ হিং হংথাগুং কোকপান খোংসান গুং কোকপান খোংগুং খোমপান খোংগুং পুমথেন কাবাগুং লিংসোনগুং মনা য়োইরিবনে, নেংনা তংনা তাংনরিবনে; লুরি হেনলুবা অসি খৈবিকনে খডউ।

লরাং ঈয়েক সল্লাইগী ইরাং থেংনি পোংচং।

১—কোরৌ নোংজা চয়োল অসি লং মাইচিং।।

২—মুমিং চয়োন মিংখৈ—তাউহুইরেং অহলবা ।।

৩—লাইয়েক লাইচু হিকোক অরাউবা।

৪—খীবাই ফীচু—মেমানবা সনাচুদনাবা ।।

৫—মায়েন—অরাং—নোংচুপমরক লীকলম।।

৬—মাইকৈ—চাই—কৌবরেল লাইঅচিবা।।

৭—লাইফম চুংপাংউঃ অহুম মকি লমফেল।

৮ ঈরম ঈপু লাই—ঈমুরারা, ঈথেরারা, ঈয়রাবা।

৯—য়ি মিংখৈ অং-অং—।।

১০—লাঈ কাসা কৌরু চিঙ্গা লাই অচিবা।।

১১—লাঈ ঈপুথৌ—পোইরৈতোন।।

১২—অপোক লোন য়ুমদাবা-লুরাং পুজিবা।

১৩—থরাঈ পিচাক মিংখৈ-থায়াঈ।

১৪—নহায়রোল-উখোক তাইখোক তাইরেল।

—০—

১৫—লৈরাং লোল—খোংগল মেলৈ।

১৬—তাউজ্জিংলোল—কিহোম।

১৭—লাঈ লাঃ—লায়োং—।

১৮—লাঈ-সিং—উ হৈক্রু॥

১৯—মৈহৌরেল—খোইচু মৈ।

২০—লাই থাং—তোম্বুখা॥

২১—লৈমরেল—পীয়াইচু॥

২২—নাওরোইবী লৈমা খোইল॥

২৩—লৈমা সাকোল—ঈরোঈ॥

২৪ চীঙু মপুদগী খোকপা সথাঈ-লীনকুদগী॥

২৫—লোনখিবা সন্নাই—খোপ॥

২৬—থাঙা মাকমৈ—হাকচিঙ তরানিখোইনি পানুবা

২৭—নোংমা পানবা হুমিং পুং মতম—ইয়াই চীংথৈ হনবা।

২৮—অতিল লোল পোকলেল অতিকোক যিদবা

২৯—তিললোল লৈমরেল-তাউরোইলাই সিদবা॥

৩০—সনা চীং মতং-৯-পোমৈ পুঙ॥

৩১—নীঙনা পুঙ—কংলা নোংলৈয়াঙ॥

৩২—মিংথৈরেল—তিল পুকলেন-লৈ-হিং-ক্লিং॥

৩৩—লাঈ হুরা—হী পোকপী॥*॥

মতাংও মুবদা

মতাং ঈয়েক সন্নাইগী।

—০—

২। পৌক্ত্রংলন সিদবা চীংঙ্ নোংদমলিবা লাইয়িং থৌ, তাওবিরোই লাইনা পোকপা অতিংকোক্লা য়েনবা লৈকক্ লৈয়ারেল চহুনা পোকপা কোনচিন-তিংখে.কপনা য়েনবা লৈতওংলন চহুনা পোকপা লৈপত লৈয়া য়েনবা লৈকুংলন চহুনা পোকপা লাইথোংলেম্মা য়েনবা কোনক্ লাইক্ চহুনা পোকপা লৈতওংলেন লিশাং সাংবনা য়েনবা লাইয়েক লাইকোং চহুনা পোকপা কোনসোরেম্না য়েনবা লৈহুও য়াখুরাপি চহুনা পোকপা সেনত্রেংনা য়েনবা লাইসনা পোকপা পাখংবনা য়েনবা খুরোঈ তোমপোক পোকয়ে, মতাং ঈয়েক ্রম্নাইগী ইপুংথৌ নিপাল মকপু পুনেমজরী কুবিয়ু হউং।

চীংঙ্ নোংদমলিবা লাইয়িংথৌ থোইহুব পুক্লিংরাচ নুবা লাইবু কোরোলসনাবা রাংবন পাওকানবা লাইয়িংথোগা লৈকক লৈয়ারেল চনগনা নুমিৎ কোরে, পাখংবা পোকএ। মতাং পোকপা পঙ্খোনে। ঈতা থা ১৫ নি পানবা সাংগ লংসেন হুমিৎ য়ুংবদা পোকখিবনে। লমতা থাপুও নুমিত্তা খুন কুয়নে। মতাংদি নিংথৌকাবা হুমিত্তা পোকপিবনে চিংঙবা লাইদি রাত্রেন চীংদা লৈবা লাই রাংহুকুপ রাংকলেন খান চাওবনে ফিসেৎ লৈতেংদি তাতারবনে থাদি মিত্তা থাদনে। পাখংবনা চিংনুঙ হুংতা লৈয়িতৈদা মমা লেন থোম্বিনা মপা নি থৌকাবা সেনত্রেং কৌনা লাইয়াম ওক্লা সংদা লৈকক লৈয়ারেন চহুনা হুমিৎ কোরে মতাং পোকঈ হায়বদি লাইরেমমা মপ গী হকসাং কৎথোকপা অহুদগী মতাং পোকএ অহুগা সেনন্দেংনা মতাং পোকএ হায়বনা হকসাং সেংনা সোংদোক্লা পোকখিবনি হায়বনে।

—০—

লাহানবোং লাংবচক্কী চুক য়াইমবদা, হয়েংগী মপ্পারী কোয়ৌ হুমিৎ নিংথৌকাবদি, নিংথৌ সপাইবগা ডাইরেনমা কোয়ে নোংগাখিরবগা চিংঙ, অতিংকোক লাইয়িংথৌগা সনা মথোংখাদা নদইরেম ঐবু সলাই খুনথোং কদাইদনোঃ, হায়না হাকৎ খোলগী খোইয়ুম অতিংকোক লাইয়িংথৌনা কোয়ে হয়েং নিংথৌবা নংদি, য়িপারিগী খোইরি নাওফম মমি তম্না শাসেম্বিগে, পাখং য়োইবেনবগা ডাইরেনখো অহিং য়োমলেন লৈমগী মপারা পাখং য়োইরেম্বদা ব্রাহংখিএ। কোয়ৌ হয়েং নিংথৌ-কাবদি শমু নখুনেং ওইনখোঃ লোইদাম য়িঙা থাদি নারল য়ুম ওইনৌওঃ। চরৈ ফিসাং অঙৌবনা মাংলম তোনতানা তুংসেং নামৈ য়েপওঃ। চিরেন লাংয়েন অঙৌবনা মৈমু তোমাসাল চিকওঃ।

চৈনৌসনা য়োই থংাল থম্বাল লৈকুসিবু ডাইরেনখো, সাকৈ সলাই তারেং মকক্কা ময়াঈ য়াইনিংথৌবু ওইনা নোং-দমকিরুওঃ। হায়না ললদুবিরবগা কোয়ৌ হয়েং নিংথৌকাবদগী হয়িরেন হথারেননা তিল্লিরেনবু নৌনাওবক্রে। হায়দবমা লাইরেন থাইরেক্পা য়িতাওরেনব সাংনরক্লে তাওরোই লাইগী লৈনুঙ য়াইবীরোক্পা লাইরেন মৈতিঙ, নোংদা লাইরেন পাখং থবু থুনকুমলক্লে, হায়দবমা, নোংদা লাইরেন পাখংবগী মনোংয়াই চাইরেন লৈতিঙ, নাংথাম্বা মহাক থকবী মথৈবু লাইরেন নিংথিবগী সল্লাই য়ুমথারক্লে হায়দরো। ।০।২॥

মচাংনা পুরকপা থোদি য়ুথক মতুং পুং অহুম তাম্না য়াচংপুং তাম্না মডাংনা চংলে, তোনর্নিং থোনে, লিনফুনে,

—এ—

থারিনে, লৈরোংনে, লাথোন অনি মক্কে, হুমিং চয়োন তারং মক্কে; মহাক মথম্না চুচিননন। ময়াই কোইরেন থকতা শকনা ভিননা রাইথুং ফুননে, নিংথৌ লেংদাবনে। মাকি থৌবু ৮ মক্কে হিপনা, চানবা লৈবনে; থৌরম অসী; খৈবিক্রা মবু য়োক-শনে, মতিক মহান মথাশুং ৮ মকতা লৈবনে, ময়াইলেং থক্রৌ তম্বা য়াইনিং থৌ কৌবনে; য়াইসিদবা, অমা মঙোন্দা চংলা লৈবনে, মতুগা থানা ৮ শুবনে, অচেংপা রানে। নোংঙান লবগী মখৈ য়ুথক তানবা মখৈ পুং নিপালদী মঙাংনা চংলে।

মঙাং ঈয়েক সন্নাইগী ইরাৎ থৌনি পোৎচং।

১—কোয়ৌ নোংঙ্গা চয়োন—হয়েং নিংথৌকাবা ॥

২—হুমিং চয়োন মমিং—লাইরেল তাউদলবা ॥

৩—লাইয়েক লাইচু—অঙাংবা। সারেল ঙাহৈ।

৪—কীয়োই কীচু—অঙৌবা পসোং ॥

৫—মাঈ-ওন—লোংপোক।

৬—মাইকৈ লাই—অভীয়া; "অসীবা'

৭—লাইকম মুংপাৎউ:—মুঙচেঙদা।

৮—ঈরম ঈপু লাই—ঈঙাং লাবা।

৯—য়ি-মিংথৈ-তারং ঙাং—।

১০—লাই কমা—পাথংবা. য়োইরেল তোমপোকপা।

১১—লাই ঈপুথৌ নোংতা লাইরেল পাথংবা।

১২—অপোক য়ুমদবা—সেনয়েং।

১৩—থরাঈ পিচাক মিংথৈ থবা "থাতোল"।

১৪—নহায়রোল—উক কোল তাইরেল ॥

—o—

১৫—লৈরাংলোল—থয়াল অঙাংবা।

১৬—ভাউজিংলোল—থমচেৎ।

১৭—লাই ল':—থম্না লাঃ।

১৮—লাঈসিং—সম্নি।

১৯—মৈহৌরোল—মৈয়ৈ।

২০—লাইথাং—চকম থাং।

২১—লৈমারেল—লৈকক-লৈয়ারেল চনু।

২২—নাউরোইবী লৈমা য়াবিরোক চনু।

২৩—লৈমা সাকোল-সগোল 'মুমিৎ থোকপা।

২৪—চীঙ্ মপূদগী থোকপা সথাই মীঃ য়েত্রগী।

২৫—লৌনথিবা সল্লাই—সিঙ্গুঙদগী।

২৬—থাজ মাকৈ—ইঙেল থা ১৬ নি পানবা।

২৭—মুমিৎ পুং মতম—সগোলসেল মুমিং য়ুংবা।

২৮—অভিল লোল—পোকলেল—অভিংকোক সিদবা।

২৯—ভিলনোল লৈমারেল-তাউদিরোইলাই সিদবী।

৩০—সনা চীং মতং ৯—কংলৈ পুঙময়োন।

৩১—নীঙনপুঙ—কংলা নোংলৈয়াঙ।

৩২—মিংথৈরেল—তীলঙাংলেল সংভরেং লৈহিংচি।

৩৩—লাঈ মুরা—য়াঈ পোকপী

মতাং ৪ শুরকপদা

অঙোম ঈয়েক সল্লাইগী পুকোক

নোংথৌ,—সোরারেনগী মিংথৈ অম্ৰুবা।

হরি হয়া হেঃ হেঃ লিকলাইঙঃ ঈপুথৌ নোংথৌরেন পুযাব-ঙঃ

—o—

হান্না হৌবা কোন্না লোইবা লাইয়িংথৌ, চিংঙ নোংথৌ সোরারেন অরাং পাথং য়োইরেম্বা চিংঙ থাংপা নোংনিংথৌ, খোয়ুম কোনথৈ অতাম্বা সরাং অপাম্পা ঈঙৌ চাংখিনবা ঈমু খময়োনবা, উন তরুক ঈরিবা, রাউঃ তরুক ঈথাবা খোয়ুম লাইয়িংথৌ, অরাং থাংয়াঈ য়োইরেনবা হেঃ কাসা চিংথৌ সোরাবেন থাকপা নিংথৌ পাঙ্খম্বা কাসা পাউতাক হৈব অরাং থাংবাই য়োইরেনবা কোরৌথক্তা থৌদাবা রংবেন থক্তা রাতেম্বা-ঙ।

খোইমোম লাঈ, লাইরৈপাক্তা হংনাং কাওখংকোন্দ, খোইমোম লাইরৈপাক কোরৌতা চিনলৈদা, চীংঙ নোংখোইরেন্দা কোরৌ নোংচোক চক্তা নোংথৌ সোরারেন্না নমু ফম-থম হম সিননা সারুক লৈতম হননা লাইপক খেন্নাঈ ইবা নমু পোবু অচং অসী তম্বীনা খোইয়ুম লাইরৈপাক, মপু খয়োম চৌদা ভানখোইনা থাকল লৈনা মুংদগী থাকপা নিংথৌ তেন হবা, রাংবা নিংথৌ পাখংম্ব চীংঙ নেংথোরেনবা, কোরৌ নোংখোঈ যম্বা।

হুনং য়াইবিরেন সিদবা, য়াইবী মখোইকেম্না খাকপা পুরিরোম চীংঙ পুরাংনাকাবা খোংঙমরোকপু ওন্দেবা, খোনমরোংবু হনরাইবা, চীংঙ নোংথৌ সোরারেন, কোরৌ নোংদেন নোংসাবা, হাংন নিংথৌ লিংহবা খোইমোম লাইগী লাইয়িংথৌ খোইমোম য়াইবী য়েনহৌ চীংঙ থাবা, নোংমি থৌ … … খোইমোম পাফন য়োইরেনবা চীংঙ নোংথোই মথুনেং লাঙ্গাঈ ভৌনা হেনবা সায়া মরি পানববু লাঙ্গৌঈ থুনেংনবা কোরৌ চৈংাবপদা হাংবন তেম্বা চুম্বা, চীংঙ নোংপোখং হতেংবা নংবু অসি কোরৌ … … ফুমিৎ … … পানবা … … খোনবা

—০—

ঋবী চৈচেন্দা, থাবা লান নংদবা, থল্লাই পিচাক মশা তাদবা ... ...য়াইকবা ... ... হুমিং ... ... অসিদা চৈংঙ নহিক সাং খোইমুম ননোংয়াঈ নয়েকচা সল্লাঈ ঈয়েক সাংেগী নপারী নমোম নগু হেঃ বেম্মা হেঃ পুঙ ভোঃ পুন্নমক্লা চৈংঙ নোংখৌ সোরারেন নংবু পুনেমজরিএ, য়াইকা মথোই তোংবিরম্মো, চৈংঙ কুবিহৈবা খোইমোম নোংলম হৈবা নংবু পুনেমজরিএ।

কংচরিবা পুন্নমক ইবুঙো নহাককী নহী নয়াই ঙহাক্তনী লংবাথোংখিংবিগমু লংনা থোং হাংনা চৈরৈ ফি মলনা পাও-রোক পাউয়ানবিগমু চৈংঙ সরোং নমফিনা চেংনা চাল্লা কোনসিনবীয়ু। নায়েক সল্লাই নহিরোই পুন্নমকপু ললকুবিরম্মো

অঙোম ইয়েক সল্লাইগী অপোক লোল-দী।

১। কোনহৈরম সিদবা, চৈঙ নোংখৌ সোরারেন তাওবিরোই লাইনা পোকপা অতিং কোল্লা য়েনবা, লৈকক, লৈয়ারেল চন্নুনা পোকপা কোনচিন-তিংথোকপনা য়েনবা লৈতঙ লেন চন্নুনা পোকপা লৈসঙ লেল্লা য়েনবা লৈফুরেল চন্নুনা পোকপা লাইতোং লেননা য়েনবা কোনফু লাইফু চন্নুনা পোকপা লৈতঙ লেন লিল্লাং সাংবনা য়েনবা লায়েক লাইকোং—চন্নুনা পোকপা কোনসৌরেল্লা য়েনবা থাকপা নিংখৌ চন্নুনা পোকপা কুপত্রেংনা য়েনবা পুলৈলোম্বা পোকএ, —অঙোম ইয়েক সল্লাইগী লাই ঈপুথৌ তরেং মাপন মকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হান্নেং।

তাইবঙ পানবগী মপু সিদবনা হায়এ, লাইগী নিংথৌ নোংনিংথৌ নঙগা হেঃ লঙবা অপানবা নঙগা নথোয় অনি মল্লা মালেম অসি লমলেন থোকলোঃ হায়রবগা, তরং ইপাক্তা

—o—

সিথরক্লে. থাকপা নোংনিংথৌংনা পূরক্লে হায়বগী পূবাং পূরৈরোম্বা কৌয়ে।

চীংব্রাং লোক্কি চিংঙৌ পুরাং পুরৈরোম্বনা থাকপা নিংথৌ চনু লায়েক লাথং চনুগা লাংঙেন সাম্বদা ইবেম্মা লৈমরেন সিদবীনা পীথেং লৈমা লৈসাং খোম্বী লাইরবী অহুমনু কোনা নোংলুম থাবু কোক্লো. অপোং ংিংখোন্দা পংম্নী ইরাঈ কুপত্রেং কোনা নিংখৌকাবা নুমিংতা অংঙাম পোকএ।

চিংঙৌ পুরৈরোম্বগী লৈমদি হাউনিং সংল্ল লৈসংবীগা লিক্লাপৗচা নোংদমনুগা, লৈহৌ নিংখৌ চনুপিথেং লৈমগা, অহুম অসি সোরারেন পুরাং পুরৈরোম্বনা পান্নবদগী হাউনিংসংল্ল লৈ- সংবীনা হংগেন লোংনা থাবা পোকএ। লিক্লা পীচা নোংদম- নুনা খোইতোমনে, মানতোমনে, অনি পোকএ। খোইতোমগী ঈদি অঙোমনে মানতোনগী ঈদি লুব্রাংনে। ফালতেক লোন্দি লিক্লাপীচা নোং তং মুনা খোইতোম থাক চিনা যাক-খাল চৌমুনা পুমিংনাবা। খোই লাই য়েক-খুবীনা তরু লাইয়েক হনবীনা কাইমু য়াইথিং খোম্বা চমুনা মক্লোমিং থোনবা পোকএ।

লৈহৌ নিংখৌ চনু পীথেং লৈমনা খংহন অহানবগা খংহন য়াইমাবগা, খুমন্নুং ইরা থংবগা অহুম অসি পোকই খুমন্নুং ঈরা- থংবা কংলৈ ফম্বাল তোংঙে। অঙৌ পানবা অঙোমনা নিংথৌ ঈপুথৌনা কংলা সুকুং মেনকম কোনথাত্তা পাম্নমলে। লাইরেম্বী থিংপী লাইখোম পীগা অংঙাপানবা অঙোমগা, পাম্নহনা লৈসং- লেন অসংবা পোকএ।

মথংদ লাইয়াম ওক্লাসং নোংপোক থংবদা কংলা সুকুং

—০—

মপু লেনগী মিংলেন সিদববু ওন্না ওন্না কামসিনদিরগা থরাঈ মপুরেনগী মদাইরেম মপারীবু ওইরবনিনা কোয়ৌ মুমিং লৈপাক পোকপদি নমু পোংশক ওইনা সায়োন-লক্লে। কোলোই মমিং খোনবু নোংপান অঙৌবা লৈপুরেম্বা কৌএ।

হেঃ লৈপুরেম্বা নংদি কোয়ৌ মুমিং লৈপাক পোকপবু শমু খুনেং ওইনখো, লোইদাম থোরান থাবু নারল য়ুম ওঈনা খোঃ। লেংথাং অঙৌববু মৈমু ভোম সোলওঃ। চরৈ কিসাং অঙৌবগী মাংলম ভোম্বাল ভুং সং নাহৈ য়েপওঃ। চৈনৌ নোংলুম পানগী রূপয়াঈ চেন্নখোও ঃ অঙৌবা পুরৈরোম্বা মখুৎথা হৈপা হৈরাংচান সিংলেন লৈপাম লৈকা লৈচননখো।

হংচিংকী মপারী কোয়ৌ মুমিং লৈপাক পোকপা মালেম লৈথিনবী লৈরাং কাংঙোইসা লাংগোঈ শমু অঙৌবব ওইনা লোইদাম থোরান থাগী মকমৈ (১৪) ভরামরিনি পানবদা য়ুথক পুংজা মতমদা সাকোভখিবা, নোংপান সন্নাঈ খোইরী চংথরক্লে। নোংভা লেনবা লাইরেন কাংবা কৌএ।

পালেন কাইবগী মপারীদি চিংখন য়াং চিংখনয়াংগী মপারীদি নোংখনয়াং মপারী চিংখন সাংববু পোকনরক্লে। নোংপান-৭ ভরেং মক অসিদি পলেম পিনাইদনা য়াই ওইরিবনে। থাকপা নিংথৌগী মমোম লৈমা কাংভোইরেম্বীনা মপারী নিংথৌ ভারি, নৌনাওরবগী মশানৌ মুংঙৌ য়ুংমথংবগা, অনি মকপু পোল্লবগী মশানৌ ম.ংঙৌ য়ুমথংবদি চেংলৈ, ঈরেক সন্নাই লৈসাংথেম ওইব্রে।

অরাং নোংনিংথৌগী মমোম লৈমা কাংভোইরেম্বীনা পুরাং

—০—

নাকাবা পুরৈরোম্বম্বং শানৌ মচিন মনাও অনি মমপুম্বুং নৌনাওরকপগী পুরাং অহন্দি কোয়ৌ নোংকাখিএ। হায়দবরা,। মশানৌ পুরৈরোম্বদি নোংপান অঙৌবগী সন্নাই য়ুমতাক্লবনে হায়দবরা। নোংপান অঙোম খৈবিককী মাইকৈ মমাই..ওনদি অরাং লৈনা পাংবারোমনে,। কসা মংনাংখোম্বং চিংঙ নোংনিং খৌ লোয়ালেয়ে, হায়দবরা।

অঙোম পোকপা পুরৈরোম্ব, মঙাং পোকপা পাখংবা লাই অনিময়কপু লৈপাক নিংথৌ পুন্নলুপ তিলননা চিনবি সচিফোঙ্গ থাদা ঈরাংলে থরাঙ্গ মপু ওইবা লাই অনি মক্তি লৈবাক মপুনে থৌরম লানহৈহেএ

লোইদাম চিনবি সচিফোঙ্গ থাং-ও কৌবদি হদৌনোংগীনো? চীংঙ মপুরেন খোইয়ুম নোংদমলিবা লাই মরু সিদবনা মালেম লৈওইবা কোয়ৌ নোংওইবা য়াংদৌ সিদবগী চীরেন লাংয়েন মাপন মকপু মচৌ পানফোইথোক্লে হায়বগী লোইদাম সচিফোয় থা-ও তৌনা কৌএ।

লোইদাম সচিফোয় থাগী পানখংলকপা তবেংনি পানবদা ফোংবা লৈথোঙ ফাংপ সচিফোয় লৈখুন ফুনবা পাখংবা পুরৈরোম্বা লাই অনীময়কপ ঈরাংলে। মকমদি কোংবদনে.। লাইকম অনী অসি নোংপোক্লা পুরৈরোম্বা নোংচুপ্পা পাখংবনে, লম-তরানিথোঙ্গ য়োম নকনা লৈএ। খোইয়ুম লাই অনী মকপ ঈরাংপক্কি চীঙ মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাংলি। তারবঙ পানবনা চাবা হৌনবা পোংলম মরমসুনা লাই অনীগী ফিরোন মসিংসুনা কংলি থৌরম অসি চীং তম কংলৈ পঙম-য়োন পোইরৈগী কুমগী লাকয়েন তাইব চৈরাউবা কোই।

—০—

লাইফম অনী অতু খৈয়োম ঈরু লাইসোন অতায় লাইসোন তৌরগা য়োংনা থাঙনা তৌতুনা য়েংলগা লৈরম্বা পোংশক অতু উরগা মৈতৈ পোইরৈ লৈবাককী কুম অতুগী অফবা ফত্তবা খঙঈ

অসি মথংদা ফিরোন অথেল প্পোং পুন্নমককা লোইননা চেংবী চেংবা হৈদনা চেংমিং য়েংলগা, সয়েং সারেম তুরাগা সারেম কংপগা লোইননা সারেম চলগনি লোইননা অসিগী মমাংদা থয়োম অনি লাককাদবনী। কংলিবা পোংসিং অতু থোংলগা চমাই চাবন অতু য়েংলগা লাইদা অমুক কংকানী মতুদা লৈবাক নিংথৌগী অফা মুঙাই খঙগনী। থোংলিবা পুন্নমক মাইবনা চায়। অতুগা অনা অয়েক পুকচং ঈফাঈ অফ ফত্তগী মরম পুন্নমক খঙই।

মসি চৌং-তম কংলৈপুঙমনোন লৈপাক নিংথৌ পুন্নমককী কুমগী লাকয়েন চৈরাউবা কৌই। লাইফন অনি অতু হান্নগীগুম ফুনজিনলগা মথক্তা থখল খন্নমগনি অতুগা লৈমুঙদগী তৌবদা ফংঙিবা খুদম খঙঙিবা পোংসিংতু চকদ হাপ্পুনা পুরকলগা য়ুমজাও লাইরেম্মাগী ফাদা থমগনি।

অসুম্না চংথরক্লীবা অসিগী মতুংদা শকাব্দ ১৪০৭ তা মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌগী সনাহা থক্তা চৈথাবা হিয়াং লোইনা হোই। চৈথারিবা নিপা অতুনা লৈপাক নিংথৌগী সনা মাঙদা তিসোন লাইসোন সোন্দনা। লৈবাক নিংথৌগী ফত্ত হৌদি পুরগে হায়না লাউতুনা লৈবাককী অরামা পুন্নমক চৈথানা পউএ

—০—

অছ্গা কোরৌ হুনিং সীংবুম মঙানি থবক পুমে, গিনহৈহেওএ। তরেং খোংকাং নমুং'নএ হুরাউ কু্শ্ম ভোহ্না কাং সায়ছ্না হুওাই মথোঈ ভোংছ্না হুমিং মঙানি লেম্রে। মসি পুরোই মসিন কোবা 'পুয়া,দা থম্বিরম্মে।

কংলা নোংলৈয়াও "পুয়া, দা অঙোম ঈয়েক সন্নাইগী অপোক লোন থৌনি খৌরমগী ময়োন পোৎচংঙ্গৌ বাহোন অনুয়া ইবীয়ম্মী।

১—কোয়ৌ নোংঙ্গা চয়োল-হংয়েংসিং মৈপাক পোকপা।

২—হুমিং চয়োল মিংথৈ—য়োই মন্নাঈ।

৩—লাইয়েক লাইচু—অঙোবা।

৪—ফিরোইং কীচু—অঙোবা লায়োন নচু।

৫—মায়ওব—অন্নাং

৬—মাইকৈ লাঈ—থাংমাঈ মায়হল।

৭—লাইফম কুংপাংউ—কোংবা মৈরোঙ্গী।

৮—ইরম ইপুলাই-ইথোং মানবা।

৯—য়ি মিংথৈ—কুপ কুপ।

১০—লাই কছা নোংথৌ লোয়াবেল।

১১—লাই ইপুথৌ—পুরৈরোম্বা।

১২—অপোক লোল মুমদাবা—কুপন্রেং।

১৩—থয়াই পীচাক মিংথৈ—মচিক।

১৪—নাহাইরোল—তাইরেল।

১৫—লৈমাং—লোন থয়ো অঙাংবা পামলৈ।

১৬—তাওজিংলোল—হৈবা।

—০—

১৭—লাই 'লা:—লাকোই"লা:।

১৮—লাঈ সিং—উপল।

১৯—মৈহৌবোল—মৈবা

২০—লাইথাং—পুক ককপা।

২১—লৈমারোল—মমোমমু (ভাঙোহইমু)।

২২—সাউরোইবা লৈমা—খাকপা নিংথৌ মচু।

২৩—লৈমা সাকোল—নোংলুম কাংভা

২৪—চীঙু মপুদগী লোকপা সখাঈ খোরী (কৌদপী)।

২৫—লৌনখিবা সখাঈ—পুক।

২৬—থাজা মাকৈম—ঈঙেন ১২ নি পানবা।

২৭—মুমিং পুং মতম—নিংথৌকাবা অমুক মুথক।

২৮—অতিললোল পোকলৈল—অতিংকোক সিদবী।

২৯—তিললোল লৈমারেল—ভাউবিরোই লাই সিদবী।

৩০—সনাচৌং মতুং ৯—শুমজসেং (শুমসং)।

৩১—নীঙনপুং—কংলা নোংলৈরাঙ।

৩২—মিংথৈরেল—কুরু কুপত্রেং হিংচিং

৩৩—লাই মুরা—হীরৈমা।

মুথক মতুং পুং অহুম মুমিং মুংবা ভাম্না অভাম্নাকংলে, অভোম্না পুরকপা থৌমি লৈঙন ভোতানবা মমুংনাহা মালৈ থেম্বা ইপুরাং নেরাং পুকপ্ লাইমু চামু চাঙৌ চাকমাং মুহোং আহোং অচৌ, থিক পান থাপান মিংলেং মাইরেং আকুপ আরং, পুরোই থানথোং লৈরোন খানসা, ভমাই চাইংকোইং লুথেং পারোন থিন অসিনে। খণ্ড।

— ০ —

কোরৌ নিংথৌকাবা গুমিত্তি চীংগু, নোংথৌ সোয়ারেল থাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাকাবা থংবা নোংনিংথৌ কোনথৈ অভাম্বা সরাং অথাম্বাগী কোরৌ নিংথৌকাবা গুমিং সিদবনে, কোরৌ গুমিং অসিদা খোইযোম মৈরা পোনচেং ঙম্বী সিংথা চাম্ব ফাবী লোকয়াই সিন্না লসিং পোকএ অহ নোংপীবু চৈর ফি পীথোক হৈদে। গুমিং য়ুংবগী মথৈ পুং নিপান তানবদি অংভাম্বী চংলে।

১—অসম্বা য়াওয়দা, লোইদাম ইভেন থানী তয়ানিথোঈনি পানবা নিংথৌকাবা গুমিত্তা অভোম সান্নাইগী অপোকপা থুকপে; মরোন পোংচঙদি লাইয়িবিদি মহুমহুন, নোংনুম কোকে পুরৈরোম্বা পোকএ। ইভেন থ: তয়ানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা গুমিত্তগী অমুক য়ুথকনে। থবানমিচাক্তি থাদোয়ে, ঈসিংদি কোংবা মৈয়োবীনে, লৈদি থরোং অচাঙবনে। মৈদি মৈবানে, হৈদি হৈবোংনে। সীংদি উপয়ে। থাঙদি পূকক থাঙনে নাহৈবদি তাইরেয়। মচুদি অভৌবনে নাওংথৌইবিদি থাকপা নিংথৌ চদুনে, চাদি সংঙং অভৌবনে অম্মনী। অভোম পোকএ অভোম পোকপা মপুরেন সিনবব, অভোম সান্নাঈ পুম্নমক ঈরাংলে। হৈ-লৈ চেঙ চাক ফিরোন য়েকবা পুম্না য়াওনা কংনা ঈরাংলে॥

৫ শুবা মতাং

# থুমন ঈয়েক সন্নাইবী

১—ভাওজিরোই লাইনা পোকপা অতিংকোয়। য়েনবা য়াইকুবিনা পোকপা অসিবনা, য়েনবা লৈকোনওবানা পোকপা অর্থাইবনা য়েনবা থেরে লোমমংচমনা পোকপা অকুমনা য়েনবা চিনকুয়োন লৈচিক ভানবা চমুনা পোকপা নোংয়াই মবা ওনবনা, য়েনবা পিয়াইহনা পোকপা মোংদম থুবনা য়েনবা লৈনাজাবিনা পোকপা পোইরৈভোয়া য়েনবা সম্থোং পুম্বেম্বা চমুনা পোকপ। সিংদাপুঙনা য়েনবা, কুংবা থুমন পোকয়ে। থুমন সান্নাইগী লাই ইপুথৌ তয়েংমকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হয়েং।

— ০ —

২ । মপুরোম্বা সিজবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙ পোংলেন হনবা অচিবা সল্লাঈ পুরি য়েকহৌগী মালেম লৈফুরেল অচিবুবু কোরৌ ললসা নরিবী বাংবন পাওসানবা লাইয়িংথোগা, মাংবাইবি তোম্বাংনুগা সামু কোল্লে, বাংকুলেন পোকএ। থুমন পোকপা পম্মৌনে। সচিকু থাঃ-১৫ নি, পানরা লৈপাক পোকপ। মুমিত্তঃ পোকখিবনে। থুমনদি য়ুমসকৈশা মুমিত্তা পোকএ। চাংঙবা লাইদি মাবচিংনা ফিসেং লৈতেংদি হিকোক মুরৈনবান থাদি বাকচিং থাদনে। পাথচবন পুমলেন্দা লৈরিংউদা মুমা চিংলেল খোম্বীনা মপা য়ুমসকৈস মুত্তবং কৌনা খুলরুক মংরক্তম মাংখ্রাইবদি তোনথাংনুনা সামু মকোক পানবা লাইবু কোল্লে থুমন পোকঈ হায়বদি সামু হকচাং অসিবু য়েংসিন্নবা সান্নবদগী থুমন পোকঈ হায়বনি। থুমন্দি মমিং ইমুরাবা কৌহনা কুকুম পাত্তা পানখি।

মুমিং মশেমগী মপারী কোরৌ য়ুমশকৈমত্তং ওইরকবগী থিংকু লাইয়ী পিচাপু সারোঙক্লে। লোইদাম থাচা বাকচিং থাই থানিংল মপু লেপ্রিংউগী য়িমুঙরাই মপুক সেপ্রিংউদ খোংত লাইরেন পাখংবগী শমু মাংদা থানা থিংকু লাইয়ি পিচাসু বাইথুংলরবগী মৈতিংঙ পাখংবনা পাও হংখিএ। থিংকু নহাকপু থৌরম করিগী পাকপনো: হায়বগা থিংকুনা পাওথুমখিএ।

নদাইরেম ঐদি, মশেম মুমিংকী মপারীনে কোলোই ইমিং খোন্দি য়ুমশকৈশা কৌএ। সজাই থুনথোং কররদা নোংদমবিগবনো। নদাইরেম নপারীবু ওইমা চিঙ নথৌজান অরেপ্পনা মিংলেন খাইকববু ললকুপিরো হায়না পুনেম খোনগী মপুরেম্মা নাকোং মুঙাসিং থোংলেন অনিমক্তা মিলেন ১৬ মকপু ওম্মা ওম্মা কামশিনবিরগা হিকোক চুত্তানবগী মুত্তা রেংতা নৌববু সারোঙক্লে। কোলোই মমিং থোনবীখিএ।

"হেঁঃ মুমিং য়ুমশকৈস নংদি মুমিং চয়োনতরেংমকি মথাইরেমে হায়বগী নোংয়াই কৌএ। শমু নহকচাংবু মচু মুংব লৈসএ। অহ

— ৩ —

নোংগীবু নোংয়াই খুমনাও মিংথোলখিগ্র। চৈয় নফি সেংভি, হিংকোক ফিসাং সেংও জাওজিং হৈক্রু সিংলেন সংকুপলৈবু লৈচেন্নংথাঃ নোংলেন খানপাংবা য়োমদা শমু মাইবোলগুঃ। তাওবিয়োই লাইবু কসা নমোং হুমব, ওটরুও। হায়না নোংদম্বিরবগী লুমিং যুসশকৈ সদী খুমন সলাইগী খোইরিব, চংথয়ক্লে হায়দবরা। শেম্মাহনবা কৌএ।

য়ুমনোংগী মপাগীদি খাংমু খুমা নোং লেনবা কৌএ। তাইতং লেপ্লে, য়াইচনবগুং মনখুম্বিগা সল্লাই তরেং-মক অসিনে লৈচিক ওানবা চমু চিনকুরেন পাইমা লিনকোইগী মপাগী নোংতমলেন অখুবব, নৌনাওরক্লে। লৈথমলেন চমু য়াইগুরেম্বীনা মপারী নোংতমলেন অহনবব, নৌনাওরক্লে। লৈতং খুমুক চমু চিংমু লৈমনা কুরুমলেন মৈনাইদবব, নৌনাওরক্লে হায়দবরা। লৈচিকলেন চমু হাগুরেম্বীনা কুরুমলেন মৈনাইবা ফুইনাইরকপগী মথৈধ, নোংয়াই খুমন লেনগী সল্লাই য়ুমতারকপমে হায়দবরা। য়ুথকী মথৈ পুং ৮ য়াখং পুং তানদদি খমল্লা চংলে।

খুমল্লা পুরমপা থোদি নোংয়াই মতুং পুং অহুম য়ুথক তাননা খুমননা চংলে, পেরুক-চুংচেং পেমু তাইবা উসোই ইরাং চুমিং লেংতাই লৈকা নোংকা তাম্নবা, নোংসিং লৈচিন লেংতাঈ থাবেংতাঈ। মৈঃ ঈশিং লেংতাই। সারেং তারেন তাই। উচেকয়াবা লেংতাই। তিন কাং লেংতাই। মীলেং মাইরেং তাই। ইমুও সোই য়াইমা নোংয়াই সোঈবাতা য়াতাবা পূাকুন ফুনতিন লকা ককলুতাই পেমু তাই অসিনে।

৪—খুমন ইয়েক সল্লাইগী ইরাং থৌনি পোংচং।

১—মায়ওন মথা।
২—মাইকৈ লাই থানা চাউবা।
৩—লাইকম চুংপাংউঃ—পুন্নেন।
৪—ঈঃ মিংথৈ - কও - কও —।
৫—লাইসিং—চাউথোং থৈবোং।
৬— মৈহৌরোল—মৈথাং - ৭।
৭— লাই থাও তোনককপা।
৮— লৈমারেল—তোম্বাংমু।

—০—

৩২—মিংথৌরেল—ভিল ঈরেল লাংগুন লৈভকপা ॥ঃ
৩৩—লাঈ' মুরা—য়াইরৈবা ।

মতাং ৬ ভুরকপদা !

চেংলৈ-সরাং লৈসাংথেম ঈয়েক সন্নাঈগী ।

৫—চেপুঙলেন সিদবা ভাওখিরোই লাইনা পোকপা অভিকোন্না য়েনবা য়াইলৈমনা পোকপা অসংবনা য়েনবা, লাংকপশিনা পোকপা চাওরা মপান থবানা য়েনবা খোইমুনা পোকপা চকপমরিংবনা য়েনবা, লৈথরলৈন চমুন। পোকপা ভুমরিংবনা য়েনবা, শিরিলৈমনা পোকপা মুংমরিংবনা য়েনবনা থুম-থুম নিংথৌ পোকএ, চেংলৈ, সরাং লৈসাংথেমগী লাই ইপুথৌ ভরেৎ মকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হায়ে।

মালেম ভায়বঙ পান্দবগী মপু খোইমুম লাইথিং থৌগী য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম ভমপাক লৈরেল হনবা লৈমরল সিদবীবু সিঙলেল কৈয়াম ছুম্না চেংচৌ ফাফাশনা খোইমুম লল্লসানবা ভায়বঙ থরাঈ য়োইয়োরুবা লফুবি লৈমা চমুনা হামেঃ কোন্নে লমলেক সাংগা মুংভো য়ুমথংবগা ২ পোকএ চেংলৈদি অপোকপা পন্থোনে। ফাইরেন-থা ২৬ নি পানবা য়ুমশকৈস মুমিংকো অয়ুকতা পোকখিবনে। হুরি মিংলেন সিদবা চেংলৈ, সরাং লৈসাং থেমদি সগোলসেন মুমিত্তা পোকখিবনে।

চিংগুবা লাইদি, অসীব মামহিনে ফিসেৎ লৈভেংদি সংবান্নব ফিকে ফিকে মৈরিকনে খাদি লাংবন থাদনে। লফুবি চমুনা হামেং মকোক মানবা লাঈকোন্নে, চেংলৈ সরাং লৈসাং থেম পোকএ, হায়িবদি হামেং অমেংবা খোঙ্গোক মুঙসিনা অথোংপা

—০—

ৱাঙানবা অসেংবনা নোনা সন্নবদগী চেংলৈ পোকএ হান্নবন্নানি।

পাথংবনা ঈকোপ্তা লৈরিবৈদা মখা লেমলৈ খোঙ্বানা মপা নোংমাইজিং থাক নিংথৌ কৌনা লুম্বক নবীদা চেংলৈ সরাং লৈসাংথেম পোকএ,। সনা সেকপিন মতেংন্দগী নৌ-নৌবদী তেহিং মনিকহা কৌএ। সনা ফম্বান্দা কমএন মতিক ময়াই মঙাল্না তিন্নবা লাইয়িংথৌ স্রিদবা মহাক্না লিক্লা পুনগী মন্নুঙদা হুমচিনখিএ, চিংঙ্ পাঙ্গলবগা তিন্নবে অমত্তা ওইরে। অমনা ফিরেনলে-অমননা চাক। য়েনলে, লিক্লা পুনগুম্বা মনুঙদা হুনজিন-খিএ। অঙ্গদা কুন্নে। লিক্লা পুন কোবসি সাজিক্রে। সাজিক্রি লাইনে, য়েন্নৌ তিথাবনে। তিথাবাদা তিননে হুংঙৌ য়ুমথংবা সাংনলে, হুংঙৌ য়ুমথংবা পোকলে, চেংলৈ কৌএ। চেংলৈবু অপালবা পাথংবা মানলি হায়দুনা সারাং লৈসাংথেম কৌই। চেংলৈবু মমিং হোংসং চৌবুংলেন লৈমানবা কৌদুনা তাংডাপাং কংফান্দা পানখি।

হুমিং মরৌ কোনা সিংথারকপা য়াংগোঙ্গী য়াইসা সগোল অঙাৱবু সাক্রেগ লক্লবগা পোইবা লাংবন থাগী নিলতুং অনি পানস্বী য়োই ময়াইনা হুমিং মমঙ্গী লৈরকপবগী পুং চা তেংকোং মঙা ওরকপবদা নোংদা লাইরেন পাথংবগী শমু মাংদা থানা ৱাইথুংলরে হায়দবরা; পাথওবনা ৱাহনখিএ। হে: সগোল য়াইস নংদি থোরম কারগী লাকপনে: হংবগী সগোলনা পাওং খুমখিএ। নদাইরেম ঐদি মরৌ য়ুমিংকী মপারীনে, কোলোঙ্গী ইমিঙ থোংদি: কেরৌ হুমিং সগোলসেন কোএ সম্রাট খুনথোং কদাই-দবু তমবিগদবনো: নদাইরেম ঐবু চিংঙ্ নেহ্রম মথোঙ্গানই

—০—

নারক্ত পানসা সারেম মিংনাইবা তিসিং অমবু সারোরক্লে ; হৌজিক মতম অসিদা সাকৈ করম্বগী ঊরেপ চারা ওইহনবিগদো: হায়না পাওকং খোনগী পাখংবনা নাপা মুওসিং খোংলেন অনি মক্তা মিংলেন হন্নি মৈরা সিনববু কামশিনবিরবগা কুচু সংবান নবগী নমু পোংলক লেমবু সারোরক্লে হায়দবরা।

চেংলৈ, লংবা সরাং লৈসাংথেম ওইগদবা নংদি হুমিং সগোলসেনবু শমু নখুনেংপু ওইনখো: থাচা লাংবন থাদি নারল মুম ওইনৌও: । হন্নাঈ সিংয়েল তাওচিং শায়ালোল হৈচ্রেখো: । মাইকৈ নোংপোক রোলও: নোংপোক মাল্ং হম্মোইববু কসা ননোং থোবু ওইরুও: । অশুম ললকুবিরে হয়েদবরা।

কোরৌ হুমিং সগোলসেন্দি চেংলৈ লংবা সরাংথেমগী সন্নাঈ খোঈরা নাওকম মপুথাংনা চংথানা চংথররুবনে, হায়দবরা, সম্নিরেনবা কোএ। সয়ী লাংবনা মপারী কোংয়িববু নৌনাওরমএ। কাইপা কোএ। তাঈ মরীববু ফুইনরক্লে, হায়দবরা। ক কোএ নংকা রেংকা নোংতম সাংসুং খাকপা অতোনবসুং সানৌ মচিন মনাও অহুমমকপু নৌনাওরক্লে, হায়দবরা, সন্নাঈ ভরেংমক অসিদি পলেম পৌনাইদবগী লংবা সরাংথেমগুং মশাবী কাইবা লৈসাংথেনগা সানৌ মচিন মনাও অনি ওইনা সন্নাই থুনথোং লিংলকলবনে, হাদবরা।

চেংলৈ-সরাং লৈসাং থেন্না পুরকপা থোদি, নোং তান্না মতুং পুং অহুম য়ুথক তান্না চংলে, আয়াংলম থোকপা হুইরম চেলপা সাতানবা, ঊচেক তানবা সাগী থৌ সাগোল থৌঈ, নোংসিংনে হুমিং, থানে, থান্নানপিচাবনে, মৈ: ঈশিং লৈচিন

# ঈয়েক্-সন্নাঈ

—০—

লমতন-সম সাঙাঈসেন অসি:ন।

নোংয়াঈ মচুং মুথক ভানবদি পুং নিপালদি চেংলৈ চৎলে।

৫—চেংলৈ সরাং লৈসাংথেম ঈয়েক সন্নাইগী ইরাংথৌদি পোংচং

১—কোয়ৌ নোংজা চয়োন—মরৌ মগোলসেন।

২—তুমিং চয়োন মিংথে—থোমথোক নানৌবা।

৩—লাইরেক লাইচু—অসংবা অন্নাউবা।

৪—কীরোই কীচু—উরেং মচু অথকপা।

৫—মাইওন—নোংচুপ।

৬—মাইকৈ লাঈ—নোংচুপ অন্নীবা।

৭—লাইকম মুংপাংউ:—ভাকন-থা।

৮—ঈরম-ঈপু-লাই—ঈসং লাবা।

৯—ঈমিংথৈ—হে: হে। কে: কে।

১০—লাইকসা——মালং কম ওইবা।

১১—লাই ঈপুথৌ—মুংনাবিংবা।

১২—অপোকলোল যুমদাবা মুংচৌযুম থংবা।

১৩—থরাইপিচাক—লিক থা সাফাবা।

১৪নাহায়রোল—নাপী সিংবা ভাইরেল।

১৫—লৈরাংলোল—লৈসং লৈথাম।

১৬—ভাউজিংলোল—সোলোম।

১৭—লাঈ লা:—লয়াই লা:।

১৮—লাইসিং—নোংলৈসং।

১৯—মৈহৌরোল—মৈথাং ৫-রক।

২০—লাঈ—থাং—থুমথোং থাং।

—০—

২১—লৈমারেল "লৈক্‌বীনী, মাদি" লৈরা্মমু ॥
২২—নাউয়েইবী লৈমা—ছুইমু লৈমা।
২৩—লৈমা মকোম ছায়েং
২৪—চাং, মপুদগী থোকপা সথাঈ—লৈয়েংদগী।
২৫—লৌনখিবাসথাই—উল।
২৬—থাজ মাকমে—ফাইরেল ৬ নি পানবা'
২৭—মুনিং পুং মতম—য়ুমশকৈস মুমিদাং য়ুথক।
২৮—অতিললোল পোকলেন—অতিংকোক সিদবা।
২৯—তীললোল লৈমারেল—তাউবিরোই লাঈ সিদবী।
৩০—স্নাচীংমগুং ৯—থোঙ-সঙ।
৩১—নীঙনপুঙ—কংলা নোংলৈয়াঙ।
২—মিংথৈবেল। তীলসংলেন-ঈসিংচি।
৩৩—লাই মুরা—হীকুবী।

মতাং ৭ গুরকপা।

— থাবা ঈয়েক সন্নাইগী

তাওবিরেই লাইনা পোকপা অকোক্লা য়েনবা মংরাইবিনা পোকপা তাওমরিংবনা য়েনবা, মহোমমুনা পোকপা লৈসাতাওনা য়েনবা হায়ঙ লৈমনা পোকপা কোস্তৌনা য়েনবা লৈপিরেল চমুনা পোকপা তরং খোইমুচানা য়েনবা তাওরিনথা পোকয়ে, লৈথমলেম চমুনা পোকপা চৌবেম্না য়েনবা থাবা লৈরেল পোকয়ে, থাবা সন্নাইগী লাই ইপুথৌ তরেৎমকপ্‌ পুনেমজরী কুবিয়ু হাউং হয়েং।

ঙানবা ঈয়েক সন্নাইগী তাবিরোইনা পোকপা অতিংকোক্লা য়েনবা ভুংরাইবিনা পোকপা পামরিংবনা য়েনবা মরৈমুনা পোকপা লৈথোমতাওনা য়েনবা পিসিন্নুনা পোকপা তুমাঙানবনা য়েনবা লৈচিক নিংথৌ চমুনা পোকপা কুরুমলেন মৈনাইবনা য়েনবা

—০—

ভানবা লৈচিক চিকলিবনে, ভানবা সল্লাইগী লাই ঈপুথৌ তারং মকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হয়েং।

থাব-ভানবা ঈয়েক সল্লাইগী তপোবপদী সনা-কোল চিল্লাংবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চাংঙু তায়বঙ থায়িবা খোয়ুম খোমসিরেল সন্থোং মপুরেলবগা খেরেলোংবম চন্নুগা অনিনা কৈ কোল্লে খমচিং কোন পোকএ কলেন থাগি ১৫ নি পানবা নোংমাইজিং মুমিংকি অগক য়ুথকতা পোকখিবনে, থাব ভানবগী অপোকপা পম্বোনে। তৌপুভলেনসিদবা থাব-ভানবদি ইরাই মুমিত্তা পোকখিবনে চিংভুবা লাইদি নোংপোক অচিবা অপানবনে ফিসেৎ লৈতেংদি, ফিকে হিঙোননে, থাদি কালেন থাদনে। পাথংবনা খমপুৎ সোইদা লৈরিভৈদা মমা লৈসং খোম্বীনা মপা সংগাল্লসেন থাক নিংথৌ কোনা তোকপা পুভ-থাব লৌসেন-ক্রমথা,-পুরাং হনবগি মনোম খেরেলোংবম চন্নুনা কৈ মকোক পানবা লাই কোভে, খমচিককোন পোকএ, হায়বদি পুকৈ চাউনা অরাং অপা লৈতবা লাইরেম্নুনা কৈগুম কিহন্দুনা ময়াঈ কানা সাল্লবদগী থাব-ভানবা পোকই হায়বনী। থাব ভানবদি খেমশাবা কংভিলোং কৌড়না লৈতাংলেন্দা পানখিএ। ৬-মকাপ কোবা মুমিংনা মপারী ইরাও-ওঃ কোএ, ইরাইদি কামবা কৈনিংথৌবু ওইনা থাদি কলেন থাগী মাকমৈ মাপননি পানবা য়োইময়াঙ্গ লাইরেন ভেতনবনা মুমিং ময়ুম চংলমদাইগী পুংচা তেংকোং অহুম লৈরিভৈদ রাইপুলেরবগী নোংদ লাইরেন পাথংবনা পাওহংখিএ। হেঃ কামবা কৈনিংথৌ নংদি খৌরম করি লৈবগী ইনতাল লকপনোঃ হায়না পাওহংখিএ। কৈনিং-থৌনা পাওকংচথিএ, হেঃ য়িপুঙোঃ নোংদম নোংখাঈ পাথংবঙঃ

— ০ —

নদাইরেম ঐদি মকপ কৌব কোংবো মুমিং অহৌ মপারীনি কোলোই য়িমিং পোল্লা য়িরাঈ কৌএ।

সল্লাঈ থুনাথাং কবদ্দা নোংতমবিগনানং হায়না পুনেম খোনগী, কৈরন নাকোং মুচসিং থোংলেন অনিমক্তা হুম্রি-হৈয়া চিং মিংথৈলেনবু ওম্ন ওল্লা কামসিনবিরগী কৈরেন মশক মাংলা-হিংজোন চুত্তানবী নমু পোংসক লেনবু সারোল্লক্লে। হেং য়িরাঈ মুমিং নংদি মৈমু অোমাশাল অঙাংববু চিলও:। ফিকে হিংজোন মানবা চৈব ফৌসাং সেংও:। লংলা অঙাংবগী লেংলোঈ খোইথাংনও: হৈপাং লনাপোনবী তাওচিং হাৱাইমুং নাইবগা য়েনচেলনখো:, সিংলেন চহুইব লৈলচেলনখো:, কোরৌ মুমিং য়িরাইদি শমু নগ্নেং ওইনখো:, চিংখৈ য়াইফু নিংথৌবু কসা ননোংথৌবু ওইরুও:।

শামপা মৈরিংথৌ মৈপুম হাইচৌ থানপা খোইয়ুম লাইগী খৌরম খৈবিক্তা থাওমৈ নৈর থানবনা চিংবা নোংজান নোংসোই বা চিংখৈ লৈনা হুনলকপা খৈবিক্তা থাঙানবা নংনা নোংতমও: হেলান সোক থোংগী শমু থোংসানলক্রবদা, থাব-ঙানবা মখৈবু মায়োক থাকংনরকপাদি যাইফা মথোইতোংনা পানক্রবা ওইসনো:। অশুম্না ললফুবিরমএ। হায়দবরা।

যিরাঈ মিংনা থাবা ঙানবগী সল্লাঈ খোইরী নাওফম থাংনা চৎ-থরক্লে হায়দবরা। থারিববু নৌনাওরক্লে য়িরি থাবা—ও: কৌএ। লাইরা ঙানবনা লাইয়ৌ থুববু নৌনাওরক্লে, হায়দবরা থানথং য়িয়াইববু ফুইনরক্লে থানিংলিবা কৌএ। সল্লাঈ তরেং মক অসিদি পাংলেম পিনাইদবা তরেং অসিবু ঙাইরৈনরক্লবগা পাংলম মমা লৈপিরেন চহুনা মপারী তৌরেন থাববু নৌনাওরক্লে,

—0—

লৈথমলেন চমুপাঈমা উনকোঈ ন্‌ংগী তাওরেন থুবা মহাকথক্তি থাবা ঙানবগী সম্লাঈ খুনথোং শিং-ক্লবনে হায়দবরা।

থাবা ঙানবনা পুরকপা থোঁদি, য়াচং পুদগী পুং অহুম য়ুথক তাম্না থাবা ঙানবনা চৎলে, সারোন নোংলোন সচিক্‌ লৈখুন ফুন কোংবা লৈথোং-কাৎ কংলা লাইথোং কাৎ মী-থা কারক মুমিৎ কোইরেনতোং নোংখাইরি, য়াহৌ থমহৌ আঙান আসা লিংথি মুঙাঈ মিৎলঃ মাইলং মচু মমেন অঙাং আঙৌ-আসং অমুন হিকোক লোয়াপ সনা লুপা কোরি পিথ্রাই কোনঙৌ মিসী সেনকোঈ য়াইকোন অসি খৈপিক্না চুসিন্নরিএ। য়াচং বগি মখৈ য়ুথক তানগদি থাবা ঙানবনা চৎলে।

৬— থাব ঙানবা ঈয়েক সম্লাইগী ইরাং থোনি পোৎচং —

১—কোরৌ নোংজা চয়োন — মকাপু য়িয়াঈ —।

২—মুমিৎ চয়োন মিংখৈ — য়োইপরেং —।

৩—লাইয়েক্‌ লাইচু — হিঙোল মচু —।

৪—ফীরোই ফচু — নিংসেল ঈশিং মচু —।

৫— মাইওন — চীংখৈ -

৬— মাইওন লাই — চীখৈ য়াইফ্‌ —।

৭—লাঈকম মুংপাংউ—লৈতাঙ।

—ইরম ইপু লাই—ই খেং মানবা।

৯—য়ি মিংখৈ—ভেং কোয়ে।

১০—লাই কসা—মরীচীংদা পালবা লাইয়িংথৌ।

১১—লাই ঈপু থৌ—তাউরিল খা খনচিংকোল।

১ —অপোকলোল য়ুমদাবা—ঙানবা লৈচিক চিকলিবা।

১৩—থরাইপিচাক মিংখৈ থাবা লাইতাং।

— 0 —

১৪ নাহায়রোল— নাপু, নাসেল ভহৈারল

১৫ লৈরাংলোন—চহুই

১৬ তাউজিংলোল—হৈসাং, হৈপুঙ

১৭ লাউলাঃ—লাহৌলা

১৮ লাঈশিং—হেনৌ, চীং য়েনশিন

১৯ মৈহৌরোল—লৈখাম, বাঃমৈ

২০ লাঈথাং—লাঈথাং চীনাইবা

২১ লৈমরেল—থেরে লোংবা চন্নু

২২ নাউরোইবী—লৈমা পুরোই লেমহুস্থু॥

২৩ লৈমা সাকোল—কৈচিং মারাবা

২৪ চীঙ, মপুদগী থোকপা সথাঈ —থম্মোইদগী॥

২৫ লৌনখিবা সথাঈ—সীংথা তোঙা।

২৬ থাজ মাকথৈ—কাপ্লেন ১০নি পানবা॥

২৭ মুমিৎ পুং মতম—নোংমাইজিং নোংঙাল্লকপা।

২৮ অতিল্লোন পোকলেন—পোক লেন অতিংকোক সিদবা।

২৯ তিলংলাল লৈমাঃরল— তাউবিরোই নাইসিদবী॥

৩০ স্নাচিং মঙুং ৯—কৈম্নুং সঙ॥

৩১ নীঙনপুঙ—কংলা নোংলৈয়্নাঙ

৩২ মিংথৈরেল—তিলসংলেন লৈহিংচি॥

৩৩ লাঈ মুরা—ম্নাঈকুবী॥

## ৮শুবা মতাং

## ৭ মোইরাং ঈয়েক সল্লাইগী

তাওবিরোইশাইনা পোকপা অতিংকোক্লা য়েনবা লৈন্নুঙ হীপোকপীনা পোকপা তুমাহাবনা য়েনবা, চিংন্নু লৈমনা পোকপা নুমুনা য়েনবা, লৈফুরেপ্স চন্নুনা পোকপা, কুক্কমলেন মৈনাইবনা য়েনবা, লৈন্নুঙ মু চাথা চন্নু ঙাংসবিনা পোকপা মু চেংনা য়েনবা ঙাংনিংসিং পোকএ মোইরাং সল্লাইগী লাঈ ইপুথৌ তংরেৎমকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হাজেং।

কোন চিল্লাংবা ম্নোয়বু খোইমোম লাইরেম্মা কজেং নোংথাংলৈমা থাঙলেল কাইকুপ চেনবিবু কৈরোঈ ললসানবা বাংবন পাওকানবা লাইরিংথোগা চিংন্নু লৈমগনা সংচিক কোল্লে ঙাংহুন থোক্লা ঙাংনিং-

— ০ —

সিংগা অনি পোকএ। ঙাংব্রেন চৌংদা কাইদোংবা ঙাংহকুপক', থাঙচৌং চৌংদা কাইদোংবা থকলেনচি কোয়রেল লৈমগা অনিনা মোইরাং পোকএ। ঙাংব্রেন চৌং থাঙচৌং চৌং অনিমক্তি মেইরাং পেকপা পলেম পল্হোনে লমতা থা ১২ নি পানবা থাংজ্ঞ হুমিচো পোকখিবনে। চৌংঙবা লাইদি থাংজিংনে ফিসং লৈতেংদ মুনা লাংএনে, থাদি লমতা থাদনে। চিংনু লৈমনা সচক কোল্লে মোইরাং পোনই হাংবাদ হকসাং সচিক মুংসিনা সান্নবদা সা অনি হুঙবী হুঙওন্নন সাচিক মসা অনিমক চিক্লা সান্নবদগী মোইরাং পোক্কে হায়বা ঙান। খোইদোদগী হোৗরোক,, উরোক উস', পোকএ। মোইরাংদি মমিং মপুরোম্বা লোং অরাংবা সিদবা কোংনা থাংহ ভাঙোই হারম পাত্তা পানখি। পাখংবনা লাইরেল কোমদা লৈরইঙবা মমা সংখথীনা মপা থাংজ্ঞ থাংচৌং চৌংগী থকলেনচৌ কোনা অতাং সন্নুদা পোকখানে॥

৭ মসিং কোবা থুমিংনা কোয়ো হুমিং থাংচবু নেংনা ঙরক্লে, থাংলেন য়াঙ্গ ওইববু লোইনা সাওল্লক্লে হায়দবরা। থাপী লমতা থাগী থাচা হুন্নি পানবদা য়ুচেংনরবগী পুংচা থেলেন মতা ফবদা মালং চোইথৈয়ননা ল থরক্লবগ', নোংদা লাইরেল পাখংবগী সমু মাংদা থানা তারক্লবগী পাখংবনা সমু খুংনা পাযনা পাঙহখিএ।

থাংলেন যাই ওইবনা পাওশুমখিএ। কেঃ য়িপুংঙঃ তাওঃ। নতাইরেম ঐদি থাংচৌং লাইমকগী মনোং য়াইনে, মসিং মমিংকী মপারানে। সল্লাই থুম্হোং কয়ম্বদা উরেপ চারা ওইনা নোংতমাবগবনোঃ হায়না খুরুমজরবদা, পুনেমখোনগী পাখংবনা লাইমিং সিদবা কয়ি-হেয়া সোন্না সোন্না নকোং হুঙসিং থোংলেন অনিমক্তা সোন্না থালেন সিংনা লানলবগা

কেঃ কেঃ খোংনা ঙংলক্লে নমু পোংসক ওইনা মরাং-মরাং চোংথোকলক্লে হায়দবরা। হেঃ থাংচা হুমিং নংদি য়াম্বা মখোঙ্গেনবু কেঃ কেঃ খোংলকএ। সমু নহকসাংবু মরাং-মরাং থোক্লকএ। সল্লাই নমিং থোংবু কেঃ কেঃ মোইরাংওঃ কোওঃ।

কোয়ো হুমিং থাংচাদি সমু নখুনেং ওইনোওঃ। থাপী লমতা থাদি নারল য়ুম ওইনোওঃ। সমতারৈ শমচিন চিলও, লেংখাং অরাংবগী পাকলৈ ঙাইচা য়েংওঃ লংলা অরাংববু লেংল্লোঙ্গ খোইথাংনওঃ

— θ ·—

চৈর থিচু অহুম লা বনা মাংলম তেক্ষা তুংসেং নাইম য়েপঙ্। যেলাং চাকমী হয়াইবু হৈতুপ নিংপাকপী সিংলেন-নংথৌবু লৌবং লৈতেম্নখো: মচিন ময়া সাবা খৈবিক্কী নোংডমথিরুঙ্ কে: কে: মোইরাং ওষ্টবা নংনা সমু খুৎনা সোকপিরবদি থাংলেন অথৌ হৈন্না য়াইফ-সনো: সন্নাই খৈবিক্কী খুহ ঙাইরৈমবশিংবু চিনকোই য়াথং চিক সমু খুৎনা নন্না য়াথ· বাসকনক্কনে:।

লাংযেপ মথুৎথাদা মতোম লাংথুচবগী লৈরাং মন্নং মানকুন্না থবাই লাংথু য়োম্লগনি, সাকৈ সন্নাঙ্গী ভরেৎমক্কী খোইযুম নিংলফমস্তুং লোইরেন থুনাপবোক ময়াই-থেংক্রুমচিংগী কংলা নোংলৈযাংবু হেনথোকলুনো:। অরাং নোংলৈপাক্কপু রাভান ভানফ লুইঙনে হায়না লনকুবিরক্কগা কে: কে: মোইরং লোনগী সন্নাঙ্গী খোইরি নাওফম থাংলক্লে, হায়দবরা।

কে: কে: লেমপীদি থবাই পুন্নমক্কী পলেম মমা লেন্নে, মপারি মরাংববু নোনাওরক্লে মপারি মরাংবাদ মাসং হুংসিং লেন্নে, থবাঙ্গী পুন্নমক্কা লেচ, হার। ওইরএ, মরা বগী মপারি দ, চেপ্পা ভানবা কৌএ। মহিরেনস্লু: অড্ডাংব দৌএ।

মপারি হুংভানলেনবু নোনাওরক্লে, তুমারিংবম্ব ভাইভেবা কৌএ ভাংতা হিপ্প. ফুহনরুকলবগী লেন্নুঙ য়োইচাখা চম্বু পলেম মমা ভাং-সাপীনা মপারী ভাংনিংসিংনা নোনাওরক্লে, মহৎকথক্কী মথৈবু কে: কে: মোইরাংগী সন্নাঙ্গী খুম্নোং লিংলক্লবনে, হায়দবরা, মুমিৎ চয়োল ৭ মক্তগী সাকৈ সন্নাই ভরেৎমকপু মতৌ অস্থুম তোনা চৎথরকপনে হায়দবরা॥

মোইরাংনা পুরকপা থৌদি, মুমিৎ য়ুংবা মতুং. পুং অহুম য়ুথক য়ুথক তান্না মোইরাংনা চৎলে, য়ুপুরাৎ থেরাৎ ফকথোম মাইথোংলাৎ কসালাৎ মুমিৎলাৎ, তোংলেংলাৎ, কুরেং হায়খোংলাৎ, লৈসাপুং, কোই-তোংলাৎ, হিরি লংস্তুংলাৎ কোর্ণচিঙ মাইয়োকলাৎ, লৈকোই থাবসা থুনতিম লানদিন হিরি থোংসাং লৈরি থোংলি লকয়েন কিসি তাইরিবা অসি খৈবিক্লে॥ য়ুথক্কী মথৈ পুং নিপালদগী মোইরাংনা চৎলে॥

— 0 —

৭ মোইরাং ঈয়েক সন্নাইগী থৌনি পোৎচং।

১ কোরৌ নোংজা চয়োন—
মুমিৎ থাংচা॥

২ মুমিৎ চয়োন মিংথৈ—পরেং
লৈসংবা॥

৩ লাইয়েক লাইচু—অরাংবা॥
কীরোই কীচু—মুঙাংনবা॥

৫ মাইওন—সনথোং॥

৬ মাইকৈ লাই—থাংচিং লাঈ॥
লাইকম মুংপাৎউ:—লোক্তাক॥

৮ ঈরম ঈপু লাঈ—য়িপুঙলাবা॥

৯ য়ি মিংথৈ—লেং কৌএ॥

১০ লাঈ কসা—সনথোং লাই-
য়িংথৌ॥

১১ লাঈ ঈপুথৌ—য়ুচেং॥

১২ অপোকলোন—য়ুমদাবা ঙাং-
নিংসিং॥

১৩ থবাইপিচাক—চিংচরোইবী

১৪ নাহায়রোল লৌত্রাই তান-
ত্রৈ লৌহিং তাইরেল।

১৫ লৈরাংলোল লংথৈ, য়েক্রম
লৈ।

১৬ তাউজিংলোল—হৈতুপ, কং-
গ্রৌ॥

১৭ লাঈলা:—থাংপ-লা:

১৮ লাঈসিং—কুহি

১৯ মৈহৌরোল—মৈথাং ৩ লক॥

২০ লাঈথাং—য়েনপা তোক সাবা
য়াইথাং

২১ লৈমারেল—চীংনু লৈমা॥

২২ নাউরোইবী লৈমরেল—লৈনুং
ঙাংসাবী।

২৩ লৈমা সাকোশ—সজী।

২৪ চীঙু মপুদগী থোকপা সখাই
মুংশিং থোংদগী।

২৬ লৌনখিবা সখাঈ—সিংলি।

২৫ থাজ মাকমৈ—লমতাই ৩নি
পানবা।

২৭ মুমিৎ পুং মতম—থাজ মুমিদাং
য়ুথক্তা।

২৮ অতিললোল পোকলেল—
অতিংকোক সিদবা।

২৯ তিললোল লেমরেল—তাউ-
বিরোইনাই সিদবী॥

৩০ সনাচিং মসুং ৯—মোংবা
সঙ।

৩১ নীং পুঙ—কংলা নোংলৈয়াঙ।

৩২ মিংথৈরেল—তিন্নাংলেন য়াই
চিংবা।

৩৩ লাঈনুরা—লাঈস্না॥

— 0 —

৯ শুবা মতাং

## ৮ হৌরোক সন্নাঈগী ইরাৎ থৌনিগী পোৎচং

১ কোরৌ নোংজা চয়োন—লমপু "অবাং" থাংজ ॥
২ নুমিৎ চয়োন মিংথৈ—পরেং লৈসংবা ॥
৩ লাইয়েক লাইচু—পীথ্রাই মচু
৪ ফীরোঈ ফচু—কোগ্বীর মচু
৫ মাইওন—মৈরম ॥
৬ মাইকৈ লাঈ—বাপুরেল লাঈ
৭ লাঈফম মুংপাং উঃ—শুগনু চবায়তা ঈরেল।
৮ ঈরম ঈপু লাঈ—ঈ বাউবা
৯ মিংথৈ—অংচি ॥
১০ লাঈ কসা—লারিবেল কোংচিবা ॥
১১ লাঈ ঈপুথৌ—বাল অঙৌবা
১২ অপোকলোল য়ুমদাবা—মুবা খাংচেং ॥
১৩ থবাই পিচাক—হাজ কারেং
১৪ নবায়রোল—নাথাই নাতাং তাইরেল।
১৫ লৈবাংলোল—য়েকম লৈ ॥
১৬ তাউজি লোল—হৈবুং ॥
১৭ লাঈলা—লক হৈলা:
১৮ লাঈসিং—বোরোঈ ॥
১৯ মৈহৌরোল—মৈথাং ২ ৭ ৮।
২০ লাঈথাং—তোল কোল
২১ লৈমরেল—হুইমু লৈমা।
২২ নাউরোইবী লৈমা—লা
২৩ লৈমা সাংকোল—নোংবে
২৪ চৌঙ্ মপুদগী থোকপা সং লু তোংদগী
২৫ লৌনখিবা সথাই—লুমং
২৬ থাজ মাকমৈ—থবান ং পান
২৭ নুমিৎ পুং মতম—ল মা নুমিদাং য়ুথ
২৮ অতিল্লোল পোকংেল—অতিংকোক সন
২৯ তিল্লোল লৈমরেল—ত বিরোইনাই সি
৩০ স্নাচীং মমুং ৯—লাই স
৩১ নীং নপুঙ—কংলা নো
৩২ মিংথৈরেল—তিলবাং কেৎ বেগা।
৩৩ লাঈ মুরা—লৈনুঙ ফীরিব ॥

— 0 —

## ১০ সুবা মতাং

# ৯ উরোক উসা ঈয়েক সল্লাঈগী ইরাৎ থৌনি পোৎচৎ

১ কোরৌ নোংজা চয়োন—তুপু "নহাল" জাংজ ॥

২ খুমিং চয়োন মিংথৈ—পরেং লৈসংবা।

৩ লাইযেক লাইচু—কোরী মচু।

৪ ফীরোই ফীচু—কুশুম-লৈ।

৫ মাইওন—লেথক ॥

৬ মাঈকৈ লাঈ—খাঙারেল ॥

৭ লাঈফম নংপাংউঃ — লাং-গাল য়াইরোক।

৮ ঈরম ঈপু লাঈ—ঈঙাংলাবা ॥

৯ ঈমিংথৈ—লীকলেং ॥

১০ লাঈ কসা—অতীঙা সিদবা।

১১ লাঈ ঈপুথৌ—খোঈনাই খুনতাবা ॥

১২ অপোকলোল য়ুমদাবা—কেক কৈ।

১৩ থরাই শিচাক—উপোঙ-ঙা।

১৪ নহায়রোল—থিনাং থাংতঙ তাইরেল ॥

১৫ লৈরাংলোল—কাকলৈ ॥

১৬ তাউজিংলোল—কাংগ্রী

১৭ লাঈল :—কাকসা: ॥

১৮ লাঈসং—হৈবোং ॥

১৯ মৈহৌরোল মৈথং ৪ রক।

২০ লাইথাং কুফেৎ থাং।

২১ লৈমাবেল তুঙ রাইখ ॥

২২ লাউরোইবী লৈমা মাং রাইখ।

২৩ লৈমা সাকোল উরোক ॥

২৪ চীঙ্ মপুদগী থোকপা সথাই উল সাদগী।

২৫ লৌনখবা সথাই সম।

২৬ থাজ মাকমৈ লাংবন ও নি পানবা।

২৭ খুমিং পুং মতম থাংজ য়ু-মিদাং য়ুথক ॥

২৮ অতিংলোল পোকলেন অতিংকোক সিদবা।

২৯ তীল্লোল লৈমরেল তাউবি-রোইনাই সিদবী।

৩০ য়াচীং মস্থং ৯ যাংকোলচীং

৩১ নীঙ নপুঙ কংলা নোংলৈ-য়াং।

৩২ মিংথৈরেল তীল ঙোরেল।

৩৩ লাঈনুরা থীংগী ॥

— ০ —

# মাইকৈ অহুম্নক্তা লাইশিংনা চংপদি

১০ ঈযেক সল্লাঈ নিংথৌ পুম্নমক্তা অহিং মুংথিল চংপদি, য়াচং-বগী মখৈ যুথক তানবা পুং দ খাবা ঙানবনা চংলে। য়ুথক্কী মখৈ নোংযাই তানবা পুং মপন্দি লুরাংনা চংলে। নোংয়াই মতুং য়ুথক তানবা পুং নিপালদি চেংথৈ সারাং লৈসাংথেম্না চংলে। য়ুথক মতুং নোংঙানবা তানবা পুং নিপালদি গৌরোক সল্লাঈ উরোক উসা সল্লাঈ অনিনা চংলে॥ সাগৈ মরিমক অসনা অহিং চংলে।

১১ নোংঙানলবগী মখৈ যুথক তানবা পুং নিপালদদি মঙাংনা চংলে। য়ুথক্কী মখৈ পুং নিপালদগী মোইরাংনা চংলে। মমিৎ মুংবগী মখৈ পুং নিপাল তানবদি অঙোম্না চংলে। য়ুথক্কী মখৈ পুং নিপাল য়াচংবা পুং তানবদি খুমন্না চংলে।

১২ অহিং চংপা সাগৈ মরিমক্তা তাম্নোং ময়ুং কোএ। মুংথিল চংপা সাগৈ মরিমক্তি লেমথোং মফৈ কোএ। অসিদি চেংনা খঙউঃ।

লাইরিক অসিদি পোইরতোন মথুংফানে। মা চহি অহুম্না সিম্থরম্নে, মাচৈ ১০০না মতিক ওইদবনে। ইপা ইপু খঙববু লাইরিবা খঙবা কোএ। অমদি লাইরিক হৈবা কোএ। থকসি খাসি খঙদবা মীদি চীঙ্গোন্দা হোবা কত্তবা উঃ অমনা উকোন তুম্না মাংহনবগুম্না জাতিগী লমচং থোগনলোন খঙদবা মীদি য়ুম হিথোন অমদি সাগৈ মাংহনবতা নত্তনা মরৈপাক্ত পুম্নমকম্ মাংহনবা ঙমই। অসিবু খঙ-দ্রবদি য়োনগদবনে॥

১১শুবা মতাং

# সল্লাঈ হৌরকপা থরা

তাইবঙ পানবগী মপুনা লৈসেম্নঙদগী শেমলক্লবা সল্লাঈ তরেং কী অহৌবনে। হেঃ য়িপন য়িপুংঙা তাও অসিগী মথং হয়ি ঙক্তা অতিঙা সিদবা সমু মহাকস্যাংদগী মিরেন মরিবু চোং থোকলকই য়াদগী চোংথোক্লকপা মী ময়োন কৌবা অমা পাম্বোম অনি কৈবাক মরি অসিদগী চোংথোক্লকপা মীকৌবা অমা খুকউঃ অনিদগী চোংথোকপা মমি কৌবা অমা খুয়াদগী চোংথোকপা মহাক কৌবা অমা ভম্বা মী

— 0 —

ময়োন মরিমক অসিবু মীয়েন অতোঞা ওইরিবগী কম্বী য়ুম ওইনবা হুকসাং কোনচু মশিমকপু থাংচি লাই মরুবু ললকুবিহ.লে, খুয়াদগী চোংথোকললকপদা কোরী মচু পী.র খুকউদগীদা পিথ্রাই পানবোমগীদা লুপা য়াদগী থোরকপা অড়দা স্ম মচু পীরে কুচ অ স পীরবদা হুমলেন লাইরেম্মনা খোইজিদ খপহনলে। লাইজ য়িরৈমনা য়াকম কম্বী ওইহনলে। য়াইবী লৈমনা খোইদৌ মিহুন মাল মুঙসিংলৈমনা হুকসাং লৈচং মিহুন তরাতকুক লেংগক্লবদা, কাও.রল সলাইমবু পুক্লিং নাওয়োক নিপাল ওইহনলে। তম্বা সিন হৈবীগ লৌশি পাংকল মঙাবু ওইহনলে, লৌশিং নাওথোম মুঙদা তম্ব, খোমলেন লৈমবু মিৎয়েং নাওসুম্ব, খোমলেন তুমগনবা নোংঙান মিকপ থোকপবু নোংদমবিহনলে, খোমলেন উনকোই মুঙদা অতিঙা সিদবা মচাক্লা খোঞ্জেন য়াইমিরেন সিদববু ওইনা মী মযোন মরিমকতা খোইচেং পাংসোই নাইদন কম্মীরাবগী মী মযোন মরিমকপু সাকৈ সল্লাঈ খুম্বোং মরিমকপু লিংখৎলগে হায়বগী সাগৈ কোলোই মমিং থানলক্রে।

স্মা চুদানববু নোংপাল লুরাং লুপা চুদানবব কেকে মোইরাং খুমন, চেংলৈ, সরাং-লৈসাংথেম মমিং মরি থোনবী, পীথ্রাই চুদানববু হেৌরোক সাগৈ কোরি চুদানববু উংসা সাগৈ রেন হায়না থোনবীএ।

খুমন মোইরাং চেংলৈ সরং লৈসাংথেম লুরাং মঙামক্কী অহানবদা তেসিন হন্সিন্না লোৎলমএ হায়বগী তেসারোং হায়না কৌএ হায়তবরা। কে কে সাগৈদগী লমবু ভুপ্প, তরেৎ লাইকমনেম সোইদা লাইমৈকক লাইমৈসাং তিনমৈকক তিনমৈসাং থরে লোইয়েন তাক্ল ঙানবী খোইনিং ঙানবী সল্লাঈ মপান অসি পোক্লকপনে, অসিনা মাইকৈ মাপনগী লম মপু সাওনলক্কদবনে হায়দবরা।

স্মা চুদানবা অমাইবদি থাংতিল লংলা মাপল থাংওঃ লুপা চুদানবা লাম্মীদি থাংতিল লংলা তক্লক থাংওঃ পিথ্রাই চুদানবা লোনবদি থাং তিল লংলা অহুম থাংওঃ কোরি চুদানবা নংদি লংলা থাংতৈদববনে।

—০—

খুজিন খুম্না থৌকল লোইনে থাংতিল লংলা তরেৎ থাংবদি মোমত মোমনু মুক্তা মথৈনা খোইযুম লাইগী মসক ওইবা। তম্না মপুরোইবনু কাওদবগুম ঐবু কাওদবা ওইসন্না হায়না অতিম্না সিদবনা বাবেন-খিএ হায়দবরা। চকপা সল্লাঈ তরেৎ মক্তি হয়ি চকৌভদগী চক মারিংবা তাং মরিংহন্নুং তুমা হাবগা সল্লাঈ অহুম্নকুগী থায়থরকপা সল্লাঈ মসেন্নে।

হয়িচক হায়বগী সল্লাঈ কোনলোয় মমিং খোনবু পাখং যোইরেন ভোনপোকপা কৌএ। হয়া চক্তা তাংজ লিয়া পাখংবা কৌএ। খুং চক্তা সেন্দ্রেং লোলাং পাখংবা কৌএ। হয়ি লাংবা কোনচক্তা তুবি-য়োই নোংতম নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌনা লাংওনকবা লাই-য়িংথৌ নমিংবু সঃ কৌবা মৈতিগু নোংতা লাইরেন পাখংবনা চকপা অরিবওঃ কৌনা মিংথোলমে।

মাপেম লৈনিংথৌ সিদ্ নিংথৌ কাংবগী সল্লাঈ থায়থরকপদি, কাংবা চলমঃ কৌএ। সিনপম সাকি বেনগু লৈনে চামগা সল্লাঈ অহুম্নক অসিদি হান্না সা.সমলক্রবনে যলবনা। নুমিৎ ১ য়ান তরেং মক্তী সল্লাঈ রায়েনলম অসিবু মাও নপাল নরান অহুমক ... না খিবু নোংদা লাইরেন পাখংবনা কাও হুইরেন থাযএ, সরু চুমী নত্র মীরেমন কাপু হুইরেন সাংফবোইএ। পোংলৈমনা সবা চুমি ফাক্কা হাংফরাইএ। ১ হেঃ য়িপন য়িপুভো তাওঃ স্না লৈপাক লৈময়োন নিংখিবা কাংলা নোং-লৈযাং লৈপাক পানবীরেন অসিবু হয়ি চকতা তিনলি কোকতোন অহানবা কৌএ। ২ হৈয়া চক্তা লৈতাং কাং ভোইপু স্না লৈয়োনলাং কৌএ। ৩ খুমুও চকতা মিরা পোংথক নম কৌএ। ৪ হয়ি লাংবা কোন্না চক্তা মুবা পাল্লি স্না লৈপাক হান্না সেম্বা কোন্না লোইবওঃ কৌএ। মপুগী লৈশেমভৈগী থৌরম খৈবিকপু পোয়হন্নঃ চকী কুমহৈ হয়িচকী থৌরমগা পুম্নমকপু হয়িচক লোইগদোবা হহি ৬৮০০ লৈরি-ভৈদা কসানা পাখংবা কৌনা লৈনোং অহুমগী লান্না থৌরম ওইনবা কংলা য়াইকোন মুত্তদা থুপনবুদি সান্নাখি হায়্তপরা॥ মোংলোন সাকোক সাকি কৌবগী থৌরকফম মরুদি অসিনে-চেৎনা খুওউ॥

— 0 —

## ১২ সুবা মতাং

# পাখঙবা খুদন অহুম

পাখঙবনা সাইওল লাংওল অহুমলক ওন্দুনা সান্নবা মওল মওল গী লাইনিং খুদা অহুম্মকী মশক মমিং অমমম খওননবা খুন্নবা মরোল অহুম্মকপু হায়গে ॥

সা রংলা কুরাই লৈকনফি কৌবদি য়েংকী খুবাক কৌয়ে। ঈশুং সিনযোমলা লোকতাক ফি কৌবদি ওইগী খুবাক্কে খুং অনিমক লোন্নরগা লুরাই লেমক মথক্তা থাক্‌লগা মিং অনিমক উইসিল্লো। মমিংদি পুরুম তাইসিকপা কায়না কৌই। চাকচাদি চানিং চাও, ঈশিংমুং ঈযৈ থকদোবানে, অসিদো পাখঙবনা মুংথিল লাইওইরগা খুন্নবা মরোলে

মরম অমদি খুংফাং মঙামকপু কাগুপননা লোন্নরগা য়াংলেনগী তুংয়ান লমদা খু° ২ অহু চপ মন্ননা লেপ্লরো অহুগা য়াহৈনা মকমদি মমিংদি পুনেমবা কৌই। মরম অসিদি পাখঙবনা লিল ওইনা থোরকঙৈগী মরমনে। চাকচাদি চমা° পাক মাইচাবন চাও ঈশিংমুং ঈচিল থকলো। অমুক লিল ওই রাঙৈনে ॥

পাখঙবনা অহিং মী ওইরিঙৈদা খুকন মথমদি খুদাং অনিমকপু লোন্নরগা চিলবান মথক লমথোংনা খুন্নখনে। অহুগা খুবাক ২মক লোংনা য়াহুনা থম্মোয়দা থম্মো। মিং অনিমক লাতোন অনিমক চিনবান থক খা অনিমক ন কোং অনিমক থোং তরেংমকপু অহুম ও লক য়েংনা ওইগী নাকোংদা খুং ওইনা য়েংকী নাকোংদা খুং য়েং-ওই অনিমক্কা মথক-মখা য়েংকী খুংনা মথক্তা. ওইগী খুংনা মখাদা,ওইনা খুংনা মথক্তা অমুন্না ওন্না ওন্না সোকউ। অসিবু পুযোক কোরৌ লনসাবা কৌই ॥

চাকচাদি চাক য়াইগী চাও ঈশিংমুং অকন্বা থকও। অতুগা য়াহিপ অমা হিপও। লোন্না মুংসা য়েংলম ইন্না থিংজো; সোন্না মুংসা ওইরম ওইনা থম্মো। হোনা ময়াই ইনথনা থম্মো। থংলোনা মুংসা কামসিনলো রনা সিদবা মপুবু লেপনা নিংসিন্ডি রা। অসিদো খাম্নবা মরোল অহুম্মকী লাইনিংনে ॥

—0—

হরুস্ন্যাংগী অচেৎপা মিংলেন অহম্মকী সিম্বোংনে খঙউ। লাই মসিং, খুরুম্বদা মাইদৈ খঙনবা হায়গে। মাইদৈদি মথা অরাং অনিমক্কা লুংথিলগীনে, নোংচুপকা নোংপোক্কা অনিমক্তি অয়ুকীনে। লিক্রমগা লুথশিংলুমগ্গা অনিমক্তি নুমিদাংনে অসিনে খঙউ। অসি খঙদ্রবদি য়োনগদৌরনে॥

নুমিৎকী মরূম ইঙনবা হায়গে নুমিৎ লংমাইজিংদি লাঈওরিবৈগী নুমিৎনে। লৈপাকপোকপা ইরাইগা নিংথৌকাবগা অহুম্মক্তি লিল ওইরিবৈগী নুমিৎনে। য়ুমশকৈশা, সাগোলসেন, থাংজ অহুমদি মী ওইরিবৈগী নুমিৎনে॥

থাগী মরূম খঙনবা হায়গে। সচিকু কালেন ঈঙা ঈঙেন থা মরিমক্কা নোংপোক লাই ওইরিবৈগী চৎনবা থানে। থবান লাংবন মেরা হিয়াঙ্গৈ থা মরিমক্তি লিল ওইরিবৈগী থাচৎনে। অমুম্না মাগী মাগী লাকলেন মতাং খঙবব, অখঙবা মী কৌএ॥

অসি খঙদ্রবদি মীথিবোং মীতম্বাল কৌএ। তিলথুন লাইখুন তিল্লি লাইরি অহম্মক্কা থৌরম কায়ন চম্না লানহৈদবনে খঙউ হে মী অকবসা অয়ুম্না লক্লুম্নে॥

লাইব হন্থোকুগ্গা লাইব হঞ্জিনকম খঙদ্রবদি মপা মপু মবেনগী য়িরি লমদাং খঙদবা ত্নাইবং পানবদা পোকপগী মহৈ য়াওবা মী-মীওইবগী সিকম লাইথোং খঙদবা সা অমাংবগী মপোক্লি, মসার্ু মসানা খঙদবা হায়না কৌঈ। পুপা খঙবব লাইরিক হৈবা কৌএ। লাই-নিংবা কৌবব, ল্যাংপুম মসা ইমা-ঈপা খঙবব লাই খঙবা কৌই।

লৈসেমথৈগী পুক্রঙ তিম্নি মরুপ ওইবা লাইমিং চাউরাকপা খর মমিং পান্দম লাক্কা হায়েনরম্বদি। তিংপকোক্কা অতিংকোক পোকএ, অতিংকোক্কা অতিংঙা পোকএ, অতিংঙানা অতিয়া পোকএ। অতিয়ানা লৈলোন মুঙগী, লৈমুঙ, মাইনী য়েংজুনা হায়এ। সারেনলা কুরাই লৈকনক্কী কৌরা য়েংকী খুপাক তিংথোকউ হায়না। তিংথোকহনলগা, অতিয়ানা কামবদা কুহিংচি তিংকারেল লাইকোকপা কৌবা লাই অমা

— 0 —

পৌকএ। অমুকশু ইমুঙ সিনয়োমলা লোকতাক ফি কৌবা ওইগী খুপাক তিংথোকউ হায়না তিংথোকহল্লগ', অতিয়ানা কামবদা লাঈটি লাঈতোংকোন অচিবা কৌবা লাঈ অমস্ত পোকএ।

খুং যেংকী খুবাক্তগী পোকখিবা ফহিংচি তিংকারেল লাইকোকপনা হমলেন কৌবা অমগা হুমলেন কৌবা অমগা অনি পোকএ। ওঈগী খুবাকতগী পোকখিবা লাঈচি লাইতোংকোন অচিবা কৌবনা লৈপীচি কৌবা লাঈ অমা পোকএ। সায়োন্দিগী সমথবক্তুনা লাংওন পোক্লক্লিবা লাঈ মাপনমক অসিদি উমড লাঈ মাপন কৌই।

১ কঃ হস্কঃ চকতা তিংগ কে'ক্লা পানলে। ২ থোই হস্ক চকতা অতিংকোক্লা পানলে। ৩ তথ্লো হস্কঃ চকতা অতিংঙানা পানলে। ৪ পোয়হস্কঃ চকতা অতীষানা পানলে।

অতিংঙাবু নোংথৌ সোরারেন হায়না তে থানৈএ। অতিংকোকপু লাইকোকলেন সিদবা হায়না তেংথানৈএ। তিগংকোকপু তপানব পোকপা মপু হায়না তে থানৈএ। অতিয়াবু তে পানবা তোরবক্ষম মক খঙবা স্নেনহৌ নোংদম অহানবান হায়না সৈসাক্লএ ফামনী মরু ওইবা লাই পুন্নমক অসিবু কুবিহৈবা লাই ঙাইগাকুনা হায়রুনা কুক্ল সিদবা হায়না সক্লা সোন্নরগা পুন্নমক্লা থাজনৈএ॥

হমলেন হুমলেনবু থবাই যাইবী মুংশিং নীংসা হায়না অতম খঙনরে। লৈপীচীবু লৈরোন নোংলোন ফম্বাল তোংবীনী, হায়না খঙনরে॥ অসিদা মুঙসিং, ঈশিং, মৈ লাইরেম্মা লৈমলৈসি লেনপী মামহি ইপুথৌ পাখঙবা, লাইখিংথৌ, পাম্হোইবী পাখঙবা চয়োন তরেং, থাজ তরানিথোই মালেম চীথেক মরী, মাইকৈ নিপাল থক-খা মুংতাই হারৌ কারন তরাতরুক লংতাই কুম্ব্রানীথোই সীংথাই হমফু-মরী, সরোই হমফমাথোই লাই মুরা তরেং, লাইপুঙথৌ মাপন-মকী মকোক ওইরীবা খনমাবা লাইশু মথং-মথং সায়োন তৌবা লাইনা লাংওন্দুনা পোক্লগা পাকন মসীং অতম্মক মুনরে॥ মরু ওইবা পাকন ময়েক্লা ১৩ না অখৈবনে। মাইকৈ মরীগা পাকন ১৭ না মঁয়েকী অখৈবা ময়েক্লে।

— 0 —

১৩ শুবা মতাং

## কংলৈ খুম্নোক অহানবা

## পাখঙবনা মপন পম্মৌগী কম্বাল সেম্মুবদা

ক্হিং নোঙখোং ভম্না মাপেম চেপলকপা হৌরকখৈ। পাখঙবনা কম্বাল তোংখৈদা পাখঙবা চিরেন মতাও তরেং সাংবগী চিরক পামেন লেপকাং উচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা নুরাং মৈস নেৎপগী খুমন মমজবব মৈরি মৈঙান ফাওখি, অরেম্মা অখম্মা ময়েক্কা থাম্বী মৈরি মৈরাবা তাইবও ঙারেপ মৈরেম্বা নসেক নঙান মৌরিববু হানৌ লৈকা লৈতোনগুম ঙাংনা মৈরি তরেৎনি, অমম্মু থাইবীবা অঙানবম্মু তাম্নবও লৌশিং মৈরেম্নী। অথা অম্নাক লমথিংদা অচং-চঙা অসি-অচং পুম্নমকপু নমিঃ থানা কৌবীরি নশক চংনা পাওসিরি নঙান তানা পেম্পহল্লি লংজবা পুম্নমকপু থৌজানবীবা পুম্নমকপু লৌবীবা ওসি খঙবা মুমিত্তা মৈগী মৈখোং খঙজিবা, লাইগী নিংথৌ সিদবনা মতোমতগী মসাবু সিদোক্তুনা তরেৎথোক্লা থাইদোক্লগা সাইম্নোন পুথোকতুনা লাংওন থৌরম সাম্নরকপা মতম অসিদা তৌবা ভম্বা মাগী মতিক ময়াইনা অমুকম্মু মচেং কুপতরেৎ থোক্লা সাইম্নোন সাম্নবা ময়াই মঙাম্না মচেং ৬৪ থোক্লি। সিদোক্তুনা ওইনিংবা ওইবা ওননিংবা ওন্দুনা লাংওন থৌরম অয়াম্বা পুথোক্তুনা সাম্নরকপা মতম অসিদা

লাইগী নিংথৌ সিদবা, ক্হিংম্না নোংখোং ভম্বা অসিবদি, তিমেনতা লোংচুম পাম্নগঃ লাঙ্গ ৮৮ মকপু পাখংবগা লান থেংনাহনলমলগা লৈথুবী লোক্তগী, কনা খঙহনদনা লৈচিনগুম্না থমকোন নোংলৈ ওইনা কোরৌ নোংমদোন থক্তা পাইথৎনা কোরৌহনবা মুমিৎ কৌবা লাইদা চংগ্রে।

অহুদগী অমুক অহিং তাংলৌ ওইরবদা পোইদাম থাজা থানিংথৌ হুমিদাঃ তাংলৌ লৈনা থেংলবদা অমম তোনবা নারন সিয়বদা

— 0 —

লৈতেংনরিবা থাদা অমুক চংশ্রে, লোইভাম থাজগা তিল্লুক ওইত্রনা শকতম অমত্তা ওইনা হায়রকই॥

তেংলানবা মপুংহেঃ নোংজম অহানবা নচা লাংওন শমথবিরগা অচান মিরাই নাইনা নোংদম্বিবা লৈপাক অসিদা নু ঙাই য়াইফনা পানবিকৌরো মথংলেম্না নোংদম তৌঙমদবা অসিদি লৈপাক অসিদা পাল্লকপা তাইবঙসিংনা থঙননবা পস্থোগী খুয়ালেন নাপা খোংলেন থম্বাল লৈঙাং লৈকান তমজনা নখোংথাদ বাটৈ থরদংদি কস্তরমগে হায়বা খোঞ্জেল অঁস তাবদা :—

কুক্‌ সিদবনা—করিনো ? পৌখোক অসিদি কৌরিবা অসিদি পারী ইবুঙো ঈচাম্মিনা মাংলেদনা মানা সেমজবা লৈবাকপু মরম করি লৈত্রনা মাঙনমবা হোৎনবা য়াথন তৌত্রনা কুক সিদবনা নোংখোঙরগুম কপ্লক্লে। থাংনংদি ঐঙোন্দগী খোকখিবা থাংনি—থাং নঙ পাখঙবা নত্রা ? থাং নঙ হক্তিল্লোঃ হায়বা কুকপী য়াথংদগী থা, অহু পাথঙবগী চোথে চম্যাই নুংদা থাঙ অহু হক্তিনগ্রবদা মৈরি মঙান পুম্নমক হম্থগ্রবা য়তমদা।

কুহিং নোংখোং ঙম্বা অসিবদি থমদগী অমুক চৎখিহনা পৃংঙৌ তিনঙৌ অঙোবা চীঙদা স্বর মনাক্তা চঙখরে। স্বর চীঙদগী অমুক লাকপনা লংমাইচীংদা থুংলরে, লংমাঈচাং নোংমাই ফাওন্না বা লবা লোংমাইচীঙ মতোন্দা লাইরেম্বী নুঙ সরীক কোবী লাইরেম্বী অমা লৈঞ, মাগী ময়ুমদা থুংলরে॥

চহি তরামঙারোম স্নব। পাথঙ মথোং কারুকপা অমগী নীংথিজরবা ফজরবা সক্তম থানিন থাজনা ইকাইবা মসক ওইবা, তাইবঙ পানবা মীওইবনা মতৌ তমজনিংঙাই ওইরবা বাঙাং খোঞ্জেল খোম্থোক ফজবা মাগী কিজেং চাক। থোগল্লোল লমচং মরম পুম্নমক্তা তমজফম ওইবা মসক্কি। নিংথিজরবা তাম্নাঙম্বা মপাও কোলোঈ মতিনরেম্বু খোম্বাং ময়ুমদ অরুবা সুংসি বাটৈ কয়ামুক হায়রকঈ, নুঙ সরিক লাইরেম্বীগী ময়ুমদা। পলেম সাংমবীও :—ঐবু থরা লৈজগে হায়না ফজবা মাগী মপাওখোল নিংথিবনা পাওমেনলকই॥

== ৬ ==

কুহিং নোংখোংজম্বনা খোইয়ুম অসিবগী বাহৈ পয়েং অহু মতমগী সাইয়োনবী লাইবেম্বী তাইবং মীপোক মীহিংবী মতম মতমগী সাইওনী তাইবঙ মীওইববু সেম্বী-সাবীরিবা লাইবেম্বী য়ুখে, লৈমা তাইবঙ সাং-মপীও: ঐবু লৈবা যাগত্রা যারোইত্রা হায়কনদা।

লাইরেম্মনা চেংলৌ সক অহুব উরবদা লাকইবা নিপা অসিদি খোইয়ুম সাইসোম্নী থুঙলহনা পাওথুমলকই—খোইয়ুম কনাগী মচানো ? মালেম করি লৈবাক্তা সাংপনো কোন্নোঙ্গী মিংলেন করি কৌবনো ? হায়না হংলকপ কুহিং নোংখোংজম্বা খোইয়ুম অসিবনা হায়রকই :—"ঐদি লোইদাম থাজ থানিংথোনা সাংপনি থাজ ইরৈবক্নি। ঐনা মালেম লৈবু কোয়নিঙবা তায়বঙ পানবু য়েংনিংবগীদমক পু থানিংথোদা পাও-য়েনজবদা থানিংথোনা চরৈ খয়োম কৌবা কুরিংপু পিনরে চরৈ খয়োম অসিনা য়োমলবদি নঙনা নীংবা য়োনিংবা মফম য়োবা ঙমগনি হায়না তাকপীরে। অতগীদমক ঐনা চরৈ খয়োম লিংলগা মালেম লৈবু কোইগে নিংলহনা মুংজৌ চিংজৌবা মথক্তা মুংজৌ লাইতংবা কৌবা স্বরগ। উনরে কোরৌ মালেম তেংপানবা অসিবু মখোং মতৌ করম তৌনা লৈবা হাধনা যেংবদা লাইগী খোইয়ুম মিংয়েংনা উবা ফংলে, মালেম লৈখোং নোংখোং কোইবা কোরৌ নোংমদোন থক্তা খোইয়ুম মিংযেং সলকরৈববু সেয়োয় লঙমাঙ নিংথিবা খোইয়ুম তাইবঙ মপুগী সুলথুপ্পা মফম নমু তাইবঙ মীওইবগী অবা-অনা কোকফম হেনবা লোইবী চীঙ লমলেন লমথুংসি।

তাওজিং মিঙথীবা সিঙেল কজবনা সাংনলম খোইয়ুম থৌজান লৈবা লমবু মিংয়েং সানকৈরবদা॥ অগুম্বা উরবদা ঐখোয় অইমদি সন তোংলে। সনতোংনা লাকএ, সন তোংনা লাকপনা য়োগে হায়বগা য়োরোয়া তম্বনা য়াইথুংলবনি, অতৈ লাক্কমী লাইনিঙবাসুঙ কোম্না য়ো-সনি॥ ঐখোয়না সেলাই লঙমাইচীংদা য়েংবা মতমদা পলেম ইমা নঙগী মফম অসিদা নমু তাইবঙপানগী য়াইথুংফম য়ুম লাইসঙ কৌরঙ

— ৩ —

হায়বা অহু ওইনা লৈ, অতৈ লৈবা ময়ামদি পঙলে লৈনৈ॥ নহাক অসিদগী হৌনা কোলোয় নমিঙ য়ুথৈ লাইরেম্বী নোং সরীক হায়না কৌরসে॥ ফুহিং নোংখোংওম্বা খোইয়ুম লাইচিঙঙু, সিদবগী বাহায় ভারবদা লাইরেম্বনা খোইয়ুম নহাক্না ঐখোই অহুম হায়বদি কদায়নো লাকপদি নতোমদা মক্লি। বাঙাং খুদিংগী ঐখোয় অহুমনি হায়বসি অঙকপা ওইরে হায়না লাইরেম্বীনা ঙকচানরবদা খোইয়ুম সিদবনা ঐখোয় অহুম হায়বদি ফুরিংকা স্বরগা.ঐগা অহুম সুই হায়না পাওখুম পীরবদা। সেম্লোই লংমাইগী মাই মীয়াম ময়াম পুল্লবদা লাই মীয়ায়: ফুরিং লৌথোক্লো হায়না ফুরিং লৌথোকপদা ফুরিংনা মীসক অমা ওইরে। মনুংদগী মীসক অমসু খোরকএ, মসক অহুম .সুরে। লাই মীয়াম্না ঙক্লরে॥ খোইয়ুম লাইনি হায়হুনা কোলোই মমিঙ খোলসি হায়না লাই মীয়াম অহুনা খয়োম কৌবা অহুনা খয়োম অহুম কৌরে। মুংঙৌদগী পুরকপা স্বরহুনা পুমাবা কৌরে। অমুক হান্নগী মসক অহুনা কজে লুই পাল্লি হায়বগী অপালবা কৌঈ। নোংপোক অপালবা হায়না মমিঙ থোনখি॥ খয়োমদি নোংপোক অচিপতা চঙখরে মসা অমা ওইনা লৈখরে।

অপালবদি নিংথৌ ওইরে, লাই লৈরিবা মীওইবগী ভৌবা হৌনবা মসিন থবক সিম্থা লমচংপ্‌ ভাকলকই।

খৌগনলোন খুরুম্বনা চিংবা॥

নোংপোক লৈহৌচীঙগী খুন্দা অহানবদা খুরুম্বা কৌরকপদা—

১। সারেনলা ফুরাই লৈকনফি কৌবদি য়েৎকী খুবাক কৌএ। ইমুঙ সিনয়োমলা লোক্তাকফি কৌবদি ওইগী খুবাক্লে খুৎ অনিমক লোয়রগা লুবাই লেমফু মথক্তা থাল্লংলগা মিং অনিমক উইসিনলগা খুরুম্বদি পুরুম তাইসিকপা কৌই॥

২। লেপ্লদগী খুৎ লৈপাক পাইনা নোম্বা অহুবু খুরুম লৈ পায়বা কৌই॥

৩। নিংলৈবাকতনা ফুবারুনা খুৎ লৈবাক য়োনা খুরুম্বা অহুবু খুরুম থাচংবা কৌই॥

৪। খুঙ অনি লৈবাক তারগা মাইলৈবাক তানা খুরুম্বা অহুবু খুরুম লৈমাইতৈ কৌই। খুরুখুতক সনসা খুরুম্বা অহুবুমু খুরুম লৈমাঈতৈ কৌই।

— 0 · —

৫। খুং অনি লোন্না খুরুম্বা অহু খুফাং চাংজো ওয়ামক ইতুনা কাইনা লিছিংমক্না খুরুম্বা কৌঈ॥

৬। খুং খোঙ তিংথোক্লুনা খুরুম্বা অহু খুয়ম লৈওন্না খুরুম্বা কোই।

৭। খুৱম্বা হুকসাংগী ফিথুপ মগা থোক্লো পুথোক্লুনা। নিংথৌ খুরুম্বা অমা লাইবু খুরুম্বা অহল লমন্নচিংববু খুরুম্বা অসি হৌনখি। নিংথৌ অপালবদা লৈেক মীয়ান্না হায়রিবা মথল ৭ অসি মফম মতমগী মতুংইন্না খুরুম্বা পংগল্লোন মথস মথল অসি চংনখি।

ফুহিং নোংখোং ভম অসিবগী সথাঈ নিংসা স্বরদগী থোকখি। শুমাবা কৌবা অসিনা লোকনিংথৌ কৌনা সেকমাইজিং মখা অরোঈরেন মসা তাংজেং খুনচাও চাবাইতা উচেক তোংদা লোকনিংথৌ কৌনা পালখিএ॥

১। নোংপোক লৈহৌ চীওগী খুন্দা হায়া পান্নকপা।

২। নোংপোক অচিবনা অহানবনে।

৩। নিংথৌ অহানবনা নোংপোক অপানবনে।

৪। মথংদা নোংপাক নহাবনে।

৫। মথংদা নোংপোক নহা পাথওবনে।

অসুন্না অহানবদা পোইরৈ খন্নাবা হৌখি। খোইমুম কুরু সিসবনা মপারী অসিবা কৌবা লাইবু পুকচুং মরেপ য়েংনা সুংসিরবগী খোজেল থোক্লা কৌরবগী অসিবনা অপালবা কৌনা নোংপোক লৈহৌচীংদা নিংথৌ খুরুম লেপ্লা লৈরম্বদগী অমুক অসিবগী চেংলৌ সকপানখোঙ ইকাই কাইদনা অসিবা কৌবা লাঈ কুরুগী মনাক্তা থুংলরে।

কুরুনা মপারী অসিববু য়েংহুনা হায়রকঈ—"পারী ইবুংঙো! ইচাবু অসি কৌবা সুমিৎ অসিদগী লৌরহনা পারী ইচাগী মিংলেনবু কৌরু অচিবা থোলল্লগে," হায়হুনা সুমিৎ অহুদগী কৌরেন অচিবা কৌৱে অসীববু॥

— 0 —

১৪ শুবা মতাং

## সল্লাই ঈয়েক তরেৎ ওইরকপা

পাখঙবা নিংথৌন্সু মপাল ফাররক্লহনা পাখঙবগী মপুক অসিদা মপন পন্থৌ সরুবা ময়াম্বু কয়ামুক থোওইদবগী মরম অসি চীংঙ, খোইয়ুম কুক অতিংঙা কোয়ৌ সিদবনা খললক্লনা পাখঙবা মফমদা মপন পন্থৌ সরুবা, লাইগী সিদবা মপু মহাক্তো মতীক ময়াঈ পুন্নমকপু খঙহনলগে হাযক্লনা পাখঙবগী মফমদা. খোইয়ুম কুক সিদবনা যাথং পাউতাক হায়ক্লনা থবক থৌরব কয়ামুক চৎথরকপদা পাখঙবনা ঙমখিদ্রব থবক থৌরম কয়ামুকসিং অহু।

চীংঙ, খোইমোন কুক সিদবনা লাংওনগী মচা সরুবা খোইযুম লাইযিংথৌ অসীবদা হায়খি, পারী ইবুঙো: ইপানা ইচাগী ফজত্রব শকতম অক্লবু তরেৎথোক্লা সিদোক্লপা অমুকস্থ তৌবা ঙম্বা নঙগী নতীক নযাইনা মচেৎ কুলতরেৎ থোক্লা সিদোকপা অক্লগা সাইযোন বয়ামুক ওন্দুনা সাননবা অসিদস্থ নক্তনা নঙগী নযাই নঙাক্তনা মচেৎ হুমফুমথি থোক্লা সিদোকতুনা ইচানা ওইনিংবা ওইবা ওন্নিবা ওন্দনা লাংওন থৌরম কযামুক পুথোকতুনা সান্নরকপা অসি ইপানা উবদা ইপাগী হরাও মুঙাইবা ঙমথৈ লৈতনা পেল্লে, পারী ইবুংঙো:।

অক্লমনদি ওইরবদা ইচাগী সথাই মচেৎ-মচেৎ সিদোক্লিবা অসি ইপানা য়েংবদা য়াম্না নুঙাইত্রে। ইচাগী সথাঈ মচেৎ অসিবু ইচানা মসক মওঙ অমমম থোক্লা সম্জিল্লু হায়রক্লবদা।

অসিবা কৌবা লাইনা চীংঙ, খোইয়ুম কুক সিদবা য়েংক্লনা হংজ্রেযে, পন্থৌ ইবুংঙো: অহানবী সথাঈ তরেৎ অসিদগী হৌনা সমজগে মখোঈ অসিবু পন্থৌ ইবুঙো: সকতম মরোঙ করম করম্বা মওঙ ওইনা পুথোকউ: হায়বনো ? হায়না হায়জরক্লবদা, অতিংঙা কুক সিদবনা অসিবা য়েংক্লনা হায়রকঈ।

পারী ইবুঙো মখোঈ অহানবগী তরেৎ অসি তাইবঙ সক্তম অমম ওইন সাক্লনা লৈবাক অসিগী তাইবঙ মী: ওইনা সমথা হৌনবা ইচানা থোরাংবিরমলো:।

— 0 —

পম্বৌ ইবুঙো: কনাবু মাল্লবা সক্তম ওইনা সারগা। তাইবঙ সক ওইগদবনা: ? করম্বা সক্তম ওইনা সাজৌ হায়রিবনো? হায়না হংজররুবদা। অতিংঙা কুরু সিদবনা মপারী অসীবব্ স্নেংহুনা হাঈ—মহুদি পারী ইবঙো: ইপাগী সক্তম মাল্লবা সাউও: হায়রবদা মপন য়াথং মতুং ইন্না অসিবনা কোরৌ নোং.থৌ কুরু অতিয়া সিদবা, সোরা-লেন লাইয়িংথৌ হায়না তেংথনেরিবা। কুরু মমি তম্না নিংথৌ সোরা-লেন মানবা সক্তম লৌহুনা তাইবঙ সক্তম অমমম সাগ্রে। মখোয় তরেং অসি সাবা ঙোইহুনা অসীবনা হায়রকই—ইপাগী নোংদম নয়াথং সাজবা লোইজরে। সক্তম মরোও পোলেপচরে, থরাঈ হাপ্পবা থৌ-রাংখিরো:। পম্বৌ ইবুঙো: হায়জররুবদা॥

মপারীগী রারম অসি তাবদা চীংঙ্ নোংথৌ কুরু সিদবগী য়াথং মতুংইন্না অতীয়া সিদবনা লাইয়াম পুন্নমক কৌসিনলগা হায়রকঈ। লাইফমথৌ পুন্নমক্কা ঈসা অসি অনিথোক্কা খায়দোক্রগা খায়দোক্লিবা অমমম অসিনা তাইবঙ মীতম্মীবা, মখোঈ তরেৎ অসিদা চঙলগা নখোয় ঐখোয় পুন্নমক্কা তায়বঙ থরাঈ ওইহুনা তাইবঙগী অরাম্বা মসা অসি মখোও থাউহুনা চৎহনসি, লেং-রোৎপনা চিংবা মথুং হায়বা মরম পুন্নমক য়াহনসি।

মখোঈ ঐখোঈ সক মাল্লগনি, অহুম্নদী ওইরবদা ঐখোঈ লাইগা তাইনবা তাইবঙ মীদি মমানা পোকপা চাকোক সল্লাঈদা চৎথর-দবনি, মমা পীপূকন্নুঙদগী তারকপদস্সু পঙদবস্সু পংথগনি, পঙথখিবা তায়বঙ মখোঈদি পোকপা সিবা নাঈগনি, লাঈ ঐখোঈদি সিবা নাইদ্রে, লাংওন সাল্লনিংঙগা সিদা সায়োন ওল্লগা, চৎনিং য়োনিংব মফমদা চৎহুনা থোরম মরোও অয়াম্বা সাল্লগনি॥

নখোয় ঐখোঈ পুন্নমক অসিনা সেমগৎ সাগংপা তোক্কমসী। সাইয়োন থোরম সাল্লবদা লাংওন মসিং য়ামনবা ঐখোঈ পুন্নমক্কা নোংদমবীসি। মখোয়নস্সু হরাও নুঙাই পেনবা ওইগনি, ঐখোয়স্সু

— ০ —

মুঙাই ক্ষমতোংগনি, ঐখোয়না পেন্দনা মখোয়না মুঙাঙ্গী মখোইকানা হয়াঙ মুঙাইনা পেনবা থক য়ারোঙ্গী।

তাইবঙ পুম্নমক অসনা হয়েঙ হায় হৈয়া খুগঙ হয়ি লাংবা কোয়-চক য়োরক্লবা মতম অমদা তাইনঙ ঐখাঙ্গী আসি কদায়দগী লাক্লিবনো? হায়না হৌরকফম মরু থিরক্লবা মতম অদুদা হৌফম মরু থঙবা কোয়রৌ নোংথোংগুম্বা, মীথাঙ্গী মীহেনবনা ঐথাঙ্গী পুন্নমকপু লাংপুমি উমঙ লাই সিদবনী থঙবগা লোয়নন। খোইমোম্ম লাই খোইয়ুম অমাঙ্গীগুন পুম্নমকী ঈরাং থৌনি তৌরক্লনি, মহুদা ঐখোঙ্গী নখোঙ্গী মুঙাইনা পেম্নসি

অদুদা ঐখোয়না মখোয়বুস্নু অক মুঙাঙ্গী ওইনবা লাইগী সিদয়াই। নাদয়াঙ্গী য়াইফ মহয় মরোং ফংজনবা ঐখোয়গী থৌজান লৈপুন চাই-থবীসি, ঐখোয় পুম্নমকপু খঙদবা তায়বঙ অহুদি মপোক মপোক খুদিংগী সাঃ অমাংবগী মপোক ওইবনা লায়গী লমন তোম্না তোম অবাবা লাংদা থুহন্না সিরৌ খোংজি থাংনা ললপাম মথৌ লাংসন্নু।

নোংথৌ কুরু সিদব সোরালেনগী য়াথংদগী অতীয়া সিদবনা খেই-য়ুম মহিসাং পুম্নমক্তা য়াথং ইরুথাদয়বদা কুরু য়াথং তুংইম্নবা চীংঙ লাইয়াম পুম্নমক মাগী-মাগী মপাঙ্গল মথৌনা মরিংজেন্না তৌবা গুম্বা মতিক ময়াই মঙান অমমম পুথোয়হনা লাই অনি অনি শুরক্লবদা কুরুগী য়াথংদগী অতীয়া সিদবনা তাইবঙ তরেৎ অহগী লুবাইদা তাইবঙ থবায় হাপ্পবা খনিংথৌনা নম্বদ। থবায় পান্নে।

লাইয়াম পুম্নমকী মতিক ময়াঙ্গী মঙান অমময় তাইবঙ তরেৎ অহুগী লুবাঙ্গী লেমক্ষুদা চংখিবা অহু উবদা। লৈসিন্নেন লৈপুনবীনা অতীয়া সিদবগী হৈন্না তুংইন্নবা চংখিহন্না অতীয়া সিদবগা তিন্নক ওইরে। পলেম পম্হৌ অনিনঃ চংখিবা উবদা অসীবা কৌবা লাইনা খুমিংথা রোমদগী চংলক্লুনা অতীয়া সীদবগী ভাংলৌ থম্বালব সোক্লা লৈরে। মহুদা পাখঙবা লাঙ্গী অসিনা মথন্তা ভাইববদা মুঙাইত্রহনা খুজিনখাদা মহাক্তী ময়াঙ্গী অমা পুথোক্লুনা থমলে।

— 0 —

পাখঙবনা চংখিবা অহু উবদা স্নাখোংনাং লৈমনা মহাকপু তাক্লমদে হায়হনা মপুক্তা তাম্বিরে সাওনিংবগা লোয়ননা নহাক্তগী ময়াঈ অমা পুথোকহুনা খুজ্রিংখা য়োমদগী চংলকহুনা অভীয়া সীদববু য়েংনা ওইদা লৈনা লৈসিন্দুনা কোয়সনগগা খোইগী মথাদা লৈরগা অভীয়া সীদুববু থোগপ ভোহনা লৈরে।

মমিংদি ভরৈরিংসি কৌএ, থম্বাল নয়াইদা থুংলয়ে, লাঈ মঙা-মক্লা থবাঈ মঙা ওইরে পবাঈ অমদি থোংঙাবেন কৌএ, অমদি নোম্‌ কৌএ, অমদি উভন কৌএ, অমদি পিয়া কৌএ, অমনা য়াবী কৌএ, অহুগী ময়াইদা নুংসিং কু-পান উয়ুং ওইরে। থম্বাল লোংখাকখোং থোপ অসি মনা অনি লোংঈ। য়েংথংবনা মিংভরেং ভরেংবা কৌএ ওইথংবনা পেঙা হেঃ হেঃ কৌএ।

থবাঈ মঙামক্লা থম্বালগী মসেক চোইখিগনী হায়হনা সাথিক খোঞ্জেন থৈবিক্লা নুঙাইরিবা পুম্নমক ঙাকুনা লৈরে, থম্বালগী মত্তঙদা থমঙৈগী মমিংদী সনালৈহিংসং লৈপুনবা কৌএ। অহুগা লাইখিংখৌ অহুনা অসি কৌনা থম্বাল কুপনা লৈরে, মমিংদী লৈসিরেন লাংপুম কৌএ, সাথিক নোংদম খোঞ্জেন ভানা লৈএ।

লৈপাক য়ামক্কা কৌবম্র অসিনে, খোইদৌ কৌবম্র অহুনে কুক অহুদগী অপালবা কৌনা চংলক্লে, খোংবী খুজিনথাদা থুংলে, অহিপ অহুম মাহৌ থমহৌনা নুঙসি নোংদয়া লৈএ, মমিংদী মিহিংঙাং ভরেবা কৌএ, কুরু সিদবনা হংকং হম্বা লৈরে মমিংদী থাঙা কৌএ।

মভৌ অম্নয়া ভৌবা ভম্বা মভিক ময়াঈ মঙায়া চংখিহনা ভায়বক থবাঈ হাপ-পক্লবদা। মখোঈ পুম্নমক্কী লৈকম্বু চীংঙ নোংখৌ খোইমোম কুরু সিদবা সোরাঙ্লা নোংদয়ক্লে। অসীবনা খোইগী মথা, থুহোন অহুম কুকথরক্লগা নাওথরেন সিনবা কৌনা হুমিংনা ফম্বাল ওইহুনা ফমহল্লে। থানা থাকল ওইহল্লে, থাগী মথক্তা মিরেন সিদবা অপোকপনা ফমহল্লে মথক্তা হুমিংনা সনা কাংকোক মপুম কুয়া ভায়া থুয়া লৈরে।

— 0 —

অসিম্ব অসি হয়েংস্থ অসি হংসিংস্থ অসি, হায়রিবা গুমিং অসি ওসি হায়না খঙনরিবা অসি কৌবা পুম্নমকপু মখুত্তা থম্না পায়হনে।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা খোয়দগী খুদোল অমা কুম্বদা ওইনা থমলে অত্তীয়া সিদবনা পিম্নম অনিগী মরক্তা লৈরে। পাখঙানা খোয়দগী খুদোল অনি কারণা লৈহনলে. য়েংথ বা সেপ্রাক্তা লৈহে.খাং চেক্লে, ওইথংবা সেপ্রাক্তা খাখোং চেক্লে ঈসি তমলেন অচৌবদা অপালবা পাখঙববু নোংদমহল্লে।

লাঙ্গী পুম্নমকী মঙাম্না কৌক্রচীংদা পানবা কৌরে ঙেংঙৌবনা লুরাঙ্গী খোপকী মনুঙদা কোক মরোন অহুম ওইনা লৈরে। কোকী মনুঙদা ঈরম অহুম্না চেল্লি। থকলোমদা সঙ্গোম অহীংবা চেল্লী ময়াইদা সঙ্গোম অকম্বা চেল্লী থক খা চেলবনা ঈসিং অরুবা চেল্লি। কোকী মনুঙদা সনাগী থম্বাল মনা চাম্বা নিপাল পানবা থম্বাল ও সাংহল্লে অতুপা লৈয়েং অসিনা থমখিবা অতুদা নোংদমহল্লে।

খাংচীঙ চীঙদা পালবা থকলেনচী লাইনা পিরাঙ্গী মখা খাগী কুক খোংদা নোংদমহল্লে। লাংমাইচীঙদা পালবা নোং.পাক্ অপালবনা খোইদোদা কলচাউ ওইনা নোংতমহল্লে। বাংত্রেন চীঙদা পালবা লাঙ্গী বাংহকুপনা ঈসিং খোঙদা নোংদহল্লে। চীঙ্খে চীঙদা পালবা মিরু হীংলৈচী কৌবা লাঙ্গীনা থবাক ঙানকম সন্তংখোঙদা খেঃ কৌনা নোংদমহল্লে। মায়চীং চীঙদা পানবা লাঙ্গী ময়াম চীংহকুপ কৌবা অহুনা সায়েং মরু পাম্বোমদা নোংদমহল্লে। খানা চাউবনা খুচিংখাদা নোংদমহল্লে সাচীক্লা য়েংথংবা চুপা নাপাদা খাবনা ওইথংবা চুবা নাপদা থবাঙ্গী পীচাক পুম্নমক্লা ইলং লংনা ঙাম্না মসা পুম্নমক্তা লৈতেংহল্লে। সনা খোংনাং লৈমগী ময়াইনা মঙান অনি খোঙ্গুনা ওই-য়েং অনিমক্তা থমলে। অতীয়া সীদবনা লাঙ্গী পুম্নমক্তা লোইননা লাই মঙা অসিগা লেপলক্লবা মতম অসিদা চীংঙ লাইয়ামগী মঙানবু তায়বঙ মসাংা পকখি হায়বগী ভরৈহংস্লং হায়না কৌএ। পাখঙবগী মিখৈনা

মিকিং তরৈবা কারনা কৌএ। সনাখোংনাং লৈমগী মমিংনা উংকিং ভূরং তরেং লিক কারনা মিংথোন্দুনা তারবঙ সকুমদ থবাঈ কাপ খ।

পীপুক গুদা থবাঈ মাঈবীনা লৈবদি মাবীনা লেমহৈ লৈ। থবাইনা খৌরী মগুভদা লৈ, গুম গ্ন লৈ, থম্মোঈ লাইথুম হুংদা লৈ, মিথৈদি হুইতে তেরা, হুইতে তে সং দ পুদে সম্রে, কওম নপক্কা কৌএ। পীপুক গুংদা চাবা, চৌলচাক্তি হুইরিক লিক লেঃ লঃ ক্লুক কুক কৌএ। পীপুকগুদা থম্মোঈ লাইথুম থংগী মিথৈনে।

তিরুপ মাপনগী মিথৈদ তিনকোকি লাইসাবানে, মাদি তিক্সোংনে, ক্লুরেং কৌই। অমদি তিপ্সোরে, তিক্লিকম কৌই। অমদি তিক্লিণঙ কৌই। অমদি তিক্লিপন কৌই। অমদি তিক্লিনপ কৌই। অমদি তিক্লি, রেন কৌই। অমদি মুতাও.রন কৌই। অমদি তাউরোইলাঈ কৌই। মিথৈদি গুসংমু সঙ কৌই।

মীওইবগী হুকসাং মনুঙদা লৈরিবা ঈসিংনে, ঈনে, হুকসাংনে, তোংনে, তোংসানে, সকনে, তিংনে, অসিনা অঙোবা, অঙংবা, অসংবা অমুবা, অরাংবা, অসনবা, অরংবা, তরেৎ অসিনা থবাঈ ওইহনলে, অসিনা অপোক মাঈ ওইহনা লৈরে। অম্মুমা পোকএ হায়বগী নোং-পোক কৌএ।

থবাঈ মঙামকপু তরুক্কা চাকসীনলে, অমত্তা ওইনা তিনলে হায়বগী পোকলেন কৌএ। চাক্তী অকুবনে, ফিদি অঙৌবনে, অম্মুমা ওইরবগা থবাঈ মঙামকী মউঃ বোইবদা সিদবা লাঈ মহাক্রে॥ অসীনা অমত্তা ওইরে হাইবগী লাংপুম কৌএ। লাংপুম হায়বদি থোঙ্কেন ওম-মসেন থবাঈ মপুব হায়বনী॥

চীংঙ নোংপোম খোইমোম সীদবনা সায়োন সায়বদা সাথেক মঙা খোক্কা সায়রকপদা সাথেক অনিনা লাইরেম্বী ওইরে, সাথেক অহুমা লাইরিংথৌ ওইরে। খোইমোম নোংপোক মালং হন্মোইবা খোইমুর হন্মোইবী অনিমা হমলক্ৰা নোংলোন অতীংঙানা অখম ৮১ খোক্কা নোংলোন নোংসিং সিংলক্রে।

— ০ —

মুংসিং ৮১ না অহিং য়েবা পুংজা ৩২ সুংখিল য়েবা ৩২ পুং ৩৪ মকপু বাংলেন পুংলুপ পুহ্না তরংথক্তা লৈরবগা মালং মুংসিং বাবা চেংঙাচা কোই। মিংলেন ১৭ মক্তা থোগল্লিবা, মালং মুংসিং সিদবনা নোংঙাললমদাইদা সিংলকপনা য়াইবী লৈনম য়েনবীবা, তোংলেন তপ্পা সিংগিরকপা তায়বঙ সুঙদা লৈরপ থবাঈ চেংঙাচা হায়না কৌনব্বি। অয়ুক সিংপা মুংসিংনা লৈচিল ওকপা মুংসিংনি, কংলা নোংলৈয়াংবু তম্না থবাঈ মঙামক মি গা থাগ তরেং মীরেনগা কসাপা মাপনমকপু য়াইবিরেন সিদবগী থবাঈ হামচংমকরোই মিংয়েন হামকোঈ নকরোঈ হায়হ্না মুংসিং ৮১ না ঈরম তরেং খো-লম মাপন্না ঈরুঙবা মাসিংথোং সীনবা থুংনা য়াবায়রক্লে॥

লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিমক অসিনা মুংসিংকী মসক ওইনা তাইবঙ সুঙদা ঈরম তরেং থোংলম মাপন্দা সীনবা থুংনা সিংতুনা তাইবঙ থবাঈ মুঙসিং নিংথৌ সিংলক্লে। লাইয়িংথৌদি থোইনে লাঈরেম্বীদি থম্মোয়নে, অনিমক্তি মিনে, মিংতি পাজেং কিয়ান মথোক্লে পজেং কিয়ান মথোক্তি থবাঈ য়াঈবিরেন সিদবগী ময়াঈ মকোক্লে।

পাজেংদি হঞ্জলখিবনে, কীয়ান্দী মতুম্নে মথোক্তী মীনে, মীদি মুংসানে, অতুম্বদি মসক থোক্লা উববু কৌএ। হায়হ্না য়েংববু উবে মসিগী মথক্তা অতীয়া কৌবা লাঈ লৈবনে।

মীগী কপ্পীদি থবীয়ুম সানা মোইপুঙ মরৈকুম্না লৈবনে, থবাল লকা তরানে, মচুদি হিকোক্লে মনেমদি অঙাংবনে, থবাল অহুদি মুংসিংনে, মুংসা থোকপগী মকমদি অসিনে, লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিমা থবাল অহুদা কমলিএ। মকা-তম্মাদা সিদবা লাইমিং অরবা অকন্বা সোন্দুনা লৈরমএ।

খোংজোম ১৬ মিকুপ ৩ নে কিয়াম্না লৈবা মকমদি থবীয়ুম সানা কোইবকী ময়াইদ, থবাল অহুগী মখা ৭ না কোয়না পানলে সংথাংমথম য়াইওংগী মচুনে মমেন্দি সনা মথাওক মুম্মোংবগী মচুনে, মরম অমদা লৈতৈগী খোংকাপ্তি ১৬ মিকুপ ৪ নে হায়হনা সোনবা মখিং ( ৭০০ )

— 0 —

লাইরেন অঙোবনা খোন-খায়এ, । উয়ুংচক ময়ুংনা কোনখায়এ। ফকবা খিবিক্লা তিনবা মসুঙদা কুম্না লৈএ, মচাসন য়োংমাননৈনা কোনঙাকএ, ময়ুমদি নোংপোক্লী কগী পেননে, অময়কমুং পাখংবগী কগীলেননে, অহৌদা অতিংকোক খব্রাঈ মঙামক্কী মশক ওইনা লৈএ। মকমদি স্নাকোনকু লেম্না পুহি কৌনা মিংলেন মিংঈখ ১৭ সোম্না লৈএ।

হৈঃ কৌবদি তায়বঙ খোয়াং অনিবু হৈঃ হায়না কৌএ। লৈঃ কৌবদি তাইবং মিৎএং অনিমাবু লৈঃ হায়না কৌএ। চিঙ কৌবদি নাতোনবু কৌএ, নাখাঙবু চিংখাঙ কৌএ, নাকচি (১) অনিমাবু চিংখোঙ হায়না কৌএ, চিঙতোনদি নাতোল অতুম্বু কৌএ, অসি খৈবিকপূ মুন উরিবা মখৈদি ধাইবি পন ঢোংদেয়, মান কোবদি হুক সাংদা সৌরি লোংলিববু কৌএ।

লোক হুমকুমরিনে, হিদেন তরানিখোইনে চিঙসাং মরিনে, উমঙ মাপননে। চিংসাং মরিদি পাম্বোম অনিগা, কৈগল অনিগা, মরি আসবু কৌয়ে। উমং মাপন কৌদি ঈশিং খোংগীনে, সেপ্রাক অনিনে, খদাংদগী কোইয়েননে, চিলপান মখক্কী কোঈ, নাতোন অনিগী তুনে, পীগুম অনিগী শয়ে, লুখমগী শয়ে, মকম মাপনমক অসিবু উমং মাপন কৌঈ।

হঈ কৌবদি সিংলি তোলোম্বব কৌঈ। ক্রুমচিং কৌবদি সেক্লিংব কৌঈ, লোক কৌবদি অসিনে, খাগী হুকচাংব চিঙখাং কৌঈ, মীপোক লম্বীব হিঃ—কৌঈ হিরি ওয়বমুং চীঙখাংনে, মিক্তা খাংয়ে, লৈঃ কৌবদি মপাল সারিবদি খাগী লৈয়োংনে, অসিদা অচেৎপা বাকম লৈয়ে খঙগনি॥

লাইম্বিংখৌ অসীবগী মসা সাখাঈ মচেৎ (২৭) কুনতরেৎনা মচেৎ মাপননা মীওইবগী হুকসাং কায়াৎ মাপন্দা গুঙসিং ওইনা সিংতুনা কয়াৎ মাপন্দা সিনথুংনা সিংহনপে। মচেৎ তরেৎনা মীওইবগী হুকচাং মসুঙদা ঈরম তরেৎ ওইনা তু খোং তরেত্তা চেলহুনা হুকচাংগী পয়েল অখোইবা মতিক মঙাল পুখোক্লুনা য়াইবী য়েননৌ ওইনা সিননা থুংনা লৈরে।

— 0 —

মচেৎ মঙানা মীওইবগী হকসাং ওইরিবা মীগী মসা পুরিবা মৈঃ-ঈসিং মুঙসিং লৈপাক অতিংঙা মঙাদগী ময়াঈ মঙানা ওইরিবা থবাঈ মঙাগী মপুঙ তেঙবাবা মপুগী, সায়োন ওইহনা তাম্নবঙগা লোইন্দুনা লৈরে।

মচেৎ অহুম্না মীওইবগী হকসাং পুরিবা মুঙগী খাখোং লাইখোং মরোং-খোং অহুম্মকী তুংনকম হকসাংমুঙগী অহাংবা ওইনা লৈরে।

মচেৎ অমনা মীওইবগী হকচাং মরোঙ মিরেন অমুবা তাম্নবঙমী মসা পুম্নমকপু থোরিবা তেংপাবা মপু অপোকপা ওইনা লৈরে।

মচেৎ অমনা হকসাং মুঙগী মরম পুম্নমক অসি উরিবা তেংপাবা মপুগী তুংনকম ওইহনা লৈরে। মচেৎ অমনা নিংসা মুঙসিং সোরগী তুপলী পাইহনা য়েৎ-ওইচৎলিবা তেংপাবগী অমম অঙান খাইরিবা মুঙসিংকী মপু ওইহনা লৈরে।

ঈরম তরেৎ থোংলম মাপনগী মরুদি নুবাঈ লেমকুনী. লেমকুদা মীওইবগী হকচাং পুম্নমকী বাংয়ল্লি পুম্নমকী বাকোন বাগী মকোন ওইহনা পাওতাকএ। থবাঈ মঙা মিপা খাপা তরেত্তী থবাঈ অমনা হেল য়াথোকপদা মীওইবগী হকসাং মুঙগী অমম্বা বাখল লৌসিং অপঙবব, মাংহল্লি। অনিম্নবা থবাইনা হেক য়াথোকপদা মঙান পুম্নমকপু খোমজিহনা হকচাং মুঙগী অমম্বা বাখলব, ডানহল্লি।

অহুমম্নবা থবাইনা হেক য়াথোকপদা বাখল মপুঙ কানা লেপ্পগা অমত্তা ওইবা সক্তমনা পাক চাওরবা ওমথৈ, লৈতবা অহুবু সক্তম মসক মরোং খঙনা নীংসা মুঙসিং য়েৎ-ওই মসক খঙনা য়াঙবী য়েম্নো-থক্তা বাখল পুম্নমক থম্বা ওমহল্লি। মরিম্নবা থবাইনা হেক য়াথোক-পদা মুংগী মসকক্তুম্না কল্লবা মীওইবগী থম্মোইবু খোংনা ঈংনা ঈসিং ঈরেনওম্না মহি চেলহললি। মঙাম্নবা থবাইনা হেক য়াথোকপদা মীওইবগী হকসাংমুংগী লাই পুম্নমকপু বাখলনা নিংবা মতুংইম্না চিং-সিন্দুনা মসক খঙনা নিংজবা ওমী।

তরুকম্নবা থবাঈদি লেংকদে মানা লেংলবদি তাম্নবঙ সক্তমগী মঙান য়াবা পুম্নমক পুরিবা তেংপানবনা চিংবা তাঈবঙপানগী হকসাং

— 0 —

লাংপুম পুন্নমক ঈরং খুদেং অরোইবা ঈপাক্তা তাগনি, তান্নবগু সিরগী শাম হায়বা বানি॥

ঈরম তরেৎ খোংলম মাপনগী অরোইবদা খোংলম অহুম চেঞ্জি খোংলম অমনা মীওইবগী হকসাংগুংগী ম্নাইবী ওইরিবা, ম্নাংগী লুচাউ ওইরি। খোংলম অনিনা মীওইবগী হকসাং অসিবু পুরিবা থবাই ম্নাইবী অনিমক্তা মুগুসিং নিংসা রেং-ওই অনি ওইহনা লৈরে॥

ঙমখৈ লৈত্তনা পাকপা ঈপাক হায়বদী মীওইবগী হকসাংগী, মগুডা ঈরম তরেৎ খোংলম মাপন্দা চেললীবা ঈচেলগী পন্থুংকম মরুদা লৈবা ঈরং হোৌকম ম্নরুং ঈপোককম ঈহোৌকম মরু ঈরং খুদেং ঈপাকপুনী॥ মচেং কুম্থ্যানা মসিং কুম্থ্যা ওইব্রে। মচেং কুলতরেৎনা থবাঈ সকুম ওইব্রে। মচেৎ তরেৎনা সকুম মবোগু লেপব্রে। লাই-ম্নিংথৌ অসিবনা মচেৎ হুক্‌মরি খোক্না সিদোকখিবগী অমুক পুন্সিন-লকপা সকুমদী অসিনী। লাইরিংথৌ সিদবগী সাইয়োন লাংওন অসিদগী সাকোক থিরেন লাংপুম "পুন্না, হুক্‌মরিনা পুন্না" অমমম অমুক খোকব্রবনী॥

### ১৫ শুবা মতাং

## লাঈ সিবদনা সাইওন পুথোকপা

অতীয়া সিদবনা মমিং সোগু শুমলেন বাংহু কুপ কৌনা সায়োক্লে, অসীবনা তোনৌ মনিক খোম্বা কৌনা সায়োন্নে। লাই অনিমক্তা কৌক্র চিংদগী ম্নাগী হিদা তোংলপা ম্নাগী নৌ অমমম পায়হনা ম্না হিন্নুগুদা তোংলপা লাইজ ঈরেল থক্তা হিঃ হোৌরুকনা বাংব্রেন চীংতানা খুন কুম্নকপা। লাইকম অহানবা বাংকোঈদা খুকম অহানবনে লাঈ অনিগী খুকম অমমম নরুনা লৈরিবনে। মখং চৎথারুকপনা শেমায়চীং মখা অরোংদা থুংলে,। ৩—তাংচেগু খুন চাউং চরাইতা উচেক তোংদা লোকনিংখোৌগা উঃনরে।

— ০ —

ৰাংহু কুপ লাঈ সিদবনা লোকনিংথৌ লাই সিদবা, দা হায়রে—ৱাউরৈ মুখা পাংবা লমদা লৈঙমগে লাকপবু নংাক্লা মকম অসিদা লৈরম্নলবানিনা মথা লম অসিদা ঐগী লমথৈ ওইরগে কায়রুবদা।

লোকনিংথৌনা পম্থো হাউরৈ মথা লম অসিদি থাগী লমথৈ পুম্নমক চৌংঙু ঐগী ইরমথৈনী থা পাংনা খোংতোইবীরগনু পম্থোঃ। অমুম্না হায়বা লোকনিংথৌগী ৰাকম অসি তারবদগী ৰাংহুকুপ কৌবা লাই সিদবনা মমিং লুসৌ চৌংচাউঃ পনসাবা কৌনা কোলাঈ মমিং হোংলগা থাগী ৰাংব্রেন চৌংগী নাপোম পনসাগে লাকপবু করি চিংনব লৈরগে লোকনিংথৌওঃ কায়রবদা।

লোকনিংথৌনা মাগী মমিংবু লৈনা পঙ্খিংবা কৌনা মমিং ওম্থোক্লগা হায়জরকঈ লুসৌ চৌংজাউঃ পানসাবা ঈপা ঈবুংঙোঃ ৰাংব্রেন চৌংগী নাপোম পনসাবা লোয়রগা ইপা ইবুংঙোনা হংকৎলকপা মতমদা চৰাই-অ্যদা নচা লৈরমগে, পম্থোনা ঙাকৌ চৌংদগী কৌবীরকউঃ হায়না থুরুমহুদা হৈহৌরে।

অতীয়া সীদবনা সায়োন তৌরকপা লুসৌ চৌংচাউঃ পনসবিগা তেংপানবা মপুনা সায়োন তৌরকপা অসীবঃ কৌবা লাইনা মিং ওন্নরকপা তোনৌ মনিক খোম্বা কৌবা লাইগা লাই অনিনা অমুক সনাগী হিরেন তোংহনা লাকপনা সুগনু মথা চকপী, ইচিল ঈরেন লাইকোন মিরেন মিতমউঃ হৌকমদা থুংলে পাথৈ হায়নসু খঙনৰীবা মকম্নী।

মকম অসিদা সুগনু হায়রগা খঙনরিবা ৰাকম অসিদি ঙরাংঙম্নগী ৰাক্লমিং কুরু লুৰাং নিংথৌ পুলিবগী মনাই লৈথিন নোংখিলয়াং হাওকু চরাইয়া অমদি হাওকু তেকননম্বা অহুম্না লাইজ ইয়া চাওগী ঈসিংবু উনিং তাংমাক্রা ঈরাককপবু কংঙ্গুলা অমুক হন্না ঈসিং স্নোকলুঈ হায়হুমা লোমু কৌঈ। স্নোকু হায়রবদগী মকম অহু হৌজক্লি সুগনু কোনখি।

সুগন্নী লাইকোন মিতমউঃ হৌকম অসিদা মিকোপুঙ মিকা পুঙ মিরেপ পুঙ অসিদা লাইরিংথৌনা মিরেন লংলা পাদম্বা মিরেন

— 0 —

কোইরেন লাংথোকপা মিরেন কোন্দা কমকখা হিংথোম য়াইথোম লোইবা লৈসাবিকী তোনিংথৌ তোনৌ মনিক খোম্বা সনালেংথোই ছানবা লাঈয়িংথোপা, য়াংহুকুপ কোবা লুসো চীংচাউঃ পনসাবা য়াংবেন চীংদা পানকাবা য়াংকুলেন লাইয়িংথোপা চীংগু অনিমক্তা।

চকপী ইচিল ঈয়েল ঈয়েন লাইকোন পাথৈ লাইকোনমাং মৈবা ঙিংথৌ থুবম স্থগহু কম্বান থোং থাংহি ছাঙোই হায়ম মুংচেংগী চিথৈ পাংবদা স্থগহুগী খা-মোইরাং লাইচী পাংবদা লাইমী চংনবা স্নাগী খোং সারে সেন্নিবা সারিবা অসি সায়োন ওম্বা লাইয়িংথৌ অনিমক্তা মীওবদা মীকুপ অমগী মগংদা লোইখিবনি। ঈশিং মনুংদা মমি ওইনা উহন্নিবা স্না থোঙজাও মঙান অহুদি চুম্বিথোঙ মচু তরেং ওইনা উরিবা তুরেলগী মথক্তা সাবা থোংদি ঈশিং মনুংদা লৈবনা মমি ওইনা তুরেন থুংনা লৈবা স্নাথোং অচোবা অহুগী থোংচিন অহুদী থেক্তা থোইনা থাঙ্গা চীংগী হিয়াংথাঙ কমগী মকমদা লৈবা লাইরেম্মগী স্থকংদা থোঙচীন তাহন্নি। লৈরোম্দা চংখিহুনা স্নাগী খোং সারিবা অহুগী মমাঙ থঙবদা স্নাগী সঙ্গাঈ সারে। মুঙথোং ঈয়েল ঈকোল য়োনবা লাইয়িথো অনিনা অমুক স্নাগা হিয়েল তোংনা চখরে। ৩—ঙারেল কোল, ঈয়েল য়োনা স্না হিয়েল অমুক হোম্বরে। ৪—উথুম মথোঙ ঈয়েল য়োনা চখরে। ৫—চুমথাং পোকপী ঈয়েল য়োনা অমুক চখরে। ৬—পাল্লাঈপাক ঈয়েল পবিঙ য়োনা চখরে। ৭—অহুদগী পরিং ঈপাক ঈয়েল য়োনা স্না হিয়েল অহু অমুক হোম্বরে। ৮—অমুক হোম্ববা স্না হিয়েল অহু য়াংমুঙ তুরেল ঈয়েল য়োনা হোম্বরে। ৯—স্না হিয়েল অমুক হোম্ববনা ক্রথোঙ চীঙলক চীংগঙ-হুক্তা স্নুকি লেপ্পে।

ক্রাথোঙ চীংলক চীঙগঙ হুক্তা য়াংহুকুপ লাইসিদখনা তানৌ মনিক খোম্বা য়েংহুনা লায়এ। নঙ-ঐদী লাই মচা মসেল অমত্তনি মখদি লৈকোই অসিগী ঈতিংয়ল সিম্বাবা মহি সনাহি মহিয়েল সনামহি

সিদবা লাই পুন্নমকী নিংথৌ. ওইবা ভেংপাগা মপুগী মসক ওইবা অসীবা লাই কৌবা সিদবনে। নহাক্লা সনাহিরেল অসি পুন্থনা ননিংতম্না চত্না য়োনিংবা য়োনা চত্না ননিংতম্না চৎলো হায়না সনা নোরেল অত্থ সনামহিদা পীরম্নগা বাংহুকুপ লুসো চীওজাও পনসাবা বাংকুপেন্না নোংপোক পাংনা ক্রাথোঙ চীওদা কারক্লে।

অত্থদগী মমাঙ্গী অবাং ওন্না অবাং পাংনা লাক্লনা অনান খুন চাউদা লৈরে। অনান চত্থ ভোত্থ সঙৈল খোম্বী লোত্থনা লৈখিএ। লাইগী চহি ১২০ সুনা মীগী চহীদা চহি ১ লৈখি। লাইখিংথৌ স্নামহিনা য়াংসুঙ তুরেল ক্যাথোং চিংসুঙ হুংতগী স্নাহিরেল তোংলগা সনানোনা হিরেল হোনকৎলকপনা সেনম ঈরেলমেক্রক থোকক্ম য়োরক্লে ——। ২ অম্নম হোনগৎলকপনা সানৈবী হৌবী ঈরেল য়োরক্লে ———। ৩—অমুক হোনকৎলকপনা ভিলিম লোক ঈরেল অসাংবা য়োরক্লে। ৪—অম্নম হোনগৎলকপনা লৈকু কংলৈবী ঈরেল য়োরক্লে ——। ৫—অম্নম্না হোনলকপনা হৈনৌ ঈরেল য়াংসুঙ থোংচিল ঈরেল য়োরক্লে——। ৬—অম্নম্না হোনলকপনা সুংকাঙ্গী তেংকোল ঈরেল যৌরক্লে। ৭—অম্নম্না হোনগংলকপনা. উথুম ঈরেল হাওকোল লোক ঈরেল য়োরক্লে। ৮—অম্নম্না হোনগৎলকপনা কোনোংবা মনভং পরিং ঈরেল য়োরক্লে। ৯—অম্নম্না হোনলকপনা পালাইপাক ভুমন ঈরেল য়োরক্লে। ১০—অম্নম্না হোনলকপনা হোঙ পোকপী তুম্বী খোংচিল ঈরেল য়োরক্লে। ১১—অম্নম্না হোনগৎলকপনা পুলৈ পোকপী ঈরেল য়োরক্লে। ১২—অম্নম্না হোনগৎলকপনা সুংত্রেং ঈরেল ভাংসুঙ সোঙ্গী বাংহু কুপ বাফুপেন্না সুংনা পলখিংবা মকম য়োরক্লে। ১৩ অম্নম্না হোনগৎলকপনা নবাংতা ঈরেল য়োরক্লে। ১৪—অম্নম্না হোনগৎলকপনা লানগাইনবী ঈরেল য়োরক্লে। ১৫—অম্নম্না হোনগৎলকপনা মাইপ্রৈ ঈরেল য়োরক্লে। ১৬ অম্নম্না হোনলকপনা কনা মচিল ঈরেল য়োরক্লে। ১৭—অম্নম্না হোনগৎলকপনা ভারেল কোল ঈরেল য়োরক্লে। ১৮—অম্নম হোনগৎলকপনা অমারতাবী ঈরেল য়োরক্লে। ১৯—অম্নম

হোনগংলকপনা কাংহৌবী ঈরেল য়ৌরক্লে। ২০—অস্থুম হোনগংলকপনা কৈথেলমানবী ঈরেল য়ৌরক্লে। ২১—অস্থুম হোনগংলকপনা থাংমাংনবী মুংঙনবা ঈরেল য়ৌরক্লে। ২২—অস্থুম্না হোনগংলকপনা সারংবা ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৩—অস্থুম্না হোনগংলকপনা হাওকম চন্থু ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৪—অস্থুম্না হোনগংলকপনা কোলেন ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৫—অস্থুম হোনগংলকপনা মুংহায়বী ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৬—অস্থুম্না হোনগংলকপনা হৈ নংপোকপী ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৭—অস্থুম হোনগংলকপনা কেক্র পোকপী লমসাং ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৮—অস্থুম হোনগংলকপনা মুংথোং ঈরেল য়ৌরক্লে। ২৯—অস্থুম হোনলকপনা খাংপেল ঈথাং চিংমুঙহং ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩০—অস্থুম্না হোনগংলকপনা নিংথৌ হিদেল ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩১—অস্থুম হোনগংলকপনা মুংলেপ ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩২—অস্থুম হোনগংলকপনা য়েনদং হৌবী ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৩—অস্থুম্না হোনগংলকপনা লিক্লা ঙাম্নু থাবী ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৪—অস্থুম হোনগংলকপনা লাইকোল ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৫—অস্থুম হোনগংলকপনা মিতম উঃ হৌকম খাংব্রেন চিংগী হিদেল ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৬—অস্থুম হোনগংলকপনা হৈবোং পোকপী ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৭—অস্থুম হোনগংলকপনা চকপী মচিল ঈরেল য়ৌরক্লে। ৩৮ অস্থুম হোনগংলকপনা কোরোক লাওবী ঈরেল য়ৌরকলে। ৩৯—অস্থুম হোনগংলকপনা ঙানপ ঈরেল য়ৌরকলে। ৪০—লাইগী নিংথৌ স্নামহিনা ম্নাহিরেনবু তোংলগা স্নানৌ পারকুনা সনাহি হোনকংলকপবু পাথৈ সনাগী থোংলান মম্নাদা লৈরিবা সনাসঙ্গাই মমুঙদা লাইরিংথৌ সনামহিনা লৈথিএ।

অনান চন্থু তোম্নু-সংলৈথোম্বীবু খাংকুলেন লাইরিংথৌনা তারোই সিঙদা চলনা পালনরুবদগী অনাল পাথঙ পুম্নক্লা য়েংথিনবা হৌরকুনা খাকুলেন লাইরিংথৌগা, নিংঙাইসঙদানদুনা অহিং নোংম্নাইদা লম থোরুহনা অনাল পাথঙ পুম্নমক্লা, খাংকুলেন লাইরিংথৌগা, মুংলংনদুনা মুংসাম্না চংপগী চাংম্নেংনবদা অনাল পাথঙ পুম্নমক্তগী খাংকুলেন লাই-

— 0 —

য়িংথৌনা হেল্লবদা, অনাল পাখঙ পুম্নমক্না ঈকাইরবনা অহিংদা লোম্না চত্তুনা চিথৈ যাইক্ন নিংথৌদা হায়রুবদগী, চিথৈ নিংথৌনা মিরু হিং-লৈচী কৌবা চীথৈ কুরুনে, ফোনচৌ কৌবা চেংচা নিংথৌপনে পিং পিং হংচী কৌবা নোংপোক অরিবনে। মতিক ময়াঈ লৈবা, লাই অহুম্ম-কপু অনাল খুংকংদা থারক্রে। বাংফুলেন লাইয়িংথৌবু মাইথিবা পিবা ওয়্ন-গনি হায়হুনা কুরু লাই অহুম্মক হাওরৈ খা-পাংনা লাকপনা অনাল খুং-কংদা থুংলরে। অনাল পাখঙ খরগা লোইননা অনাল খুকংদা লৈরম্নিবা অনাল পাখঙ খরনা লৈলাননে, অচা অথক অহাও অথুম মরম পুম্নমক লুনা নালনা কাজনা চংখোম্না সিনলাংহুনা চামিন খকমিন্নরগা চাবা লোইরগা পাঙ্গল মপুঙ ফাহল্লগা।

অহিঙ নোংয়াইদা লমথোক্লাহনা মুং অমুক হম্না লংনাবদা কুরুলাই অহুমদগীসু বাংফুলেন লাইয়িংথৌনা মুংসাম্না চৎপা হেনলে, চিংসা নাপোমগী চীঙভুম মুংচাউ অচৌবা ফুকুনা মুংপায়্না লংনরকপা মুংমসিং থিবা ওমদাবামথৈ মুংচাউ ফুকুনা মুংলংনারকপদা, অনাল পাখঙ পুম্নমককুগীসু চিংথৈ কুরু লাই অহুমমকসু বাংফুলেন লাইয়িংথৌনা মখোয় পুম্নমক মাইথিবা পিখ্রে।

মখোঙ্গী পুম্নমক মাগী মাগী মফম মফমদা হম্নাঙবগী মতুঙ অসিদা। বাংফুলেন লাইয়িংথৌনা য়ুম সঙ্গায়দা কপ্রিন্নগা ইবেম্মা তোম্নু স লৈ খোঙ্গীদা তালোই লৈমা ইবেম্মা নয়ুম সঙ্গাঈ মফম অসি থাদোকলম-লাসি, বাংহুকুপ পম্নাবা ঐগী ইয়ুম সঙ্গায়লৈরা হায়না ইবেম্মদা খেম্নবদা।

তোম্নু সংলৈ খোম্বীনা য়ারতন্না অহিং ঈচিকহুম্বা তাংলৌ লৈনা খেংলকলংবদা, বাংফুলেন লাইয়িংথৌগা তোম্নুস লৈ খোঙ্বী ইবেম্মা লৈরগা অনিমক্না অনাল খুংকংদগী খোংকাপ নাহুই থাংনা লাকপনা য়াই অহাং লাইচি পাংনা লাবপন চকপী ইচিল ঈরেন লাইকোন মিতমউঃ হৌরিবগী মৈরম থংবা পাথৈ লাইকোনমাংদা হাম্না সারম্নবা স্নাগী সজাই অহদা থুংলহুনা লৈররে। মতম খরা লৈরগা বাংফুলেন

— 0 —

লাইস্নিংথৌনা মালেম লৈরোননুংদা লৈরুরগে খনক্ত্রনা তোপ্ন সংলৈ খোম্বী ইবেম্মা লৈমাওঃ—লাইজ ঈপাক ঈরেন অসি ঈরানগা মিতমউ হৌরন্নম অস্নি চিংসা ম্নাপোমগী কজাবা ঙমখৈ অমা ওইনা উঈ চিংগী লৈমাঈ অংতম্বা কজাবা মরুম য়েংবদা কজারিবা লুনালনা উরিবা মরুম অসিদাঃ লৈকরসী লাম্ননা ইবেম্মাদা অথেম বাহৈ কম্মানা কায-রকলবদা।

মবুঙোগি কজাবা বাহৈ পরেং অত তাবদা, ইবেম্মাগী লুংঙোন পুক্নিং অম্নাম্বা রাখল খল্লকনা লাইস্নিংথৌ ইবুঙোঃ ননাওঃ ওইনা ঐদি মুপী পাংগল সোনবী ওইবনা লাইজ। ঈপাক ঈরে অসদি পক্নো। চাউনা লাইজা ঈসিং চোংনা লৈবনিনা ঐদি লাইজা ঈওানবা ঙনজরোঈ ননাওদি লাইজা ঈসিং অসি উরুবদগী পুক্নিংদা অকি থুহুং অমা পোকেনে। লাম্নবা ইবেম্মাগী বারম অসিদগী ইবুঙ্গন লাইস্নিংথৌনা তোপ্ন সংলৈখোম্বীব, খঙলন উৎনদনা লাইস্নিংথৌনা মসাদগী তুরিক অমমম পুখোক্ত্রনা ডাপ্ন অমা সারে উচি অমম সারে, মথৱাঈ কাপচমমগা লাইজা ঈপাকথক্তা থাদোকলবনা লাই-ইস্নিংথৌনা।

লাইজা ঈসিং ঈপাকথকতা ঙাম্নুনা লৈবা উচিনা লাইজ ঈসি ঈপাকথক্তা ঈরোইহৎনা তুরেন ঈরানবত্ন ইবেম্মব, উহনলে লাইস্নিংথৌনা বাংকুলেন লাইস্নিংথৌনা তোপ্ন সংলৈ খোম্বী ইবেম্মা লৈমদা হাম্নরে..খেংঙ ইবেম্মা মসা পিকলবা মথৱাই য়াইবীদী য়াওবা সামচা অসিনা লাইজা ঈপাক ঈরেন অচৌবা অসিদা তুরেন ঈরানলিবা অসি য়েংঙ কাম্নহনা উবেম্মব, য়েংকনবদা ইবেম্মনা উচিনা ঈরোইবত্ন উরুবদগী পিকলবা উচি অসিদম্ন ঈরোইহনা তুরেন ঈরানবা ঙমলগা ঐনা ঙমলোইদনগী মরুম করিনোঃ খল্লবদগী মবুঙোগী য়াথংব, কোম্নৌ থকতা কহন্মা মাম্নেম্ন লৈদা তাহন্দা চরৈ ফিগাও মুংজা চেৎনা য়োমসিন্না থম্নাঈ লাইমুম মুঙদা মুঙসি চান্না থমহনা মবুঙোগী য়াথংবু চেৎনা মুঙদা কোনসিন্না থমলগা মবুঙোগী য়াথং ইনজরে।

— ০ —

ইবেম্মানা মপুক্লিং মসা পুন্নমক চিংনবা লৈতনা য়ারবদা বাংহু কুপ-পন্নাবা বাংফুগেন লাইয়িংথৌগা ইবেম্মা তোন্নু সংলৈ খোম্বী লৈমগা অনিমক লোইননা ঈরান্নকপদা, পাইখ লৈকোনগী ঈপাক ইরেল অতু লাঈজ লাইজা ঈরেন ঈয়াঈ য়োরকপদা ইবুংো ইবেম্মা অনিমক ইনা ইয়াইচা চুপথখিহনা মাংেম ঁরোন হুতদা লৈহুঙ খোঙারেন লাঈয়িংথৌ সিদবা লাঈরেম্বী সিদবী ওইহনা লাই অনিমক পানখি। থুমন মুয়েক পাখংবা হায়না থঙনখীএ।

ইবেম্মা তোনু সংলৈ খোম্বীব, পোকপী পলেম-পম্বৌনা মচাগী চেংলৌ শক উরকত্রবদগী কাঙাওননা সাগৈ মঙাইরোই থরগা লোইনহনা লাকলগা লাইজা ঈসিংদা মচা মাংখ্রে হায়হনা চকপী ঈরেল মথা লাইকোন কাথৈ' উথুম মথোং ঈরেল মথক াইকোনমাং মৈবা নিংথৌ ঙিদেন্দা নিঙোল পোকপী পলেম পম্বৌ সাগৈ মঙাই-রোঈ পুন্নমক্লা মচা মঙ ফংনবা লাইগী হৌনবা পোং-মরম মসিং বাংকন্নানা হাপলগা ঈপাক ঈরেন্দা সকপা সোনবা লোইননা মপু-ক্লিংগী অনিংবা মতুংইননা থুরুম থাচংনহনা লাইগী হৌনবী মতুংইন্না ঈরাং থৌনিজরবদা লাইয়িংথৌগী থৌজান্দাগী তোন্নু সংলৈ খোম্বীগি পলেন পম্বৌ সাগৈ মঙাঈরোঈ পুন্নমক লাকঈবা মথৈ ঙারেল ঙা ওইনা লোঈনা ওনখ্রে। মফম অদুবু ঙারেল-কোন ঈরেল হায়না খংনখ্রে।

লাইসিদবনা তায়বংগী অচুম অরাল য়েংনা বায়েনলিবা মফম। মরম লমলেন ওগনু ইবাইতা ঈরেন থোংনাং মোবী চিংনুংহৎ থমনুঙ সাবা য়াংদোলম ঙাচক্লা কোনবঙুম কোলিংবা ঙারেননা কোনবঙুন্না কোনথাবা লাইজা ঈথোং লোনবা লম-লেমলৈ ঙাথোং থিংবা লম-দমদাগী চিংঙ, লাইসিদবা থোয়ুম লাঈনিংথৌনা মিরেন কোইরেং লাংথাক মিরেন লংগা পাদম্না তাঈবঙ থবাঈ মিরেন য়াইবী লোইননা

— ০ —

মিরেল তোংওরাবা মিয়েন তোনত্রক কোন্থু লৈম্মা কোঙ্গেং নিংথৌ মাংবী মিয়েন খোম্বী ম্মাকোই লৈমগী লোইননা লাইনিংথৌনা ম্মা-নৌরেন পাম্বনা সনাহিবু হোনকৎলক্লে। থোংনাং মোনবী চিংমুঙহং ঙাঙ্গেন কোনগী লমদম থমহঙ সরা ম্যাংদৌ লমদা।

লাইয়্নিংথৌনা সনাকোন চললে, লুপা কোন চল্লে। থরাঙ্গ পুংনা থারে, সিংঙৃৎ নাচ্চই লোনলে, উচুক খোংকৈ মুংলমলে॥ মরম লমলেন চিংমুঙহং চারাইতা ঈরেন্দগী অৱাং পাংনা সন্নাহিয়েন হোনগংলকনা লাইডৌবী খোং য়েরক্লে, লাইভৌবী তুংওই নাতৈনরগা অৱাংপাংনা হোনকৎলকপনা লমলেন বাঙৃ লমদমগী য়োইবু সৌবোম তক্ষা লাই-রেম্বী ওই ওই নাতৈ নারম্মে অৱাং পাংনা লাকপনা বারুকোক হিদেনবু য়েংওইনরম্মে ঈথাই লাইরেম্বী মসাইকোন য়োরক্লে ঈথাই থিংলম্মে লম্লেন মং-ওইননা তুরেন অচৌবা কৈনা থিংলম্মে থুগা তুরেন মরিনবু ওই ওইননা থিংলম্মে।

বাঙা—সেন মরিম হোললকপনা নারোই কুম—ক্ষম তারকলে তুংওই-নাতৈ থানমলগা ইনজিংবী খোংমুং হোনকৎলক্লগা চিংমৈরাকপা য়েং ওই নাতৈ থানম্মে, চিংনিংথৌ য়েংওইনারম্মে লোকতাক ইসা মাপন য়োরক্লে, তুংওই নাতৈননেলে মপন লাংমুং ওম্বা সোইরৃ ওই-ওইনরম্মে, লোংজাম্বা খোংবৃ ওই-ওইনরম্মে, ম্মাঙ্গোই কারোং য়োরক্লে।

কোঙ্গোল তাওবী ঈবেল য়োরক্লে। লৈতাং য়েং-ওইননা থিং-লম্মে ম্মাগোই মরিন ইম্না কাথংলকপনা লাই তুরেল য়োরক্লে, লৈমখোং লাইরেন চিনা ওই-ওইননা থিংলম্মে, মরম্মা সমগং লাকপনা তাথা সোঈ য়েংওইননা থিংলম্মে ননলেন তেকনা খোং হোলকৎলক্লে, লমলেন কোনদোন তাওবী য়োরকলে, সনলানকম ওই ওইনা থিংলম্মে অৱাং পাংনা হোলকৎলকপনা তাক্রাখোং মরিন হোলকৎলকপনা লমপুন তাক্রা খোং কৈনা থিংলম্নগা চরাইখোং মরিন ইম্না হোনগংলকপনা হমলেন হামলেনপাং লাম্লগা ম্মা ঈচিল মরিন থামেনবী খোং মরিন হোন-

— 0 —

পংলকপনা মরম্না লমলেন মদাইমা হাওনু খুঞ্জিল তোলোং লম্মা হন য়াংক্নোঙ্গ নিলহু খোং মকাইফমদা হাম্নগী লৈরবা সনা সঙ্গাঙ্গ য়োকোম্নংদা লেংসিন্দুনা চিংঙ, পুক্রিং লৈতনা হয়াও মুঙাঙ্গ মখোঙ্গ তোংনা য়াইফা মপুঙ কানা পালফাথী নাইয়িংথোনা॥

## ১৬ শুবা মতাং

## সনামহি ফম্বাল তোংবা

কোয়ৌ নোংথৌ খোইমোম কুরু সিদবগী মমাংদা লৈমা লৈ স্নিরেলবি, লৈমরেননা সায়োন্দুনা মালেম-চনিঙ লৈথ খাদগী চিঙ মতোন থোক্লা লমহৌরক্লনা লাইরেম্মা লৈমরেল উমাসনা কোনা চোংথোক্লনা লৈরবা কুকনা লৈমরেলগী মফমদা পুকমেন পাওমেন লোইরগা মচা অনি য়েংহনা খোইমোম কুরু নোংথৌ সিদবা সোরায়েম্না হায়রকই।

নচিল ননাও অনিনা য়াইফ খোইনা পানহৌরো, সিদ মিংথে অখোইবা ওয়খে লৈতনা ফজবা খোইয়ুম মাথী মিংলেন অকবর নখোয় অনিনা কংজরো- তেংবানবা মপুগী য়েংকা ওইগা শক্লনা য়াইফ খোইনা পানহৌরো নচা ননাই য়োক্লনা ওইনিংবতা ওইজরো- ওয়াংরক্তা ওনজরো। য়াইফনবা মরমদা ননিং তম্না চঙ্চরোঃ—॥

পাবি ইবুঙ্গো চৈর অহনবা ফমলেন ফাংথোক্ল মাপুনগী-মথক কায়াংশো ইপ্যানা ফম্বাল উরেন মহি হৈরগে। লহান-নোং লৈশেম ঘুম্নশেম্বা লোইরবদা লৈবাকপু ফৈত্তোম মাপন য়াংল-গা তায়রঙ খুঞ্জাক হয়ক্রগী মঙ্গুং মথং-মথং চংথরক্রবা হয়ি- হয়া- খুমুঙ- লাংবা কোম্না চুক্রকি কাওবা তেংপানবা মপুগী লেংদবা থুরুম থানম্নগে পারিহন।

মেঙ্গবা থাম্না য়ুমজাও লৈমরেলবী ভূমা সনা য়াইফবী য়ুমজাও কারেন মাপন্ন মকতা হেয়োইবীনা লৈ... । য়ুমজাও কারেন অমদা লাইরিংথৌ সনালেংখোইঙানবা কানে, -২- য়ুমজাও কারেন অমদা

ত্তরা চউম কানে, -৩· য়ুমজাও কারেন অমদা নে-নে য়াহিপ কানে ·৪· য়ুমজাও কারেন অমদা ফদীব মৈরিংকানে, ৫·য়ুমজাও কারেন অমদা ইমোইম্ন অকোংবী কানে, ৬ য়ুমজাও কারেন অমদা লৈমা অরেম্বী খোংচাম কানে, ৭ য়ুমজাও কারেন অমদা কোরৌ নোংপাকম কানে, ৮ য়ুমজাও কারেন অমদা অঙৌবা পুরিরোম্বা কানে, ৯ য়ুমজাও কারেন অমদা পাখংবা নিংথৌ চংলম ফানসাং কানে উমসনা লৈমরেল নংনা নোংথাং ৩ইরিবী নয়েক্কা পাম্ভোইবী ৩ইবা উমাসনা লৈমরেনগী পিপুবম্ন দা লৈমালৈসি লেনপীনা লৈংনা সাথপলসম্ন পারিহন।

১—য়ুমজাও লাইসঙ য়ুম-সঙ্গাই মঙ্গুংগী মথৈবু লাইরেল ফমলাংমৈ কোম্বুড কৌই। ২ কারেন মাপনগী ময়াঙ্গী খোইদৌবু ফুঙ্গা কংলা কৌই। ৩—অতুম অহিঙ্গাকি মপেম্মা ৩ইরিবা ইমাঙ থোংকি মমিং খারো ত্তারিওঃ সাম্ন কাইপা কৌএ। ৪—ঈমিং থোংকি মমিংতি কায়পিরা কৌএ। ৫—লংমাইথেলব্ ফম্মাং কৌঈ ফম্মাংদা লৈবা অমাঙ্গ কুরুদী লুপাহিঃ অপালবা মচুনে সমলাংনা ত্তাবল পুন্না য়েংনা পূম্নে লাইপক্কা মচু তরেংনা তিন্নবা অরংরা থাগুম ঙানলে মথুত্তা চৈরাং হৈজিং পাইবা ফিসেংনা স্নাফিগে হিঃ ঙোন মচু মানবা সেংলে—সঙ্কমনা ত্তাইবঙ লাইগী নিংথৌ পোকলেন অহুনে মখুংত্তা সনা লিক্লাং পরেং অনি চংলে, খুংম্নদি খুয়াইনা স্নহিয়ে, মদি খুংদি অমাইবনে, মমিংদি অমাই নোংখায়বা কৌএ। ৬—পাললাংব, খোইয়া লিতং পোক কৌঈ। ৭—লালম থেলব, থোংজিল কৌঈ। থোংজিন্দা লৈবা অমাইকুরুদী মচুনা য়োং থেকত্তোকপা মচুনে, খুংম্নমা খুনাওবীনা স্নইয়ে মমিংনা কোনচিল তিংথোকপা কৌএ। মাগী হিদক লাইরাদি অসিদনে ৮—থোংনাং লাইনিংব, ফকতোম কৌই। ফকত্তোমদা লৈবা, অমাঙ্গী কুরুদী খাবা লমকেংপা অমাঙ্গ লমথোইয়া থোংনাং লাইজিং ফম্বা কৌই। চিংঙ, ময়মথৈথ, থৌজান স্নরিক পনিবা, অমাইবনে, ৯—চেংজা লালথুম থেলম্ন থোংজিল ময়া কৌঈ। থোংচিলদা লৈবা

অমাঈ কুরুদি থোঙারেন কৌএ। ১০—তাঈবং পানবগী মপুওঃ য়ুমগী থোংজিন্দা লৈবা, মমিং অসিং অঙাইবা কৌবা—ওঃ অয়ুক থোংহাংবা নুমিদাং থোংথিংবা, কুরুসিংগী মপু ওঃ—সচিফু চৈরাওবা, নুমিৎতা পিরুমগী চিংদোংদা খময়ুঙ নিংথৌগী মমাংদা অহিং নোংথাইগী মতমদা সিংথাবা কুরুসিংস সিংলুংবগী মমিংবু শায়রক্কে সিংস্নবনা মাংসোক্তা লৈয়ে. সিংলুংবন ফমলেন্দা লৈয়ে. কুরু অনিমক্লা—স্নবা খুৎসুদি লুহাংতৈ শুঈএ। কুরু অনিমক্লা অহিং পুরৈরএ. থোংথিংবা কৌএ। অয়ুক খায়যে থেংনবা কৌএ।

অনিমক্লা অহিং সুংথল নোংমা কৌএ. নোংমা কৌবগী মমিংদী অসি কৌএ, অসী কৌবা নুমিৎতা পোকফং পোকএ. সিগুং সিএ অতুগী দমকপু তায়বঙপানবদা পানগে হায়বগী দমক সমু লৌতম হুনবদা কোরৌ মসিং খঙনা বাংলেন পুংফম চানা হুনবনে॥

১১—ঙাইনা থেলবু নাকথা কৌই, নাকথদা লৈবা অমাই কুরুদী মৈরি অমুবগী মচুনে, চিল চাক্লা চাপল চাইয়ে,—খুৎসুদি খুনিংথৌনে। ১২—সবা ঙাঈনথেল থানাফম লুকক থেলব, স্নমাং কৌঈ। থেলেনদা লৈবা অমাঈ কুরুদী কোনবাংর মচুংন, ফিসেংনা সনাফিগে মচু মানবা সেংলে, খুংশুনা খুত্তোনবীনা শুঈয়ে অমাই মহাক্তি অতীয়া, খোয়ুম সিদবনে। ১৩—থোঙ্গাংবু বাবা ফেরে লাওবা কমনাংচিং কৌঈ। ১৪—ঈরুনবা মফমবু খুগু মিসা তম্বালুরুপচিং কৌই। ১৫—খন্না কোলহোয়ে খমজিংকোন কৌঈ কুরু মহাক্লা শুকমু থলবা লাংয়া থলবদু বায়েন লিয়ে । শুকমু থলবা কৌবদি পোক্লি সাংলিবা স্নকতা সোয়দারিববু কৌঈ। লাংয়া থলবা কৌবদি সিংখ খমখিবা খময়ুঙ লাংওনখিববু কৌঈ। মীওইবন তায়বঙ পানবদা পানগে হায়বগী অসিথোং চামা থিং অচংথোং চামা হাংহুনা পারী নংবু মসিন থৌরম তৌরক্কনি ।

থোইয়ুম লৌব্রেন অওয়া চিংগু নোংচুপ অরিবা সম্থোং লাইরিং-থৌ, থাংজা য়ুবুম হাংদবা কসা লাওইবা চিংবাং লক্কি পুরৈরোম্বা লাঈ অথোইবা। নোংপোক মালং -হুম- ওইনবা, থাংমাই মার নিংথৌ

খোইয়ুম ওংজা চিংমাবা, ওংলোয়েন লোখিবা, কোয়ো নোংখৌ সো-য়ায়েন থক্রা ঙাকপা সৱাংলাই, খাদা ঙাকপা খোঙায়েন। মাইকৈ মরি মালেম চিথেক নিপাল শু তাই হায়ৌ কায়ন তয়াতরুক লংতাই কুম্ন্যানিথোঈ সিখাঈহুক্‌মরি মকতা লৈরিবা লাইয়াম পূয়মক্রা কো-ইনা ঙাকসেন্দনা থৌগল থৌরম পূয়মক অৱাংপা লৈত্রবনিনা ফম-লেন সুমদি বাঙম্বা হনজনন, মাংসোক সুমদি কিজবা হনজবনে লাইজি সুমদি কোনসব হনজবনে, সম্থাং সুনদি সেনজহনবা হনজবনে

সেনজহনবা কাদা লৈরিবা তাংবল মখোল মাপন থক্তা ঙান-খোইনা ফমদেংও পারিহন নপন ঐনা উরেন মহি সিদা মিথৈ হৈরগে। অমমবা চামা তককতি ত্রে—ত্রে কৌএ। অমমবা চামানিপালদি লমা নেংকুম্বনে। মমিংদি তেং—তেং কৌএ। খোঞ্জেল্পী তেং কৌই। পা-কন লেমফুদি কু কে কু কৌএ। মচু ওনলবদি কু কে কৌএ। লৈপাক লেমফুদি সঃ য়্যিঃ লিংখোক কৌএ।

সনাকোনলেন আচিবা কৌনা মিংহুনবা চিংথাঙলেন তাংখোম্বা চিঙথাংলেন তাংনৌবা লোনসিং সিমন রিংবা কুক পারি নংগী অথুপ্পা মিংলেন্দি, আং তরং তরং তরং তরং তরং হিংওঃ চেলনপ। কা কৌএ। সুা য়োইররম্বা নংদি সুা চাংএং ত্রংবা য়েংতাং কৌএ। পরি হয়ৈ অকানবা নপন ঐসে পরিনা ফন্বালদা ফমদেংবা মপুঙ কানা ঙাম্বোইরবা মতমদা পারি নংগী পিপুকসুঙদা সাথুপকে। নখঙ য়াইগী য়াইমরু মিয়েন কোন্দা ফমবা হিখোম য়াইখোম লোইবা লৈসারিক্তী তোনিংথৌ সিংনাং য়েনবী সুবা কাবাক য়েনপং হায়বা নীচিল পুববা মীয়া থেংপা লিকলাইসনা তনৌবা মনিকসনা তয়ৈসু কোবা পরি ইবুঙোঃ খোইয়ুম সরি সিদবা, য়াবা কোনথাং সাগী নমু পোংথোক মথংলেয়া থেন্দমলকপা থিয়েন উংলৈ সুঙদগী লাবা খিয়াং খোক্সা লমহৌরকপা সনাকোনকুয়েন মরু খোয়ুম য়াইবিয়েন সিদবা।

পরি ইবুঙো তেংপানবা মপুদী নহাক্সী ঙসিদগী থৌছনা নমিং সয়া থোক্সমলগে, সনামহি হায়হনা সুঙসিচায়া কৌরমগে, মরু ওইবা

মিংগ্লোলত্তবু—খোনলমলগে; মক ওইবা মিংখৈবু ৎথংসিংনা হাম্বরক্কে, ইবুঙোদি ইপুধৌ য়াইবী কোনগী মপুখো কয়াৎ কাংলেন সাখোবা লৈরক কোনসাং সিন লবা সক্লা সয়োয়শানলোইবা খোংবান মুঙদা লান্নাবা।

নোংদোন থক্ত পল্লোইবা সনজিংনা নাও-কোনবা লাপথিবনা উদবা নকমনথিবনা উদবা চাওবা পিকপা ননিংনি সিন্না থংনা লৈবনি ইপুরোইনী খঙজগে তাওহৈরোন হাযজগে পাখিহন-মৈতবং ঈসিং তরং অতিংঙা মুংসিং তবলেন মালেম লৈদা খৌসাবা য়েক্লা সরোঈ লানবোইবা, তোপ্পলৈবা তোঙানবা তিন্না লৈবা অতিনবা তাইবং মুঙদা লৈবনী থবাই হায়না কোবনী পাবিহন তমজাও কাংলেন সাখোবা, য়েম্মৌ চুপলি পাইরিবা চৈবী নাওরেন হোল্লিবা, য়াংজ সগোল থৌরিবা সজিক—থবা, ওইরিবা অমম অঙান খায়বিবা, হুংনানিংনা নওংনি, তাইবং লৌসিং মৈরানি, পখিহন কোনসেনসনা পিবারেন সনামহি ঙৌবরেন ফুহিংসনা লাইজরেন সনা ফম্বাল মহিরেন॥

সম্বোংগীদি মংরিব ফুঙ্গাগীদি, লাইরুবা পাখিহন থোংজিন্দবু লৈবনি থোঙারেনবু মৌবনি চাইচুম তাফম তাবনি তরং নোংদোন ফাওবনি সন্দংখাদা খৌসবা কৈদা লৈরে কৈরুংবা নৌদা লৈরে লৌনামু লমলক্তদি লম্মাবা লমসেম্বু ওইরিবা হিংখোন মাতান মরম্বা কোম্বোংদদি সোনজুনাহা তাওরোইলাই পাখঙ নহা ওইরিবা য়েনখা পাওদবা সাইজিল পোলিবা পাখিহন।

সিদ সয়োন মম্বাম্বী তম্ফা কোরৌ অবাংবী বাঙম কোংখৈ আজ্ঞামথী সোংলোইবুদি অথাম্বী খোঈমোম্বদি লৈখাযেন য়েনহো খোঈবী মরুগী কোরৌবদী মিনোংখৌ খাবী চামা সিনতাকপী অমাই চামা সিনতাকপা পারি নাকতা লৈহৌরো।

"মপর্ন" পম্বৌনা লৈমরেনবু সনামহিদা পিয়ে হাম্ববা অসিদগী ইমা, লৌখরে, হাম্বহুনা পাখংবলা তাজ লিন, ওইনা, সাইয়োজুনা

— ৩ —

পামেন উদা থেংতুনা মমিং কোরিমুক [illegible] পামেন উঃ অহুবু পাথংবনা মমিং কোরিমুক তাংনা মোংথি হাঁয়হুক্না[illegible] অহুবু খোইমোম কুক সিদবনা নোংনাং কোরি হায়না মমিংথোলথি। লৈহাম নোঙপি বা নিংসিংলুবদগী সনামহিনা লৈমরেলবু য়ুমদিননবা তারে হায়না মিপুং য়ুক্না মরুভদা সায়োন তোহুনা সমু ওনলগা মমাই নোংপোক পাংনা ভুবেন কাননা চংকদবগী মথোং অমা ভুবেন বাংথাদা থাংবা হৌরকপদা, মপন খোইয়ুম কুক সিদবনা হাওনা পরেনা থুহং মথোং অনি অহু পুম্নাগা য়োলহিং কালাংনা অমুক লিরো থোংজ লাক্না পুম্নাগা মপন কুক্না পারি ইবুঙো থম্মোই লৈকোন হিহোনৈ করি মতৌ কৌবগে পারি নংবু লাকখোলাও মপনগী বাহু তাবদা পম্মো ভমজররোই হায়না পাওথুমলবদা, মপন কুক্না পরি নংবু লিংজেল থামনলিদা হায়না পারি ইবুঙো নংবু নপন ঐনা থাবা হায়না কৌরগে পারি থাবা লাও নংনা নমা লৈসিরেন লৈপুনবীবু তা- লোইসিংদা চলগে হাংক্রবগী মরম অহুনা ইচাগী থম্মোঈ পুক্নিং মথক মথা ওনবনী হায়বা নপন ঐনা ভমনা থওঈ। পারিনাক্তা লৈগদৌরিবা লৈমরেন অসিদি উমাসনা লৈমরেল সিদ সয়োন ওয়া লৈমরেল কম্বল ভোংবী কৌঈ। উমাসনা লৈমরেন সিদবীবু পারি মথুবাক্তা সিনাগে লাওঃ হায়না সমু অহু ককনা কোনথংলে অমুক হাননাগী মতৌঙা বাংলেন মিবুপ অমগী মমুংদা হায়রী সকম অহু ওঈরে। মকমদি লমলেম বাংকোঈ হাওনু থুনচিল ভোলোও লম্বাহন্দা কুকনে, লৈমরেলনে, সনামহিনে, অহুমক্তা কুদা লোংচুম সানা কমলে, লৈমরেলনা মমাঈ মথা থম সনামহিনা মমাই চিংথৈ ওন কুক্না মমাই নোংচুপ ওন। পামেন হৈপোও মথোংদা কমকমনা সনামহি কম্বাল ভোংলে লাঈরেল কমলাং কমলবগী মকম থুকিংগী চিংতু লাইকম মাথারে।

মচাগী অবাবা অহ উবদা চীংঙ, খোইয়ুম কুরু সিদবনা মচাগী খুদাং পাইহনা মচাব, থাগোলমহনা তিন্নক ওইমা নোংকক্‌লো, মিংথৈদি চহুইলিলগাং কোক হেনবা লাই কোকলেন-চংকানিক নোনা মপোক লিহঙ্গ নোংদমলে ॥

পারি নংদি হম্রিচক হয়াচক থুস্থুঙচক মপোক অহম মন্থংরেংনা সান্নকুরগা লাংবচক কোবা চক অহুদা তান্নখঙ মুনখোং খুনিংদা যুমলাই পোলজেনবা কাযঙনা তান্নখঙ পুন্নফম্বী যাইফনবা, সেম্বিবা ওইহনা নকা চাম্মা নিপান ( ১০৮ ) ফমহনা তান্নখঙ মীওইবগী খায়েন থোঁদা অচুম্ব করাও নুংইবগী পুক্নিং ময়োন পুন্নমক চোংহনগদবা পারিনি পারি খোমদোন অতোনবা নংব, সেম্বীগদবদি, ঈশ্বাবতনা সেম্বীগদবনী। নয়াম্বগী মফমদা নোন্নক্লনা থুকমর্জহনা নিংবা খেথিক নিজহো। মপন কুরু সিদবগী য়াথং ফংবদা শোম্নিন তিংথোক পাকঙবনা মযাম্বগী তাংলৌ থম্বাল মখোঙ সোক্লা থুরুম লৈপাঙ্গ পাইজখি ॥ পাকঙবগী মতৌ অহু উবদা, মপন পাম্থী সক্লবা ময়াম্বনা পৈনর্বিরহুনা হায়-হায়বিখি, ইসানৌ ইবুঙো নংনা পম্থোগী য়াথংবুঁ নকোকথক্তা খোঙ-হনা মালেম কংলৈ পুংমায়াম অসিগী নিংখোলেন ওইহনা মালেম লৈকোই অসিগী চক মবিমক্তা মথংলেন্না সমখহনা পাকবা ওইজগে, মতম পুন্নতক্তা ঈয়াম্বনা হৈনাংনিতুং ইন্দুনা নংগী য়াইফনবা থৌরাংবা সরুক ওইহনগে।

মকম অহুদা চিঙ, কুরু সিদবনা হায়রকঈ। পারি ঈবুঙো: পাথংবা নংগী নথক্তা নয়াম্বনা করেং থুৎকুম নোংদম রায়েনগদবনি নয়াম্বগী য়াথং ফংদবা থবক্তা মংনা নমথোক্তুনা থবক তৌকরোঈ নয়াম্বগী ময়াথংন। নোংদমজবা থবক্তা নংনা থৌরাংলুরবদি,—নংনা নমাঙ্গ পাকপা মফম পুন্নমক্তা ওইগনু নয়াম্বনা হায়বঃ য়াথংমুঁ লৈবাক্তা তা হন ফরোঙ্গ অরেম্বদা মাংহন্দনা চেৎমা তাকহৌবনি।

কুমজা অমগী অনৌবা কাকরেন "হুংসাজ" খুদিংদা লৈপাক অসিদা লৈবা অনৌ অপোৎ কংজবা মথৈ মন্ত্রীবগী মফমদা লৈরাক খুদোল তৌ তাওজিং হৈরাং কৎ, চরৈরিথোল অবাংপা লৈতনা মথৈ মরোং

— 0 —

পুন্নমক কৎলগা নংনা কংজবা চাজবা ওইজো। অ:নোবা চৈরৈ নমথাংস কুমজা—কুমজা খুদিংগী চৈরৈ অহনব গোংহনা খুচন নৈপাইনঙহনা ফুঙাঈ য়াঈফনা পুন্সি মহৈ ফুঙসাংননা পানবা ঙমনবা থোয়াংজ্রো নপুক্লিং হয়াও ফুঙাঈ মথোই কানা নপন পত্থো সকনবা নয়াম্বংগী ঙাংলো থম্বাল লৈঙাং লৈকা সোক্না খুরুমজো।

অহুগা পাব্রি ইবুঙো চৈরৈ অহনবা নংনা ননাওগী মতেং পাংহনা মথক্তা বায়েন নোংদমহনা ননাওগী মথক্তা নকা চাম্বা নিপাল কপহনা কমথোন চাম্বা নিপাল নাইহনা কয়োং খুংকুম নোংদম্বিয়ু।

ইচাগী নত্তিক নয়াঈ অকলবা সকতম অসিনা লৈবাক অসিগী ঈয়েক তরেৎকি সথাঈ সকতম অথোইবা মীপোক অথোইবা ওইহনা সাকৈ সল্লাঈ তরেৎথোক্না থাইদোক্লগা সকতম অমত্তা ওইনা থোংলোন মপান কাৎহনা থোয়ুম লাইয়িংথৌ ওঈনা সিদা সাইওনলুরো ইচানা পাব্রি ইচাগী চিংনবা পুক্নিং বাথল অহুস্থ থাদোকও:—নংগী নপোক লিহঈ অয়োইবদা নমিংবু উং—চং নেং হিং নিং হাইনা কৌহনা লাঈরমলেন্দ। লাক্লগা লৈবাক খুদিংগী য়াইফনবা সেম্বিরু।

লাংবা চকতা নমিং হৈয়োম সিদবা সন্নাইসনা হায়না কৌহনা তায়নঙ সকতম য়েন নোংদম ওইরুরো। ইচাগী ঙাংলো থম্বাল লৈকাব লৈপাই-জরবা, অমাইবী অমাইবা মৈয়া, অমাইবানা তেংথা নাওয়োইবা মতমদা ইচাদি তৎতবগী হৌফম মরু থঙবা ইচানিনা থবাঈ পান-বসিংগী সোয়ফম কোক্লফম লায়ফম ওঈরগদবনি।

ইচানা মতম অহুদা ইচাগী মাংদা ঈপানা ফম্বাল লাংহনা লমকৌ-ঈবা তিরুক ওঈরগে নংনা ইপাগী ইতুং ওইনা ফম্বাল তেংজরো ইপানা ইচাগী ফমলেপ মফম থঙলাবদা ইপাদি সায়োনহুঙদা থুপলগে, অসি হায়না যুমলাই পোনজেন বা থোইয়ুম লাইয়িংথৌ অসিব নোং-জয়বিয়স!। পাথঙবা মতাগী য়াইফনবা সেবীথি॥

— 0 —

১৭ শুবা মতাং

# লৈমরেন মাওয়োম

লাইরেম্মা য়েমরেন সিদবী চিল্লবা লাইসঙ মখুঙদা লৈরিবী য়াইবী স্লেম্মী সিদবী য়েনবীরেনবী সিদবী লৈমরেন কাচাউ. য়ারিবী ইসাইমুদা-চাকতাবী মালেম শুঙ্গা কাবদা য়াইগ্গী লিম্মু চারাং অসংবনা থাংচেং নমথাং ওইরিবী, লিকোন অহিংবনা থাওনরিবী নোংচৈ নোংদা অসংবন লিল্লাং পরেং ওইরিবী।

স্নালিথুপ থক কল্লিবী, সোর পুঙমাঈ চুম্নীবী, মুকথু পাবল্লরিবী, কোলোম চৈথু স্নরিবী। সিদ সা.ধান অয়াম্বা লেংলি পাল্লিবা পুক্সমক্না মমা মপা অনিমকপু ওইরিবী লাইরেম্মা লৈমরেন সিদবীনা মখোয়গী লাই থরোম্বী নোংথা লৈমা অনিমকপু সাংত্তোকয়ে মথাক থানা লাঈ অহুম স্থরে।

লাইরেম্ম লৈমরেন সিদবী লৈথারোল তরেৎমদা তুনা লৈবী নচুবু স্না ফুথোংবগুম্বী মালেব লৈরোল তরেৎমদা নোংসাবী লৈপাক্কী সেক্কীংদা য়াময়ক্কা লৈয়ে, মিংথৌদ হুং হীক হুং-হীক-হং কোএ। সেক্কিং য়ামুকক অসিগী মথক্তা কয়া সিদবীদা লাইরেম্মনা কমঈ। লাইরেম্মগী মমিংদি লৈকোকপী তংনু কৌঈ। য়েত্তা ঙাকপী মুন্নিম্বা লৈবী লৈমরেম্নে অমদি তিন্নি কোকপী মিনু কোএ। ওইদা ঙাকপী থাদা লৈবী লৈমরেম্নে, কমপানবানে মরানে, লৈমরেন সিদবীনা ঙাচিং য়ুমু মরম নানখুং-খিরে মমিংদি হংলৈ তিনসং কৌঈ। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি মরি লৈজিন থাকমুবী সিঙলুম কৌঈ। অসিনা পোকএ। অমুদি তিনত্রেঙ কৌঈ। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি সুঙথুপ্পি থুকহিং কৌঈ। অমরক ঈনথংখিরে নমিংদি তিস ত্রেঙনু কৌঈ। অমরক ইনথংখিরে ত্রোঙ ত্রেংনু কৌঈ অমরক ঈনথংখিরে মমিংদি লৈহিঙ নপ কৌঈ। অসি থৈরিকী মথক্তা কা তোনো ওইনা থম্নালুঙম মন্নুম নাইবী য়েম্বা থৈনিকপ য়ুক্লিং ছৈরবী মমিংদি লৈহিংপুন মিঙত্রোঙ চিঙ হাঙ কৌঈ।

— ০ —

লৈপাক্কী সেক্লিংদগী থোনা তাইপঙ পানবা কাওনা কমপান তোংলে কম্বাল বানে লৈপাক্কী লেনফুরেম্লে। অসিদগী লৈপাক সেমলে। নোংথো হোঔএ।

লৈপাকস্নুং অচাইবা ঈসিংস্নুং তরং নোংসিংস্ন তরং মৈস্নুঙ তরং তরং কাকাতুপপু মথননা ওঈ য়েং ওইনা তুনা লৈবা খৈবিকপু কাজিন্না থমলে মমিংদি পুনচি কৌঈ। ওইদি পুনচিগী ওইদা লৈএ লৈপুনন্ন কৌনা লৈয়ে লৈব খবিকপু কাজিন্না লেবে মমিংদি লৈকিঙন্ন লৈনপকা কৌঈ। অমরক কৌবদি লৈহিংনপ লৈচামফা, কৌই। অমরক কৌবদি তেঃ তেঃ কীংঙক কানিক লৈনাংন্নুনপকা কৌই। অসাওবব, উনগুম চিকহনবা, ম্রাকন কংতবব, ম্রাকম চেংহনবা সেম্বা সাবৌবা ওম্বা লৈমরেননে। লৈমরেলনা লৈবাক্কী খেওক্লি ওইনা অকনাদা কারন মরি মগি মন্নাইদা চুপ সেন ওইনা লৈপাক মন্নাচেংনা।া হনজিন্দুনা কমলে, মমিংদি উপবী থুম কৌঈ। লৈবা খৌবক পোকপনে, মমিংদি ছুই ত্রোং লৈতোঙ মেনবী কৌই। অসিদি সনা লুপা দাওনা সকসোল্লবদি লংজ অয়োন কোকএ। অসিদগী চিংখৈ মতোন্দা হুইরি কুন্না কপথংখিরে মমিংদি তিল তালি কেন কৌঈ। থন্নাঈ নিংসা হোন্নবা খৈবিকপু খোমজিন্লে তিলগী মকোক লাইগী মকোক মরু ওইরে মনিংদি তিলমিঙ হন—হন লাইমিঙ হন—হন তাহন অস্নম কৌঈ। মিংলেনদি অমুম সিংপি ত্রিং খোম্বা অমুম স্রিংপি সিলখোম্বী কৌঈ। অসিদি থন্নাঈ নিংসা খৈবিকপু লমলক্তাগী খোমজিনলকপা লাইচেম্মা লৈমরেমগী মমিংনে।

অসিদগী মুমিংতা চোংসিনগ্রে, মমিংদি মি-তরেংমু কৌঈ। অমরক ইনথংখিরে স্নুতরেংমু কৌঈ অমরক ইনথংখিরে ঙাংসঙলেন সংতরেংমু কৌঈ। মুমিংতো থুঙলে মমিংদি ঙাংতুমমু কৌঈ। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি রুঃ হিঙচি কৌঈ। কম্বাল বানে নাওয়োমদি তিক থুয়োম তরং কৌঈ। মামা নাওয়োমদি খাঁমকানে মথককিদি তিলিক তিলিক য়োম কৌঈ। লিজ

য়োমসং কৌঈ। নাওয়োমগী মিশৈথেনি। ৱাৱম অসিবু খঙজৱবদি চীংঙ, থোইমোম লাঈনা চানলে মুম্বিংকী কমবাল ৱাদি অসিনি।

অমৱকতি লিক সঙকুম কৌঈ। অমদি সংতাঈনপ কৌঈ। লিকসং কুম কৌঈ। অমৱক কৌবা মমিংতি পাৱংবাঃ পরেচ কৌঈ। সজিকতা লৈবি লৈমরেননে। নোংপোক পোকলেননা কম্বাল তোঙবিনে শকলেন কুচু মাংকদবা তংতনা চাননবা লৈমরেননে সজিকতগি থাদা হুনজিলখিরে মমিংদি থুপ পিরেঙ কৌঈ। অমৱক কৌবদি লিক লিকঙাং কৌঈ অমৱক কৌবদি লিক লিকসং কৌঈ। অমৱক কৌবদি লিকপোং কৌঈ। অমৱক কৌবদি লিক লিকয়োম কৌঈ। থাম্মোরে মমিংদি থ,পপী লৈসংমু কৌঈ। অমৱক কৌবদি লিক লিক সাচুং সেমু কৌঈ। অমৱক কৌবদি লিক লিক সে ককমু। কৌঈ। অমৱক কৌবদি সেং তৱংমু কৌঈ। লৈবা থৈনা চেংইলগুম কুপখিরে।

হঃ লৈমরেন ঈ কুপপি কৌঈ। লৈবথৈবিক্তা সোনহুনা চিন্ন, মী লাঈ থৈবিক্লা চানলে। অমৱক কৌবদি থ,পপি লৈতোংমু কৌঈ। কেঃ রেঃ চিংমুনপ কৌঈ। অমদি তিল তারেংলিক কৌঈ মিংথৈনে নাওয়োমগী মমিংদি তিল লিকক্ষা য়োমবী পুরংমু য়োমবী য়োমঙ্গ কৌঈ। থাগী কম্বাল ৱানে লাঈম্বিংথৌগী মৱা ওয়বা ৱানে।

লৈমরেন সিদবীনা থাদগী হুঈরিগুম কুপথংখিরে মমিংদি হঃ ম্নীং হম্বিনপ কৌঈ। অমৱক ঈনথংখিরে হঃ নপ তৱাঈমুনপ কৌঈ। অমৱক ইনথংখিরে তৱং তরেংলিক কৌই। তাম্নপং পানবগি মরুনে মাতোন চোঙবা ৱানে পাথংবৱু সংয়ে। অকঙববু সঙয়ে, ইপুন মুঙসাঙবা পূনসিব ৱানে মচু হৈয়াইগুবনে। লৈমরেনন কমগা ৱানে অসিদগী লৈবথৈবিকপু তোঙচিনা চিঙবগুম চুপসিনবা লৈমরেনগী মমিঙদি ( হুংচিনপ, ) কৌই।

( চুরুমনপ—কৌই ) লৈবা থৈবিকী পুরিঙবু চুপসিনলাবা লৈমরেননে, অসিদগী থৱান পি চাক নোঙথৌ সিদবদা ইনথংখিরে।

— () —

মিংদি তারংনোম লৈনপনু কৌই। অমরক ইনখংখিরে মমিংদি তরং নপ কৌই। অমদি অং উপ তারেচি কৌঈ। মফম য়ৌরে মনিংদি খিরিং তারং কৌই। অসিগি মপুকমনুঙদা লিল্লানা লংনা লৈরে মমিংদি (লৈ - হৌপ - নপ কৌই) ।চিংসিনা সোনলো মিংখৈনে।

অসিদগী খাচিঙ মমু মারম লৈখংখারবদি অমলবি খোইমোম সিদবি লাংপুম কুম চান্নাবি, খিবা খঙদরবি ওয়রে। লল লৈমরেন সিদবিগী বাখোঙ হৌগী লিতোন লোমনাবি লৈপাক নোংখৌগী মরা লেনফু ওইবনে। থা অমদা হনলা—হননা সক সোনহৈদবা লৈমরেন খৈবিক স্নরবা মিংখৈনে।

ওঃ—তরেং কুক তরেং চিরিক তরেংলি কৌই। লল লৈমাসিন লৈমা হিয়াঙ্গী পুবা লৈমরেন্না লাইপক্তা ভাম্বোইবা লৈমরেন সিদবিনে অসিদি। মং-মং রঃ—হঃ লৈচিং মম-মম রঃ-হিঃ লৈমরেন্না সনগী লেন-ফুদা থবাইরেন ওইবা বানে অসিদি॥

## ১৪ সুবা মতাং

# লৈমরেল সেকনিঙ

রচিংঙ, খোইমোম কুরুম সিদবনা হায়ঞ। হে মীওইবশিংওঃ হাল-লেন [illegible] লুচিংববু অহুম থোকয়ে। অমদি অহানবা [illegible]। [illegible] মঙানগুমা লৈবা খৈবিক্তা থাক্তনা চঙবিখনে। অহুগী [illegible] মহাক [illegible] অথোইবা মহাক কৌরকা—কং থবাঙ খৈ-রিকপ ভুমা [illegible]।

[illegible] কাংলুপী মসক ওইনা লৈরিঙিঞ। কমৌ ওইবা খৈবিক স্নন অতোংগাদি কম্বী ওইবা উবনে। স্নদা লৈরিঙগী মমিংদি [illegible] কৌঞ। মসক উদনা [illegible] পানেক [illegible] হায়বগী [illegible] নাইকনা থঙদনা কৌরে। [illegible]

— ০ —

থবাইগী মসক ওইনা মকম অহম্মক্তা তাকপিরিয়ে। মকম অমদি থোঈনে, অমদি থম্মোঈনে অমদি মিথনে। হৌজিক্তি মিওঙ লমদম্ থোকনা হায়রগে। পজেংনে ফিরালনে, মখোকনে অহুম অসিদি থম্মোই গী কমবিরেন মহাকনে। পজেং কৌবদি হঞ্জিনবনে। ফিরালদি লিঙ্কা নোঙলুমনে মখোক্তি মিনে। পজেংনা লৈবা মকমদি মিং অনি মক্কা থুদোল অনি নকুনা লৈবনে হনথনা য়েংবম্ উবনে।

মমিং মিবু মুম ওইরিবা কৌনা লৈবা খৈবিকপু থঙহনগে, হায়বগী অমত্তা ওইনা পাম্বোম মরি পানদনা থুম্ মরি পায়বা। [illegible]না য়েংদুনা সিদবা লাইমিঙ সোন্দুনা তাইবঙ পানবম্ তাকপীরিয়ে। ফিরালনা লৈবা, মকমদি লাইরেল অঙোবনা কোল থানবনে। উমুংদি চক মু-মুংনা পগ ওইরে হেয়া মনিক থিনবনে। অহুগী মমুঙদ: কুনদনা লৈরে। নোংপোক্কী মকমনে, অমদি পাথঙবনে মরেক অহুম্না চংনা লৈবনে, হ:–ব:—স: -অহুম অসিনে থঙউ:—

হৌজিক্তি ময়েক থাইনা হায়গে—ব:-না লৈমরেরে হ:না কখিনে মৈ, ঈসিং, নুংসিং লৈপাক নোংখৌ মুমিং, থা, থবানমিচাক, খোং চোম মুবী অসি খৈবিকপু ময়েক অহুম্মক অসিনা স:-ব:-হ: অসিনা হ:-ব:-স: হায়বগ হঞ্জিনখিরে। অনিমক অসিনা পোকপা মসেরে অসিনা খৈবিক হঞ্জিললিয়ে।

অহুগীদমক থবাঙ্গ অহানবা কৌবনে। মচুদি মুংনা কোকপানে পুক্লিংগী ফম্বীনে। পুক্লিংদি মঙানে। পুক্লিং মিকুপ নাহুম নিঙসা মিকুপ পুং মঙামক অসিস্থনা লৈত্তবা য়াওবনে। মানা মানা নিঙবনে মী ওইগে, সা ওইগে ঙা ওইগে হায়বগী লিঙজেল অফ-ফত্তবা য়িন্না পোক্লবনে। অসিগীদমকপু পজেং হায়না কৌরিবনে. মমিংদি হরি কৌয়ে। বারম অমস্থ হায়গে পজেং কৌবনে, ফিরালনে, মমিংদি মিহিং কৌএ। লিঙ্কা নোংলুম্ ফিরালনে হায়বদি, কুপীপা লিপাপা অনিনা পুক্লিং তিমরুবা পুংঙাইবা পাম্বক মাররুবা অহুমী মসক্তি হঞ্জিনহৌরে। লিঙ্কা

— 0 —

নোঙলুমহুবু অভান কথী ওইয়ে হঁয়ি সিদবা কৌবনে। য়ঃ-মঃ কৌবা অঁাসদি নুপীশু নিপাশু নত্তে, চারি থক্লিবগী য়োংসিলখিবা মচিল ভিন্নরুবহুঁনা লিক্লা মতুম হায়বদি নোঙলুম শুইয়ে। নোঙলুম অহুবু লৌহুনা মচু মমেন ওইনরে। য়িয়ম তরেংগকশু অহুদগী থোকখিয়ে। অহুগীদমক পাম্নবগী মরু হায়না কৌয়ে। অসিগীবু নুপী নিপা অনিমক্লা পুক্লিং মসেল খঙনরে মমিং মসেল সাক্রুবগা পাম্নরে। অহুগীদমক হৈরাং লোলচংনা তাওজিং লোলগায়নবা কৌবনে। পুক্লিং অঁাসি চঙদরিনদি থবা ঈ চংখোলদরিয়ে। পুক্লিং চঙনা লাম্নবগা নোঙলুমদা মিহুনলে থবাঙ্গী হুরে। নোংলুম অহুনা মচা ওইরে। অহুবু নাকলু কিম্নানবা খোইজিখা মিহুনবা কৌয়ে। মচা অহুবু মথং অমা হায়না মহাক্তগী থাইদোকখিবনে। অহুগী হকচাং লুম্বনে, মচু থাওবনে। মখেং তাখনে, পাজল থাবনে। নোংলুমদি থবাঙ্গী অহুগী নাওয়োম ওইবনে, খঙউঃ হেঃ মীওইবলিংওঃ।

ভেংপালবা মপু মহাক্কী মভিক্তি হায়বা শুমোইয়ে। পান্দম খঙনবা হায়গে, কঃ-য়ঃ-সঃ-নঃ ময়েক মরিমক্তগী কঃ-য়ঃ অনিমদি থবাইনে সঃ-নঃ অনিমদি নিংসানে। ময়েক মরি অসিনা মনুং মপাল চাইনা লংনা লৈয়ে। অমদি অঙানবা মওঙ লাকঙমদবা হায়বা মমিং অসিনা হকসাংদা লিক্লি হিদাক চাইবগুম চাইসিল্লিবনে। অরেপ্পা অথোইবা হানলেল হানবা পাঙ্গী মসক ওইনা লৈবা লাইদি মাঃ অহনে। থবাঙ্গী পানবা খৈবিক্তা খোঙ্গেল ওইরিবদি য়ঃ নে নুপী ওইবস্থ য়ঃ নে তাইবঙ পালবু হাল্লবদি য়ঃ নে। অপাম নুংসি পুক্লিং অনিমকপু অমতা ওইনা তিনসিল্লরুবগী সিংলেল কৌনা সেংথনা লৈয়ে চিনবাল কৌয়ে। অমুক নুমিৎপু লৈ কৌয়ে, থাবু সিংলেল কৌবনে। নুমিৎপু কৌবনে অঃ নেঃ। থা তরানিথোইবু চহি অমা কৌয়ে, সিং অমা থারে। থা অমদা নুমিৎ তরেৎমনা ওন্না ওন্না চংলে। নুমিৎ চহুম হন্ফনে, নুমিৎ পোকয়ে। নুমিৎ অমা সিরে থা অমদা পোকয়ে, থা অমদা সিবনে। অমরক নুমিৎপু পজেং কৌবনে, থাবু কিয়াল কৌবনে॥

— 0 —

মখোক্তি লৈপাকনে মীওইগী হকসাংদা চনিয়াংখৈনা কাঈদোঈ চল্লিয়ে চাম্মা কুম্মা পুল্লি ওইবনে। থবাঈগী লৈচংলেনগী মঙ্গুংদা হুমিংনা উবগুম উনা থমগদবনে ঙমিংকা খিমিংকা অনিমক সোক্লগদবনে খোঙ হায়রিবা খৈবিকতা থুমুক ওইনা, চলগদবনে। অহুপা চিঙ্কুরুম সিদবা য়িয়ুদা তুমববু হৌজিক সিবা কৌয়ে। হয়েং সিরয়দাইদা মুক্তা পরেংগী লাঈসংবু কুমথাং ওঈনা য়োমহল্লো। অহুপা লাঈ অহুদা সনাঅতিংনী তিরি খোউকাং মঙা তিল্লো।

হিরি অহুগী মংগেপানে ওইগী নাতোল অহুবদা থাংলয়ে। অহুগীহু খোল্লেন তারে সরিক খিঙলে মোইপুঙ খোঙলোঃ। সরিক খিংলোঃ খোল্লেন খৈবিক ঙমখোল্লো। অসিগুম্বা মৈঃ লাকপগা য়িয়ুগা ওইগা অনিমক সংতিল্লা য়েংগদবনে। য়িয়ুদা চংগদবনে অঙ্গম সোনয়রা চংলবদা কাকখৈনা নাপি মতোল অমদা লাম্বা মরমনে হায়বদি অসিনে। মথক্কী মুক্তা পরেংগী বানে খঙওঃ—

অসিদগী সিনবস্থ পোক্লবস্থ থবাঈস্থ হকচাংস্থ ইয়াদস্থ, ইপাস্থ ইমাস্থ স্থনা হায়বিখিয়ে। মুঙসিংনা হা. কোকয়ে ঈসিংনা হাঃ কৌয়ে অদগীদমক নোংসিং ইয়ুনে। মৈনা ইপানে ঈসিংনা ইমানে খঙওঃ ইপানে ইমানে হকসাংনে থবাইনে ইয়ুনে মঙাননে। অমনা নোঙথৌনে অমনা হুমিং অমনা থানে অমনা য়িয়ুনে। অতিয়ানে মৈনে ঈসিংনে মুঙসিংনে, চুমথাংখনবনে মঙামনে। হঃ নে, য়ঃ নে, সঃ নেঃ, অঃ নে, হুমিং চয়োন ভরেংমনে, অয়াংনে, অসিনে, পুংনে, পুংনে পুংকুপনে, মিকুকনে। নিংখিবা থ.ঙুবা ওয়াংগী পুক্লিংবু কাওদবা অহুবু অসি কৌয়ে খঙওঃ। অসি কৌবদি হয়েং ঐগী য়ুমনে য়ুম কম কৌবদি মানে অঙ্গম খঙওঃ। মাব, নিংবদি হোঃ য়ে অসিনি লাঈরিক অসিদি মনাই সিংজলবগী লৈবা লোমনমানা-ইয়ু খুয়া খজবগী খজিক্তা হায়বিরময়ে। হেঃ ইমা সজপুঙ কৌবা ইমা লৈমরেল সিদবিওঃ ইনা নংস্থ ঐব, পোকপনে। হো য়ে হোয়ে হোয়ে খেক্লিংসো।

— ০ —

কুরুং হও কুরু হও কুরু হও কুরু হও কুরু হও অকুং কোঃ য়াইগৌ হমকুতরা মুমিং-থা খুরুমনবনে। মঙাযক থজিক্তা কামথোকপা অচৌবা লাইনে। মিং নহা চাইথোকপা মঙাও মিল কৌয়ে। মুংবদা লুবাং লাইদি সনামহিনে। ককতাসিল মঙগী থোকচয়ে তাবদা খুমন লাইদি থোং ঙাক্লেয়ে। লৈমরেল খৈবিক ওয়বনে॥

১৯ শুব। মতাং

# লরৈমা মরমচৎ

ভবা লাইরেম্বী বা-চুম্বী য়োইবু সনা মথোঃওথাদা পুনেম্ববু, থৌজাল মতিক য়েংনা লনকুব্ঝিএ। য়োইবু লয়েমা লাইরেমগী ভম্বা মতিক থোই-থোইববু খজিক্তা বাহোমজরকে। নামু মীপুম খুদিংদা থাংঙা য়ুমুম কেনবু হাওদনা, য়ুমলেনবু ওইনবীসিংগী য়োইবু লয়েম লাইরেম্বনা থাংঙা য়ুমুম চৎ-লৈকাই পানসং কোয়না থৌজাল লনকুবিবু। য়াচুম হুবী, য়াথং চিংসাং থোইরেন হিগুম্বীবুদি, ভম্বা থোইমা নামুক্রুহনা থৌজাল লনকুবিরমই। ভম্বা থোইমা মহোসাবু বাহোমজরকে। হেঃ থোইথোম লাইবু নিংবা সিংওঃ। উনবী পুক্নি সেনলোং নিক্তনা তাবিয়ো। লাইম্বিংথৌনা কম্বান্দা কমভম নোংদা লৈরাং ঙাঙোই হৈনবা লাইজ ঈনৌ মানবা লাইম্বিংথৌনা পুক্নিং হয়াও থোইনা মশানৌ লাইরেম্বদা, ভম্বা সনা য়াইবিরেন তাওঃ। য়োইথম্বনে মাইকোই অমান হৈগুম ঃবোংনবনা, চিংঙ, নোংথাংকুপ্পগুম মচিন মোমোন নোক্না পাওমেনখিএ।

ঈসানৌ লয়েমা ক্লিংখিবিওঃ। ভম্বা পলেম পীমচাওম্বীও। নংনা থাংতা সাইগং কোয়না নমু মীপুম হাওদনা থৌজান লনকুবদি নমু মী লিংজেন কত্তবা মতৌ করম্বব, থোইমা নামুক নাবানো ? লমচং মতৌ করম্বব, থৌজাল লনকুববনো ? নসাকী লাই পাথক অজেংবা ঐনা, ঈসানৌ ভম্বা নঙগী মমরচংপু নসাবী ঐনা তানিংঈ হায়না পাউংখব। য়োইব, লয়েমা লাইরেমনা ভম্বা পুক্নিং হয়াওথোইনা পাউথুমজখি।

— 0 —

লাইয়িংথৌও, নসানৌ তমরা ঈরমচৎ খোইয়ুম লাইগী বাব, থী লাইরিক অসিব, ময়ুপোং ওইবা লমচৎ ফুব্যাসংবু লল্লেমা ঐগী ঈরমচৎপু থম্মা, মরাল মখোইগী লোনয়ুম য়াঙ্গদা লোইনবিরিএ। য়োইবু স্নেপ্পাও থনবা, লোইমোম ফোকোং থলবা পারি নাউদংয়ান মমোম খোমজিন লৌনবব, খোইনা লনফুবিরমএ। অসুম পুক্লিং চং-খোল্লবগা তাঈদম নাঈসিবা কাউবি সনলোঈবা উরুপ য়াহোংববু য়োইব, লল্লেমা ঐনা লনকুব্বিরমএ। ছেঃ লাইয়িংথৌও সনাখোঙখাদা য়োইব, কোল্লোঙ্গ ঈল্লাথংব, পুক্লিং হরাও খোইনা বাকোমজবনে। ল য়য়িংথৌ কোরৌ ইনোংথৌওঃ। চিংগু, লাইব, ওইনবী তয়া শুংখুনবব, থা-লেম খোগন সোয়দবী চরে য়াকু অসেংবতদা হিম্নীঃ পুকচেল চুম্বী বাচুয় স্নবী।

চেংলৌ ময়িং কোয়তাবী। থংলেন চেংপ্পৌ সকওইননা মুজা পুক্লিং য়াচন চেংপী। পুক্লিং লেপ্পা লৈবী মুজা অঙ্কুসিংদি তম্বা নিপা-রুপঃ পুন্নমক্লা য়াল্লেএ।

লাইয়িংথৌ সনা পুক্লিং পীনা তাবীয়ু। মোয়, চেংলৌ সকপান-খোংবু সকওং মতৌ থীবী। সমু নাতোন পীরুপী। চাযকঃ সকথোং তেনবী। তাংজ সমদোন ঙাংবী। পীসুম পাকোঙ্গ খুরৌসিংদি মোয়, তম্বসিংদি নসানৌ লল্লেমা ইরমচৎ অসিবু লাইরিক ময়েক থীনা লাই-য়িংথৌ নাকোঃ পীনা নাতারবা, মীসুং নমু মরানলেন য়ুমম্বাইদা লল্লেমা ঈপোকমবু লেপ্পা মওইরবা ঐইনে। লহাম্নোং চিংগু, লাইয়িংথৌ লাই-রেম্বী মালেম লঈকোঙ্গ স্নেমকপদা সাগৈ মরিমক্লা চিংনা নাকোং পীনা নাতারবদি অবারনা চিংবা লাইথুঙ অয়ম্বা খিবিকপু কোকই। মপুং ফাবনা মহঈ চুম্না য়াম্লেএ. অহিং ঈয়ুঙ সোয়মদা ওইরবসু। অয়ুক কোবা চিংলেন নোঙ্গা ঙাঙ্গবসু মতম অনিমক্তা য়েংলমএ। মঙাং চানিংঙম্বা অত্তোন খোংনাং থাবনা। মহৌসাদগী পামেন উথুম মুংগী চেক্লা লোনদম তৌনা পথাপ লৈসিচিংনা মুকৈম নারিল সোনজৈএ। পাইমা ইহৌ দানে বারৌবীগনোঃ।

— 0 —

২০ শুবা মতাং

# লৈমরেন উনকোই

হয়ি হয়া চিং তরং হোঃ-পুপঃ-কেলে কেলে চিংমুগুনপ্ -অ-অ-অ অ-অ অ-অ কুং-কুং-কুং কুং-কুং-কুং-কুং মং-মং রং লৈচিং মং রং। হেঃ খোইমোম তরেংবী, মরোংখোং মরু পায়ব্রিবী, পাগী পারুম সক্রীরি হুগী মুরম ভারিবী, লুরাঙ্গ সমুল্যাং লয়রীবী, লুত্থুং সম্চী হুপ্রিবী শ্রেপান পলেম পিনাইদবী, পম্বো তাংসুক পানাইদবী, য়োইবু নদোম-তোমসাং-পী, লাংবল চেংগুম স্লেংগুবী, তাইবঙ সোংলেন অধাপী, তাইবঙ লিকলেং ওইরিবী, খমমুগু য়াইখোং মিথেম্বী, তাইবঙ থবাঙ্গ মীপোকপী দাবল অসি য়োইগুম্বী।

খোজাল লনকু তাইহেন্দবী, হয়েন লাপ্লেমা লনকুবী, বায়রা সারৈমা সাকুবী, লয়তোঙ খুদিং মিরেংবী, মায়কৈতরা ওইরিবী, চেংজো মিংকোঙ্গ য়াম্লিবী, সগ্র খুংফাং অহেনবী, খুংফাং খুদিং খুংসুবী, খোই-মোম পুম্না সোংকিবী চীংঙ, নহিসাং সোঙ কাঙবী; বাঙবল চাকচা চারিবী, কোরো ফান্দা বাংফবী, হুমলেন নোংকাঙ্গ চমগুমদবী, হাম্লেল সিফা চাইহন্দবী, ফুরেল গুণ্ডগী পিরিং খোম্বী, চিনফু তাইখোং লম্বাবী, খুপ্রা লৈবী লাইখুরেম্বী, লয়সুপ লয়সোঙ্গ খোম্লিবী, হুম্বু নারেং কুপ-সুবী, লানফম চৈথা খাঙফদবী, হয়েন লানসোক লৈমাবী, পাম্বোম খুংসু সিঙথা ভমদবী, থাঙহাঙ্গ নোংথাং পান্দম্নবী, সঙাইসেল তাহন পাইগুম্বী, উনবী সোসা মাঙহনবী, সমু মাঙদা খাঙগুমদবী, লানফম কুম্মৈ য়েংগনবী, সকথোং ঈতাং কারিবী; ঈনগী খুরজিজ পায়রিবী, পেগী চহুম স্নুরিবী, চৌঙ্গিক খোনবী চেঙসোবী, খোইমোম লৈমরেল সিদবী লাংহৈ কুমদম লোম্লিবী, লৈমা তরেং সাইওন্নবী, ফুরেপ লৈমা লু-চাউবী, ভমলেন চাংজো ওইরিবী চীংঙা লৈমা তথোংবী, সীঙনাং সোমজাউ শরিবী, কবাক য়েনথাং হায়রিবী, হেনবা লোইবী চীংঙা

— 0 —

লাংথাকপী, শীস্থম য়াওরো সাথোবী, ভেন্নো লাওপল কোয়থনবী চোয়নো সবা পৌরোনবী, কুওওন মাঙ্গথোও মিথেম্বী, লৈরক সারং সিরিবী থোংবান সরং য়ারিবী, য়োইবু লোইন্নু থুমওইবী, তাঙ্গবও থৱাই লিকলেংবী, তম্পা নপাল উনাইদবী, পামেল নৱা লীচাম্বী, সিদবা মাপাল থারিবী, নাদবা মও মিহৈবী, থাওলেন হাইকুপ চেনীবী, সনা চম্বু ম্বরীবি তাইবও ভৱা চাকুবী, ভরেং সেনরা লনকুবী চকমোম মৈবী ওইরিবি, মৈরেং মৈথাও মৈতোংবী, তম্পা পানবা কওবী, বাংতম কৈরেল তোংকবী, অঙৌবা সগোল তোংলিবী, লোইন্নু থাংবী কৌওইবী, লাইথোংরিচেল সেমলিবী, লাইলৈমা তনৌ তরেংবী, থাথোং ঈনাম্বং থোহাবী, লুবাং সিমরিং নোংকাবী, থাবী চাম্বা সিলতাকপী অমঙ্গ চায়া পাউতাকপী তাইবও মাওবাঙ্গ তুংবা ইবী, য়াংতম য়াবেন থোয়াংবী, তৱা চক্লিং চাকসোবী, য়েনলম য়েল্লিং য়েনসৌবী, তাইবও অয়ুক কোনথোকপী তুমিদাং তাঙ্লৌ কোনসিনবী, লৈমা লায়েনকাং তনৌবী, অয়ুক চক্লা নোংমাবী, ইম্বওচবা নোংথাইবী, হীমহি তরেংনী মিয়োবী, থোইমোয় কোক্নৌ অৱাংবী লৈমরেন কময়ক থোংলিবী, লয়গী মরি পাইরিবী নোঙগী মরী ম্বরিবী, কোংয়াং য়াল্লৈ সিম্বহৈবী, পামেল উত্রে সিলহৈবী থমম্বওয়াংলৌ পিথ্রাইবী, মমন সিকুম থোংগ্রাইবী, তাইবও কুম্বা মৈরিংবী, তম্পা মৈবী, হানয়োংবী লাইয়া ঈসিং কানরুবী, মায়কৈ সিওথা ওমরিবী, মালং নোংসিং থোংগ্রিবী, লৈচিল সিকা থোলাউবী য়োইবু লৈমা অচিবী, লৈয়রেল মিংয়েথে চাম্বা নিপাল ম্বরে।

২১ শুবা মতাং

## লৈয়রেল কমালরা

ইবেম্মদি লাইরেমবী সিদ সাইওন য়ামলবী ইবেম্মদি সিদবী তাইবও য়াংলং সক্লিবী সনা কময়াল ওইরোইবী। চিরুবা লাইসঙ্ক মন্নুওদা নোংমৈ নোংদা অস'বন' চ'ন পা চেং মচি লাংলীবী, মুকম্বু

— 0 —

পাবননহুনা কোলোম চৈস্ন স্বরীবী, মকমাঙ্গ লাইয়েক ইহুনা তাইবঙ নমু পোংবু অসি থোং থিংহুনা অচংথোংবু হাংলিবী, সোর নাখাং ফম্বী সনা চিংদোন ঙানলিবীতাইবঙ য়েনবু হুন্নিবী মালেম লমজাও ওইরিবী।

আচং চংতবগী মামারেন য়ুমদা লৈবী য়ুমলৈমা সিমদা তোংলে সিনলৈমা লৌসিং মৈরা ওইরীবি মনুঙ মপাল উবীনি' ঈনি থক্তা লৈরিবী, ঈরাঈ লৈমা কৌরিবী, ঈসাইফুদা লৈরিবী লৈমরেলবু কৌরিবী লমলক্তবু লৈরগা সনামিংয়েং তারগা লমলৈমাবু কাষরিবী মচা মনাই য়োকলীনি, মহৈ মরোং ওইরিবী। ফৌওইদবী ওইরীবি॥

ফমবাল ওঈবোইনরগা মপুনাকতা ঙানলগা লৈমরেনবু কৌ-শমি, সিদবীনি থঙগনি তাইবং পানগী মমানি সিননা থুংনা লৈ-বীনি ঈসিং তরং চাওবীনি নুঙসিং তরং থোমবীনি, অতিংঙাদা সাংলিবী মৈতোনদদী থৌসবী মালেম লৈগী মায়োননি, যেননৌ হুনবী য়াইবিনি, সঙ্গাঈনুংগী থাউমৈনি মৈরা মঙান ফবীনি য়েকপু তরেং কোল্লিবী সললাইতরেং ঙাকলিবী পুন্নমক্কী মমানি, মবেনথৌম্ন মথাক্তি

আইবং য়েকপু থৌরানি থেংইদো চুকলি পাইরানি তাইবঙ পোকপী মমারেন তাইবঙগীদি য়াইজরেন তাইবঙ মমা ওইরিবী মচা মনাঈ য়োকপীনি তাইবঙ মরুপ থৈবিকতি নচা ওইবা ননাইনী চাদা নাওতা ওইবনা সললাইয়েকপু ওইবনা থৌনজবা মতিক্কী ইরাংচবা মথৌনি। নচা ননাই তাঈবংনা য়াইফ নুঙাই মতাংদা নংবু ঈরাং তৌগনি নংগী নতিক খঙবনা হৈরম তরেং শংচনি, লৈরম তরেং থেনজনি থুবাম তরা লোনহুনা থুরুমজনি তাইবংনা অফ নুঙাই পিনষিয়ু য়াইফ লৈবনু চাইথবীয়ু হৈজদবা মরমনা খঙজদবা নবানা চরৈফীবু থোনথীদবা কুমজ। ঈরাং তৌথিদবা চরৈফীবু থোনজরক খিনী, কুমজা ঈরাং তৌজরকখিনি নতিক থংঙমদবা নবা অদো অয়োন অরান ঙাকপীয়ু লংজথৈবিক কোকপীয়ু। হৈজদবা ননাইনী খঙজদবা নচানী লংজবগী নবাদো থংদবনা মপঙনী লংজবগী মসক্তি তাঈবঙদো য়াইবী ইসৌ লাংবীনু কামবী মৈস। কাংবিনু থুবাম তরা লোনহুনা ইবেম্মা, থুরুমজনি তাইবঙনা।

— 0 —

ইবেম্মা মহাক্তি তাইবিং য়ুম্ব্ মখ্ ফিংগী মাংসোক কাঙ্গাও থারিবী কমলেন লুথুপ লৌরনী মাকথা লৈমা পাওদোইন্নুনে মোনফু লৈমা তাবওন্নুনে লৈপাক পুংশুম থোনবদা সিঙেল লৈরাং লৈছনগনি ঈসিং পুলাং অথনবদা চিংথ্ মাইতানরনী, চকপী লচেম থোংনেৎনরনী লিকোন অহিংবমা থাওন নরনি. তাংজলুরেন থক্তা কৈজা পোপ্-তেক লৈরনি সমমা লৈমা নমোঈন্নু মোক্ষ্ লৈমা তাংগাওয় তক্ষা সায়োন অয়াম্বী লৈমরোন তরুকী লুচিংবী, নোংকদনা সাইজোংপী হুংসা সাদমা ফোংগংবী কোরা মচি থোম্বী অংক চরা নোঙথাঙ্গবী হুমিদাং চরা নোংদমলিবী অনুক ঙালনা কোম্বোপী। হুম্মিদাং ঙলনা কোসললীবী অচিক অসা থায়রিবিনী পুন্নমককী মমাং তোঙ্গবা মচাগী তোংজেং লুচিন থৈবীনী থাকলৈ ফিনাও সাবীনী।

সোরনথাং কম্বীনী য়াংলৌ লমদাং সিনবীনি য়েনগী চুপনি পাবীনি সনা সঙ্গাই হুঙাইবদা লৈরগা কায়েন অঙোবনা পাওদোইবনি, মকু থোঙাইবনা থোংসংনরনি, ঈসাঈকুদা লৈবীনি লৈমরেলবু কৌবীনি কুংগাদা লৈরগা ঈমোইন্নু অহোংবী কৌবীনি. লহাননোং কোরৌ নোংলোন মাপন মালেম লৈরোল তরেং হৌতদা অমম লৈসা নরকপী। অতিংঙা সিদবগী পুক্রিং অমম্বা অঙানবা অবাংবদগী মতম অহুম মচু অহুমদগী লৌহুনা থোইয়ুম সিদবগী ঈঃ তংথাঙ্গ ওইথংবা সাথাইদগী সাথি হায়বগী ইমোইন্নু কৌনা অতিংঙা অহাঙবদা হোঙনা চাওনা থোকলকলে, হায়বগী অহোঙ অচাওবী হায়না কৌএ। লৈ-সিরেল লৈপুনবী লৈমরেল সাবোন ওইরিবী অচিতত্তবী অথোং কংদবী কংব্রিরেল সিদবী ইমোইন্নু অহোং অচাউবী তরা চাক্লাং থাকনা চাকসৌবী, বাংলৈ য়েনিংথাক্রা য়েনসৌবী. বায়েল বাঙম থৌরাংবী হয়েন লানচেং সাকাবী। ইলগী থ্ংচিঙলী ওইরিবী, পেগী চহুম ওইথিবী হীপোকপী য়াইপোকপী হীলৈমা য়াইলৈমা হীকুবী য়াইকুবী, লৈমা তরেং সাওনবী কুরেপ লৈমা লুচাওবী কুবৈন চাওজৌ ওইরিবী, কুয়োন হীলোন হুংদা য়াতাবী অনুক চারা নোঙদমবী হুমিদাং চারা নোঙথারবী। অকোঙতংনবী অয়াই কঙদবী নতুনা চুমিথাঙ থজিবী

0 —

ইমোইমুদি অহোঙবী, অহিং লিকলা ভাকতবী মুংথিন লিক্লা কংদবী খোইদৌ চুপলি পাঈরিবী কঙবীরেনদি সিদবী কোলোই হকপী লাইরেম্বী। মিংলেন য়াম্বী সিদবী মতম খোংলৈ ভুংইম্না সনাথোংলেন মুগনি লাঙম ভেঙমাই লেপকনি, হে: ঈবেম্মা লাইরেম্বী নচা ননাই ভাঈবঙী য়াঈফনবা মরমদা ননিঙতমনা চংচরে ওংনিঙবতা ওঈদনা ওননিংবতা ওন্দনা য়াইফনবা মরমদা ... লাঙসোক ভেঙবাঙ হৈববু নহাক্তনি খঙগনি। লাইরম্বী সিদবী নহাক্না কোনসেন ভুরে সেনবা অসবগ, ... তিঙথোক ভুথোক সনাগী অনিমককী থৌরে ভেঙবাঙঙ ... লাইরেম্বী সিদবী॥

১২ শুবা মতাং

## য়ুম্থানলোন-মৈ ঈয়াৎপা

ভাওরে ঈ লাইগী মচি অমা লেমঈ মমিংদি সাং কৌঈ কুন্দাদা চংগ্রে, য়োসি অহুমকী মমিংদি চিরিরেন কৌই কুন্দাগী মমিংদি ভেকপী কৌই। লাইরুগী মমিংদি লৈকম্বী হন্নবী কৌই। কুন্দাগী লাংজৈদা লৈবা হে: কুরু নমিংদি হন্নুকোকলেন কৌই। য়ুরাং ফমগী লাংবৈদা লৈবা, হে কুরু নমিংদি হন্নু লৈখম কৌই। সম্বোংদা লৈবা হে: কুরু নমিংদি কুরু হন্নুহনবা কৌঈ। অহুমকী মমিংদি হেপহিং সনা ভনৌবা কৌঈ॥

## কুন্না লাৎপগী য়া হায়গে

তিনখোমরেন চিরিক চিরিক। সেন অহুমগী নমোক মরম অহুম য়োং অমা। লাইরুগী মমিংদি ইমোইমু তিলালিসং কৌরে। ইয়ুগী মমিংদি হিললু ভোংদারেংবা মনিক ভলাব কৌরে। লাইরুদা নিঙল-হবনে। সরেং সপাক অমা চাবান চকু অমা হা অঙৌবা অনি সোইরেনবু কাখিবা। লোইরংসনা লাংপোকও। হোই হোঈ হোইরায়ে হোই হৌইরলা। খৌইবু ভাখোঙ নেম্বা কাওরেল সলবু হোহকপে

— 0 —

ইপু মালসোই মচিঙখোং সলসেলব্ কারকইদা। হোই হোই হোইরাম্লে হোই হোইরাম্লে। হা নহাবা অপিসকওঃ চিংঙ্দম্ব সন্সহোইবা নিংথৌ জেংগোল সোকনি। সোক্লোইদবা নহানে। নোংথাং কুপকুম্বা মপুনে সোক্লোইবা নহানে। হোই হোই হোইলারে হোই। মানদনা মানদনা পুরে কিকোইরমকি কোইরাময়ে কোইনা মানদোরে হোই হোই হোইরাম্লে হোই হরিল্লা। হামুন লাকয়ে হংগেল লাকয়ে কেরৈ লাকয়ে লাকয়ে কেলংইরায়ে নোই-নোই হোইরাম্লে হোই হোরিল্লা।

অত্ত তুপপু তুতুনা মানতোরেলনা হোইহো হোইরাম্লে হোই হোরিল্লা। হা খোইদোঙ সলসেনবা কংওরেল ঙাংবা চিসাংব লোকলৈ লোক্তা চংখিরে পুলৈ লোক্তা চঙখিয়ে লৈতুম লৈতে হুনকদে চে-গায় লৈতে লৈকদে ঙাংবল্লে। রোঃ কোল কোল হোইরাম্লে হো-রিল্লা ফুঙাল্লে থুক থুক মিকা মিসা নোই নোই নোঈবরে হোঈ হারিল্লা, হা খোঈদোং সনসেলব কাওরেল ঙোবা চিপাকপা নোকলৈ পুল্লৈ লোক্তা চংখিবা হুল্লা লংনা খুরৌরে লাংজল লিগারৌরে।

## ইম্মোইনু লাইরেম্বীগী তেংথারোল

হে হমা সিদবী। অসি কৌবা কোরৌদা, পায়মা সিল্লেলোম্বা নদাইরেম তমুম বাকমনা, ইমা নঙবু কৌজরিয়ে। পুথাং কোক্লা চৎনরম্বা পাথাঙ কোক্লা তৌনরম্বা, পারম পুরমচৎ অচেৎপা ঈমোঈনু অহোং অচাওবী নঙগী ঈরাং থৌরমবু। নদাঈরেম বাকমনা; খঙদবা মমিত্তম উদবা মপা লাক্লা লাৎচবু লৎনা থোঙথিংবীগনুঃ সনা কম্বাল লাংদা লেঙসিনবীয়োঃ।

হয়াহে লহাননোং কোরৌ নোংলোন তরেৎ মালেম লৈরোন তরেৎ হৌঙৈদা অমম লৈসানরকপী। অতিঙা সিদবগী পুক্লিং অমমবা অঙানবা অবাংবদগী মতম অহুমদগী মচু অহুম মচু অহুমদগী লৌহনা সিদবগী ঈঃ ভংথাঈ ওই ওঈথংবা সখাইদগী সাথিএ হায়বগী ইমোইনু কৌএ।

— ০ —

অতিংঙা অহাংবদা হোংনা-চাওনা খোঙ্গকে হায়বগী অহোং অচাওবী কোঅ। হয়িদৈঙ তায়বং মুমথোং লাইকম অরুবদা লৈরুরে মতাংদা মাহৌরে, লুবাংদা মাহিপনরে, থুমনদা চাক্তানুরে। ইয়াথম্, ইরুশম, লৈম লোয়সং করোংকবী কোঅ। অনচি হেঃ ইমা লৈয়্রিরেল লৈপুনবী লৈমারল সাবোন ওইরিবী। অচি তক্ষবী, অথোঙ কুংদবী। কংবীরেল সিদবী, ইমোইগু অহোং অচাওবী তরা চারাং থারা চাকসৌবী, বাংলৈ য়েয়্রীং থারা য়েনসৌবী বায়েল রাঙম থৌরাংবী হুযেল শানচেং সফাবী। ইননী থুংচংলী ওইরিবী, পেগী চহম ওইরিবী। শী পাকপী য়াইংপাকপী লৌলমা, য়াইলৈনা, হাকুবী য়াঙ্গকুবী য়াইসনা কোনা মিথৈবী লৈমা তরেং সরোনবী। নাকথা লৈমা পায়তোয়বী, ফুরপ লমা লুচাওবী। কুরেপ চাংজো ওইরিবী,

কুরোন বোনলোন লুংদা য়াতাবী। অয়ুক চরা নোংদমবী। থমিদাং চরা নোংখায়বী। তাঙ্গবং নাওয়োক নাওকোনরীওঃ। হেং ইমা হাওসম তোংদম্বী, ইমোইগু অহোং অচাওবীওঃ। অবৈগু লৈসিননবীরকওঃ। অহুমহ হুমজিনবীরকওঃ। কংলা জিরা মরিমক্রাগ। মালেম, মায়কৈ নিপালমক্কী, ইনগী থুজাঁ চিংরগুম চিংসিনবীয়ু পেগী চহুম সুপ্রগুম সুপচিনবীয়ু। অচি তংপিগনু, অথোং কংবীগনু থৌগ্ধ চেংজ মুঙলাই থোঙ্গী চেংসৌবী সৌগংপীয়ু। তয়া চারাং থারা চাকসৌবীয়ু। বাংলৈ য়েম্রিং থারা য়েসসৌবীয়ু। হে, ইমা তাংলো থম্বাল মানবা, খোইমোম সনা নথোংখাদা। তায়বঙ নোংসাপানগী নংদাইরেম বাকমনা মানবী থুংজপননা মুকম্ লৈজোন কোন কাওবী চিরালুক মালেম থৌরৈ লৈকা পায়না চাংজো লৈকরুবা খোইমোম নথোংখাদা, চেপনা নোয়া পুরুং তাব। হংপোকপী হংপোক চু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ লৈহিপুন তরেং চাং হিংকোবী, থুপ থুপ কোবী, লায়োলাং তনৌবী কোবী ঈমা, লেওসিমবীয়ু, মচা নহনা কক্তবীবসি লৌবীয়ু লেঙদনা লৈবীয়ু ইমা।

— ৩ —

# থুরুম্বা

ইমুংগী মী পুম্নমক থুরুম থাচঙবা ংোইরগা তাইহাক লৈরগা লাইরিংথো লাইরেম্বীদা কৎলবা অথেলপোৎ অহু কাইথো কুনা কুহৌ গনি থোংগনি, কুহোবা লোইরগা লুক্রেন অহু ক'পনি চাগনি, হুামং অসিদা সেন থুম পীবোকপা পোংচ বায়বা পী থাকপা কত্তু। খংনা চৈনবা তৌদনা পূক্লিং লৈতানা লাগ্নিংথো লাইরেম্বা অ নবু চেংনা নিঙহনা লৈগনি॥

# তিন্নুপ ১ পী মমিং

তিনকোক্তি লাইসরানে, মদি তিঙগোংনে তরেঙ কৌই। অমদি তিনথোক্লে, তিন্নিককৌই, অমদি তিন্নিসঙ কৌই অমদি তিন্নিপাল কৌই। অমদি তিন্নিনপ কৌঈ। অমদি তিন্নিরেন কৌঈ অমদি মুত ও রেন কৌই, অমদি তাউরোইলাই কৌই। মিংথৈদি মুসঙ মুসঙ লান্নুকোক নংনা তিনকোক কোকউঃ য়েনচম নংনা চমউঃ॥

মমিং অসি খংলবদি লাইথুং চঙদবনে তিল কাংশনগনু॥

# বৈ ঈবাংপা মেরা কৎপা ল.ইসোন

চীংঙ্ খোঈয়ুম সিদবা পাঙ্গলবনা মালেম লৈসেম লৈহো-রকপান্দা লৈরোন মুঙলোন অহম্বকী কোরৌ মালেম তায়বং অহমগী ঈয়াই থমমুংদা অং হিং নিং হায়না ঙংবদগী হুমথোকলকপা মুংসা মনিন অতনা হুমলেন মুংসিং ওইহনা নোংলোন অতিংঙাদা সা-'য়াহুনা নোংলোন নোংসিং নিংথৌ সিংহুনা তবং নোংলোন সিয়া অন্নিংবগী মতিকপু লৌহনা মনিন ওইনা লৈচিনগী মসককুয়া হো-রকুনা মনিন লিক্লা ঈদিং নোংলাইজ ঈসিং ওইরে।

ঈসিং নোংসিং অনিমক্লা নোংসিং নোংলৈ ঈনহুনা অকলবগী মতিক মখাই লৌদনা অং উং হং নিং হায়না ঙংহুনা চায়নবদগী লৈথায়নহনা মৈনাঈ বাঈনাইনহনা মৈন বাইনা তাংনা সমথরকই। অহমমক অসিনা বাঈনা তাংনহুনা মপং ওঈনা কমজিল্লকুনা লেনগী মতুমগুম্বা মালেম লৈস ওঈরকঈ।

— 0 —

অভিঙ্ডানে, নোংসিথনে, উসংনে, মৈনে লৈপাক্নে, মঙাময়া মশক লোয়বদা মঙামক্কী মথক্তা সিন্দবা লাঙ্গী মসক উদবা যেংবমম্নু উদবা লাঙ্গী অচনা মখোই মঙাদা তোংসিলখিহনা অকাইবা অতোঙ্গবা পুম্নমকপু মেনসিন্নরে, মঙাগী অকাঙ্গবাবু মপু মহাক্না মেল্লী, মপু মহাক্কী অকাঙ্গবা পুম্নমকপু মঙামক্ন মেলনরি মপু মহাক্না মঙ মকা মেন ভানহনা লৈংরে অস্নুয়া লৈরব্রবদা ॥

## মৈরম তরেং পোকপা

নুংমু নুংকাংথক্তা লাঙ্গীরি নুংকাং হায়রবগ্না ভিল্লি তোন্দো লিন-ভাউরেনগা খোমোম ফিথ্রপ অহুমতুব চী ঙ্ক মখোঙ্গ অহুমনা তো-ঈতাউ হৌরকপদা কামপী মৈ মরম তরেং পোকএ। সান্নুবী মৈ থাম্বী মৈ , মৈত্রং মৈ, মৈরিক মৈ, মৈথাংখো মৈ, পুংনুং মৈ, অচৌ মৈ, মৈ মরম তরেংমক পোকঈ। নমু মীহৌরোন অহান্নবদা ভায়বং মৈহৌরকপগী হায়মনে অসিদি।

## মৈ চৈরাং

খোইমোম ফিথ্রপ অহুমস্নুবা য়োইময়াই পাথংবনা ফম্বাল তোংখৈদা পাথংবগী চিরেন মভাং তরেং সাবগী চিরক্তা পামেন লেপকং উচুবদা মঙাং ময়েক ভাখিবনা লুরাং মৈস্না নেৎপগী খুমন মমজুববু মৈরি মৈঙান কাওখি অরেপ্পা ভথম্বা ময়েক্না থাম্বী মৈরি মৈরাবা ভায়বঙ বালেপ মৈরেম্বা নসেক নঙান মৈরিববু হানৌ। লৈকা মৈতোনগুম ঙাংনা মৈরি তরেংনী, অমম্বম্নু থায়রিবা, অঙানবম্নু থা-ইরিবা তাইবঙ লৌসিং লৈরেননী, অথা অয়াক লমখিংদা অচং চংভা অসি অচং পুম্নমকপু নম্নি থানা কৌবীরি নসেক চংনা পাও-সিরি নঙান ভানা পেলহল্লি লংজবা পুম্নমকপু খোজানবীবা পুম্নমকপু লৌবীবা ঙসি খঙবা মঙা মৈগী মৈখোং মুৎলিবা তাইবংগী য়রো-ইবা, অথমবা শুমিত্তা মৈরি মৈতোন ফংজগে তাইবং নোংগা

— 0 —

কংজগে, হং·মহি মহি মহিরেন—॥ ঈরিক ইকাগী মৈদা ॥

পোংন্নাওদি হৈরক পানা খোইরু থাংমৈ ন্নাম॥অহিংবা খো·ইদিং অমুবা লৈ তিংথৌ লংথে, মতোন অহম লাইকদা ন্নাইজেংগা ·কংলো কোন্না মৈদা ক লোঃ মেক্রক চেংখোইদিং ন্নাওবা পুক্লিংনা কোংদেক্‌না হৌনবী তৌওনিংবা থংই। মৈরোন অতৈ সকলঃ ॥

## মৈ ঈন্নাং থৌনি

অনচি অপালবা পাখংবা য়োইরেন তোনপোক নিংথৌনা কামপী মৈ হৌরকপদা থান্বী মৈ মরম মাপন পোকখিএং খম্বী মৈ মাপনগী মৈগী মীংলেন্দি, ১ অং মৈমুংস·মৈ, ২—অং তুর·জাংমৈ, ৩—অং খাংজুহিংমৈ, ৪—অং খাংজুওাংমৈ. ৫—অং সংতরেংমৈ, ৬ অং কেম ন্নবী মৈ, ৭—অং মৈকিংস মৈ, ৮—অং মীংতরেং মৈ, ৯—অং ন্নবী মৈ, কঃ সনা মপুরেন সিদবগী কামপী মৈগী মিংলেন মাপন সোন্দনা মৈঈন্নাং থৌনিজরীবসে, ইমুং অসিগী তিনথং লাইথং কোক্সনা নুঙাই ন্নাইফনা ঈপুন গুংসাংনা পাগহনবীমু গা হং হয়েং হং মহি মহিরেন সীদবা হন্নি হপ্রা খুন্নুং লাংবা কোন্না চক্রী মৈ ঈন্নাং থৌনিনে চীঙ, মপুরেন সিদবওঃ কুবিওঃ। খম্বী পাঈমা পি·বুকন্নুং হরাও মথোই তোংবিওঃ—। ঈরিকনা থৌনি পুক্রশনে। ৫— অসিগী মতুংদা হৌনবী "পুন্না" লাইরিক থৌরম অহুগী চানাবা ·পুন্না মরেক ·হায়গনি ॥

## অকোনবা মৈ ঈন্নাং থৌনি মরোল

চেং থোইদিং লৈ তিংথৌ ন্নাওবা ঈরিক ঈকাগনি, অহানবা মুমসেংনাহৈ সোননী ঈরু লাঈসোনগনি, নাহৈরোন সোনগনি, অতাঈ লাঈসোনগনি। থৌরমগী মতুং ঈনমা চুপ সাবদা ১—তুদোরোন ২—নুমিৎ কান্না ৩—অমাই মাইবরোন লাইসোন অহম অসি ন্নাওগনি।

৩—লৈসেমঙৈগী মৈ ঈন্নাং থৌনি, লোন। হং কঃ চক চক্রী চখরকপা মৈ ঈন্নাং থৌনিরোয়ে।

— 0 —

অং উং হুং মৈ, কোবা লাই ঈপুগী মিং হুংলে সানম নংবু হয়াহয়। পুরুম তাঙ্গসিকচরি, অনচি কহসকঃ চক, বোইহঙ্ক চক তৈয়োহঙ্ক চক পোইহঙ্কঃ চক, হম্বি চক, হয়া চক, থুনুংচক হৈলাংবা কোয়া চক, কংকং মরি, চক মরি চকপারোন নিপাল অসিবু পলেম সিংনা পিবাং সিং০। নাওয়োক পিবা কামপী মৈ, কোবা লাই ইবুঙো কামপী মৈবা অথোইবা নসেক নঙান নিংথিবা নঙান অয়াবা, অফ ফজ চাকইবা অমম অচান থাযরিবা, য়াইফ নুংঙাই পিরিবা ঈরোন কুংদা লৈরগা কামপী হায়না কৌবিবা তায়বং পাংদা ফাওরগা মৈ, হায়না খঙহিবা পুমমকপু চাকহিবা হেঃ মৈ, কোবা লাই ঈবুঙোঃ নঙনা কামপী মৈনরম তরানিথোই থোকনা চাকলকপদা নমু মীওইবা মোমতায়বং মীগী মসাদা থংঙা পল্লাবা থোইমুম ফংতবগী লাঈথং—১০৮ গী মরু ওইবা মন্থু মকাপ সামৈ লালে পুমমকপু ককথংতুনা অকংবা ছিংগুমা চাকথোকপিবা থম্বী মৈনরম তরানিথোইগী ননিংদি।

১—থাংজিং উপি উরেলমৈ, ২—সান্থ তেক চাকমৈ, ৩—হেনবা পামচাকমৈ, ৪—লমজাউ থাম্বী মৈ, ৫—মথৌ য়াংগেনমৈ ৬—অমন চিংগুমমৈ, ৭—তরা চাকথোংমৈ, ৮—চাপোক কদামমৈ, ৯—সংলো য়েনফুৎমৈ, ১০—য়াংলৈ সাদানমৈ, ১১—মৈরিক মৈজাউমৈ, ১২—মালেম তুনামৈ, কামপী মৈনরম তরানিথোই থোক্লা চাকলকপা মৈ কোবা লাই ইবুঙো নংনা মৈরি থুদিংমক নরৈ ১২ পাম্লি মৈরি অমদা নরৈ তরানিথোই লোংনা চাকলকইবা মৈ, কোবা ইবুঙোঃ মৈনরম ১২ গী নরৈ ১৪৪—অসিনা মাথৈক ১০—মক্তা লৈবা ফংতাবা পুমম ফ চাকলকপদা লাইমিংথোনা, নমু মীহোরোন তায়বং মৈহোবা অসিদা।

তায়বংগী তিম্নম্বা লাইনম্বা তিনচুবা লাইচুবাবু নমু তায়বংমী ওইবগী তিনসেং লাইসেং তিমকোক লাইকোক পুমমক কোক্লবা হায়রম্বে, নমুপোংবা নিংথৌ অথোইবনা কোরৌ নোংহৌরকউে মালেম লৈ-

সেমগৈদগী লোইনরকপা সিংথাবনা সিংতেকনে, লাংথাবনা লাংথাকে চৈনমবনা চৈথাদেং কোরো মালেম অনিগী মরক্তা তায়বং শানবা মীওইবনা মৈ, ঈরাংপদা হিমক্ক য়াইমকগী কন্নী অথে ইবদা থিন কংনা মালেম লৈতাইনা অতাই ঈরাংচবনে, খন্নী পাইমা পিব কন্নং হয়াও মথোই তোংবিও:।

হে: মৈ, কোবা লাই নোংপোক্তা মুংসিংনে, কোক্রুনা ঈসিংনে। থাংজিংনা মৈনে, কোরো অতিঙানে, মালেম লৈমরেল সিদবিনে মঙামকী মপুদা মৈ মরম (৩০) কুম্বাগী মমিং সকসোন্দুনা মৈ ইরাংচবনে, সায়রিংথোও:।

# মৈ ইরাংপগী তেংথা লাইসোন

১—চকমোম খান্নী মৈত্রেং অরাবা ২—মৈস্নং মৈবামৈ, ৩-তেক-তেক থোতুমৈ, ৪—চকপা মৈরিংমৈ, ৫—মোংবা মৈরিংমৈ, ৬—কন্নী নাওরৈথুন খোইজু তোল্লোং লৈখাম রাইবা মৈ ৭—সবাং য়ুকৌমৈ ৮—পোইরৈ খুল্লিংমৈ, ৯—থাংগুং মৈসেংমৈ, ১০—থাহু মুংথংমৈ ১১-পামেল তক্লা উরিংকোন খোয়ামৈ, ১২-তাইবং নমু য়োকমৈ ১৩-খান্নী মৈপুন থান্না মৈ, ১৪-লমজাও খান্নী রাইনামৈ, ১৫-থাঙ্গা লৈকাই পোইনা মৈ, ১৬-মৈরিক মৈজাও য়াইওইমৈ, ১৭—নয়ুবা চীংখোং পোইরৈতোম্না খুনথোকতৈদা মৈতৈ লৈমা লৈনাওতাবীনা তাঈবং খুল্লিংমৈ, ৮-অয়াংলেমা লেমথোংমৈ, ১৯—পুংচেং কোকপামৈ, ২০—লাংজেং খম্বা মৈ ২১—চকপা মুবী কুথিমৈ, ২২—হে মচেংমুবী, কুথামৈ, ২৩—চেগাই কাকুপমৈ, ২৪—চক্ক তাংসংমৈ ২৫—তোম্ন তোহৌমৈ ২৬—সিংগৎ নোংকাইমৈ, ২৭—লম্বু তুবুমৈ ২৮—তরেৎ য়াইকা মৈ ২৯—হেম্বা পামচাকমৈ ৩০—সহতেক্ক চাক্রমৈ ৩১—থাঙ্গা উপী তয়ানমৈ, ৩২—লমলেন কাচক পুমৈ, ৩৩—শ্রীনৌও হায়না নদাইরেম্না মৈয়াং খুত্তা পাইনা মৈগুৎ থক্তা খোং সম্বোং মৈরি য়াইদা হয়া খান্নী মৈনিজবনু কুবিও: খান্নী পাইমা পিবুকন্নং হয়াও মথোই তোংবিও:।

# মৈ ইরাং থৌনি হৌরম্মদাইদা

ওকসিস্ত ওকসী লাকপা অনিনা অহানবদা থৌরম তৌগদৌরিবা লৈমাই লৈকম অহুদা পানলম্বী ইগনি। ইরিবা লৈবাক মথক অহুদা চুহিনা হান্না হৈগনি মথংদা থাও হৈগনি, সিংথবনা সিংতেক সিং মরম তরেৎ থেক্লপা লাংথবনা লাংথোক হৈনম্বা চৈথারগা মৈথাও।

চেং থোইদিং লৈ তিংথো, অসিনা ঈরিক ঈসিং থরা তিল্লগা মৈ ঈরাংলু। লকোই মুবী য়াওনা ইরংৎপদদি ঈরাংকম অহুদা মালেম লৈপাকী মরোং ফিথুপ য়েক্লগা অহুগী ময়াই অহুদা ঈরাংকনি। লমূ ৪—চু ৪—বা মরি য়ুংলগা লৈপরেংনা কোইগনি। থথল য়াওগদৌরনি লাই হৌনবী পোৎ বাংপা য়াদে অমাইবা মসক থলনা তৌ লানহৈদে।

মৈ ঈরাংপা হায়বা অসি অনিংবা কোংদোকপা থৌনি মথল অমনী ক্ষৎতবা লিসিং লাথা অমা মাংগো। অকবা মথল লিসিং লাথা কয়ামুকী মহৈ ক্ষংই অন্নম হায়না থকতা হৌখিবা মতম মতম অহুগী অমাইসিংনা ঈথা সিম্বাবীরম্মী।

## মৈ ঈরাংপগী মৈকম য়েংনবা

অতিংঙাদগী তরানিপাল (১৮) লৈচিলদগী কুনমাপল (২৯) ঈসিংদগী তরেৎ (৭) থাজ মকমৈঃ থাবান অহুগা তিন্নরগা তারকপা মসিং অহুদা অহুমা য়েন্নোঃ। অমা লেমলগা কোরৌদা লৈ, ক্রোরৌদা লৈরবদি লৈমাঈদগী খুদোল অহুম থোন্নো। অনি লেমলগা, লৈথাদা লৈ, লৈথাদা লৈরবদি খুদোল অহুন কৎহন্নো। চপ কোম্নবা মসিং লেমত্রবদি অহুম য়ারে।

— 0 —

# লোঈসনবা

নহান-নোং লিত্ ইদা শুকী স্থরি নিল্লবনা তায়বঙ পানব মুঙাঈ মালং অৱাংবা খঙগোল অহুম্বুনা লানসোকং খমথেনবা ৱা অসিবু মদোমদে, হাউবৈ নোংপোক লময়েং চিঙ, নোংপোক সনা চীঙগী চীংদোম্দা ৱায়েনবা। চীংদোন তরেং তাফাবী লোকমুং তরেং সা- ফাবী, চিংখাং তরেং সাথোবী চয়োন তরেং তানকংবা, স্থনুং তরেং তানকংবা, লৈরাং পোমাঈ সাংনাঈ পুদিন ল, কোরৌ মৈদা কেমপ্রবা লৈ, ৱাংবল মৈদা পত্রবা লৈ, পাখঙ তরেং লোনখঙ লৈ, গুজা তরেং লোনজিল লৈ, সিঙেল লৈরাং লৈপুনবু চিংখোংদা ৱাতেম্বা।

পারি লেংথবা সোার লোংথবদা থৌথিংবা থৱাঈ খোমজিনলৈ, মীরেন তোংবা লাবা কৌসিলৈ, মাসল লাংবা তেসিনলৈ, কোরৌ সনা খুয়াখাদা সিডেনলৈ, পুনসনা কৎচলৈ, ইয়াম অহুমদা চিন্নবৈ মখোঈ অহুমদা চিন্নবৈ চারোন তরেং লাংলমুংলৈ, স্থরোন তরেং তানমুং লৈ পাখঙ লোনখোং কুর্মসিং মঙা লোনসিনলৈ, মুৱা লোনখোং কুমসিং তরুক থেচিনলৈ। সিডেল সনা লৈ, লৈরাং পুদিলাল, পুতিংঙা ফুইন লৈ, খাগী লংনা য়োম্বা লৈ, চুরাং লানা হেমোইলৈ, থাবী লোইদাম্বদা সাংপা লৈ, দাউদ :হেক্লা লৈ, অৱাং সরু লুতোংলৈ, থৱাঈ মঙা মকপু কাউরেন সং ইনা সেনবিরিবা অম্মববু লৈওই-ইওঈনারবা লাইয়িংথৌ কোনখৈ অতাম্বা খোইথৌ মুঙদা পানবা লৈনা কোল্লমগে, মুঙলেন সিদবা খোইয়ুম মুংদা পাম্বা লৈনা কোল্লমগে থম্মোঈ লাঈয়ুম মুংদা পানবা লৈনা কোনলমগে হোংনেল লুৱাং লিপুনসি পুন্সি ইৱাল লৈনা কোনলমগে চিন্দা মুঙদা কোনলমলগে উনবী মুঙদা কোনলমলগে।

নোংপোক খাগী নহা সাফাবা, সনা হংজে পাইরিবা সৱানা পৌরোললিবা চিঙ নংগী নমিংদি চিংমৈ কৌঈ কাউরেল কোরোম্না কোনসিনবিয়ু হৈয়াচা হৈ-হেঃ হেঃ সেঃ হৈয়া হেঃ হেঃ হেঃ লিক লাইয়ো হয়ি হৈয়া হৈয়ুম হায়না সৈগোলজরগে লাইয়িংথৌওঃ॥

ঈয়েক সল্লাঈগী ভাংকক অসিতমক ইথোকচরে॥

— 0 —

## অহানবা মতাং

# কৌব্রু থঙনবা

লাই সিদবনা সায়োন ৭ ওনবা হাম্না হৌবা কোম্না লোইবা লাইয়িংথৌ সোরারেন্ অরাং থাংয়াই যোইরেনবা, হেঃ কাসা নিংথৌ সোরারেন্ থাকপা নি থৌ পঞ্চম্বা কাসা পাওতাক-হৈবা, অরাং-থাংপাই য়োইরেনবা, কোবৌ থক্তা পোদাবা রাংবন থক্তা রাতেম্বা নঙনা-থাগা নুমিংকা লাই মমিংগা কোম্নন সাইযোনবা অরাং কৌব্রু নোংচুপ্-চীং চিংদোন মাপন লোংবা চীং চি মাই মাপন পালবা চিঙদা, অসি কৌবা, নুমিৎ থানা মেরা থা নুমিৎনা ইরাই নুমিত্তা থানা-চাওবা অথৌবনা সায়ারে। লাইয়িংথৌগী নিংথৌরেন্দী কৌব্রু অসীবা কোনা মিংথোংলে লাইয়িংথৌ নহাক্কী নতিক নয়াইদী, চিংদোন মাপনগী চিংমাই মাপন্দা উমং মাপন থম্বিরিবা চিংডুবা লাইগী খুবম মাপল্ থম্বিরিবা ঈরিক মাপল থাম্রিঙৈদা নোংথৌ লউঃ লিংবা নোংথৌ মউঃ লিংম্রিঙৈদা ঈরিক মাপল থাবিরিবা নুংবিরেল্ সিদবা খুদানরিবা নিংনাংনদবা খুনেংনরিবা হায়-চিংফা-হায়ফা-হিংকৌব্রু লাইয়িংথৌ অসীবা কোনা লাইরেম্বা কৌসা অসীবীনা থোগল তৌরিবী লাইয়িংথৌ-ওঃ-হেঃ ইপু কৌবরেনওঃ কৌবা লৈমাচা কৌন্নু লৈমাচা ককয়াঙ্গী ফমথিবা সংলৌ নাকাম্বা তেকপী চীংনে, তেকপী থাবুক্ তাংলৈচীং মনাই তাবা ইয়ং পনচন লম্, সেকরা তাওদনপুং সেনচীং চীংনুংপোক্ চীংসা নাপোম্ তরামঙা পানববু খুনেংনবা, য়োইময়াই লৈমা খুন্দা হানবা, চরিক মাপন থাবা, নোংথৌ মউঃ লিংবা উনক্রুক্ ঈরিবা রাওক্রুক্ ঈথাবা লাইয়িংথৌগী, খুফদি চিংতোন্দা কৌবমরু লৈবনে, মনাক্তা পুন্সি লাইকোম্ অমা লৈপনে। মনাক্তা সজাই য়ুম্ফম্ লৈপনে। নুংগী কাংথোল লৈপনে।

— 0 —

মুংগী শুমল্ য়াংকোক্ লৈপনে। কোম্ মপান্দা খোংনাং অমা হৌপনে। নোংচুপলোমদা নোংথৈ্ কোকভাং চরিক মাপল্ হৌপনে। নোংপোক পাংনা মুং-১ থারিবদো, মিরেন পোন্যান্কমনে। মনাক্তা লাইথুন্-অমা লৈবদো সম্ভোকপনে। অহুগী অৱাং পাংবদা মুংজাও অমা থারিবহু শামু থোকপা মুংনে, মমিংদি পোকপী লৈগায় কৌএ। অহুগী মথা পাংনা মুং অমা লৈবহু ওক্ পোকপী কৌএ। অহুগী নোংপোক্-লম্ মতোন অতুম্বা অহুদি সোরারেনগী ফম্বনে মতোন্দা ঈশিং থোকপনে। চিংথৈ পাংবদা মুংজাও ফান্তুপ অমা থারিপনে। মুং অহুগী মথক্তা ঈশিং থোকপনে। ঈশিং অহুদি পাঙ্গলবগী লুরাই লেম্ফুগী ঈশিংনে। সোরারেনগী, মমিংদি নোংখাকলেন নোংনিংথৌ কৌএ, পাখংপনা মুং অমা লৈবহু খুনু পোপপা কৌএ মনাক্তা মুং অৱাংবা-১-লৈবহু য়েন্নে ভাহুনে পোকপা মুংনে, কৌক্রুগী মমিংদি মিহিং-লেন্ মিপোকপা কৌএ, মিংথৈদি ভোবা কৌএ। কৌক্রু কৌবদি চীংমিংনে, লাইমিংদি কৌরেংভেং কৌবনে॥

অৱাং কৌবা ইমরু, অৱাং কৌক্রু অশুপ্পা খোয়ুম লাইয়াম খুন্দা হান-লকপা নোংহৌ মরু লিংবা চীং চায়প্পুরকপা লাইজনা তময়া চোলনা পান্ফরিবা, ইঙু চাংখেংপা, ইঙু চাংদম্বা শুকমু থলনা রায়েনব লাংয়াথলনা রাতেম্বা কৌবা কৌহু ঈরেং ঈথম মরমথৈগী লাইয়িংথৌনী॥

অহানবা কৌক্রু কৌদ্রিথৈদা অৱাং কৌক্রুদা খুন্দা অহানবা অথোইবা লাইয়াম্গী নিংথৌলেন্ লাইয়িংথৌ ইবুঙো। সেনত্রে লৈ-নিংসাগী থিরেন্ উংলৈচীংগী লম্হৌরকপা কোরৌ মুমিৎ সীংপুম তরেৎ মকপু হুইবিরকপা, লাইদাম্ থাজ-তরানিথোই মকপু হুইরেন্ য়াই-পিরকপা, মিকুপ্ নাহুম্ পুঙজা খেনতোঙ পুন্নমকপু মউঃ লিংরিবকপা লাইয়িংথৌ চীংঙু নরোঙ্গনাই নরি লীতিন্-নরকপশিংগী নিংথৌ ফম্বান্ চিংদা থিরেন্-উংলৈমুংগী লৈংহৌ য়াই মরু অহানবা অভিংবা কোমুং য়াইবিরেনগী হুমজাউনবা, খোইমোম্ মরোই নাইবু হান্না ঈরিক্

— 0 —

মপালথা নোংথৌ মউঃ লিংবা থেউ-থোক্তাংবা ওক্লিরাই চীং চাপ্না পাক্পা পাল্লিরাঈ পামেন্ উথথাল্ হৌরিরাই পম্লেংলে।

তংপ তরেংনা লৈবা নোংমদোল লাই লৈপাক্ উংলৈ কৌবা অকনবা সুংশিংকী মরক্তা লৈবা, চৌংদগী হৌরকপনা মালেম্ লৈপাক্তা সান্নরবা লাইথ্রিংথৌ নুমিৎ চয়োন তরেৎমক্পু থাইনা শেথ্নীরকপা খোইয়ুম লাই পুন্নমক লিতিন্নবা লাইথ্রিংথৌ নঙগী নপাং মতুংইন্না লোইনরকপা, খোইয়ুম লাইয়াম-শিংনা কৌব্রুচীং কোন্নুংদা স্না ফম্বান থিবদা উংলৈ কৌবা সুংশিংকি মনুঙদা লাই লৈপাক কোন্নুং লৈরনে।

মালেম লৈপাক্তা য়াইমক ওইনা অহানবদগী হৌরগা লাইরপাক কোন্নুংদা মতোম পানফবা লাইথ্রিংথৌ। থরাই পানলকপা লাইগী অখোইবশিংগী যুমচাউ :—ওইনবা লাইথ্রিংথৌনা লোইনরকপা লাই মী-যাম পুন্নমকপু মাঙ-থানা অহানবদা থারকতুনা ঈরিক মাপল থাঈ নোংথৌ মউ: লিংঈ হায়বদি ইলিক থরাম্র অপিকপা অতু থারবদি নোংথৌ হায়বদি হুকসাংগী মউ লিংথংলকঈ হায়বনি লাঈথ্রিংথৌনা

লাইথ্রিংথৌ লাইরেম্মা অনিমক্কী ঈরাৎ পোয়াওদি কীদা ১, থাখল ১. উচি রা ৫, খোইরু থাংমৈ ৫, ফম্ফী ১, কীরাক ২, লফোই লফাং চংথোকপা ৭, হৈ মনম নাইবা ৭, চুঙৌ হৈ অয়ম্বা কামতোন থোকপা ৭, পানা মনা মপুম ৭, মনা লৈশং ৪, লাকোল ২, ফৌ তাং ১, থুম কাকুপ সেন কাকুপ রানতোন ১, ঙাংবা ১, নাহৈফু ১, চেং ১ মখাই। চেকপ থাবৈ য়োংসবী য়োৎ ১, থাং ১, সারেং ১, ঙাতেন ১, ঙানোই ১, য়োৎ থুনেৎ ২. সেন থুনেৎ লৈসং মরোং ৫, ইরোই অঙৌবা ১, ওক ১, য়েনহিং য়েন ১, খোংসি নাসি কোনয়াই ফৈকক্লা হুনলু। পোৎয়াও অসিনা লাংওঃ মী সিতপনে লৈমনিংথৌ মুঙসাংএ॥

কৌব্রুগী হুইগী ময়াদি তাওবা হুইগী মমানি য়াতে লৈবী তিনগী মমিংদি তিনসিন সিয়েন তিনমৈকক কৌএ, লাংরুনবী কৌই। কৌব্রুগী হুইদি অমুবা মরিক্সি নোংপোক্তা অঙাংবনে রাংব্রেন খানা চাউবগী অঙৌবনে॥

—0—

## অনিশুবা মতাং

## থাঙচৌং খঙনবা

কয়েং কৌবা মুমিংতি থাংজনি থানা হিয়াঙ্গ থানি লাইনা খ্রিং খ্রিং কৌএ। উই ক্রা চিঙ থংস, থংচৌং কেগে লাংপুম অরিবা মোইরাং লাংপুম অঙলবা, চাজি হকপা খোংজি য়ানবা অরাং লমগী কেক্রুগুম থাংয়োনবা হৈক্রুগুম পোললিকপা ইসংগুম হুৎনিংপা মুংবিরেল সিদবা খুদানবা নিংনাংনদবা খুনেৎনবা, পামেন উথুম লমঙানবা লাইয়িংথৌগী লাইরেম্বী কোইরেল লৈমা পাম্নোইবী পামেন উথম্বাল নমঙানবি লাইরেম্বীনা লাইয়িংথৌগী সামু ওইরোম থংনা থৌগনবি।

থাংহিং ঙাংঙোই হারম পাংবদা পোইরৈ পুম্নোকপা রাঙম খুন্দারকপা কেগে লাংপুম অরিবা মোইরাং কাসারেল অথোইবা থাংজিং কোল্লু নিংথৌবা কোইরেল হকপা কোইরেল সাংবা কেল্লু অতয়া অহুম্না তিনবা রাতেম্বা মুরাগীদি হৈদি.গান পাখগীদি নোংগা খোং হোংগাং নাউরৈতাক ইপুধৌ থাংজিং হনবরিল লোক্তাক খরাসা মোখি পোংসং চুম্নাফা উংথম্বালনা নোংঙা ওইবা মরমথৈগী, লাইয়িংথৌ হেং ইপু সম্ভোং নিংথৌওঃ চাওবসু কোইরেন নিংথৌও. কোইরেন অহুম থোনকৎপদা রাতেম্বা, পেংপি- পেৎথাংনে, সৌংজং রাথায়নে রাথ.ই নিংথৌ মঙানবা।

পনমরু চৌঙ্গোই ওইনমচৌং লৈময়াই থম্বাল নোংসারৌ কেগে সৌংজন কাই থাংঙা তোনবা নিংথৌ উথম্বাল নমঙানবা, লোক্তাক থোঙ্গাওনবা, মুংমু তুমদা মাংদবদা খুনেৎনবা, মুংবী সিদববু খুদানবা থাংজিংকোন মরুয়াই ওইবা লাইয়িংথৌওঃ মসানৌ ইবেম্মা কোইরেন লৈমনা মপারি তম্পাক লাইহিংথৌগদ্-কোনবা মরমথৈবু।

— 0 —

য়েলাংপমগী হমজাওবা চওংখোং পামগী নালেকপা য়োইবু খোম-দ্রোক নানৌবা, য়োইপরেং লেংনা নিংথি মাঙলং হৈদোবা পেথরো পুয়োম পাংতা ঙাকোকনু সায়োনলে। থমংখোং থমং লাইরিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী থাংজিং চিঙজাওদা নুংগী সঙ্গাই মনুঙ কংলা ফম্বাল লাংদা ঙাম্বাইরিবা লাইয়িথৌ থাংচীং কৌবদি চীংমিংনে লাইমিংদি খকলেনটী কৌবনে।

থাংচিঙগী চিংতোন্দা থাংচিং কোইরোল নিংথৌগী খুফম লৈপনে। সঙ্গাই য়ুম্ফম লৈপনে মনাক্তা লাইফম লৈবদোঃ সংকু লৈপোকপী কৌএ। নুং ৩ থারিপনে নুং অমদি থাংচিঙগী য়াইনা নল্লিপনে। নুং ১ দি স্নাগী কাংপ ১, স্নাগী থাং ১, স্নাগী চৈশু ১, অসি নল্লিপনে মাদি স্না লুপা পোকপা নুংনে। মনাক্তা উঃ তরু সিদবা উপান হৌরিপনে স্না খোংনাং অমস্ত হৌরিপনে।

মনাক্তা লাইকোম ১ লৈপনে ঈশিং থোকপনে সিদবা উপাল্পি মচুম তাবনে, মচুম তাবনা মশা লোংপনে। মনা তরেৎ পাল্লে॥ মনাক্তা নুং অঙৌবা অমা, অঙাংবা ১, অনি থারিপনে অঙৌবতি সোরারেনগী খুফমনে। শামু অঙৌবা পোকপা নুনে। লাইমক্তে, মমিংদি নোংদ্রেং খোঙ্গা কৌএ। অঙাংবা নুংদি খোংনাং নিংথৌগী খুফমনে। নোংসা পোকপা নুংনে, মনাক্তা নুং লৈবদা, মচু ৭ শুনা লৈবনে। নুং অহুদি স্নাংলপা কোরিসেন পিথ্রাই তম্ফা মনিক হিংয়াই অসি খিবিকপু পোকপা নুংনে। মমিংদি লৈহিংনুচা সৌরি কৌএ। লল মপুনে খঙওঃ। নুং অহুগী মমিংদি অসিনে খঙও॥

থাংচিঙগী ইরাংতি ফম্ফি ১, ফিরাক ২, থাখল ১, ফিদা ১, উচিরা ৫, খোইরু থাংমৈ ৫, ফিরাল ৫, লফোই লফাং চং থোকপা ৫, হৈ মনম নাইবা ৫, চুঙৌ চুহৈ অয়াম্বা লাকোল ৩, কা ৫, মনা ৫ লৈসং ৪, সরেং ৩, ঙতেন ৩, লাইরিংথৌ ৩, মককী ফিরোই অশুবা ৩, ঙাংঘা ১, রানতান ১, মাইরু ১, য়োৎসবি ১, খাৈব ১, চেকপ ১

য়োং খুনেং ২, সেন খুনেং ২, চেং ফৌ থ.ম কাকুপ সেন কাকুপ স্নাহি লুপাহি স্নানৌ-লুপানৌ-কোনয়াই পু ৫, সননে-ওকনে য়েনহিং অঙৌবা ১। খোংসি-নাসি সান্থিনতা ১, সফাৎথাং ১, য়েনলুম ৫ অসিনিনে খঙও॥

থাংচিঙ নিংথৌগী চীংদোন মতোন ৭ শুবনে? স্নাগী সঙ্গাই লৈপনে চীংতোন অমদা নুংগী তাংপান লৈপনে অহুগী মথক্তা থাং-চিঙ চীংগী নিংথৌনা মমাই নোংচুপ লাইচি পাংনা ফমহুনা লৈরিপনে নমডাদা উথুম হৌরিপনে। মসিগী মথা পাংনা নুংশিৎ থোং ৩, লৈপনে। অমদি চিংমৈ খা থংবদা লৈপনে। চিং য়াংকোক কুম্বা কোইরপ কোইবা অমনা কুখলিবনে। মথং চিং অমদা, পং পুথমগুম্বা অমনা কুনলিপনে। মথং চিংতোন অমদা নুংগী থ.মুক্তা কুপলিপনে। নোংসিং থোঙ ৩ মক্তি অসিনে খঙও॥

কোয়রেন লৈমগী স্না শঙ্গায় মনাক্তা পুখ্রী কোম অনি লৈপনে অমদি ঈশিং থোক্লবা লাই অরূবা লাই লৈএ। অমদি ঈ ওইবা ঈশিংনে। সনা সঙ্গাইরেন মনাক্তা পুখ্রী ১ লৈপনে পুখ্রী কোম অহুগী মচিন্দি মোইবুং মচিল কুম্বে অহুদগী চেলথরকপা ঈশিংনা মোইরাং তুরেনগী মরূ ওইবনে। মোইবুংগী মচিল কুম্বা মথা অহুদগী ঈশিং মরিক তারকপা অহুদা লফু মী অহুন্না কোইবনা লাকোল ফানা হৌ-রিপনে থাংচিং লাইকোল অসিগী থোং ৪ লৈপনে।

অরাংগী থোঙ অসিদি সনাথোং মপি কৌএ। নুংথোংনে নুং-শুকনে, পাইহুনা লাইনা ডাকলিপনে। তখেল লমনে। খাগী থোংস্থ চংস্থমলে, নোংচুপকী থোংস্থ চংস্থম্লে, নোংপোক থোংলেম চংলবদি লাইকোল ফাগদৌবনে লেপনা খঙও।

চিংতোন মাপন চপ মান্নপনে। লাইফম মশক হোংদপনে। লাই মাপনককী মফমনে হায়না খঙও। লাইয়িংথৌ থাংচিংগী মমিংদি চানোং নিংথৌ তরেংবা কৌএ। থাংচিংগী নমথাংদা সনা থম্বাল সাৎপনে খঙও॥ মনাক্তা নুংগী নোংমৈ লৈপনে।

— 0 —

হৌচিক্তি সম্হোংগী খঙনবা ব্রাবু হায়গে, চিঙতোন্দা মুংগী সঙ্গাই নৈপনে মমাইদি সম্হোং লাইচি পাংপনে সঙ্গাই ফকতোমদা মুংথোং ঙিংলিপনে। সম্হোং নিংথৌগী নোংমৈ ব্রাই ৫ সাংবা চাওবা লৈপনে। মাগী ইরাং পোৎয়াও'দ ফম্ফি ১, ফিরাক ২, থাথল ১, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিমক্কী ফীরোই অমুবা অনি, লংফাই লফাং চংথোকপা ৭, হৈ মনম নাইবা ৭, চুঙৌ মতাং ৭, চুহৈ অথুম অহাওঃ লাকোন ৪,, লৈসং মরোং ৭, ক্বা মতোন থোকপা তরেৎ, মনা কোন্নবা উচিব্রা ৫, খোইরু থাংমৈ ৫, ফিরাল ৫, য়োৎখুনৎ সেন ২, য়োৎপাক ১, উয়ুং ২, সেনকুম ২, পৌরোন ২, ঙাকলৌ ২, সনাগী নাহায়ফু ১, সরেং ১, ঙানোই ১, ঙাখা ১, ব্রানতোন ১, চেং ১, ফৌথাং ১, থুম কাকুপ সেন কাকুপ লিক কোল ঙাতাং কম্বী ১, খোইজ, লৈথাম ব্রাইসেন লাকোন ৫। চফু অহিংপনা খয়োম লাকও। মফমদি অসাই হায়খিবা লাইফমদা মুংনা লাই থলদপনে হায়না খঙও।

চিংথোং উয়ুম শোপীমু অম্মা থোংথিংনা লাংও। সম্হোংগী মথা থংবদা মচা ইবুঙোগী নুংগী সঙ্গাই লৈপনে। লাইয়িংথৌ মচা অহানপতি মৌগী লালফানা ঙমপনে। মৌগী লানবু ঙমগে, লানফম খিবিক মক্তা ঐনা ঙমগে হায়রবদি মঙোন্দা লাংও।

পোৎয়াওদি নিংথৌগী পোংলোই অম্বা ১, খুদৈ সেন কাওসেন চোং ১, ইরোই অঙৌবা ১, য়েনাহিং থাও। থাথল ১, ফীদা ১, উচিব্রা ৫, খোইরু থাংমৈ ৫, ফিরান ৫, লফোই লফাং চংথোকপা ৭, হৈ মনম নাইবা ৭, চুঙৌ হৈ অয়াম্বা লাকোল ৪, লৈসং মরেং ৪ চেংলৈ ফৌথাং ১, লিকোল ৯-৭, ঙাংদা তাংব উতাংবী উ ১, থুম কাকুপ সেন কাকুপ সরেং ১, ঙাতেন ১, ঙানোই ১, ঙাংখা ১, ব্রানতোন নাহৈ ফু ১, কম্বী ১, খোইজ, লৈথাম ব্রাইসেং পুকয়ু লাইয়ু কবোক অথুম অহাও হৈবী মনা সিংজ, কাপ্ত, কাপলেন থোংথিংনা লাংওঃ মৌগী লানবু ঙমজপনে খঙও॥

— ০ —

২ হৌজিক্তি য়ুংয়াং চিংগী মতোন্দা শঙ্গোম অহিংবগী পুথ্রী লৈপনে লাইরেম্মা ৭ মক্না ইরুবা পুথ্রীনে, লাইরেম্মা অতোপ্পী থম্বাল লৈমন নিংথৌ মুঙয়াং চাওববু মথুৎ থেকনা ঙাইএ হায়বগী খুৎতেকপী কৌএ। চেগাইনা লৈপাক্তা য়িনা ঙাইরম্মী হায়বগী চেগাই লৈএ পোকএ। নোং খাক্না মখোং খোংথোবিবু মথুৎ খুবিনা থেক্না ঙাইরমমে। কুপিপোক থম্বাল নোংসানৌ কৌএ। লাইরেম্মনা সনাবুন কোক্তা থোংহুনা সোরারেন্দা কাখিয়ে হায়বগী সনাপুন থোংপান লৈময়াই কৌএ। লম খঙনবা মরম হায়রম্বনে॥

# থাংগা চিঙগী

৩ মমাং চিংদি য়েংদম চীং, খুমন লোইচল চীং
সিজম নিংথৌ লুরেন চীং, মসানৌ নুংওন চীং
য়েংদৌ উরোং খিন্না চীং, লুকাক মাইরোং য়ানা চীং
সোইরোই খোংবৈ ঙাক্না চীং, মোইরাং কংলা ব্রাহৌ চীং
সারোং সারী ব্রারুম চীং, মুকাপ য়াইফু হাজন চীং
খুমন মোইরাং চাইনা চীং, কবো লায়েন খঙনা চীং
পাম্বোইবী পাওখুম তেংথা চীং, খুমন থারাম লাইর চীং
য়ারৌ সঙাই মথুপ চীং, চক্না উফোং য়াইরেক চীং
লাইরা খাংলৌ লাংনচীং, ইমা লোইমোম ফৌ ওইবী
ইমু লাংনা পাতম চীং, পামূ মপাও ঙাইন চীং
পারী চাওনা য়োক্না চীং, পমেল সংলৌ লাংনা চীং।
মপু কংলা ব্রা-ঙম চীং, নুংশিবা মনাই ইচল চীং
কেগে লোইপোং লোইচলচীং, তাংজ লুরেল লৌনা চীং
থাংজিং লাকয়েন ফিদাই চীং, সারেন-লুরেন লুচন চীং

— ০ —

তাকমু পাংয়াই খোংমৈ চীং, কোংখোং ইরিন ভারা চীং
মোইরাং লোইপোং লোমচল চীং, কেগে খুদাই বাঙম চীং
খোইযুম ফরুবা লাইথাক চীং, অরাবা কয়া কাওনা চীং
মুনু কয়াগী পোংথা চীং, খোমলেন মিকপ চীং
কেগে মমাং চীংচাউনি।

লমলেন থাঙ্গা চীংজাওনি বাকৈ খোংনেং হিথাংচীং। তোংজেং বাকৈয়. কদেংনা থ ফি লাইসা তনাইদা সঙাই অমোম অমা চঙনা ফাতনা মপু মোইরাং নিংথৌদা কংথিবা সা অহু চুমগী সা নংতেয়ে। লুরাং পদাং খুকোইবগী লৈমা থাঙ্গা নুবীগা অনিনা য়ারৌ সাঙাই ওদুনা কাওৈর মথা পাংনা কুমখিতনা পাখঙবা কুথুপলম খুম্বী সনা লোকুব চাক্কা খিবা সাঙ ই অনিবু কদেংনা ফাহনা অহানবদা মোইরাং নিংথৌদা খুদোন ওইনা পিখি। অকোনবদা তোমুদা য়ৌথিবা সা অও লুরাং পুন্সিবনী ময়ায়া পুতাং কৌই খুংখংপগী সাইয়োন লাংওননী! থাঙ্গা চি নিংথৌগী ইবাং ইসোদ পোংথাওদি থাংচিঙগা অমঙনি॥

---

অহুমশুবা মঙাং

# লংমাইচিং থঙনবা

ছংচিং কৌবা হুমিতি নোংমাইজিংনি। থানা পোইন্নু থানি। চিংঙবা লাইদি নোংপোক নিংথৌ অপানপগী, খালৈ নামুং তয়াতাং লাইয়িংথৌ তাইবঙ পুম্বগী থরাইবু লৈপু ওইনা শেম্বীবা লৈরাং পোম্মাই সাংনাই পুতিললৈ। কোরৌ মৈদা কেমদ্রবা লৈ, বাংবল মৈদা পত্রবা লৈ, চাথোল তরেং তানফংলৈ, সুমুং তরেং তানফংলৈ, পাখং তরেং

— 0 —

লোলথং লৈ, মুক্তা ভরেৎ লোলচিল লৈ, সিংঙেল লৈরাং লৈপুনবু শেম্বীরিবা লাইমিংথৌ মুংবিরেল সিদবা খুদানরিবা নিংলাংনদবা খুনেং-নবা নোংপোক সানবা চৌংগী চৌংখাংদা অমম অঙান থায়না সঙ্গাই মুংদা কম্বাল তোংহনা লাংওন থৌরম পুথোক্কনা পান ফারিবা চিংঙ দোংদম্বা লাইমিংথৌও।

হেঃ থোইমুম লাইমিংথৌ চিংঙ নোংপাক অপানবা থোইয়ুম কুম্প সিদবা, থোইয়ুম অমমপা, সৌরাং অথাম্প, চিংঙ উদবা, কোংথৈ অতাম্বা, সোংলেন অচিবা, নাকোং নাচুম্বা নংবু কোন্দে থোংবু ওই, থোংলেন পাম্বৈ খুংপাই ওইনা তাইবঙ থরাই চুপ ওইনরিবা, নমু.পাং ওইবনা চিংনা থৌরাই মুঙসা কোল্লিবা। অচৎ অরেপ্পা অকং অথুই মালেম লৈথারোল লাইজ ঈরোনমুং লৈচিন সিফা মুংগিব, তাইবং থরাই অসি খৈবিক পুম্নমকপু নোংদমলিবগী মপু। তাইবং কোরৌ মীনিংথৌ রাংবন মীগা সাব, ওইনরিবা লাইনিংথৌওঃ অচীপা॥

অতাম্বা পুক্লিং শুমথৈ চংদবা অমম অঙান মিৎপু ঙপ্পা অপোক অসি নোংদমলিবা মুঙমু সিদবা, চেংজা মুংঙৌ নাদবা। হৈ খুমুঙ লাংবা চকঙৈদা খুমুঙ মীকোনা লাংবা রা হায়না মুডব, দিখেলও তোনা কৌই হায়দবরা খেমুঙ পিপুক মুঙগী মিরেন সেকনা লৈবীনা। মালেম লৈমাই থলনা লৈহৌ নোংহৌবা ফিচেং-চাকচা খুৎমু-খুৎলাই চংখোম্না খেমুং পিপুক মুংগী কোরৌ খোংচুম উখোঙ রাংবন লাউহুম লাওনা খোয়ুম সনা মৈয়াথং কোলোইননা চোংথোক্লক্লে। অহু নোংগীব, খোইয়ুম নোংপোক সিদবা চিংঙ নাদয়াই মপাল থাবা, সিদম্নাই মউ লিংবা, থোইয়ুম লাইপোক অরুবা কৌই।

চিংঙ লাই পাখঙ অতেংবা, মার অতোনবা মোলাংফম কম্নবা অবাঙ ফাংলৌ লাইমখোম্বা লমচিং খোঙ্গাওনা খমগোন খুনেৎনবা মামেম চিথেক মরিমক মাইকৈ নিপালমক শুংদাই হারৌ-কারন তরাতরুকমক লংতাই ৩২মক সিংখাই হুক্ক মরিমকপু কোরৌ নোংমদা সা তরেৎলক হন্না কোইবব অরা-হুইরাং চলদব লাইমিংথৌও॥

## নুমিৎ থাপান

— 0 —

নমু পোঃ ওইবগী সালু লাইপক খেলাই-ঈনা থৌরাই পাল্লিবা তিন কাও রাহি মোম্নু কৌজেং হারৌ ককচেং খোইম্না নাপী সিংবী উ-রা ফিসেং চকচা পুম্নমকপু চারি থক্লিবা খৈবিকপু সচিক লান-শোংবা, থবা লাননোং-থাইবা, কৌনা নোংতম নোংখাইরিবা খোইয়ুম নোংপোক সিদবা, নংনা নমু তাইবং মীওইবগী, লাইপক সরু কপান খোংদা, অফ-ফত্তা থাইনা সরু লাইপক চিনা নোংতম নোংখাইবা। তাইবঙ পুক্নিং মরোন চোংগনবা চিংঙ, নত্তিক হন্না খোইয়ুম নঙান্না পালফরিবা লাইম্নিংথৌগী লাইরেম্বীদি।

পলেম পিনাইদবী পস্থৌ পানাইদবা লাইরেন কদেং ঙানবা চম্নু রাঙ্গোন লাই মুরা অতেংবী তম্ফা রাঙমলোন থাবী লেংনাউঃ মোম্বী নোংপোক, মোম্বী নোংপোক পান্থোইবী। নোংপোক মালং ফম্মোইবা, লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিংসোম্বা, নোংপোক সিদবা অপালবা নোংপোক নোংথৌ মসানৌ ইবেম্মা।

হৈয়া-হেঃ তমপা কোরওঃ অরাংগী রাঙম কোনথৈ অতামপী সোংলেল অথাপ্পী খোইমোম লাই ময়েঙ য়েঙহওঃ খোইরা মরুকী কোরওঃ মী নোংথৌ রাংপল মীকাসা তাও-ওঃ। নোংথী কোঙয়াং মীচয়স্থ লোকলৌ পলাং ঈনমথাঙ-অরুপী থোংলেল তরা মিপাই পায় মীলুঙ ঈরুথেৎ অচেৎপী, লাংচেং চারা মীরুথেৎ খোইনৌ মিরামৈ তাও-ওঃ।

তাইপঙ লীকলেং লংম্নংয়াই লৈতরেং নোংতা লেংপী য়াইথোং মীথেমপী থরাই মীপোকপী, য়োইপু লোইন্থ থুমলৈমা তাইপঙ থরাই অপক কাকি ফুরেল চাংজৌ ওইরপী। স্বর পুঙমাই ফম্লীবী মুকফু পাবম্লীবী রোচৈ চৈস্থ স্নুরিবী। হীরৈমা, য়াইরৈমা, হীমাবী, য়াইমাবী হিকুবি য়াইকুবী, য়াইম্নাহা অমদি খোইমোম সিংচা খোম্বী মুকমু লৈতোন কোনবী, হুমবু নারেং স্নুবী ইয়েক লৈমা হোসিং হুমসিং কৌবী। চিঙগী মচা ইবেম্মা তমগী মচা হেকমাই হেনৌ কান্নিবী

— 0 —

ইবেল লাইস্না মাগানা ওন্বী কৌবী লমলেন কাংগ্লু পোকপী লমশুংসিদা স্নাগী লিথুপ মাপনথক্তা ফম্লীবি তাওজিং হৈরাং মাপন চিন্দম্বী সিঙেল লৈরাং মাপন লৈচিলবী খাম্বী মৈরা মাপন পাম্বরিবী, তামুল্লা পানা খুতপ মাপন চারিবী। লমলেন সনজিং চিংতোনপোক কুরুম চিংতোনপোক কুরুমচিংগী চিঙথক্তা স্নাগী থাংতুপ মথোংদা স্নালিথুপ থক্তা ফম্লীবি লাইরেম্বী সিদবী সিদ। সায়োন অয়াম্বীওঃ।

নোংপোক থোয় থোয় অথোইবী লাইরিক লৈমা ইমাওঃ॥ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ খোইমোম লাইরেম্মা অনিমক্তা পালফরিবা মফমদি॥

## লংমাইচিং

লৈসেমচৈঙদগী ইহান হান্না সাবা চিংলেন খুংলাম খাম খুৎপুনাচিং কৌবা লংমাইচিং য়ুহারাবদা য়োদবা সেল্লোই নীক্তবরা নীক্তবা লংমাই হাগবরা হাদা চিঙ য়ু চেংনা নিক্তবা য়ুহান হাদবা, স্না হুইথাবা, লুপা য়াইওইবা চৌইনৌ স্না-লুপা পোকপা চিঙ। তেংনৌ ম্বোংপী হুইথা চিঙ। চীংসা মাপন পালবা চীঙ চীঙমাই মাপন লোংবা চীঙ। ঈসিং ঈরোং তরেৎ লোংনা চেলবা লম কা অহুম থোক্লা খাইদোক্লবা নোংমাইচিং লাইয়াম খুন্দিন য়াকা পুঙ।

নোংমাই ফাওনা বাংবা, চিঙসাদা স্নুরুং মফম তক্লক লৈরিবা অসিনা অমুক স্নুরুং নিপাল থোকখিবা। নোংমাইজিং চিঙকোক্তা স্নুরুং অহুম অরাং চিংখৈরোমদা স্নুরুং অমা সঙ্গোং লাইজিংরোমদা স্নুরুং অমা নোংচুপলোমদা স্নুরুং অমা চিংয়াইদা স্নুরুং অমা চিংতোন্দা স্নুরুং অমা লৈ।

থেনলেনগী কয়াংনা নুংগোইবী য়াওরৈবী ওকসং লাংসং মরিমক্তা কংলাবু কোইনা লৈরিবনে। তুথুপ ময়েক অসি খঙববু ইরম খঙবা কৌএ। মতাইমা কৌবদি ওকসং মফমদা চীংঙ, খোয়ুম লাইয়াম

—০—

ম্নাওৈরবী নুমিৎ থোকএ। কংলাগী নাকচিদা থবাই পিচাক নিংথৌ সিদবা থোকপনে অহূগীদমক ময়াই শুমদোংপান কৌএ।

নুঙ্গোইবিদা নুংজেংগা কৈতেনবীগা অনিমক্না পুমহাইখোংদা থোকখিহুনা কৌক্রুদা তন্নুইয়ে। কৌক্রুদগী চিংগাই নুংখোং মুংলাওবী কুমশুংখোং অতমমক্না লমডাইচিংদা ইরম কাহনা লংমাই চিংতোন্দা লাইখুন অতম লৈবনে ময়াই লাইখুন্না কংলা যুমজাও সঙ্গাই ওকসং লংস সলংমৈ ওবাই, বইখু, খাই য়াইকুল কোইনা তুরেন মথেক মপনমক ফাওনা চেপহনা নুবী চীংনুং হুংতা ঈথমবনে।

ম্নাওৈরবী লৈখোমসং সংলংমৈ যুমজাওরেন সঙ্গাই মরিমক্না তেঙ্গ খাদা নিনবনে, নুঙ্গোইবিদি নোংপোক অপাল কমনে। নোংপোক অপালদা কাইবা চিংসাবগী ফিদি থাথগী ময়াইদা লৈবা চিঙতোন্দু পুন্না চনে।

সেলেই নিরুপ নিতা চিঙওঃ লমাই হাগপ্র হাতা চীং কৌএ। চিঙ অতদা চুপ থাদিপনে। খলোউ চিঙতোন নোংপোক অচিবগী পুরম অসিগ, লোইননা থানবা সঙ্গাই য়ুক্ফমগা মেনফম অসি অসিদা নিবা মতুং ইন্না খুনমজাবদা নিংলিবা খৈবীক লেপনা থুংলপনে।

চিংতোন খংলাংদি নোংপোক অপালপগী খুভমনে। সঙ্গাই য়ুক্ফম খলোংদি নুমিংসনা খোমদোন পাখংবগীনি। লংলাই চিঙবু সনাহন্ত যাইচীং কেই। চিঙগী চীংতোন ডানবা অডান আসাবা নুমিংসনা খোমতোন অতোনগা, মশাবি তাউহইরেং অহনবগা অনিনা নিংথৌ ওইহুনা অমক নুমিদাং লেংশিন্না পায়বদা।

পোংথাবা ফংদবা খাই নোংজেংবা পিবা ম্রেকমা হাও তংলা নমু পোংবা নিংথৌ কতনবনা লান তাহনা তাউহইরেং অহনবগ তানখাইরে।

মহাক্না চেলখিহনা লংমাইচিংদা পুরৈরোম্বা কৌনা লংমাই য়ুমফমদা লৈখি। মহাক্না সেল্লোই লংমাই সেমহনা পায়খি। মশানে নুমিংসনা খোমতোন অতোঙনা চেলখিহুনা মোইরাংগী লোইরেন লোক

— 0 —

লাইগী চহি চামা লোৎতুনা লৈখি। চহি চামচামা সুরক্রবদা থাং-থাংজিংনা খুংখোংহুনা লাইপুংথৌ লাইরুয়ান্না জগোই সাহনা থেমতনা পু-খংলকঈ মতম অহুদা য়াংগোই কাম্নোংদা পেনা তেংখল তুপ্রে। মচু শেম-লিংঙদা পাখংবদি সামুরৌ য়ৌখ্রে। পাখঙবনা সামুরোদগী অংক লাকপনা নুমিৎমা খোঙ্গতোন অতোনবা সেন্দ্রেঙ পাখঙবনা লোলাং পাখঙবা কৌহনা লোংতুনা নোংমাইজিংদা লৈখি। মহাক্না লৈ থবা মফম অহুদা হৌজিক লৈরিবা খলোংগা থংনবা সঙ্গাই য়ুমফম আসান।

নোংমাই চঙদা লৈরিবা খলোং সুরুং অস পুরেরোম্বগী সঙ্গাই য়ুমফন্নি, খলোং মফম মেনফমদা নোংপোক নিংথৌগী মেনফম আসনা চিঙ অসিগী মংঙদা অথোইবনি। খলোং সঙ্গাই য়ুমফম অহুম লৈবগী মরমনা নোংমাইচিংবু মমা হঈয়াইচিঙ কৌই। নোংথৌ ষরারেন পুরাং পুরৈরোম্বগী অনিসুবা সঙ্গাইদা পালফরিবা, নোংপোক নিংথৌ লাই-য়াম্না লাইয়িংথৌ সোরারেন নোংপোক নিংথৌ অপানবা অঙৌবা লাই-য়িংথৌ অচিবা কৌখি। মহাক্না লমখৈদা মাগী পুখম কাপ ৭ পাকপা ফুম্মী। লুপাগী খুচাঈ তেংকোৎ কুম্মী। মথক্তা ইরোই অঙৌবা মচি খুবোম ৭ সাংবা য়ৈনা লৈরোল চল্লিবনে॥

নোংপোক অঙৌ পালবগী ফম্বী অসি মীওইবগী ঈপুন মুঙসাং নিঙবগী মহৈ নিফমনে। অনিংবগী মহৈ ফংনবা লাই অসি খুরুম্বগী পোৎয়াওনি, ফী অসেংবা ফীরোই ৭, লফোই ওমপোৎ চংথোকপা লফাং ৩, য়াম অহিংবা, চুঙৌগী চুহি, থোইহি সনয়োং মানবীগী মখোম অহিংবা, চুঙৌ খরা, হৈ মনম নাইবা লৈসং মরোং অহুম হৈ মরম ৭না সেম্বা হৈরুক মসিং ৩, লৈ মরম ৭না সেম্বা লৈমরুক ৩, ক্বা মতোন চোংবা ৩, মানা কোন্নবা ফমফিৎ উচিবা ৫, থাখল ১ খোইজু লৈথাম লৈথাম খরা, নাহৈফু ১, থাংতা ফি মচু ৭ ফিরাল ৭ য়াওনা খুরুম্মা নুমিৎ থা পুংফম অফবদা তৌ নিংবা থুংবনে। লমতা ২৮ পালবা ছচিফু ৭ নি পানবা পোইম্ব থাপুঙ অসিদি মসাগী নুমিংনি।

— 0 —

## মরিস্নুবা মতাং

# মহৌ নিংথৌ রাংব্রেনচিং থঙনবা

মালেম কৌবদি রাংব্রেলনি, নুমিত্তি নিংথৌকাবনি, থাদি রাকচিং থানি। অহানবদা কৌবমক চিঙদগী হিয়াং হিরেন তোংনা কুমলক-কৈ' মিংদি সোঙগুমলেন কৌএ। রাংব্রেন কৌবদি চৌংমিংনে লাই-মিংদি রা হুকুপ কৌই। কে ইপু মহৌ নিংথৌ রাংব্রেন থানা চাওবাও মহৌ ফমদন লোনবু তান্ন থনবা মানবী নুংতেক মানা খিকমরোকনা-খিকপদি সথাই লনয়া খিথৎলে। থমনাও চামগু নাইগী নোইমন্নে, য়েন্নাও চাম্মান্ন হুপ্পা নোইগী নোইমল্লে। পাংগী পাংসিনখিএ। নহান্নপী নুঙদা পাকনা তাইনা চাকয়েন হৌববগী হনবা হন্ন লুকথংদা হন্নু লুকথেকত্রবগী লিনগাম গাম লাইকাম লাইবু লাইথুংলে। হন্ন লুক থেরুবদা লিনকাম লাইকাম লাইবু লাকোক্লে। লাইকোক চৌংদা রাঙনবা লাইয়িংথৌ সুংবিরেল সিদবা থুদানবা, নিংনাংনদবা থুনেৎনবা লাইয়িংথৌগী লৈমরেল তোম্বী হৌনা লমপোয় পোবথাবী মিচিসনা খোম্বি মিৎচিলেং লেং হোন্না কোনবি অনান চন্নু সংলৈ খোম্বী লাইরেম্বী, লাইয়িংথৌ অনিনা নুংথোংগী নুংগী সঙ্গাইনুংদা ফম্বান লাংদা ঙাম্মোইরিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা নফৌ নঙান পান নহৈ নরোং পালবু তৈনা শেমবিকও হেং খুমন মুযেক পাথংবা কুবীওঃ।

ক্রক ফাহিং ক্রক কংফা রাংহুকুপ সিদবা থানা চাউবা লাইয়িংথৌ-গী পম্মৌ লাইজ ইমাইথৈবা রাংল, থোংজোম ফাথিচা থৌহ্ নুংপাক-থক্তা ফমভন্বা লাইয়িংথৌ ইমু হংলি তরা লোনবা, ইঙৌ হংলি চইস্নুবা লেমলৈ ঙাথোং লেনবা নমু পোংথোং থিংমা থরাই নমু পোংপুম অপক মাবু লাইজ ইথোং লোন্না থৌখম হয়বা লাইয়িংথৌ লাইজ ইমাইথৈবা, চিংঙু থোংফাঙ্গ চাউবা।

লেমলঙ্গী ঙারা ঙাসিং খোরেল খোয়াংনা য়াকা পোংশয়বা ঙা-রিন তোংজং পাথ পুমোঙ্গী লাংনা য়াকাবা লাইয়িংথৌ, সারে, সমসাং বিচা ঙারেন কোকপাক পচা লউনুঙ পোশতঙা পেংনা হুপমিচা লেমলঙ্গী ঙামুক লাংনা মঙ্গীথান্নবা লাইয়িংপৌ খরেল চপইক পখোং লোনঙ্গী হেমচং চকপঙ্গীবু তাননা খনবা লাইয়িংপৌ চৌংঙ, নত্তিক নঙান লৈবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌনা খোজাল ললকুনবু। লাইকোত্তি ৩৩ গী অম্বম্বা মমিংদি হুপ-কোয় কোঙ্গী কৌএ, পুন্নমক্লা অফাবা পিনবীয়ু॥

৪ রাংব্রেন চৌংদা লৈবা, ইই রাংগুকুক কৌবা রাংফুলেনগী খঙনবা হায়গে। রাংব্রেন চৌংগী চৌঙ:তান্দা মুংগী সঙ্গাই লৈপনে। মনাক্তা মুকং অমম্ম লৈপনে। সঙ্গাই মক্ষুংদা মুংগী তাংপল ৯ লৈপনে। মনাক্তা মুং ৯ থারিপনে। উমংলাই ৯ মক্লে। মনাক্তা লাইকোন ১ লৈপনে। য়েংনা কোন থাপনে। মুংগী তাংবন ৯মক চপ মান্নবনে। লাইগী তাংবলদি মমাই মৈরম পাংপনে। মুংগী নমঙাদা উচান অঙৌবা ১ হৌরিপনে। মুং অসপনা নমংগা ওই-পনে। মনাক্তা অরাং থবদা গোং লৈপনে। সনা পোংরোলশনে। সনাগী খংউন, লপাগী মপাক, লপা পুমৈ, লপা চৈপাক ঙাকলো য়াওনা থিংলিপনে। সঙ্গাই মনাক্তা মুং অহুম থারিপনে। অমুক অনানবা অহুদি ঙারেন পোকপা মুংনে। অঙৌবগুম্বা তরং তরংবা মুং অহুদি সারেংনে, ঙাতোন্নে, ঙানোইনে ঙা অহুম পোকপা মুংনে। অসংবা কুদা কুক-কুক কোকপা অহুদি অউম্বা মুংনে। মুং অহুনা ঙাথি মুকলাং ঙানোই ঙা অযাম্বা ঙাচিক ঙারা, ঙাতুপ ঙাতেন অসিনচিংবা ঙা মরম পুন্নমক গুনা পোকপা মুংনে। মুং অমগী মমিংদি ঙাহিং পোকমাহিং কৌএ। মুং অমগী মমিংদি পোকসং মুংকৌএ।

অসিগী ঈরাং পোংয়াওদি ফমফি ৩, ফিরাক ৩, কীরাই অমুবা ৩, থাখল ৩, ফীদা ৩, উচিরা ৫, খোইরু থাংমৈ ১৫, লফোই লফাং চংথোকপা ১৫, হৈ মনম নাইবা ১৫, চুডৌ চুহৈ অয়াম্বা য়াওগনি।

— 0 —

লাকোন ৬, কা ১৭, মনা কোন্নবা লৈরাং ৯ য়াওগদবনো। ফীরোইদি মচু ৭ না লাংবা খাংনপ ফিনে। কোককুমফি মাউঃ। হৈচরাং ৩ কাতি ৩ পরৈ খুত্তোপ ভারম ১২, চেং কোথাং ৩, থুম কাকুপ ৩ সেন ৪ লাকোন ৭, য়োৎ খুনেৎ সেন, খুনেং কোনয়াই পু ৭, সারেন্দি ওক ৩ য়েনহিং য়েন ৩, খোংসি নাসি ভাওথা ১, বানতোন ১, নাহৈকু ১, কম্বী ৩, খোইজু লাইথাম খরা, বাইসেং সারেনগী থুম-মোরোক মরোই মপাং, থাবৈ ৩, চেকপ ৩, য়োংসবি ৩, থাং ৩, ঈসাইকু ৩ ঈয়াংকু অসি য়াওনা লৎলো ভাহোংপনে। হায়না থওও॥

সঙ্গাই মনাক্তা সুংথোং ২ লৈপনে অসি থোংনে। অচংথোং ২ মক্তে। থোং থিংলিপনে। মাবু লাংনবদি ওক ১, য়েন ১, য়েন মরুম ৬, কী ২, চেংল কোথাং লকোই লকাং ৫, চুহৈ অয়াম্বা অথুম অহাও য়াওগনি লাকোল ৫, যোংপাক ২, পৌরোন ৪ লাংগোম খুবোম সাংবা ৭, স ইব তিংখং ২১, অসিথোংনা অ১থোং কাংনা কাপ্পু, কাপলেন য়োংগি হুইরেন থানা কুরু থিংহ: থম সংহং হং- সোক্রেক ক্রেক হকাম ২ ক্রেক হং কাপ্পু কাপলেন কুরু খিংহ: থম সহং অসিনে॥

বাংত্রেন চীংদা লৈবা বাংহুকুপ কৌব লাইগী ইরাং পোংয়াওদি ফমাফ ১, ফিয়াক ২, থাখল ২, ফীদা ১, উচিরা ৫, ফিরাল ৫ খোইক থাংমৈ ৫, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ২ মকী ফিরোই অমুবা ২, লফোই লফাং চংথোকপা লফাং ৫, হৈ মনম নাইবা ৫, চুহৈ অয়াম্বা লাকোল ১, কা ৫ মনা কোন্নবা, লৈসং মরোং ৪, সারেং ১, ভাতেন ১, ভারম ৯ ভাংথা ১, বানতোন ১, নাহৈকু ১, কম্বী ২, খোইজু লৈথাম বাইসেং চেংকৌ থাং-থুম ককুপ সেন কাকুপ সারেনগী থুম মোরোক মরোই মপাং য়োং খুনেৎ ১, য়োংপাক ১, থাং ১, থাবৈ চেকপ য়োংসবি সনা সন ১, লুপা সন ১, ফঁহিং খয়োম লাকবা। স্নাহি লুপাহি স্নানৌ লুপানৌ। ইরোই অঙৌবা ১, সারেন্দি ওক ১, যেন ১, য়েনহিং য়েন ১, খোংসি নাসি য়েরুম ৬ অসিনা লাংওঃ। লাই মমিংদি থাপুণ্ডলেন খমনিংথৌ কৌএ। মিংথৈদি খমহিংচি কৌএ॥

— 0 —

মণ্ডাশুবা মতাং

# ম্মাচিংতোনপোক চিংগী খণ্ডনবা

লাইয়িংথৌনা খানা চাউবা কৌনা লাংওনবা মারো কৌবা গুমিংডা লৈপাকপোকপুনি থাদি ফাইরেন থানি। মচা ইবুঙো লেংকনিংথৌ লৈনা পানথিংবা, কৌবা ইরৈমগী মপুরেন্না ম্মাচিংতানপেক্কী চিংতোন্দা নুংগী সঙ্গাই মনুঙদা ম্নাহি লাইয়িংথৌনা খানা চাউবা হায়না পালফরিব উতিন নিংথৌ। হেঃ মপু উকাং নিংথৌওঃ। থৌখু বাকনে, থৌরেন্না তিল্লে তুব, নংগী লাইহুই চীংব, তান্না খনবা মালং থেঙ্গাওনবা তিল্লাং খোইসিংনবা নোংপোক মালং হুমওইনবু শমু তুংলৈবদ সাং নিংনা তেনাবা লাইনিংথৌ মিংচেন খাবা ... চা ... খাহিংম্না সি নিংলেত বেংএ। ... লেং ... নিংতবেএ।

শুগাংগী মেইখা লইকুম্বদা খাবা লমাকং। অমাই লমথোইবা চীঙ, ফরাংঙাম ফমবা, থোনাং লাইজিং ফম্বা সিদবী অহুম্মকী লাইজিং ফম্বা খমটৈ মিতুঙ কোনগী থেংগাও ভম্বী নুংবিরেল সিদবা খুদানবা নিংনাংনদবা খুনেৎনরিবা, থাসি থাকপা থাসি মাইকৈ মথাংবোমদা থাসি-চন্দবা, খানা চাউবন লৈবা মইরেংবোমদা থাসি ওইব য়াদে কাযনা পিংবা ভম্বা লাইয়িংথৌগা লাইংথৌ খাবা লমাকংগি অমাই লমথোইবী চিঙ, ফরাংঙাম ফম্বা খমটৈ মিতুঙ কোলগী থেংগাও ভম্বী, সিদবী অহুমমক্কী লাইজিং ফম্বী নুংবিরেল সিদবী খুদানবী নিংনাংনদবী, খুনেৎনরিবী থাসি মাইবু থাকথোকপী খানা চাউবী, লাইরেম্বী লাইয়িংথৌ অনিনা কুমবি যুগথোং চিংদা নুংগী সঙ্গাই মনুঙদা ফম্বান তোংহুনা তাইবঙগী অহুম অরাল য়েংনা রাযেললিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা ননোংয়াইসিংবু কুপিয়ো হায়না পুনেমজরি।

— ০ —

হে: সিদবা মপু লৈরুও থোংজারেন অহনবদা: অসিবা চামা নোংদম্বা অচংবা চামা নোংখাইবা থৌথা শিন্থোং হৈবা অচংবা চামা থোং-হাংবা, অসিবা চামা থোংখিংবা অমন সি কুম লানলম সিনবা লাইয়িংথৌ নংন। অসীবা থোং খিংবীও: অচংথোং হংবিও: হে: লাইয়িংথৌহে: ॥ হে: সনামহি তোনৌম্বা মনিক খোম্বা কৌবা সিদবাও: ॥ ঈরাং পোৎয়াও অমত্তনে ॥

শুগন্ন কৌবদি নুরাং নি থৌ পুন্সিবগী মনাই লৈথন নোংখিলয়াং হাওকু চরাইয়াং অমদি হাওকু তেক্লা নম্বা অগন্না লাইজ ইযা চাওগী ঈশিংবু উনিং তাংমা কল্লা ইরাল্লকপবু কপ্পরুনা অমুক হন্না ঈশিং সোকন্নই হাযহনা সোন কৌই। সোক্নু হায়দগী মফম অহু হৌ-জিকতি শুান চৈনখি ॥

## তরুকশুবা মতাং

# চিংথৈ মারচিং খঙনবা

মাকাপ কৌবদি নুমিংতি নুমশকৈসন থাদি লমতা থানি, মারজিং থাংবাই মার হনবা নাপোক রাইরং অতোনবা সাইরেন তাংখম য়াদা চিকপা লোইবী কোংয়াং রাতোন অরাংবদা মিংথোনলকপা লাইজ ঈপাকথক্তা মিংতাকলকপা। হে: ইপু থাংবাই মারহনবা, নোংপোক রাইরং অতাম্বদা চীংঙু নাতেংবা, সাইরেন তাংখম য়াদা চিকপা কাংচৈ হুমদং নারেংশুবা, নোংপোক মালং হেমোই হৈবা লঙ্গোই মোইসায়া অয়াংববু খুনেৎনবা সামদোন অয়াংবা য়াংমনলী, কায়-মল্লী হায়হনা মথোং-মথুং থেক্লা থৌগাও হৈবা, কৌক্রু মী মরাম হংনাইদবা হুয়েনগী লান লোইনবা সা; হৈঙাংপাত্তা দাকতাবা মারজিংগী খুনেৎসা।

শুকতুনোং হৈয়ানোং সম্থোং রাকুনোং তিংনা লৈফোলনোং থোংনাং তখেন খুঙমনোং অরোল থাংয়াইনোং খোংচি নাথেকনোং

ঙানবা নোংচাইনোং থোংনাং মায়াং খুঙমনোং খাম্বা মাগুংনোং হা-কুমগী নোংলেন অরিবনা কুনজা অনৌবা ওননকসবগা গুমাং বাইপুং মথক্তা ভাইরেন পুঙগী মখোঙদা লাঙ্গোই খুত্রুপ মাপন থাবদা লাঙ্গোই চুপলাং তাদ্রবা লাঙ্গোই মুংসা খোঙনেংনবা লাইয়িংথৌ লাঙ্গোই কুরু লাসা সাগোন অয়াংবু তুথেক লৈরোং চৎহন্না পুবা হৈবা লাইয়িংথৌ।

সামুদোং অয়াংবা কাক থোংদাংবা খুনেৎনবা থাংলেন খুৎসু খি-রুমলেল কিংনাইবা, থালেল পাইবা, মশানৌ ইবেম্মা লাইকোন্নু খুনবু লৈমা খনলৈমগা পানফরিবা মরমথৈ, কাওরেন মখোং মরি পানবগী মপু ওইহিরিবা মরমথৈগী লাইয়িংথৌ। মুংবিরেল সিদবা খুদানবা, নিংনাংদবা খুনেৎনরিবা, লাইয়িংথৌগী লাইরেম্বী, নিংনাংদবী খুনেৎনরিবি অনিনা কোরৌ নোংদোলথক্তগী কোরৌ খোংহুমখোং তুবী লাওহুম লাওনা কোরৌ খোং কুমথরকপদি।

চাইবী পুং চাইবী খুম্বাপুঙ খোংগুম লারৌলোক অয়াং হংজি, চিংমৈ ইন্না চিংথৈ লৈনা লৈকোন্দা খন্দারকপা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা থৌহু নুংপাকথক্তা বায়েনবিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা নগু হেপুঙথৌ হেবেম্মা সিংনা পুমেনজরিএ কুবিওঃ য়েবিওঃ॥

মারজিং কৌবদি চীংমিংনে, লাইমিংদি মারাম চীংহুকুপ কৌবনি কংস্না সংতে কৌএ। মারজিং চীংগী নাপোমদা উযুং পাম্বী অনি লৈ মহুনা সঙ্গাইগী খরাঈ থোঙ্গালনি নাপোমগী লোক মরিন মগুংদা নুংগী গুম্বল নুংগী য়া কোক গুংগী গুক লৈরিবা অচগী মহুঙ চঙলগা নুংগী সঙ্গাই মনুংদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী নুংগী খুনেৎ খুদা লৈবনে। লাইগী খোংনেৎ সাদো কৈ অমগা স জ অমগা অনি লৈবনে। অহু মাগী সাদোংনে॥ সুক্কী মমিংদি থাংজেন লাংজেঙা কৌএ। সুক্কী মমিংতি মীত্রে খাংজেঙা কৌএ॥

চিঙথৈগী বাবু খঙনবা হায়গে। চিঙস্নাচীংগী মতান্দা স্নাগী সঙ্গাই ২ লৈপনে। মনাক্তা গুরুং পুত্রি অমা লৈপনে। মনাক্তা

সুং ৩ লৈপনে। অমদি চিঙথৈ কুরুনে। মমিংদি মিরু হিংলৌচি কৌএ। অমদি চেংচা নিংথৌপনে। মমিংদি ফৌনচী কৌএ। অমনা নোংপোক অরিবনে, মমিংদি পিং পিং কংচী কৌএ। লাই অত মকী ইরাংতি ফম্ফী ০, ফী মাপল, থাখল ৩, ফীদা ৩, য়োং খুনেং সেন খুনেং ৩ ফীরোই অম্বুবা ৩, লফোই লফাং চংথোকপা ৯, চুঙৌ হৈ মরম ৭-৭-৭ লৈ মরম ৭-৭-৭, হৈ-লৈ মপুঙ ফাবা লাকোল ৫, কা মতোন চোংবা ৯, মনা কোন্নবা লৈসং মরোং ৯, ফৌগাং ৩, থুম কাকুপ সেন কাকুপ কোন্নবনি। উচিরা ৫, খোইরু থাওমৈ ১৫, কোনয়াইপু ৯, থুম ২৮ য়েনথিং ইরোই অচৌবা ১, স্না লোংথুম লুপা লোংথুম কাঙা-খুমু অচৌপনে অসিনা লাৎলো॥

সঙ্গাই মনাক্তা সেনগী ফুরা ১ লৈপনে। মনাক্তা সুং ৯ লৈরিপনে মাগী মাগী ইরাংতি ফমফী ৯, ফিরাক ১৮, থাখল ৯, ফিদা ৯ উচিরা ১৮ খোইরু থাংমৈ ১৮, থাং ৯, য়োং ৯, য়োং খুনেং খুনেং অম্বুবা লফোই লফাং চংথোকপা লফাং ২১, হৈ মনম নাইবা ২১, চুহৈ অযাম্বা লাকোল ৫, চেং ফৌথাং ভারি ভাতাং লৈ মখল স্না য়াওগনি কা ২১ মনা কোন্নবা লৈসং মরোং ১৮, কোনয়াইপু ২১, চকু ইরাল নহৈরু ৩, কম্বী ৩, সারেং ডাতেন ৯, সারেলথুম ৫০। লাই মমিং অমনা হয়েং কৌএ, অমনা কোচী কৌএ। অমনা মনিক কৌএ, অমনা হযি কৌএ, অমনা লনিক কৌএ, অমনা কহচী কৌএ, অমনা খমচী কৌএ, অমনা তহচী কৌএ। ৯ মক শুপনা কৌবা মমিংদি সরহিঙ হারসিং হসরিঙ কৌএ। নিংথৌ ঈপুন সুঙসাংপনে॥

মনাক্তা স্না ওনপনে। মনাক্তা স্না থোকপা লাইকোম লৈপনে। মনাক্তা সুং সনাগী মচুগুম্বা সুং অমা থারিপনে। সনা থোকপনে। লাৎনবা পোৎয়াওদি ফাডাং ফৈজোম খুদৈ ফামু ইন্নফী ফীদা ১, থাখল ১, খোইরু থাওমৈ ৫, ফীরাল ৫, উচিরা ৫, লফোই লফাং চংথোকপা লফাং ২, চুহৈ লাহৈল অয়াম্বা মচু ৭, লৈসং মরোং ২,

— ০ —

চেং কোৎথাং ২, থুম কাকুপ য়োৎ খুনেৎ ২, সেন খুনেৎ ২, সেন ২, কোনয়াইপু ৪, খয়োম ফুহিং ১, য়েন অঙৌবা য়েনহিং ৩ না য়াই। খোংসি নাসী লাই ৯ মক লাংলবদ। ইরোই অঙৌবা, ওক অঙৌবা য়েন ১ মচু নাইদে। চফ, ইরান সংরেনগী ফৌনবী নাইফ, ১, য়োৎসবী থাবৈ চেকপ ১ থাং ১, য়োৎ ১, কোনয়াইপু ৯, উমং লাই ৯ মক লাংলবদি, লৈমা নিংথৌ ঈপুন মুড সাংপনে। লৈপাক মপুক ভপ্পনে চেংনা লাংও: লৈপাক নিংথৌগী য়েক্লবা মাংপনে খওও। মারচীং চিঙদা পালবা মরাম চৌংহুকুপ কৌবা লাইগী লাইংথৌ ০। লাইমুরা ১০৭ অসিগা মরাং অমত্তনে।

### তরেৎশুবা মতাং

## লাইয়িংথৌ সনামহিনা লাংগুনবা

মাসিত কৌবা নুমিৎতি সাগোলসেননি, থানা সাচফ, থানা, লাইয়িংথৌ লৈমরেল অনিগী মীংথৈ লেন্দৌ মাপালগী খঙনবা—মিং-থৈনা লিছিং অমনি, নুঙগী মিংথৈদি লেংদবা লাখা চামনি॥ লাই-য়িংথৌ সিদবাও: নমিৎ কুপ্তনা য়েংবাও: নচুবু উমং সেনগী থাংমৈ শুম্বও: নসকপু নোংথাং কুপ্পশুম্বাও: ফিসেত্তনা মৈরি মচুসেৎপও: চাক-চাবু লিক্লা চাবাও: মুঙসিংনা পাঙকল ওইবাও: চহি ১৫ গী শক্তম ওইবও: নমিংদী লিক্লা কায়েন নোংহোন য়েম্নৌ মতোন হং হং কৌএ।

লাইয়িংথৌ ভাইবত্ত পানবগী মপুনা করিম্ন লৈতরিংডদা মতোমতা ভাইরিংডেগী বাবু খজিক মমি লাকনা হায়গে অমনবা ১০৬ মাগী মমিংদি ত্রে ত্রে কৌএ। অমমবা ১০৮ মদি নমা নেংকুম্বনে। কাই-রম্ন সোইবম্ন অফ ফংতা পুম্নমক মথমবু সিম্নরকপনে। মমিংদি তেং

— 0 —

তেং কৌএ। খোইচেন অসিদি হয়োম বানে। মমিংদি তেং কৌএ। য়েনগী খোজেন্ন। পাফম লেমফুগী মমিংদি কুকে কু ক কৌএ। পাকনগী মচু ওন্নক্লগী মমিংদি কু ক কৌএ। লৈপাক লেমফু মামংদি স খিঁ খিংখোক কৌএ।

উ ফ কৌবা লৈপাক্কা কুংসীদবা কৌবা নোংখোগা অনিমক্কা কাকুপ লৈবগী সিংলেল কৌনা নুমিৎপু পজেং কৌবনে থাবু ফিরান কৌই ম.থাক্তি লৈবাক্তে হান্না হৌবা কোন্ন লোয়বন থায়ে হায়বগী থা কৌএ. মমিং অঁসে কৌএ। লাইখিংথৌ সনামহিগী মিংথৈদি য়েঃ য়েঃ পিং কে কুঁ কৌএ।

নখণ্ড য়াইগী য়াইমরু মিরেন কোন্দা ফম্বা হংখোম য়াইখোম লোইবা লৈসারিক্কী তো নংথৌ সিংনাং য়েনবী সুবা কাবাক স্বনপণ্ড হাযবা মীচিল পুনবা মীয় থেংপা লিক্লাইসনা অনৌবা মনিক সনা তৈরম্ন কৌবা হে লাইথিংথৌ অরাং ফাংলো লৈমাখোম্বা য়াইবী মমতৃম্মী অতিংঙা উংলৈ অথুপ্পদা তায়বণ্ড অপকমা পূন্নমাদগী কাচেং থাংকোক তৃগুম্বৃ চাচন হৌরকপ লাইথি থোওঃ। কোরৌ লক্তী তমথরকপা বাংবন লক্তী খাইধরকপ গুংনা থক্ত লাইজা ঈরোয়ননা লাইজা তরং ঈপাকথক্তা সেকমোম কাইব লিকপু পরিং লেম্বম হুনবা অমম মথৈ লৈতবা অতিয়া পুতুণ্ড পান্দম নাইদবগী লমহৌরকপ। কোরৌ ফান্দা ফমদেংবা চীংঙু য়াইবি হুমজাউব থরায় অললি য়াইমরু সিদবওঃ।

হৌবা লোইবা নহাক্লী তারু তারুবনা নয়ুম নসক্কি তরং হিরেন হোল্লিবা ইপোম ইকা-থংলিবা কয়াৎ কাংলেন সাথোবা ইপাকথক্তা ফুরেন পুরেনবা, য়াইবী কোনগী মপুথৌ, য়েনৌ লয়োন পাইরিবা কোনসেংস্না পিবরেন স্নামহি চৌবরেন স্নাফম্বাল মহিরেন লৈরক সাথোবা খোংবান লাংয়ানবা, সৈথাং পোলিবা য়েনথা লাওতাবা নহাক্কি।

কেকু হায়বস্থ ফোংফোঙ হায়বস্থ নহাক্কি, লায়োন লাং তনৌবা

— 0 —

স্নাকোন সৌরেন কোলেনবা. স্নাতিংলিংরেন কৌবন্থ নহাক্কি। ইরিক ইচুম ঈথৌনা নায়েং ইকাননা মরাক ময়ুং তমলিব মফেন সিংচেপ য়ৈরিবা চীংঙ, সিদবা নংনা সেমজ সাজ মঙান মনিম্না ওলাং পাংচু ইরিক অহোঙ্গনরবা তুবী তিন্না থদংপিগ্য লাইয়িংথৌ।

লাইজ ঈংলান নুংদগী কৌনা ইঙারেন ফিদম সৌনা নোংখোং চিঙখোং লাংখোং তুখোং লোকলম লোকয়া লমথোই লময়াংবা মী-কোক সয়াম সেল্লিবা, লাথেক লায়োন লারোন চোংবা', য়েংনৌ হেনৌ সাথৌ কন্না থৌরিবা, মাইগ মরি মালেম চিংথেক নিপাল কারন মরী য়ারৌ সুংতাই হারৌ তরাগা তরুক মালেম লৈরোন তরেং কোংগৌ অতিংঙা শুপ্পা সাখোং লৈসা পাইরিবা চুপলি পাইা রায়োলবা চৈথা পিনা রতেমলিবা, লাইয়িংথৌ।

ইরিক ইচাই লাইজ ঈশিং থিকফেন্না ঈরিক ঈথৌদা নাওযেংই ইকান্না পরিং লাংসিং তমলি, উকা মাইথোং সান নোংপোক খোয়রা য়াল্লিবা ইবুঙো: চীংঙ, সিদবা নংনা সেম-সাহুনা চাদা নাওদা কোনথা দনা কুমজ লাকয়েল ঙাইহুনা কুমগী য়েন্নৌ চিন তংদনা থরাই থোঙ্গাল থোক্কা উয়ান চাক তিন তাইবড চৈগা পিহুনা কুমদম ইরাং চাহুনা ইরিক ইচুম ঈচায়না তায়বঙ সাখোং ফহল্লিবা মালেম লৈরোন ইংহল্লিবা।

ইরিক ইকা তমনা তুখুল ইচেলগী ইফৎ ইনিল অচৎ চঙাগী ঈনিল খোস্থোক অউ উদগী তেংথা নাওই খোঙ্গেল হিরি লিকোন কোন খান মাইকৈ মরুং থোম্না সাখোং লৈসা পাইহুনা য়েংকী খোংনেত্তা স্না-ম ওইগী খোংনেক্কা লুপা লম থাহনা স্নাচৈবু পাইহুনা লুপা চৈবু পাইহুনা চাদ-নাওদগী ইরি লাংলেন লাঈথম খুলোক্কনা মীরম খোস্থৌদা বারক চেৎনা অচৎ-চঙ অউ: উদা তাইতঙ চৈগা কম্বগী বায়েন্দী চীংঙ, মহাক্কী বায়েল খোইরা খোননিং খোনথোক অসিগী বাখল লৈসাং মপুঙ খঙবদী হৈয়া ঙম্বা ইবুঙো মহাক্কি।

— 0 —

হৌবা লোয়ব, ঈরিক মাপল থাবা, নোংথৌ মউ: লিংবা ঈহৌ ইপু সিদবা. মগাক্না নুমিৎ থা: লেপলি অমম অভাব শায়রি নোং-থাইগুম থ য় রবা নোংলেনগু লোললিবা লৈচিলগুম সিললিবা, লিক-লাগুম থিক লবা. মালেম লৈ:রোল পুরিবা য়েনৌ মকা হুনলিবা, ময়ুং-গুম বারিবা মফেমগুম য়েরিবা তুথুন ইচেল ইচিক লৈথক লৈখা থুবক লৈকা চল্লিবা, বা:রৌ মিৎয়েংনা মৈয়া মৈচাক মৈচয়া কুবি মিৎ-য়েংনা ইরিক ইচুম চুমদববু তুথুল ইচেল লমথুংবা চীংঙ, মতিক হুকপা মালেমগী ময়োন ওইরিবা তেংবানবা মপুগী নোংদম অহানবা লৈথক লৈখা সিংনা লমতাই পনথুং ঙাক্না মিৎলায়া চক-বাঈ তম্মীবা য়েংখি য়ে:খিবনা মওংনি উখি উখিবনা মতৌনি মওং লৈবনা তমজরি মতৌ লৈবনা নিংথিরি. লৈয়া মপুরেল অপোকপা, য়ালেংপোই ঙানবা মিরেল ল'লা পাদম্ব ও: ।

লৈ ঈশিং নোংশিৎ নুমিৎ থা অতিংঙা· লৈপাক নোংথৌ অতীয়া অসিগী অমৎতা ওইবা ইবুংঙো: মহাক্কী মউ: মপী ৯ মকপু হুকসাংগী থোং ৯ গী মপু লাই ৯ মকপু লাইপুঙ থৌ ৯ মক থৌএ, লাইপুংথৌ ৯ কক্কী মপা মমা ওইরিবা, হে:বু খুনমাবা ইবুংঙো: মহাক্না করি কয়া সারে অমুরক তে থারক্লে লমপুম্বুং তুবুম্বং মহাক্না ওই:র । হ: মপাল থারে র:লে মউ: লিংলে, অহুগী শকম লাঙ্রিংনা পামেন উথাবা কৌএ ।

য়া মপান সা:র লুপা মহৈ য়ানংলে লৈকন লৈয় লাংপুমনা ওইরে । সনাচিংনা নাওংকোনলে, হৈবী মতোন চোংলে, হৈরোম বাথোক্লে, খৌরিগী ময়াই মরাক নাতোনগী মপা নিংসাগী বাইথুংফম ম্বরগী ফম্বী হিমরু য়াইমরুগী অথুপ্পা অহুদা ফাওরক্লে, লোমলে হায়বগী হৈরোমবা কৌএ । তায়বত ফাওরে হায়বা অসি খঙনরে ।

হায়া হৌবা কোয়া লোয়বা মালেম তেংপানবা মপু হে: চিঙঙ, খোয়য়ুম সিদবা লাইষিংথৌ সনামহি: য়োইরেম্বা নংগী নমিংদি হিলিং

— ৬ —

মহিরেন সিদবা কৌএ, পোইরি কৌএ। থাকক কৌএ। সনা চাং এংত্রংবা এংঙাং কৌএ। খোইয়ুম সিদবা লাইয়িংথৌ মহাক্না ভুমগী মনুঙদা তিল সিদবা ওইনা কুম। লৈবাও: মচুবু সনা ফাংলিবগুম্বও: সনা অহিংবা মঙান থাংলমগুম্বাও:। হৃয়ি নিনা পেন সোম সারক খোঙনগুম্বও: লাইয়িংথৌ মিংথৈ হুনরি হু: কৌএ।

লাইহিংথৌ মৈতরং ঈশিং তরং নেংসং তরং দ্র ওমসপু মা খুহম চম্লে। সম্লোং পুডমাই লেপ্প কৌএ নিংথিং ঢ: রঃ সঃ রঃ হঃ সঃ, সঃ রঃ হঃ, হঃ র সঃ হৌং হীং থাং খাং কৌএ। ময়ুংশিং কেং কুং কৌএ। আং তরং তরং তরং তরং তরং নিংও: চেনপফা কৌএ অংকা মখোন লেংহনদবা লাই সদবনী॥ ইরাং পোংস্নাওদ নোংপোক ওনব লাতোন অয়ুবা ৩, লফাই লফাং চংথকপা ৩, হৈ মনন নাইবা ৩, লৈ মনম নুংশিবা ৩, কা মতোন চোংব ৩, মনা পংতবা ফজবা ৩, সেন ৩, চাকহাও পুরিতোননা খুংনা থোকপা চেং ৫, য়াম থরা, চুডৌ মহি, তিংথৌ মপোপ ৫, পে ইদিং অমুবগী থাও, লং অহিবনা মখাং ৩ পালগা দেসি লৈনাক্নী চেকোনতা থাও হাপ্নুনা মৈ থানগনি। অসি লাংলবদি অরা-অনা মুংমকাপ লিরো খোংজি নাহোক্লে খঙউ:॥

## নিপালগুবা মতাং

# নুমিৎ চয়োন -৭- হৌকম মরু খঙনবা

অহানবা য়েনহৌঙৈদা খোইয়ুম সিদবনা লাংওন সাননবদা সাথেক মঙা থোক্না সাম্নরকপদা সাথেক অনিনা লাইয়েম্বী ওইরে, সাথেক অহুম্না লাইহিংথৌ ওইরে। খোইয়ুম নোংপোক মাংং হম্মোইবা খোইমোম হম্মোইবি অনিনা হুমলকতুনা নোংলোন অতিংঙাদা মথল ৮১ থোক্না নোংলোন নোংশিংসিংলক্লে। নুংশিং ৮১ না অহিং য়ৈবা পুংজা ৩২ নুংথিল

— 0 —

য়েগা পুক ৩২ পুং ৬১ মকপু বাংসেল পুংলুপ পুহুনা। তরংথক্তা লৈরবগা মালং মুংশিং সিদবা কৌএ।

মীংলন ১০ মক্তা থোংগক্লব, মালং মুংশিং সিদবা হায়না কৌএ। লোংডালনমদাইদা 'সংলকপা গুডসিংনা য়াইবী লৈমন য়েনবিবা লাই-সিদবা কৌএ। তোংলেন চপনা সিংপিরকপা মুংশিংনা তায়বক মুন্দা লৈরগা থরায় য়াইবী সিদবা কৌএ। অমুক 'সংপা গুডসিংনা লৈতিল ওকপা মুংশিংনি. কংলা নে লৈয়াংবু তমনা থবাই মডামক মিংগা থন হু ... য়াইবী ... সনা তরে মকপু থবাই হামচংনফরোই মিরেন ৩১ ফঈ নফরোঈ হাংডনা মুংসিং-৮১-না ঈরম তরেং খোংলন নপাদা ঈমংনা মসিংখাং য়াকায়রক্রে।।

লায়য়িংথো লাইরেম্বী অনিমক অসিনা মুডশিংকী মশক ওইনা। তায়মড পানবা লৈথিক্তা সিনবা থুংনা লৈরিএ। লাইয়িংথৌদি খোইনে লাইরেম্বাদি থাম্বাইনে অনিমক্তি মিংনে,- মিংতি পাজেং ফিরাল মখোক্লে পাজেং ফিরান মখোক্তি থবাই য়াইবীরেন সিদবগী ফম্বী মকোক্লে, পাজেংদি হনজাল খিংনে।

ফিরালদী মতুন্নে, মখোক্তী মানে মিদি মুংসানে- অতুপ্পদি মশক পোক্লা উববু কৌএ। হন্দনা খেবু উরে, মসিগী মথক্তা অতিয়া কৌবা লাই লৈবনে, মাগী ফম্বীদি থবীয়ুম সানা মোইবুং মরৈগুল্লা লৈবনে, থম্বাল লকা তরানে, মচুদি হিগোক্লে, মমেনদি অঙাংবনে থম্বাল অতুদি মুংশিংনে, মুংসা থোরকপাগী মফমদি অসিনে, লাই-য়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা থম্বাল অহৃদা ফমলিএ, মকা-তরাদা সিদবা লাইমিং অরুবা অমবু সোন্দনা লৈরমএ।

খোংকাপ-১৬ মিকুপ ৩ নে ফিরান্না লৈবা মফমদি থবীয়ুম সামা কোইবগী ময়াইদা, থম্বাল অতুগী মকা ৭ না কোইনা পাল্লে থমচেংতি ৭ নে লৈরিক্তা লিছিং অমনে, সংথাংনবা য়াইঙংগী মচুনে মমেন্দী সনালথারক কুদোংবগী মচুনে, মকা অমদা লৈঙৈগী খোংকাপদি

— 0 —

১৬ মিকুপ ৪ নে হায়রদুনা সোনবা মমিং ৩০কী মখ সোনলে।

লাইরেন অতোবনা খোন খায়এ, উয়ুং চক ময়ুংন কেন খায়এ, ফজবা খিবিক্লা তিনবা মগুণদা কুন্না লৈএ, মচা সন য়োংমানবীনা কোনঙাকএ ময়ুম্দ নোংপোক্কী ফনী লেমনে, অমরকসু পাথংনা কথীলেননে, অদুদা অতিংকোক কোবা থবাঙ্গী মঙামক্কী মশক ওইনা লৈএ, সনাকোনফু লেন্দা ।।

অহানবদা করি লৈরম্মী। থোইংঙ্ক চক্কী অহোবা।

চিংঙ, খোইয়ুম লাই অনিনা অমত্তা ওইনা তাইসন নরকপা মতম লাই অনিনা পুক্লিং লাংঙম্বদগী পুক্লিংমেন তারকপা মতমদা মেন্দগী নিংসা পোকএ।

নিংসানা সেন মরি পোক্লে সেন মরিনা চুপ তরানিথোই পোকএ। চুপ ১২ না মিকুপ পোকএ। মিকুপনা য়ুথক পোক্লে য়ুথক্লা পুঙ পোক্লে, পুঙনা মরুম তরেৎ কোকঙ্গী-চুপ তরানিথোইনা নোংলুম অহু মচা অমা অমা নোংলুম অসিনা নোংমা নোংমা অসিনা ৩০ নি সুরগা মরুম ১২ গী নোংলুম অহু মচা অমা ওনপ্রে অসিবু হায়না কৌরসু।

অমা কুম্থ্রা সুবগু মমিং-থা অমা হায়রে। মউঃ অমা হায়রে তরানিথোইনি, থা অহু তরানিথোইনা লহৈ কুমশিং চাহৈ অমা কৌরে। ময়োম্না মরিনী, মশানা তরানিথোইনি, মনা চহুমহুমফুনি লৈনাম্বু অমত্তনি, মহৈম্বু অমত্তনি, লৈরিকম্বু অমত্তনি, লৈহিম্বু অমত্তনি মহৈম্বু অমত্তনি অরোইবা মশিংদা চহুমহুমফুতরেৎকী মমুংদা চহিগী মশিং নুমিৎ থাগী খোংচংতগী লৌগনি, ( নুমিৎ ৩৬৩ পুং ১৬ মা সাবা চহি ১ লৈ অতোপ্পা পুরান অমদা ) নুমিৎ চহুমহুফুনা অসেংবা চহৈনী অম্বুম থঙউঃ—॥

ঈহৌ ঈপুনা অপোকপা পোকঈ। অপোকপনা তেংপানবা পোকঈ। তেংপানবনা অৱাংবা পোকঈ। অৱাংবনা নোংশিং পোকঈ নোংসিংনা ঈশিং পোকঈ ঈশিং নোংশিং অনিনা মৈঃ পোকঈ। মৈনা মৈঃনাই থাইনাইদুনা মৈঃ ঈশিং নোংসিং অহুম্মক্লা মালেম লৈপাক লৈসা পোকঈ। মালেম লৈবাক্লা অঙকপদা, য়োরবা পুম্নমক্কী মউঃ ওইবা শকতম অসি, অঙকপা শকুমনী।

— 0 —

মরানা মথক্তা চৎলে, মমা মতোন ময়োম্বা মথাদা য়েনিং হনলে লেম্ফ্‌না মথক্তা লৈরে। মথক মথা ওন্ননা হৌবা অথোইবা উরেন পাম্বী মউঃ অসিগা, মালেম লৈপাক লৈমগা অনিনা অঙংবা খোঞ্জেন খোকপা সক্রম অমা পোকএ। খোঞ্জেন খোকপা সক্রম অসিনা মেনপুং মরি পোকএ। মেনপুং মরিনা মাম্নকৈ মরি ওইরে মালেম চিংথেক নিপাল স্থুংদাই হারৌ কারন তরাতরুক লংদাই ৩২ গা পোইরৈ সিক্সম্ব ৬৪ অসিনা সয়োই পুখোক হৈবী পুসিন হৈবী কোতি ৫৭ কী থুকম ওইখরে। উমং লাই লাই পুংথৌ ৯ মককী থুকম ৩৬১ উমংলাই থুকম ১৬১ দা সয়োই পুম্নমক্তা কমতোংএ।

অহানবা লাইগী চৈয়োন তরেৎ হৌরকপদি। পুংচা তেংকোং ২৪ না লাইগী চৈয়োন ৭ মং, পুংক্সা তেংকোং ১৬৮ না নুমিৎ চৈয়োন ৭ অসি ঈংগৌ ঈপুনা ম্বিরাঈ লাইনা চৈওনলগা পুখোক্লকঈ হায়না চৈয়োন ম্বিরাঈ নুমিৎ কৌঈ। ১। তেংপানবনা চৈয়োন পুংচা তেংকোং ২৪ ওনলগা থাংখোকলকঈ হায়হুনা চয়োন থাংচা নুমিৎ কৌঈ। মপু মহাক্সা পুংচা তে কোং ২৪ ওনলকপদা ঈরং লংনা চোংখৎলক্লে হায়হুনা চয়োন লংমাইচিং নুমিৎ কৌই। চিংঙ্‌ মহাক্সা পুংচা তেংকোং ২৪ ওনলকপদা অরাংবনা নিংতম্না বাংখৎলক্লে হায়হুনা চয়োন নিং-থৌকাবা নুমিৎ কৌঈ। থরাঈ লেমবা নোংসিংনা পুংচা তেংকোং ২৪ ওনলগা লৈনা লৈনা ওনলক্লে হায়হুনা চৈয়োন লৈপাকপোকপা নুমিৎ কৌঈ। মহিরেনগী মপু ঈঃ ঈসিং লাইনা পুংচা তেংকোং ২৪ ওনলগা মকম পুম্নমক্তা ঈয়না য়ুনা ওম্না সাগৎলকঈ হায়হুনা চৈ-য়োন য়ুমশংকেস নুমিৎ কৌঈ। মৈঃ কোবা ঈসা হকসাং লাঈ ওইবনা পুংচা তেংকোং ২৪ ওম্না সানা ঈয়না মৈসানা চৈওন চেলনা ওন-ওনাসনলদই হায়হুনা চৈয়োন সাগোলসেন নুমিৎ কৌই।

— 0 —

৯ শুবা মঙ্গৎ

## মীপী চয়োন তরেৎ মমিং থোল্লকপা

ঈপুরোইনা য়েনবী খুরোনবা কেনা লংমাঈ য়েল্লাখাক মখোংদা হোৎপদা য়াঈ ওইবা য়েরুম মঙা ফনডুন মঙামকপু য়েংখিহনা য়াঈ অতুতনা থরাই পানবা থৈবিকপু পোকহনখিয়ে। সিনবা থুংনা তায়বগু মী নমু পোগু কৌহনা চকপা সল্লাই মঙামক অসিনা তাইবং পানবা কৈতোম মাপন মক্তা য়েনখিয়ে। মফমদি মিৎ অনিনক্লে। নাতোন লিক্লম অনিমক্লে নাকোং থোংলোন অনিমক্লে। য়া চিমপাল য়াথুম অসিনে। ঈপুদি লাংয়েন তরেং পাচু. চংয়াই নিংথৌ লৈপাক, য়ুমশা সগোল-অরাঈ-থাং। অমুম কৌরিবা কোরৌ নোংজা তরেৎনে। মতৌ অমুম তৌহনা চয়োন তরেং থোনখরে। তাইবগু পানবাদমক্কী মথং মথং ওইখরে। অসি-হয়েং-হংচিৎ মসেম-মরৌ-মকাপ মাসংও. কৌনা চং-থরকপদি কতৌ নোংগীনোঃ হায়রবদি। লহাল নোং মালেম লৈ-সেমদ্রিভৈদা তায়বগু পানবা মপুনা ফল্লিবা থম্বাল লৈনাথক্তা মালেম লৈ-বাক লৈসি হৌরয়ে। হায়বগী অসি লৈনা য়েংনা-২ তায়রক্লে হায়বগী হয়েং থম্বাল লৈনা হংচি লাকসিন্নক্লে হায়বগী হংচিৎ লৈনা সেম্না তায়না হৈয়ে হায়বগী মসেম অতোংবদগী লৈপাক লৌয়ী হায়বগী মরৌ অকুৎপদা কাং কাপ্পগুম কাপয়ী হায়বগী মকাপ লৈপাক সিংনা নহা সেম্বে হায়বগী মসিং অমুম কৌরিবা কোরৌ নোংজা তরেৎ অসিবু।

মতম য়ায়েন য়াৎলীবগী কংলা কুচু লেম্বী চিংদা সাথুপথীএ, মতম থোংলৈ য়েংনা অতিংকোক সিদবনা নমু পোৎ লিংলক্লবগা কুচু লেম্বী চিংদা সাথুপখিবা কোরৌ নোংজা তম্বা মী ময়োন তরেৎমক্কী নিংসা সবৈ ইম্না পাইসিনখারপকা মুমিৎ চয়োন তরেৎমক্কী। নৌনাওংরক্লবগী চিংগু পুরৈহনবনা কোলোঈ মমিং থোনবিখি।

তাওহুইরেং অহনব ১ অসি লংমাইচিং। লাইরেন তাওদনবা ২ শায়গু নিংথৌকাবা। মোইময়াঙ্গ. ৩ হয়েংচিৎ লৈপাকপোকপা

য়োইখোমথোক ৪ এসেম য়ুমস চপা খোমথোক নানৌবা, ৫ মরৌ সাগোলসেন। য়োয়পরেং ৬ মক।প ।য়রাই। পরেং লৈসংবা, ৭ মসিন থাংচা। অসুম তৌনা নুমিৎ চয়োল তরেৎমকপু চীংঙ্‌পুরৈ-যরেম্বনা ঈয়েক যম ই মচা থায়ন চ গাই মমিং মিংলেন অসি থোনখিবনে অসুন্না লাকলমযে॥

কোরৌ লংমাই নোংমাইজিং নুমৎত খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীঙ্‌ তায়বঙ থায়বা খোইগুম খোমসিরেন সংস্থাং মপুরেনবা, সেনলো-ঈ ল'মাই নুমিং সিদবনে. কোরৌ নুমিং অসিদা থাংয়িকৌ ময়োন নচিংবা মক মরা' খৈবিক পোকএ। অহুনোংগীবু ফৌনচিংনা মরু মরাং খৈবিক পীথোকহৈদে।

কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎতি চিংঙ্‌ সোয়ারেন থাকপা পুরৈরোম্বা পূরাং নাকাবা থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ খতাম্বা সরাং অথাম্বগী কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎ সিদবনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা খোই-মোম মৈরা পোনচেংঙম্বী সিংথা চাস্নুকবী লোকয়াইসিন্না লসিং পোকএ অহু নোংগীবু চরৈফী পীথোকহৈদে।

কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিৎতি খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙ্‌ পোকলেনহনবা, সল্লাই পুরি য়েকহোগী মালেম লৈফ্রেন অচিববু কোরৌ লসানরিবী রাংবন পাওসানবা, কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা তেৎনৌ য়োং পোকখিএ, অহু নোংগী বু তেৎনৌ য়োং পীথোকহৈদে।

কোরৌ য়ুমসকৈস নুমিৎতি য়োইবু খোয়মোম লাইরেম্মা মালেম তমপাক লৈরেনহনবী লৈমরেন সিদবীবু সিংলেন লৈয়াম হন্না চেংঙৌ কাহাপনা খোইয়ুম লসানবা, তায়বং থবাঈ য়োইয়োল্লাবা কোরৌ য়ুমসকৈস নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসীদা মালেম লৈপাক পীহৈদে।

কোরৌ সগোল া নুমিৎতি চীংঙ্‌ নোংদমলিবা লায়য়িংথৌ খোইয়ুম পুক্লিং রাচুমস্না সাইবু কোরৌ লসানবা রাংবন পাও-

— 0 —

ঞানবা, কোরৌ সগোলসেন নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা কো-রৌ নোংলিক্লাই লিক্লাং য়াইরং চালন্নচিংবা, লিক্লাং মসিং অয়াম্বনু পোকএ। অহু নোংগীবু কোরৌ সগোলসেন নুমিৎতা থাবা পীক্লাং পীথোকহৈদে।

কোরৌ য়িরাঈ নুমিংতি খোইয়ুম লাই নামুং নামংবনা লাইজ ঈদা কুমলবস্থ লাইজ ঈরেল চাও কৌই লৈগুম্বা চীংড. লাইজ ঈখৈরেল থোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা কোরৌ ঈরাই নুমিৎনে কোরৌ নুমিৎ অসিদা মালেম লৈসনা অঙাংবা, কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা সেল কোরি পিথ্রাই পুন্নমক পোকএ। অহুনোংগীবু চোই-সনা কোল্লাংচাল সেলশি সাগৈ গীথোকহৈদে।

কোরৌ থাংচ নুমিৎতি য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মানা কজেং নোংথাং লৈমা থঙলেন হাইকুপ চেনবীবু কৈরোই ললসানবা, বাংবন পাওফানবা কোরৌ থাংচ নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা তায়বং থবাই পাল্লিবা পুন্নমকপু সেমএ অহু নোংগীবু নমু পোতনচিংবা থবাই পানবা পীথোকহৈদে।

ঈপোক নুমিৎ মখৈদি লৈব খৈবিক পীথোকহৈদে। ঈপোক নুমিৎ কৌবদি নমু তায়বঙ মীওইবগী মপোক নুমিৎ লৈবগুম, লৈরিবা পোংলম খৈবিক্লাস্থ মপোক নুমিৎ লৈগদবনি। য়ুমগী উরেপ মরু হনখিবা কংলা মেন উরাউবা নুনিৎস্থ য়ুমলেন সঙ্গাবা নুমিৎস্থ মাগী মাগী সক্তম মওং ওইরকপা নুমিৎ অহুবু ওইরিবা সক্তম মসক অহুগী মপোক নুমিৎনে। কুমজা অমগী কো মরু তাবা নুমিৎস্থ ফোঃ হৈবা নুমিৎস্থ ফৌগী মপোক নুমিৎনে। অসুম্না ঐগী ঐগী ওইবা পোংলম খৈবিক্লী মপোক নুমিৎ শঙনা পীথোক পীসিন তৌগদবনি।

মরম অসিদগী থবক থৌরম অমা হেক পায়রমদাইদা লাইনিং খুদা ১৭ মক্লী মিংথৈ সক সোল্লাগা পায়গদবনি। নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ তাগ্রবা মছুং হগ্রেং নোংঙানবা নুমিত অমুক থোক্লকপা

—0—

মতম কাওবদা সোনগদবা মিংথৈগা কোন্নবা থবক থৌরম অকুপ্পা হুকসাংগী সাজেনদি নোংলোন হিরি লাংপুম পুন্নাদা য়েংবীয়ু শিরেল নানম্বা পুন্নাদস্থ য়েংবীয়ু। সাকোক সাদিং হৌকম পুন্নাদস্থ য়েংবীয়ু। সাকোক হিরি পুন্নাদস্থ য়েংবীয়ু। সকোক লমলেন পুন্না-দস্থ থর য়াওরি। পাথংবা নাওয়োম অমস্থং কুরু নাওয়োম পুন্নাদস্থ য়েংবীয়ু। চৎলে ভুমলে চারে কমলে মতম পুন্নমকী লাইসোনদি সাগোন্নবনি। সিংদপুং হুকলোন, অমদি লৈখরেন সেরিং কৈমরেন নাওয়োম লৈমরেন কম্বাললোন হায়রিবা লাইরিকসিংদা য়াওপনে।

## ১০ শুবা মতাং

# অসি হয়েং থাইবা

১—অসি হয়েং হয়েংচিং মসেম মরৌ মকাপ মসিং অসি অহিং কৌবদি কদৌ নোংগীনো: ? হায়রবদি মী মহাক অহুবু সিরে সীবা হায়বদি ভুম্বৎ কোঐ। অহিং হায়বদি থমনুং কমুংদা ভুম-থবদগী মি:কপ থো:ক্লুনা হিংকৎলক্লে, অহুবু অহিং কৌঐ।

২—চিংথৈ হুনবা হায়বদি সমু হুকসাং ওইবা, মপু মাগী হু'নকম ওইরিবা তায়বঙ হুকচাং ওইরব। পারি মমাগী মহকসা চীংঙ খো-ইয়ুম সমু হুকচাং ওইবা মচাবু চিংনা য়েংঙী হায়বগী চিংথৈহুনবা কৌই।

৩—অয়ুক হায়বদি কদৌ নোংগী হায়বনো: ? হায়রবদি ঈগী মপু ঈয়ু সিদবনা তায়বঙ হুকচাংদা ঈচেল ঈথুং য়িবাই ঈয়ুনা ঈথুং য়িয়ুঈ হায়বগী অয়ুক কৌঈ।

৪—নুমিৎ য়ুংবা হায়ববু কদৌনোংগী হায়বনো: ? তায়বঙ ঈথুং পুঙদা ঈয়ু ঈপু মানা ঈবাই ঈনিন খোঙ্গা ঈবাং চেলনা ইচেল বাংনা লুনা লৈহুনা লেপনা ঈমুঙ ঈলু য়ুংঙি হাওবগী নুমিৎ য়ুংবা কোঐ।

৫—য়াচংবা হায়বদি করিনো: ? হায়রবদি ভুম্বদা মপু মাগা ঐগা য়ানহুনা থবাই মঙা মি: গা থানা য়াইবীগা ভরেৎমক্লা চংনা কেকু কোং কোং য়া য়ানবা অহুবু লাইগা মীগা য়ানবা য়াচংবা গৌঐ।

— 0 —

৬—হয়েং হায়বাদ কাবিগীনো ? হায়রবদি তায়বঙ ছকচাং অহুব, মপু মান্না ঐগা য়েংনবা লৈনবদা তায়বঙ নুংদা মপু মানা য়েংনা লৈবী। হায়বগী অয়েং হায়বদগী, হয়েং কৌএ।

৭—হঙচিং হায়বদি করিনো: ? হায়রবদি তায়বঙ ছকচাংদা সিংথুনা লৈরিবা, মপু মহাক্কী মনিংসানা তায়বঙ পানবা মীওইবগী ছকচাংদা সিংথুনা নিঙসা নুঙসিংনা লৈনা লৈথুনা থবাই য়াঙ্গবী নুঙসিংনা সিন থুংনা হঙকং হন্বা সিংলি হায়বগী হংসিং কৌঈ।

৮—মসেম কৌবদি করিগীনো: ? হায়রবদি মী লাঈ সা ডা তিন কাং বাহৌ মপু লৈরিবা অচৎপা চৎভবা লেংলি পানলিবা পুম্নমক অসিব, সেম সাবীরকই মপু মহাক্না সেমথুনা লৈবীরি হায়বগী মিসেন মীসেম্বীরকই হায়বগী মীসেম মসেম কৌঈ।

৯—মরো কৌবদি করিগীনো: ? হায়রবদি মরো লোসিং থোকহনবীহুনা চানিংবা থকনিংবা সেংনিংবা ভুম্নীংবা অপাম্বা নুংসিবা কংলক মীহোবা হরাও নুঙাই মথোই কাবা, অথাবা অয়াকপা, অথুম্বা অসিনবা অক্কপা সিজিন্নরিবা মরম পুম্নমক অসিবু মহাক্না থোকহনলি হায়হুনা মরো কৌই।

১০—মকাপ কৌবদি করিগীনো: ? হায়রবদি মপু মানা কাপ তমহুনা কক্কুনা চহৈ অম্বক পুন্সিগদবনি হায়হুনা সিংকক সিংথাবীহুনা মীওইববু কক্কুনা থম্মী হায়বগীদমক মকাপ কৌএ।

১১—মসিন কৌবদি করিগীনো: ? হায়রবদি ম্যীওইবনা পুন্সি চেংজেল লোইরবদা মী মহাককী লাইসং লাঈগী য়ুম ওইবা ছকসাং কয়াং মাপন মহুব সিদোক্কুনা থম্মী, হায়বগী মসিন কৌএ।

১২—অসুম তোনা মীওইনা পোকপা মপোক অসি নুমিৎ চয়োন তরেৎতা পোকই নুমিৎ চয়োন তরেৎ মকতা সিরী, অতুম্না লৈরিবা নুমিৎ চয়োন তরেৎ অসিগী ঈচেল খঙদবদগী থক্তা হৌখিবা অহন লাই ওইখিবা লাইনিং অহন অয়াম্বা পারম পুরমগী ঈপু ঈপুথো সিংনা সিবা নুমিৎ থঙনা সাইওন লাংওন মসক থঙনা তৌজমন মহৈ য়ানখি।

— 0 —

১১ শুবা. মতাং

# লাইগী অহানবা থা তরানিথোই হৌরকপা

মালেম শিপুকসুংগী থাবী তরানিথোই ওইরকপদি তৈরোঙ হস্কঃ চক্কী অহৌবদা. ঈহৌ ঈপুনা.সাইরোন তরানিথোই পুরোক্লনা সেম্বীরকপা লাঈ তরানিথোইমক্লা চপ মান্ননা মপুক্লিং শৈতাবা পুলপনা থিংথনা মেনতাবা মতম অসিবু মেঙলা থাঃ কৌঈ।

১—মেঙলা থাবু মেরা থাঃ কৌবদি মিরা পোংথকনম সিলিং পাকসথক্লা উনসা তোঙ চিঙথংলক্লে হায়বগী ঈনা চিংথং চিংথা চিংনরম্বদগী. ঈনা অকুৎপা অহোঃবদা চিংসিঙলকপদগী অকুৎপা অহোবা অহু ফুলে, মেয়ে. মেন তারফলে হায়রক্লনা ঈনা লাংঙমবন্নুগী ঈনা ঈংনা মেংলকপবু মেংলা মেনতাইবী লোঃক ঈমেন তোংবা কৌএ হৌজিক্লা মেরা থা মচু তরানিথোইনা তিনবা থাজনী, হায়নরি, মেরা থানা তায়বঙ মসক থঙহনলকপনি, মহৌ মকোকস্থ মেরা থানি।

২—লাই তরানিথোইনা অমত্তা ওইনা ঈরি চেল্লকলে হায়বগী হিয়াংকৈ থাঃ কৌঈ। হিয়াংকৈ থা কৌবদি পুকসুঙদগী থবাইনা কা মাপন থোকই কা মাপনদা হিগুয়া যানা কা মাপানদা কোইনা চৎলি যাংঙি হায়বগী হিয়াংকৈ থাঃ কৌবনে, হিয়াংগৈ হায়বদি পিপুকসুঙদা হিনাওঃ সনা পুক্লিং লাংববুনে।

৩—লাইতরানিথোইমক্লা শমচোইনা চৎথোক পাথোকলক্লে, হায়বগী পোয়সু থা কৌই। পোইসু থা কৌবদি ঈলেন মাপনদা লম পোইনা কা মাপনদা পোইনা চৎলি পুকসুঙদা অমুক হজিনকই হায়বগী হজিনা সুঙদা সুঙাই, হায়হনা পোইনা চৎলি মুঙদা মুঙ ঙাইবগী পোইসু থা কৌবনি।

৪—লাই তরানিথোইমক্লা বানা চিংথংলক্লে হায়বগী বাকচিংথা কৌই।

— 0 —

বাকচিং থা কৌবদি মপুগা মনাইগা থবাইগা য়াইবীরেনগা হুকচাংগা হপসাং নাকোং চিক্লা বাতানৈ ঈলেন মাপন চংলকপগী বাঈ হাঈহুনা বাকচিং থা কৌএ।

৫—লাই তরানিথোই মক্লা কৈনা চংলে হায়বগী কৈরেন থা কৌই। ফাইরেন থা কৌবদি পুকহংদগী ঈলেন মাপন লালনা থোক্লক-পদা অরোইবা থোংদা থোকলমদাইদা কৈনা লৈববু কৈরে হায়বদগী ফাইরেন থা হায়না কৌনখরে।

৬—লাই তরানিথোইমক্লা চুম্না য়ুংনা চংথা তাথরক্লে হায়বগী লমতা থা কৌই, লম্বী তারক্লে হায়বগী লমতা থা কৌঈ। লাইতা লমতা থাঃ কৌবদি চিংঙ্‌বা মানা কৈরম্বদগী, য়ুংনা তাববু লাইতা থা কৌবদগী হৌজিক্কী লোন্দা লমতা থা হায়রগা থঙনৈ।

৭—লাই তরানিথোইমক্লা মসা মচি মতু মমান ফোইদংলে কায়বগী সাচি কোই থা কৌই। সাচিকু থা কৌবদি তায়বঙ পানবা মপুগী মসা কুরুম সনাচিংদা লৈরমই হায়বগী সাচিকু থা কৌবনে।

৮—লাই তরানিথোইমক্লা মাগী মাগী লম কাখল নাইনা য়েন্নরে হায়বগী কালেন থা কৌই। কালেন থা কৌবদি উকা মাইথোং য়ানা পালেম পম্থো অনিগী মথৌরাংনা পরিং লাঙসং হুনলে হায়বগী কালেন থাঃ কৌএ।

৯—লাই তরানিথোইমক্লা ঈংনা তপনা লৈরে হায়বগী ইঙা কৌই। ঈঙা থা কৌবদি কোঙ্গোল ইঙৌ অহুনা ঈঙাং ঈসক ওইরক্লে হায়বগী ইঙা থাঃ কৌএ।

১০—লাই তরানিথোইমক্লা য়িংনা তপনা চংলক্লে হায়বগী ইঙেন থা কৌঈ। ঈঙেন থা কৌবদি ঈঙাং ঈলাংনবব ঈংলে, ঈনংসিন লক্লে, ঈনা ঈকম চঙনা ঈংলকপা অহুবু ঈঙেন থা কৌএ।

১১—লাই তরানিথোইমক্লা থৌনা হেমগতলক্লে হায়বগী থবান থা কৌই। থবান থা কৌবদি থাগী মসক ওইরবা মালেম ইমাগা

সমনৈযে, সমনাবদগী বাইনৈয়ে বাইনৈ সমনৈ হায়বগী বানৈ হায়হুনা থৌরান থা কৌএ।

১২—লাই তরানিথোইমক্কা থৌনা থবাই মণ্ডাগা মিগা থানা তরুক য়াইবী মিবেনগা তরেৎমক্কা লাংপুম ওইবে পূললিয়ে হায়বগী লাওবল থা কৌই। লাওবল থা কৌবদি ঈনা থৌনা হাপতুনা থৌনা ফগাদগী মপুক্কিং লাংথংলাক লাং লাওনা লাঈ খুন্দিন চাক চারে, হায়বগী লাওবান থা কৌই। লাঈ খুনদিন চাক চারমলগা লাঈ তরাম থোইমক্কি লালেম ইমাগী পিপুক মুংদা অমুক হনচিলগে। ঈহৌ ঈপু সিদবদি সনা কা.কংক মথুমগুম্না লৈহৌরে।

## ১২ শুবা মতাং

# মীগী অহানবা থা ১২ হৌরকপা

হয়াহে, হে. লোইদাম থাজা পাখংবা, কুমজা মরুবা আইতে হুইরেনয়াই মুংনাং য়াইবিরেন সিদবা, য়াবা থানিংমৌ মণ্ডান লিক্না উনগোইনা হুইত্র, মপোপ চাউঃ তিংগোই লীকলা মনারেকনা য়াই থৌরাই নিংসা গোল্লিবা অচৎপা চত্তবা পুম্নমক্কী পাঙ্গল তেংপান য়াইরুম লোইদাম থাজ .কা.য়াই মমিংথোন তরানিথোইমক্কি নমু পোং ওইবগী হৌনা মরমচৎ লোইদাম থাজা চৈথৌথা থবি লমদ থা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনোঃ ?

১—খোইয়ুম নোংদমলিবা লাইস্লিংথৌনা য়োয়বু থোঙ্গমোম লাইরেম্মা মালেম তমপাক লৈমরেন সিদবীনা তায়বং নোংসাপান পুম্নমক্কী তাউজিং হৈরম থারিবা সীংলেন লৈরম থারিবা সংলৌ য়েননম থারিবা মরু পুম্নমকপু লৈত্রবগী মালেম লৈপাক মনমসিনা থাবিরে হায়বগীদমক থবীও তৌনা কৌএ। থারিবা মরু পুম্নমকনা মরা মালেম লিচৎকে মপান মউ নাইগে হায়বগী হৈরা মরু কায়রে হায়বগীদমক নমথাইও কৌএ লোইদাম থবি লমদা থা ও তৌনা কোএ।

— 0 —

২—লোইদাম চিনবি সচিকোই থা-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনোঃ ? চীংঙ. মপুরেন খোইয়ুম নোংদমলিবা লাইমরু সিদবনা মালেম লৈওইব কোরৌ নোংওইবা থাংবী সিদবগী চিরেন লাংয়েন মাপন মকপু মচি পানকোই থোকলে হায়বগী লোয়দাম সচিকোই থা-ও তৌনা কৌএ।

৩—লোইদাম কানবি কালেন থা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ইয়ুবা চীংখোং পোইরৈতোন লেপ্পং খোংফাং অতোনবনা থমলৈ মিনুঙকোন সবা মিখুরোনগী মালেম খুনফাওরকপদা মপারি সিংদপুং তাপুঙ সিংমিন্নবদি লুবাইলেনফু থোংচাউঃ হাংনা কাখিরবগী দমক তাপুঙ সিংমিংনবদি অমন সিরকুমখিরে। অত্থুনোংগী নোংচু নোংসা থাংলবগীদমক অত্থুনোংগী লোইদাম কালেন থা-ও তৌনা কৌএ

৪—লোইদাম অসাও ইঙা থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ইয়ুবা চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারি তাপুং সিংমিংনবদি অমন থমলৈ কুম্না নোংমল্লবগী চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারি তাপুঙ সিংমিংবদি অমন থমলৈ কুম্না নোংমল্লবগী চীংখোঙ পোইরৈতোন্না বাওইথিএ। ঐবুদি তায়বঙ মনুঙ ওইনবা নোংদমও হাঙ্গ করিনোঃ ? পারি তাপুঙ সিংমিংনবদি নোংমল্লে, হায়বগী য়াইবী মনুঙহৌ তিল্লাং মখোঙ্গ সাউনা বা ওইখিএ। অত্থ নোংগীবু অসাও ও তৌনা কৌএ। মপারি তাপুঙ সিংমিংনববু মনম মসোং চাউরে ইঙা লমজাওথা থোংলেন লৈসি নম্না লোইদাম কুমদমথা-ও তৌনা কৌএ।

৫—লোইদাম ইঙেন থা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনোঃ ? ইয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মপারি সিংঙ.ৎ সিদপুঙ তাপুঙ সিংমিংনববু অমন কুমখিরবগী লৈনুঙ থোঙারেন অহানবদা বাইথুংলুরে হায়দবরা ? লৈনুঙ থোঙারেন অহনবনা নবা নংদি কনানো হায়না পাওঃ হংঙম্মে। ঐদি চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারিনে, লৈমা লৈনাওতাবী পায়মা লিনগোইগী তাপুঙ সিংমিংনবা কৌবদি ঐনে হায়না পাউথুমখিএ। নপন্দি মপারি থাইনয়াম মখোম তোক্লা হক্রবদি উরেপ কনানা চাখিল্লাকম

লেন কনানা লুতোক্লরগবনো তায়বগু অমরক হনবাইখিও হায়না মেরৈ সনা বা হুইরাং মেনদোম পোকপু সাংলেন খুত্তা সুনা পাউথেন ভম্মে। থমৈল মিসুঙকোন সবা মিথুয়োনগী সেংনা মৌনা হনবাই-বক্লে। অহু নোংগীবু লোইদাম হায়েং ইঙেন থাও তৌনা কৌএ।

৬ —লোইদাম থৌবান থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? য়োয়বু খোই-মোম লাইরেম্বা লৈমরেন সিদবীনা পাওমেনখিএ। খোইমোম লাই-রিংথৌ চীংঙ্ লাইমরু সিদবা ওঃ। তাইবগু মমু ওইনবা চীংঙ্ নথৌজানগী উনবী মচেং হকমা ওঈ, লৈবাং য়ুমচংনববু চীংঙ্ নঙগী সমু হকসাংগী হকসাংলেনবু পুঙমত্রে হায়না তংনা বান্না খাঙলম্মে। অহু নোংগীবু লোইদাম থৌবান থা ও তৌনা কৌএ।

৭—লোইদাম অচিং লাংবন থা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ইয়ুবা চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা মালেম খুনকাওরকঙৈদা মানবী হৈরোম কাও নোংদম সন-নোং-পোক চীংথং সল্লাঈ মানবনা থৌহু নোংখোং হাংঙৈদা মপারিবু চিং মহা থারম্মে। সথোং তৈ-ময়েন অখোম সিংঙ্ংয়েনবু চিখরম্মে। অহু নোংগীবু লোইদাম অচিং লাংবন থাও তৌনা কৌএ।

৮—লোইদাম আরৈ মেরা থা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? লৈনুঙ খোঙারেন অহনবা সবা কংলৈ পুংফাবনা চীংখোং পোইরৈতোন মপারি তাপুঙ সিংমিংনবদা পাওমেনলকএ। নপন চীংখোং পোই-রৈতোন্না থৌহু নোংখোং হাংনসল, মানবী কাসোম সন চিপংবা, চীংথং সল্লাঈ মানববু মরোং চৈগা তমনা কংলৈ সল্লাঈ তানৌও। খোইয়ুম লাঈ অরিববু চীংখোং নামিয়োকনা বাংবন নাসন কল্লাও হায়রকএ। অহুনোংগীবু লোইদাম আরৈ মেরা থা-ও তৌনা কৌএ।

৯—লোইদাম চিকথম হিয়াংগৈ থা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? খোইরম লাইমরু অসুপ্পা কৌবরেন সিদবনা মালেম লৈসেম্বু মালেম লৈরেপফা কোরৌ নোংলেপ লোইরবদা মালেম লৈসেম থাক লেম

লৌবব, চীংঙ, মপারেন নামুংবদা থুপনা থমলম্মে, অহু নোংগীব, লোইদাম চিকথম হিয়াংগৈ থাও তৌনা কৌএ।

১০—লোইদাম উনথম পোইন্নু থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? চীংঙ, অতিয়া সিদবনা মপারি অহুম সাংলবদা ইপারি অহুমরু চীংঙ, ইতিক অরুবব, কনানা সানথং ঙমগদবনো: হায়না খোইয়ুম মসক ওন্না ক্রুমচীং মাঙনদগী সান্থরকপদা মপাম্বি অনিমক্তি থঙঙমগবরা থঙঙমদে। খোইয়ুম মপারি সনা খোম্মদান অংতোননা চীংঙ, মতিক খঙঙমলবগী উনবী পরৈ চেংনা থনমলে। অহু নোংগীব, লোইদাম উনথম পোইন্নু থাও তৌনা কৌএ।

১১—লোইদাম বাকচীং থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? খোইয়ুম সিদবনা খোয়মোম লাইরেম্বদা তায়বঙ নোংসা পান্দবী থৌবাঈ নিংসা হোন্নিবা পুন্নমকপু নোংদমবিগে হায়বগী চীংঙ, থৌজান লিয়েংনা লৈরাং য়ুমচংনবব, অবা হুইরাং সোন্নবগী চীংঙ, সমু হকসাং লেনব, পুঙমত্রবগী থাংথোক্লে। খোইয়ুম লাঈম্বিংথৌ চীংঙ, নামুংবদি অবা ইসোলাংনা থাঙঙম্মে। অহু নোংগীব, লোইদাম বাকচিং ইনথম থাও তৌনা কৌএ।

১২—লোইদাম অসিং ফাইরেন থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? খোইয়ুম লাইয়িংথৌ মালেম তম্পাক লৈসেম্বনা তাইবঙ মনুঙ ওইহনগে হায়বগী নমু তায়বঙ থবাঈ পানবা পুন্নমকপু হাকোক থাথগে হায়বগী খোইয়ুম পায়মা মনিংসা মালং য়াইবিরেন্না মালেম অম্পাক লৈনেম থকী থৌরাঈ পুন্নমকপুসুং মালং য়াইবী চৈরোইননা হুমজিল্লক্লে হায়বগীদমকপু লোইদাম অসিং ফাইরেন থাও তৌনা কৌএ।

— ০ —

## ১৩ শুরা মতাং

# নুমিৎ থাপী লাবা অমোম পাম্বা

১—হিয়াঙৈ পোম্বদু বাকচাং কাইরেন লমতা থাঃ মঙামক্তী মমুংনে। থা মঙা অসিদি লবনে। ২—চচিক্, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থৌবান থাঃ মঙামক্না মকৈনে। থাঃ মঙামক্তি অমোমনে।

মেরা, লাংবন থাঃ অনিমকম্ অমোম লাবা অনিমকপূ ওইবনে।

৩—থা মাপম্নি পাম্বা, থাঃ হুম্নি পাম্বা, মঙানি পাম্বা অহুম অসিদি মমুংনে। মহাক্তি লাবনে। ৪—থঃ নিনি পানবা থা তরুক্তি পানবা থা মরিনি পানবা অহুমমক্তি মকৈনে। মহাক্তি অমোমনে। ৫—নুমিৎ লংলাইজিং নুমিৎক্তি মমুং মকৈ ওইএ। লাংবন থাদি তিনথোংনে, মেরা থাদি লাইথোংনে, ইঙেন থাদি লাল্লুপনি, বাকচিং থাদি খুনদিননে। নুমিৎ লমচিংদি তৈলফরে।

১—সাচিক্, থৌবান, পোম্বদু থা অহুমমক্তি চিংথৈদা থা লোৎলে। নোংমাইজিং নিংথৌকাবা নুমিৎ অনি অসিদা মঙান কাওরে। নোংপোক লমদা, মৈরমদা থা মঙান হঙলে।

২—কালেন, লাংবন, বাকচিং থঃ অহুম্মক্তি অবাংদা থা লোৎলে। মুমশকৈস, থিরাঙ্গী নুমিৎ অনি অসিদা মঙান কাওরে, মথা লমদা। মৈরমদা থা মঙান হঙলে।

৩—ইঙা, মেরা, কাইরেন থা অহুম্মক্তি নোংচুপ্তা থা লোৎলে। লৈপাকপোকপা নুমিৎকা নিপালনি পানবা, ভরানিপালনি পানবা, কুল নিপালনি পানবা, হাম্বরিবা নুমিৎ থাবল অসিদা থা মঙান কাওরে। সজোং লমদা। মথাদা থা মঙান হঙলে।

৪—ইঙেন, হিয়াঙৈ, লমতা থ. অহুম্মক্তি কৌক্র লিক্লম মায়কৈদা থা লোৎলে। সগোলসেন, থাংজ নুমিৎ অনি অসিদা থা মঙান কাওরে, নোংচুপ লমদা। সজোংদা থা মঙান হঙলে।

— 0 —

৫—হায়রিবা থানা লোৎপা, মায়কৈ থানা মঙান হঙলবা, থানা মঙ্গা নুমিৎ থাবন মায়কৈ অসিদা অহিং য়ারেক্লা চৎপা য়াদে। চৎলবদি অরাবা নংবা য়াঈ।

১—নোংমা পানবা, মাপননি পানবা, নুমিৎ অনি অসিদ নোংপোক্তা মমলে। ২—নিনি পানবা, তরানি পানবা নুমিৎ অনি অসিদি অরাংদা ময়ে। ৩—হুমনি পানবা, তরানিথোইনি পানবা, নুমিৎ অনি অসিদি মৈরমদা মমলে। ৪—মরিনি পানবা, তরানিথোইনি পানবা নুমিৎ অনি অসিদি সম্থোংদা ময়ে। ৫—মঙানি পানবা, তরাহুমদোইনি পানবা নুমিৎ অনি অসিদি মখাদা ময়ে। ৬—তরুকনি পানবা, তরামরিনি পানবা নুমিৎ অনি অসিদি নোংচুপ্ত ময়ে। ৭—তরেৎনি পানবা তরামঙানি পানবা নুমিৎ অনি অসাদ কৌক্র লিক্লমদা ময়ে। ৮—নিপালনি পানবা, কুম্হ্রানি শুবা নুমিৎ অনি অসিদি চিংথৈদা ময়ে। ৯—নুমিৎ থাবাল হায়রিবা অমঙ্গা মায়কৈ অসিদ মেন মাইওন য়াদে, অহিং য়ারেক্লা চৎপা য়াদে॥

## ১৪ শুবা মতাং

# লাইহিংচাবা লাইচোনা লৈফমদগী লাইনা থৌনিবা

নোংমগী নুমিৎ থাবান মসিংদি হংকঃ অঙকা অসিনা খঙনরে থা নোংমা পানবদি—১—মিনা খুদোঙ্গম্ব লৈ, লুতুংদম্ব লৈ, খুদাম্ব লৈ, থরাইনা খুপাকম্ব লৈ, য়াদম্ব লৈ। লাইনা য়ুম মহুঙদা লৈ ফুঙ্গাদম্ব লৈ, মৈ দম্ব লৈ, য়ুমসাবা কৈ-কোৎ সাবা য়াদে। লাইনা থৌনিবদা লাই চায়এ, ঈ খুদেং লৈতেএ সেংঙে কৈ। অপোকপা খুরুম্বা অমদি লাই হরাওবা য়াঈ।

২—নিনি পানবদি, মিঃনা থবাকম্ব লৈ, কৈপাকম্ব লৈ, লাইবক্তম্ব লৈ, থরাইনা খুনমদা লৈ, লাইনা ফুঙ্গা লাইরুদা লৈ, খুনলকম্ব লৈ, খুনগী লাই নিহৈদে, লাইনা য়েন চাই, ভান্নম্ব চাই, ঈ খুদেং লৈতে সেংঙে কৈ। অপোকপা খুরুম্বা অমদি লাই হরাওব য়াঈ।

— 0 —

৩—হুম্নি পানবদি মিনা ওইগী খুত্তা !লৈ, খ্বাংদস্থ লৈ, থবাইনা খোইদা লৈ, খুনমদস্থ লৈ, লাইনা কাংখদা লৈ, কাংথোল সেমহৈদে, লাইনা ভান্নু চাঙ্গী ভাংলোইনা য়েন চাঙ্গী, ওকম্থ চাঙ্গী সেংঙে কৈ ঈ খুদেং লৈতে অপোকপা খুরুম্বা অমদি লাই হয়াওবা য়াঙ্গী।

৪—মরিনি পানবদি মিনা খ্বাংদা লৈ, খুয়াদস্থ লৈ, থবাইনা পাম্বোমদা লৈ, লাইনা থোংজিন্দা লৈ, ফুঙ্গাদস্থ লৈ, ফুঙ্গা সেম-গনু থবাই চংহৈদে, লাইনা হুই চাঙ্গী, ঈ-খুদেং লৈ, লাই খুদেংস্থ লৈ ফত্তেএ।

৫—মঙানি পানবদি মিনা চিনবান্দা লৈ, থবাইনা ভুংগী নঙ্গন্দা লৈ, লাইনা স্থমাংদা লৈ, হিং খোন্দাস্থ লৈ, সোরেন লসং নিহৈদে, লাইনা ওক চাই, ঈ খুদেং লৈতে কৈ। অপোকপা খুরুম্বা লাঈ হয়াওবা য়াঙ্গী।

৬—তরুক্লি পানবদি মিনা খুজেংদা লৈ, খোঙদস্থ লৈ, থবাইনা নিংকোন্দা লৈ, লাইনা হিংখোন্দা লৈ, লমলোংদস্থ লৈ, খুনলক্তস্থ লৈ, চাখিন মোখিনগনু ফত্তেএ, লাইনা সন চাঙ্গী, সমুস্থ চাঙ্গী ঈ খুদেং লৈ, লাঈ খুদেংস্থ লৈ ফত্তেএ।

৭—তরেৎনি পানবদি মিনা নুরাই লেম্ফুদা লৈ, থবাইনা পুক্তা লৈ য়াদস্থ লৈ, লাইনা ঈসিংদা লৈ, ঈসিং লাঈ থেমগৎহৈদে, লাইনা ইরোই চাঙ্গী, মী অহম সিএ, ঈ খুদেং লৈ, লাঈ খুদেং লৈ ফত্তেএ।

৮—নিপাপনি পানবদি মিনা নিংতুদা লৈ,, নিংকোংদস্থ লৈ, থবাইনা লাইবক্তা লৈ, য়াদস্থ লৈ, কৈবাক্তস্থ লৈ, লাইনা লমজাওদা লৈ, লম্বীদস্থ লৈ, নিংথোনা সংগোল, সামু তোংহুনা লম্বী চৎহৈদে, লাইনা সগোল চাঙ্গী ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈ, ফত্তেএ।

৯—মাপম্নি পানবদি মিনা ভুংগী নিংকোংদা লৈ, নিংদোন্দস্থ লৈ, থবাইনা লেংবান লেংপাক্তা লৈ, লাইনা লমজাও লমহাংদা লৈ, লোঁদস্থ লৈ, লৌ হুনগনু লমহাং চৎলগা মীয়ুমদা থুংলুগনু, লাইনা সগোল, সামু চাঙ্গী· ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈ ফত্তেএ।

— ০ —

১০—তরানি পানবদি মিনা নিংথাংদা লৈ, লেংবানদসু লৈ, পুক্তসু লৈ, থবাইনা নিংকোংদা লৈ, পুক্তসু লৈ, লাইনা লোৗদা লৈ, লম-জাওদসু লৈ, চিংদসু লৈ, পাম য়ানবা, ঈথৈ চলবা, লৌ নিনবা, ঈথৈ লোৗথোং তেং.া তৌহৈদে. লাইনা মী চাইএ, সেংঙে মকৈমদি কৈএ, মীদি চাই ফত্তেএ. ঈ খুদেং লৈ ফত্তে।

১১—তরামথোইনি পানবদি মিনা লৈদা লৈ, ভুদসু লৈ, কোক্তসু লৈ, থবাইনা নাদা নাকোংদা লৈ, কোক্তসু লৈ, লাইনা য়ুমনুংদা লৈ, মৈদসু লৈ য়ুম সাবা কৈ কোং সাবা য়াদে, লাইনা লাই চাই, কৈসু চাই, সেংঙে ঈ খুদেং লৈতে কৈএ। অপোকপা খুরুম্বা লাই হয়াওবা য়াই।

১২—তরানিথোইনি পানবদি মিনা কোক্ত লৈ, থবাইনা নাকোং মনুংদা লৈ, লাইনা লাইরুদা লৈ, খুল্লক্তসু লৈ, খুন লাই নিহৈদে, লাইনা য়েন চাই হুইসু চাই ঙানুসু চাই সেংঙে ঈ খুদেং লৈতে কৈএ। অপোকপা খুরুম্বা লাই হয়াওবা য়াই।

১৩—তরাহুমদোইনি পানবদি মিনা খোৗরিদা লৈ, খোইদসু লৈ, থবাইনা থদাংদা লৈ, য়াদসু লৈ: লাইনা কাংথদা লৈ, কাংথোল সেম্হৈদে, লাইনা ঙানু চাই, হামেংসু চাই, তাংলোইনা য়েন চাই ওকসু চাই সেংঙে ঈ খুদেং লৈ ফত্তে মকৈমদি কৈএ।

১৪—তরামরিনি পানবদি মিনা পুক্ত পুকনুংদা লৈ, থবাইনা ভুং নঙ্গলদা লৈ, থোংজিন্দা লৈ পুঙ্গাদুসু লৈ, ফুঙ্গা স্নেমগুনু থবাই চংহৈদে লাইনা হুই চাই, ঈ খুদেং লৈ, লাই খুদেংসু লৈ ফত্তেএ।

১৫—তরামঙানি পানবদি মিনা হকচাং ময়োন্দা লৈ, থবাইনা কোক্তা লৈ, নমকপসু লৈ, লাঈনা সুমাংদা লৈ, হিংথোপসু লৈ সোরেল লসং নিহৈদে লাইনা ওক চাই ঈ খুদেং লৈ ফত্তে।

১৬—তরাভরুক্নি পানবদি পানবদি মিনা নাকোংদা লৈ, কোক্তসু লৈ, থবাইনা খুংকী খুনমদা লৈ লাইনা হিক্তোন্দা লৈ, লমলোদসু লৈ, খুনলক্তসু লৈ, চাচিন মোৗথিনগঙ্গ ফত্তেএ, লাইনা সন চাইএ, হোদোংসু চায়এ সামুসু চাইএ ঈ খুদেং লৈএ, লাই খুদেংসু লৈএ ফত্তেএ।

১৭—তরাতরেৎনি পানবদি মিনা লেম্ফ্দা লৈ, নুরক্তম্ লৈএ, থবাইনা হকচাং মনুংদা লৈ খুচেংদম্ লৈএ লাইনা ঈসিংদা লৈএ ঈসিং লাই থেমগংহৈদেএ লাইনা ঈরোই চাইএ মী ও সিএ ঈ খুদেং লৈএ ফদেএ।

১৮—তরানিপানি পানবদি মিনা খুমিত্তা লৈ মিত্তম্ লৈএ থবাইনা খোংজেংদা লৈ খুচেংদম্ লৈএ লাইনা লমজাওদা লৈ লম্বীদম্ লৈএ নিংথৌনা সগোল সামু তোংতবা চৎহৈদে লাইনা সগোল চাইএ। ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈএ ফদেএ।

১৯—তরামাপন্নি পানবদি মিনা খুজেংদা লৈ থবাইনা হংথোং পুহি হাংনবা মা থিংনবদা লৈএ লাইনা লৌদা লৈ লৌ হনগম্ লমহাং চৎলগা মীয়ুমদা থুংগম্ লাইন সামু চাইএ ঈ খুদেং লৈ লাই খুদেংম্ লৈ ফদে।

২০—কুন্নি পানবদি মিনা ওকলি লুসমদা লৈ সমদম্ লৈএ থবাইনা লৈথাদা লৈ লাইনা ইমুংদা লৈ লমজাওদম্ লৈ চীংদম্ লৈ পাম য়ানবা ঈথৈ চনবা লৌ নিনবা ঈথৈ লৌখোং তেংবা তৌহৈদে লাইনা মী চায়এ সেংঙে মাকমৈদি কৈএ মীদি চায় ফত্তেএ। ঈ খুদেং লাই খুদেং অনিমক লৈএ।

২১—কুনমাথোইনি পানবদি মিনা খাংদা লৈ, খোঙগী খোঙনমদম্ লৈ, নাতোন্দম্ লৈ থবাইনা মিত্তা লৈ, মিৎথক্তম্ লৈ, লৈথাদম্ লৈ, লাইনা য়ুম মথংদম্ লৈ, কুঙ্গাদম্ লৈ, মৈদম্ লৈএ, য়ুম সাবা কৈ কোং সাবা য়াদে, লাইনা লাই চাইএ, সনম্ চাই সেংঙে ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈতেএ কৈ। অপোকপা খুরুম্বা লাই হরাওবা য়াইএ।

২২—কুন্নিথোইনি পানবদি মিনা কৈগন্দা লৈ, কৈবাক্তম্ লৈএ, থবাইনা থম্মোইদা লৈ, নাতোন্দম্ লৈ, নাদম্ লৈ, লাইনা লাইরুদা লৈ, খুনলক্তম্ লৈ, খুনগী লাইনিংহৈদে, লাইনা য়েনংঙাম্ চাই কিম্ পাম্মে ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈতে সেংঙে কৈ, অপোকপা খুরুম্বা লাই হরাওবা য়াই।

—0—

২৩—কুনহমদোইনি পানবদি মিনা মিনা খ্নম অনিদা লৈ, ওক্সু লৈ, থবাইনা পুক্তা লৈ, খাংদসু লৈ, লাইনা কাংখদা লৈ, কাংখোল সেমহৈদে, লাইনা ওাহু, চাই সামু চাই তাংলোইনা য়েন ওক চাই সেংঙে ঈ খ্দেং লৈতে। অপোকপা খ্রুম্বা লাই হয়াওবা য়াই।

২৪—কুনমরিনি পানবদি মিনা য়াদা লৈ, থবাইনা থবাক্ত লৈ, লাইন থোংজিন্দা লৈ, ফুঙ্গাদসু লৈ, ফুঙ্গা সেমগনু থবাই চংহৈদে, লাইনা হুই চাই ঈ খদেং লাই খ্দেং লৈএ ফঙেএ। হঙোইসু চাইয়ে ফঙে।

২৫—কুনমঙানি পানবদি মিনা খুনমদা লৈ, খ্দোন্দসু লৈ, থরাইন খুঙা লৈ, খাংদসু লৈ লাইনা সুমাংদ লৈ, হিজোন্দসু লৈ, সোরেন লসং নিহৈদে লাইনা লাই চাঙ্গ, ওকসু চাইএ, সেংঙে। ঈ খ্দেং লাই খ্দেং লৈতে কৈ। অপোকপা খ্রুম্বা লাই হয়াওবা য়াইএ।

২৬ কুনতরুক্সি পানবদি মিনা খ্বাক্তা লৈ, খ্াংদসু লৈ, থবাইনা খ্চেপ্পা লৈ, খ্চেংদসু লৈ, লাইনা হিংগোলদা লৈ, লমলোংদসু লৈ, খ্রুকসু লৈ, চাথিন মৌথিনপণ ফঙেএ, লাইনা সন চাইএ, সামুসু চাইএ ফঙেএ। ঈ খ্দেং লাই খ্দেংসু লৈএ।

২৭—কুনতরেংনি পানবদি মিন লেংতান্দা লৈ, সেগ্রাকসু লৈ, নিংকোংদসু লৈএ, থবাইনা খ্চেপ্পা লৈ, লেংবান্দসু লৈ চিলবান্দসু লৈএ, লাইনা ঈসিংদা লৈএ, ঈসিং লাই থেমগৎহৈদে, লাইন লাই চাই ইরোইসু চাইএ, মী অহম সিএ, ঈ খ্দেং লৈ, লাই খ্দেংসু লৈএ ফঙেএ।

২৮—কুম্নিপালনি পানবদি মিনা পুকি হাংকমদা লৈ, চনিংদসু লৈ, থবাইনা নাত্তোন্দা লৈ, লাইনা লমজাওদা লৈ, লম্বীদসু লৈ, নিংথৌনা সগোল সামু তোংহুনা চংহৈদে, লাইনা সগোল চাইএ। ঈ খুদেং লৈতে, লাই খুদেং লৈএ ফঙেএ মকমৈদি কৈএ।

২৯—কুনমাপন্নি পানবদি মিনা সমদোনদা লৈএ, থবাইনা নিংকোংদা লৈ, লাইপকসু লৈএ, লাইনা লোঁদ লৈএ, লৌ হনগনু লমহাং

চৎলগা মীয়ুমদা থুগয় লাইনা সামু চাইএ, লাই থুদেংদি লৈএ, ঈ থুদেংদী লৈতে কৎতেএ, মকমৈদি কৈএ।

৩০—ন্নুমিং কুম্ব্া ন্নবা থাম্ন ন্নুমিৎতদি মিনা মিত্তা লৈ, সমথোঙ দয় লৈ, থুঙয় লৈ, থরাইনা নাতোম্বা লৈ, ঈ মরুদয় লৈ, সমতোনদয় লৈএ, লাইনা ইমুংদা লৈ, লমজাওদয় লৈ, চিংদয় লৈএ, পাম য়ানব', ঈথৈ চনবা লৌ নিনবা ঈথৈ লৌথোং তেংবা তৌহৈদে, লাইনা লাই চায়এ, মীয় চায়এ, সেংঙে ঈ থুদেং লৈতে মাকমৈদি কৈএ, লাই থুদেং লৈএ, মীদি চাঈ কৎতেএ।

মসিদগী ঈয়ুঙ লোন থুয়ুঙলোন ঈঙান লোন থাইনা তাইবঙ অসি লৈরক্লবনি॥

## ১৫ শুবা মতাং
# থরাই পিচাক খেল চঙলোন

থরাই পিচাক ২৭ তি মতমগী মতুং ইন্না মখোঙ তনা চৎপা য়াওই। থরাই পিচাক অচংবা ৫—৬ ১১-১২-১৭-১৮-২০-২১-২৬-৭ অসিনা অচংবনে। থরাই পিচাক অচংবগী মথৌ। চংঙকগী মথৈ কৈএ। থোকখিবা মথৈ কৈএ। থোকখিএ।

থরাই পিচাক মরাই লোংবা ৪-৬-৮-১২-১৯-২৩-২৬ অসিনা মরাই লোংবনে, থরাই পিচাক্কা মরাই লোংবগী মথৌনা চেকপল লাংথোং কোইবা কৈএ। চেক্কী কুরা সাবা উ থাবা কৈএ। বায়েন সঙ সাবা কৈএ। ন্নুংসা য়াইফম সেম্বা সাবা, লোইসঙ সাবা, পান সাবা, থোং সাবা, য়ুমফম থোনবা অসি পুম্নমক থরাই পিচাক মরাই লোংবদা থবকসিং অমি পাংথোকপা কৈএ।

থরাই পিচাক মচুক পৈবা ১-৫-১৩-১৪-৭-১৫-১৭-১৮-২৭ অসিনা মচুক পৈবনে। থরাই পিচাক মচুক পৈবগী মথৌদি ময়েক ইবা য়েকপা-খোংপা তুলাই সাবা, কাং সাবা, য়ুম সাবা সামোক লাকপা মহৈ তম্বা অসি পুম্নমক থরাই পি াক মচুক পৈবদা তৌহৌবা কৈএ॥

—০—

থবাই পিচাক অথোকপনা ২-৩-৮-৯-১৪-১৫ ২৩-২৪ অসিনা অথোকপনে। থবাই পিচাক অথোকপগী মথৌনা থোকখিবা মখৈ মখৈ ফজেএ। মতুং ইনবা চৎলে।

থবহৈ পিচাক অচং-অথোক য়াম্নবা ১-৪-৭-১০-১৩-১৬-১৯-২২ অসিনা অচং-অথোক য়ানবনে। থবাই পিচাক্ত অচং অথোক য়াম্নবগী মথৌদি থোকখিবগীম্ন ফৈএ, চংসিন্নকপন্ন ফৈএ মন্নাই লম্বীনে।

থবাই পিচাক মরু লুকপনা ২-৩-৯ ২০-১১-১৬-২০-২৪-২৫ অসিনে মরু লুকপনে। থবাই পিচাক মরু লুকপগী মথৌদি লাইরিক তম্বা হৌবা, পুথি হোৎবা লাইসঙ সাবা সঙকায়া, নৈতোবা মফম পুম্নমক সেম্বা অসি থৈবিক পুম্নমক ফৈএ॥

## ১৬ শুবা মতাং

# থমনুং ইঙানগী নৈরোং য়েংনবা

য়ুম মন্নুঙগী মখৈবু থমনুং কৌঈ। লংমাঈ থেলবু ফম্মাং কৌঈ। পাল্লাংবু খোইয়া লিতংপোক কৌঈ। লালম থেলবু থোংজিল কৌঈ। সিংসুবনা মাংসোক্তা লৈএ। সিংলুবনা ফমলেন্দা লৈএ। ঙাইনা থেলবু নাকথা কৌঈ। লুরুক থেলবু শুমাং কৌঈ। ফকতোম্নু থোংনাং লাইজিং কৌঈ। খোঙ্গাংবু বাবা ফেরে লাওবা ফম্মাংচিং কৌঈ। ঈরুনবা মফমবু থম্নু মিসা তম্বা লুরুচিং কৌঈ। থোংজিনবু চেংচা লাললুম থেল কৌঈ। থানা ফমবু সবা ঙাইনথেল কৌঈ, অসিবু থোইনা থমনুং অমা লৈ।

থম্না কোলহৌয়ে খমজিং কোন কৌঈ। কুরু মহাক্না শুকমু থনবা লাংয়া থনববু বায়েনলিএ। সুকমু থনবা কৌবদি পোক্লি সাংলিবা সুকতা চোয়দারিববু কৌঈ। লাংয়া থনবা কৌবদি সিথি থমখিবা থমনুং লাংওনখিববু কৌঈ। য়াথং লেপ্পা লিংজেল চুম্বা অহিংবু অঙানবা লুংথিল্লবু মম্বা মফম অনিমরু থঙনবদি থজিক্তনা মপুক্কাবা।

— 0 —

নোংমাইজিং নুমিৎতা পোকপা মীনা থাপুং মমাংদা পোক্লবদি নুমিৎ ২৬ নিদা য়েংঙঃ। থাপুং থানিল মতুংদা পোক্লবদি পানথং-লকপা ৬ নি পানবদা য়েংউঃ অতুদা খঙলগদৌবনে লৈরোং অহু মচুদি হিগোকনে॥

নিংথৌকাবা পোকপা মিনা নিনহুং পোক্লবদি নিঙমাং নিনীদা য়েংঙঃ নিলমাং পোক্লবদী নিঙ্গুং নিনিদা য়েংঙঃ মচু অঙাংবনে।

লৈপাকপোকপা নুমিংতা নিঙমাং পোকপনা নিনহুং ৭ নিদা য়েংউঃ। নিনহুং পোক্লাবদি নিঙমাং ৭ নিদা য়েংঙঃ মচু অঙৌবনে।

য়ুমশকৈস পোকপনা নিলমাং পোক্লবদি নিনহুং ১১ নিদি য়েংঙঃ নিনহুং পোক্লবদি নিলমাং ১১ নিদা য়েংঙঃ। মচু সংথাংনবনে।

সগোলসেন পোকপনা নিলমাং পোক্লবদি নিনহুং নিনীদা য়েংঙঃ নিনহুং পোক্লবদি নিলমাং নিনীদা য়েংঙঃ। মচু নাপু মানবনে।

য়িরাই পোকপনা নিলমাং পোক্লবদি নিনহুং হুমনিদা য়েংঙঃ নিনহুং পোক্লবদি নিলমাং ৬ নিদা য়েংঙঃ। মচু অরংবনে। য়াথং চেৎলবদি খঙগনি।

থাংজ পোকপনা নিনহুং পোক্লবদি নোংমা পানবদা য়েংঙঃ নিলমাং পোক্লবদি থাপুং থানিল নোংমা কোনবদা য়েংঙঃ মচু মুনা লংবনে। পুং ৩ দি লাইগী ঈরাং লাইসোন থৌনি পরম খায়না নিপা পুন্নমক্লা তৌবা য়াদে।

ঈসাগী ইপোক নুমিৎকা থানা নুমিৎ অহুম শুবা নুমিৎ হুম্নি অসিদি নিপা ঐহাক্লা নুপিনা পানা পিবা চাইহদে, নুপি নিপা পুকতিলনহৈদে, হায়বনি॥

নোংথাংলৈমনা পাথংবনা নুংসিৎ হায়বনু কাউদা তরৈ তলৈ 'মিয়েংসেন মিঃ মিঃ মিয়েংসেন হায়রুবদা পাথংবা লৈহিংনু লৈ-নপকা হায়না কোনলুবদা নোংথাং লৈমনা পাথংবদা তাকখিবা মরম রিতু হৌবনে। হান্নগীদি ইমানে, ২ ইচেমনে, ৩ ইনেমনে, 8

— 0 —

ইপোননে ৫ ইচলনে ৬ ইচানে, ৭ ইমৌনে ৮ ইতৈমানে ৯ নিদি ইনাও নুপিনে, ১০ ইতুনে, ১১ ১২ ১৩ ১৫ নিদা য়ারে ১৪ নিদি নামুং নৈএ। নিপাগী পোকপা হুমনি অতু নামুংনৈএ।

কোকপু পুরেন কৌঈ। লাইখুরেম্বীনা লৈ, পিশুম অনিমক পুম্বম লাংশুম কৌই খীনাংবু নোংথো মতোন কৌই। সোরারেন নোংথোনালৈ বাবা কৌবদি মিৎনাহানে। মুংথিনদি অঙাংগী মসক ওইনা। লৈ অহিংদি পিশুম অনিপা মরক্তা খুদোন ৩ চংনা লৈবনে। ৮ সং হং রংসং মীহিংচি মীহিংসং লৈনুং চিরীবী কৌঈ। সাংথপলেং লৈনুং তরেংবী কৌএ।

## ১৬ শুবা মতাং

# য়ুম সজ্ঞায়গী মেন উরেপ উ য়ুঙবা

উরেপ উয়ুং মেন ( যত্রা ) মরু হুনবদা সৈসক সোন সরুবা মরম হায়গে ইরম তরেংকী ঈসিং ঈকোরোন ঈ হোরান সরুনা। হিচল য়ায়চলনা ঈরু ঈসেং সোরুগা নাপু নাসেন উখোক বাখোক নাহৈ তাইরেন পুংফাই পাখহুনা য়ুম তৈ নাসেং ঈরু লাইসেং অতাই লাইসোন নাহৈরোন লাইসোন মরি অসনা হাননা সক সোন্না সেংদোকউ। লাঈসোনদি মথাদা ইগে। উঃ বা, মুং, চেক, য়োংকী বারম্না হাম্না ইগে। বারমদি কোম্না সক সোন্না মেন উরাউ মরু হুনলু

## মেনগী

উরেপ উয়ুঙ মেন মরু হুনবদা সক সোন্নবদী

লৈহাও রোন ত.রংমা লৈমুরেন তরেংমা লৈসানবী তরেংমা নখোয়পু চৈনমদবনে, নপান পম্থোনা পানা লোয়চিঙ অবাংবদা সাংপা উনিংথো নপান পালেম নমানা ঈরোক অমুকপদা পোকপা ইতাও নংনা লেংদনবা সংবীয়ু তমপাক থেরেন হনবী লাংবী কমু ইরেন সিদবীনা নাথা মুঙদা পম্বীয়ু। মিকুপ নহুম লৈরোন মুঙলোন অহু-মমক য়েংহুনা হনবু।

— 0 —

## মেন উয়াও ;  দ হুনবা উরাউ লমদাইদা সক সোননবা

মানোঙমা ঈসং নোঙ চোম— খুবাক্লা অহুমলক সোলন্ চেংলৈ তিংথৌ থোংতিঙ সনা লুপা পাইত্না। লাই ময়েক সিদবা সোম্না উমায়দা খুবাক্লা নম্না ঈসিং হৈনা মেনন্ অঙংবা লাকপা মতমদা মেন উরাউঃ মরু হুনন্ মত্ ঈসিংনি। পামেন উয়োক কোনগী মনাই অচানবব্ পামেন থ্পনা কোন্দা থ্পহনন্॥

মেন মরু হুনবা লোয়রগা তৌগদবনি। মেন উয়োন য়েংলগা ( যন্ত্র ) মেন অত্ লেংগোনমৌওঃ লেংগোন্নাবদা হায়গদবা বাহৈদি মথাগী শিনী।

নিসি কেস কোকতা লৈবালৈ, নিসি কেস কোকতা লৈবালৈ নিসি মেস কোকতা লৈবালৈ, কোরৌ নোংদোন অপালবনে, মা-লেম লৈসনা অঙাংবনে, খাবা যেংদনা বাক্লা তায়জরবনি তক সনা-রেন তিনকুপ ফাখরে হোরে। মেন উরাও লেংগোলনবদা হায়রম্।

## লাইরেন নাগা য়াওনবগী রা হায়গে

থৌবান লাংবন মেরা থা ৩ দি, মকোক নোংপোক পাংয়ে মমাইনা অবাং পাংঙে উঃ ইন্না লাইজিদা ইনলে, হিয়াংগৈ পোইন্ বাকচিং থাঃ ৩ দি মকোক্লা খা পাংঙে, মমাইনা নোংপোক পাংঙে উইন্না মৈরম পাংয়ে, ফাইরেন লমতা সচিফু থা ৩ দি মকোক্লা নোংচুপ পাংঙে মমাইনা খা পাংঙে উইন্দি মোইরাং লাইজি ইনলে কালেন ঈঙা ইঙেন থা অহুমদি মকোক অবাং পাংঙে মমাইনা নোংচুপ পাংঙে উইন্দি চিংথৈ য়াইফু লৈনা ইনলোঃ॥

পুংখেন্দি নোংমাইজিংদি লংপুং ১ লাপুং ১ ইপুং ১ নিপুং ১ নিংথৌমাবাদি নিপুং ১ লংপুং ১ লাপুং ১ লৈপুং ১ ইপুং ১। লৈপাকপোকপ ন লৈপুং ১ লংপুম ১ লাংপুং ১ ঈপুং ১। য়ুমস-

— 0 —

কৈসদি ঈপুং ১ নিংপুং ১ লংপুং ১ লাপুং ১। সগোলসেন্দি লাপুং ১ নিংপুং ১ লংপুং ১। ইরাইদি ঈপুং ১ লৈপুং ১ লাপুং ১।

থাংজদি থাঙপুঙ ১, লংপুঙ ১, লৈপুঙ ১, লাপুঙ,

খেন পুং খুদিংদা অসুম্না চেংনা খঙউ:। নিপুং হায়বা অসি মী অচুগী পুক্নৌংগী অপান্বা পোৎ ১ মেন উরেপ মরু হুনদোরিবা চে , ( যন্ত্র ) হুনদোরিবা মনাক অহৃদা পোৎ ওইন থম্ম, শায়বনি।।

য়ুমগী মেন মরু হুনবগী পুঙ ১ খোলবগী মনাকতা চেংলৈ তিংথৌ থোইদিং সনা লুপা চুহি লকোই ঈসিং পোৎ পুম্নমকসী য়াওনা থাবাল ১-৩-৫ ১১-১৩- ২১- ২৩- ২৫: থাবাল অসিদা নুমিৎ থাগী তৎনবা থবাই পিঙক্রী খাংচং লৈসা সাইগী ৫৭ খেংনা মরু থাউ:। য়ুমসাবদি সাচিকু কৈ। কালেন ঈঙা কৎতে সগনু। ঈঙেন কৈ। থাবাল লাংবল মৈচেলৈন সাগনু। হিয়াংগৈ কৈ। পোইন্তু কৎতে। বাকচিং সাকৈএ। কাইরেন লমতা কৎতে সাগনু।

১—অঙৌবা মরুদি থম্বালনে, অঙাঙবা মরুদি নোঙসানে, অসঙবা মরুদি সঙ্গোমনে, অমুবা মরুদি ঈসিংনে, সাগেগী বাদ অসিনে হায়ন: লেপনা খঙউ: অসিদগী হেনগ্রে অসুম্না খঙউ:।

নোংমাইজিং নুনিৎতি ৬ লেমলে, নিংথৌকাবা নুমত্তী ২ লেমলে, লৈপাকপোকপা নুমিত্তী ৫ লেমলে, য়ুমসকৈস নুমিত্তি ১ লেমলে, সগোলসেন নুমিত্তী ৪ লেমলে, ইরাইদি লৈতে। থাঙজ নুমিত্তী ৩ লেমলে। লেমলিবা অসি খোঙচোম নুবীবু লাইরেননা কোনলে বাকোংঙে [redacted]মচা অরেম্বগী বা হায়গে, অমা লেম্বদা পোক্লবদি, মমিৎ তাংঙে অনি লেম্বদা পোক্লবদি মকৈ তেকয়ে অহুম লেম্বদা পোক্লবদি বাসারিবা হায়বা হৈএ। মরি লেম্বদা পোকলবদি অহাও অথুম খঙজেএ। মঙা-৫-লেমবদা পোক্লবদি খুরানবম্ব হৈয়ে, মনুং কললে, ৬ লেম্বদি খুন ২ গী লৈমা পাম্বোইবী পাখঙবা ওইবা ঙময়ে, ৭ লেমবদা পোক্লবদি নিংথৌগী থেননে।

— 0 —

থাগেলবনা নিংথৌ ওইবা খৃঃ ১৫৯৫ অসিদগী খৃঃ ১৬৫৩ অসি ফাওবগী মনুঙদা চহি ৫৭ ফম্বাল তৌংলে, পুনসিদি চহি ৭৭ নি, অসিগী মনুংদা নোংদমবা অপোম্বমচা কাম্ববিরোম্না মরু লৌরেম্বা খোঙনাং কৌনা সায়ওন লাংওনলকপা মতম ফাওরক্লবদা, খেঙগ্রানা থাগেম্বদা কংলাগী পুংচৈ মতোম্দা থম্বাল সংকনি হায়বা অসি লাংবন থাঃ গী ( ১৩ ) তরাহুমদোইনি পানবা নিংথৌবাবা নুমিৎ অমুক মুথক মতুং পুং অহুম ভাবদা উরাওএ। নিংথৌ মেন পুংফম সোযবনা থম্বাল সাত্রে

মেন পুংফম চুম্বা খাগেম্বা নিংথৌগী নাইফা তরকী লৈবাক্কী থলিফা নিংথৌগী মনাও নুপা মুহম্মদ সাহ অসি খাগেম্বা নিংথৌগী নাইফানী, নাইফা অসিনা পোকপ নোংসা কৌবা পাওল মচা অসিনা লাইরেন ফমলাংমে; কংলা কুচু লেম্বী সংগী বারম পুন্নমক তাহৌরবগী কংলা মেন উরাওবা মতমদা, লক্ষ অমা থারুবদগী লক্ষ অহু খুথক অহুদা থম্বাল সাংখ। মতম অসিদা মালেম পুবা তাও রোই লাই পাখংবা সিপা নিংথৌনা ঈরোননুঙদগী কৌরৌ নোংথৌ তম্না মালেম লৈ পংঙ, স্বরুং তরাহুমদোই ফাওখি, পুংফম মতম অমত্তদা॥

লমলেন খুম্বাংদাকতা ১ লমলেন কম্বোংপুংদা ২ লমলেন কংলা-দা ৩ লমলেন কোংবা মৈরোম্বীদা ৪ লমলেন তাংঙাপাত্তা ৫— লমলেন লৈতাংদা ৬ খুমন নুংচেংদা ৭ হুবিদাক্তা ৮ তাকমুদা ৯- নুংচেংদা ১০ চোতেগী অমান লোকং। ১১ পাসাদা ১২ সাকারোক্তা ১৩। হায়রিবা মফম ১৩ অসি মতম অমত্তদা স্বরুং ফাওরকই হায়না হৈবীরমমী॥

— 0 —

## ১৭ শুবা মতাং

# লাইনা লৈপাক সঙবা

হৌজিক্তি লাইনা লৈবাক সংবগী য়া হায়গে থা অহন নোংমা পানবনি কৈনা লৈবাক সংঙে তাক মাংয়ে ফত্তেএ। থা নিনি পানবদি কৈএ। থা হুমনি পানবদি সন্না সংঙে কৈএ। মখোং মরি পানবা থংজৈএ। থা ৪ নি পানবদি সমুনা সংঙে য়ুম মপু সিএ, ফত্তেএ। থা ৫ নি পানবদি কায়েন নিঙম্বানা সংঙে কৈএ। থা ৬ নি পানবদি সোরেননা সংঙে ফত্তেএ। থা ৭ নি পানবদি নোংথৌ সোরারেন্না সংঙে কৈএ। থা ৮ নি পানবদি হিংচাবনা সংঙে য়ুমদা লৈবা খৈবিক সিএ, ফত্তেএ। থা ৯ নি পানবদি সগোল অপায়বনা সংঙে য়ুম অতিঙা থক থা অনিমক ফংত্তেএ। থা ১০ নি পানবদি লাইগী নিংথৌনা লৈবাক সংঙে কৈএ॥

থা তরামাথোইনি পানবদি লাই নামুংবা লাঙ্গ অনিনা সংঙে লাইরৈএ। অফবা তঙথাই ফংতবা তঙথাঙ্গ য়ারৈএ। থা তরানিথোইনি পানবা তরাহুমদোইনি পানবদি কৈএ। থা তরামরিদি পানবদি লাই অরুবনা সঙঙে তুম্না সিএ ফত্তেএ। থা তরামঙানি পানবা থাপুঙদি তাইপঙ পানবা মপুনা সঙঙে কৈএ। থা তরাতরুক্নী পানবদি হিঙচাবনা সঙঙে য়ুম মপু সিয়ে ফত্তেএ। থা ১৭-১৮-১৯-২০ নি পানবা থাবান অসিদি মৌরেপাক্রী লাই হিংচাবনা লৈপাক সংঙে তাক মাংঙে ফত্তেএ॥

থা ২১ নি ২২ নি ২৩ নি পানবদি কৈএ। থা ২৪ নি পানবদি হিংচাবনা সঙঙে ফত্তেএ। থা ২৫ নি পানবদি কৈএ। মকমৈদি ফত্তেএ। থা ২৬ নি পানবদি হুইনা সংঙে লাইরা চুথৈএ থা ২৭ নি পানবদি লাইনিঙবা সেন সিনা সঙঙে কৈএ। থা ২৮ নি পানবদি হিঙচাবীগী লাইনা সঙঙে ফংত্তেএ। থা ২৯ নি পানবদি তাইবঙ পানবা মপুনা সঙঙে অক-ফংতা তঙথাই য়ানৈএ

— 0 —

থা ৩০ নি থাঙদি মীনা সঙুঙে কৈএ। লৈপাক সঙবা অসিনা লোইরে॥

# থবানমিচাক্কা নুমিৎকা য়েক্নবা

নোঙমাইজিঙ নুমিৎতা থবানমিচাক ১০—১১ য়েকনৈ। নিঙ-কাবা নুমিৎতা থবানমিচাক ৮—৯ য়েক্নৈ। লৈপাকপোকপা নুমিৎতা থবানমিচাক ১—১৭ কা য়েক্নৈ। য়ুমসকৈস নুমিৎতা থবানমিচাক ৬-১৬ কা য়েক্নৈ। সগোলসেন নুমিৎতা থবানমিচাক ১৯—২০ গা য়েক্নৈ। য়িরাই নুমিৎতা থবানমিচাক ৪—১৫ গা য়েক্নৈ। থাঙজা নুমিৎতা থবানমিচাক ৭ কা তরানিথোই গা য়েক্নৈ॥

হায়রিবা নুমিৎসিঙ অসিদা মথক্কী থবানমিচাকসিঙ অসিনা পানবা নুমিৎ ওইরবদি থবানমিচাক্কা নুমিৎকা য়েক্নবা কৌঈ। নুমিৎ অসিদা অক নুঙাই তানখৎপা থবক তৌবা ফৎতে।

# থাদা নুমিৎনা তেকপা

সচিফু থাদা লৈপাকপোকপা তেকএ। কালেন্দা নিঙথৌকাবা তেকএ। ঈঙাদা নোঙমাইজিঙ তেকএ। ইঙেন্দা থাঙজ তেকএ। থবান্দা য়িরাই তেকএ। লাঙবন্দা সগোলসেন তেকএ। মেরাদা য়ুম-সকৈস তেকএ হিয়াঙ্গৈদা লৈপাকপোকপা তেকএ পোইন্নুদা নিঙ-থৌকাবা তেকএ ৱাকচিঙদা নোঙমাইজিঙ তেকএ ফাইরেন্দা থাঙজ তেকএ। লমতাদা য়িরাই তেকঈ। হায়রিবা থাসিঙ অসিদা মথক্কি নুমিৎসিঙ অসিবু থাদা নুমিৎনা তেকপা কৌই। মসিদা থবক তৌ-বদি অতে অকাই থোকলি।

— 0 —

## তেতু লৈখুন চঙবা

সচিফুগী থাবান ৬-৭-২৬ কালেনগী থাবান ১০-১১ ইঙাগী থাবান ৬-৭, ইঙেনগী থাবান ১-৪-৫, থবানগী থাবান ৩-৪, লাংবনগী থাবান ৩-৪, মেরাগী থাবান ৬-৭, হিয়াঙৈগী থাবান ১-১১ পোইনুগী থাবান ২-৩ ৫, বাকচিংগী থাবান ৬-৭, ফাইরেনগী থাবান ৩-৮-২৬, লমতাগী থাবান ২-৩ হায়রিবা থাবান অংকা মসিং অসি তেতু লাই/লৈখুন চংবা নুমিৎনি থা খুদিংগী থাবানসিং অসিদা লৈবাক তৌহৈদে। লম লাপ্পা চখোকহৈদে॥

## লৈসা লৈবা নুমিৎ

সচিফুগী থাবন ২১ কালেনগী থাবন ১৯—৪ ঈঙাগী থাবান ১৭—২৩ ঈঙেনগী থাবান ১৫—২৫ থাবানগী থাবান ১৩—১৪ লাংবনগী থাবান ১১ মেরাগী থাবান ৯ হিয়াঙৈগী থাবান ৭ পোইগী থাবান ৩—৪ বাকচিংগী থাবান ২-৪-৬-২০ ফাইরেনগী থাবান ৩-৮- ২৬— লমতাগী ৪—২৪ নি পানবা থা খুদিংগী হায়রিবা অংকগী থাবন মসিং অসি লৈসা লৈবা নুনিৎ কৌই থাবানসিং অসিদা লৈপাক তৌহৈদে॥

ঈঙ: লাংবন থাদা নোংমাইজিং য়েকনৈএ। মেরা পোইনু থাদা লৈপাকপোকপা য়েকনৈএ। সচিফু ইঙেন থাদা য়ুমসকৈস য়েকনৈএ থবান কালেন থাদা সগোলসেন য়েকনৈএ হিয়াংগৈ বাকচিং থাদা থাঙজা য়েকনৈএ॥

## থাগী নামুংনবা

ফাইরেন কালেন থাদা ২ ৮-১২-১৪-২৯ নি পানবা নামুংনৈএ সচিফু ইঙেন থাদা ৬—২১ নি পানবা নামুংনৈএ। ইঙা লাঙবন থাদা ৮-২৩ নি পানবা নমুংনৈএ থবান হিয়াংগৈ থাদা ১০-৯-১ ২৫ নি পানবা নামুংনৈএ। মেরা বাকচিং থাদা ১২-২৭ নি পানবা নামুংনৈএ॥

# থাপী চৈ কাবা নুমিৎ

সচিক্ থাদা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা থাংজ নুমিৎ ৩ সি চৈকাবা নুমিৎনে। লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস সংগোলসেন য়িরাই নুমিৎ মরি অসিনা অকুপ্পনে। কালেন থাদা নোংমাইজিং য়িরাই থাংজা নুমিৎ অহুম অসি অকাবনে। নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস সাগোলসেন নুমিৎ মরি অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। ঈঙা থাদা সগোলসেন য়িরাই থাংজা নুমিৎ অহুম অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস সগোলসেন নুমিৎ ৪ সিনা অকুপ্পা নুমিৎনে।

ইঙেন থাদা য়ুমসকৈস, সগোলসেন, য়িরাই নুমিৎ অহুম অসিনা চৈ কাবা নুমিৎনে। নোংমাইজিং নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা থাংজ নুমিৎ অসিনা অকুপ্পনে। থবান থাদা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈসা সগোলসেন য়িরাই নুমিৎ মরি অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নোংমাইজিং নিংথৌকাবা, থাংজ নুমিৎ অহুম অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। লাংবন থাদা নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস নুমিৎ অহুম অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নোংমাইজিং, সগোলসেন, য়িরাই, থাংজ নুমিৎ মরি অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। মেরা থাদা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা নুমিৎ অহুম অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। য়ুমসকৈস, সগোলসেন, য়িরাই থাংজ নুমিৎ মরি অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। হিয়াঙৈ থাদা নিংথৌকাব, লৈপাকপোকপা, থাংজ নুমিৎ অহুম অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নোংমাইজিং, য়ুমসকৈস, সগোলসেন, য়িরাই নুমিৎ মরি অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। পোইনু থাদা নোংমাইজিং সগোলসেন য়িরাই থাংজ নুমিৎ মরি অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস নুমিৎ অহুম অসিনা অকুপ্পা নুমিৎনে। ৱাকচিং থাদা, নোংমাইজিং নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা

— 0 —

য়ুমসকৈস নুমিৎ মরি অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। সগোলসেন য়িরাই থাংজা নুমিৎ অহুম অসিমা অকুম্বা নুমিৎনে। কাইরেন থাদা য়ুমস কৈস সগোলসেন য়িরাই নুমিৎ অহুম অসনা চৈমাবা নুমিৎনে। লমতা থাদা লৈপাকপোকপা য়ুমসকৈস সগোলসেন নুমিৎ অহুম অসিনা চৈকাবা নুমিৎনে। নোংমাইজিং নিংথৌকাবা য়িরাই থাংজ নুমিৎ মরি অসিনা অকুম্বা নুমিৎনে ॥

## য়ুমদগী লম চংখোকপা

নোংমাইজিং নুমিৎতা নোংপোক চৎপাদি নিংবা থুংঈ। মৈরমদা চৎপদি অরাবা ফংঈ। মখা চৎপা ওইজবা ফংই। মোইরাং লাইচি চৎপদি খৎনবা ওই। নোংচুপ চংপনা অসিবা নংই। কৌক্রুলাইচি চৎপদি ওইজবা ফংই। অরাং চৎপা ইকাঈ খুম্নবা ফংঈ। চিংখৈ চৎপা অরাবা ফংই।

নিংথৌকাবা নুমিত্তা নোংপোক চৎপা অসিবা নংঈ মৈরম চৎপদি অকি অথং নংই। মখা চৎপা ঈকাই খুম্নবা ফংঈ মোইরাংলাইচি চৎপা ইকাই খুম্নবগী থৌগনলোন ফংঈ। নোংচুপ চৎপা অফা অপুন নংঈ। কৌক্রু লাইচি চৎপা মাইথিবা ফংঈ। অরাং চৎপা ওইজবা ফংঈ। চিংখৈ চৎপা অসিবা নংঈ।

লৈপাকপোকপা নুমিৎতা নোংপোক চৎপা অরা অনা নংঈ। মৈরম চৎপা অকি অথং নংঈ। মখা চৎপা নিংবা থুংঈ। মোইরাং লাইচি চৎপা খৎনা চৈনবা ওইগল্লি। নোংচুপ চৎপা ওইজবা ফংই কৌক্রু লাঈচি চৎপা নিঙবা থুংই। অরাং চৎপা অসিবা নংই চিংখৈ চৎপা অরা অনা ওইগললি।

য়ুমসকৈস নুমিৎতা নোংপোক চৎপা নিংবা থুংই। মৈরম চৎপা অরাবা নংই। মখা চৎপা অসিবা নংই। মোইরাং লাইচি চৎপা অকি অথং নংই। নোংচুপ চৎপা অফা অপুন নংই। কৌক্রু লাইচি চৎপা অরাবা ফংই। অরাং চৎপা অরেম্বা ওঈ চিংখৈ চৎপা ওইজবা ফংই।

সগোলসেন নুমিত্তা নোংপোক চৎপা অরেম্বা ওই। মৈরম চৎপা চান্নাবা ফংই। মখা চৎপা লেমনিঙাই লৈতে। মোইরাং লাইচি

— ০ —

চৎপা অফা অপুন নংঈ। নোংচুপ চৎপা ঈকাই খুম্নবা ফংই কৌক্রুলাইচি চৎপা নংসি নংওল্লি। অরাং চৎপা লল ফংই চিংখৈ চত্তপা অরাবা নংই।

ইরাই নুমিত্তা নোংপোক চৎপা নিংবা থুংই। মৈরম চৎপা মুংঙাইবা ফংই। মথা চৎপা ওইজবা ফংই। মোইরাংলাইচি চৎপা অফা অপুন নংই। নোংচুপ চৎপা অরেম্বা ওই। কৌক্রু লাইচি চৎপা অবাব ওই। তরাং চৎপা মাইখিবা ফংই। চিংখৈ চৎপা মরুপ মপাং উনবা ফংই।

থাংজ নুমিত্তা নোংপোক চৎপা অকি অখণ্ড নংই। মৈরম চৎপদি মৈরি নোংথাং উনগল্লি অরা অনা নংই। মথা চৎপা ওইজবা ফংই। মোইরাং লাঈচি চৎপা পুক্লিং অরাবা ফংই। নোংচুপ চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই। কৌক্রু লাইচি চৎপা লল ফংই। অরাং চৎপা অকাও অথুম ফংই। চিংখৈ চৎপা মাই পাকপা ওই॥

## মায়কে ঙানবা লম ঙাকপা লাইদি

১—য়ুসেন কৌবা লাইনা কৌক্রু লাইচি লিক্রম ঙাকএ।

১—য়াইরেন খোম্বী কৌবা লাইসু ঙাকএ। ১—নোংলৈ মেনবা কৌবা লাইসু ঙাকএ।

২—পিসা তাওঃ কৌবা লাইনা মনিং মায়কৈ ঙাকএ। ২—লৈপাক তাওমিঃ কৌবা লাইসু ঙাকএ। ২—মনিক খোম্বী কৌবা লাইসু নোংচুপ ঙাকএ। ২—ওম্বীরেলসু কৌবা লাইসু ঙাকএ। ২—ফুনিং হুকপী কৌবা লাইসু ঙাকএ।

৩—য়ুহা কৌবা লাইনা মমোং লাইচি ঙাকএ। ৩—য়ুচেং য়ুহা কৌবা লাইসু ঙাকএ। তরং খোম্বী কৌবা লাইসু ঙাকএ।

৪—করি কৌবা লাইনা মথা লম ঙাকএ। ৪—ওক তাওমিঃ কৌবা লাইসু ঙাকএ। ৪ সংলেন খোম্বী কৌবা লাইসু ঙাকএ। ৪ খোঙাইবা কৌবা লাইসু ঙাকএ।

— 0 —

—৫ উসিং কৌবা লাইনা মৈরম ঙাকএ। ৫ সেনবা য়ুমবী কৌবা লাঈস্থ ঙাকএ। ৫ সানৌ খোমবী কৌবা লাইস্থ ঙামএ।

৬—উরৈ কৌবা লাইনা নোংপোক লম ঙাকএ। ৬ ঙাংঙোই চান কৌবা লাইস্থ ঙাকএ। ৬ মেনৈ খোম্বী কৌবা লাইস্থ ঙাকএ। ৬—হোঙোই তাওমিঃ কৌবা লাইস্থ ঙাকএ। ৬—কোত্তিংলেন থবাই চেঙা কৌবা লাঈস্থ ঙাকএ।

৭—করা কৌবা লাইনা নোংপোক চিংখৈলম ঙাকএ ৭—নোংইন খোম্বী কৌবা লাইস্থ ঙাকএ। ৭—চৌংসাং লৈমা কৌবা লাইস্থ চিংখৈ লমঙাকএ॥

৮—নোংদম খুবা কৌবা লাইনা অবাংলম ঙাকএ। ৮ নোংমতা কৌবা লাইস্থ অবাংলম ঙাকএ। ৮ নোংসা তাওমিঃ কৌবা লাঈস্থ অবাং মাঙৈকৈ ঙাকএ। ৮ হিংলেন খোম্বী কৌবা লাঈস্থ অবাঙ ঙাকএ। ৮ উকোংলেন অঙাঈবা কৌবা লাঈস্থ অবাং মথকলম ঙাকএ।

## মী সিবগী মতম চাওরাকপা

১—পুন্সি মতমগী মতুং ঈন্না মী অমা সিবা তারবদি নোংমাঈজিং নুমিত্তা সিবগী পুংকম নুমিৎ য়ুংঙমদাঈ অমা, নত্রগা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ গী মনুংদা অমা নত্রগা অহিং নোংয়াঈ কাল মতম অসিদা সিগললি।

২—নিংথৌকাবা নুমিত্তা সিবা তারবদি অয়ুক নুমিৎ মাংগোল ময়াই য়োবা কাল মতম অমা নত্রগা নুমিৎ তাগদোবা পুং অনিরোম বাতলিঙৈ কাল অমা নত্রগা অহিং নোংয়াই মতম কাল অদোবাইদা অমা মতম অসিদা মীসি মীনা থোকল্লি।

৩—লৈপাকশোকপা নুমিত্তা সিবা তারবদি অয়ুক নুমিত মাঙ্গোল ময়াই য়োবা কাল অমা, নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩ গী মনুং অমা নত্রগা নুমিদাং পুং ৯ গী মতম অদোবাইদা সিগল্লি।

৪—য়ুমসকৈস নুমিত্তা সিবা তারবদি নুমিৎ য়ুংঙমদাই পুং ১১গী মনুং অমা নত্রগা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ গী মনুং অমা নত্রগা নোংঙালগদোবা পুং ১ মথাইগী মতম কাল অসোবাইদা সিগল্লি।

— 0 —

৫—সগোলসেল মুমিত্তা সিবা তারবদি মুমিৎ ভাগদোবা পুং ১ মথাইরোম বাংলিটৈ অমা নত্রগা মুমিৎ তাবা কাল মতম অসোইবাইদা সিগনি।

৬—ঈরাই মুমিত্তা সিবা তারবদি মুমিৎ য়ুংগদবা পুং ১ মথাইরোম বাংলিটৈ কাল মতম অদোবাইদা অমা নত্রগা মুমিৎ য়ুংবা কাল মতম অদোবাইদা অমা নত্রগা নোংয়াই য়োঁগদবা পুং ১ মথাই রোম বাংলিটৈ কাল অমা মতম অসোবাইদা সিগনি।

৭—থাংজ মুমিত্তা সিবা তারবদি অয়ুক ঙনতা চিংখৈ হুনবা মতম কাল অমা নত্রগা মুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ মথাইরোম তাবা কাল অমা নত্রগা মুমিৎ ভাগদোবা পুং ২ রোম কানিংচিৎ বাংপা মতম কাল অমা নত্রগা মুমিত তাবা কাল অমা নত্রগা মুমিৎ তাবা মতুং পুং ১ মথাই রোম তাবা কান অমা নত্রগা নোংঙানগদোবা পুং অমামথাইরোম বাতলিটৈ কাল অমা নত্রগা নোংঙাল্লমদাইদা অমা হায়রিবা মতম কাল অসোবাইদা সিগগনি। মসি অন্দাজনি হায়না থংনসি॥

## ১৮ শুবা মতাং

# মপোক লাঙওন থিবা

হেঃ লাইয়িংথৌ চিংঙ, নোংপোক অপালবা নংনা নমু পোংওইবগী সালু লাইপক খেলাই ঈনা থৌবাই পাল্লিবা ভিন কাণ্ড বাহি মোন, কৌজেং হারৌ ককচেং খোইয়া নাপী সিংবী উ-বা ফিসেৎ চকচাপু চারি থক্লিবা খৈবিকপু সজিক লাননোংবা, থবা লাননোং থাইবা কৌনা নোংদম নোংখাইরিবা নংবু। খোইয়ুম মা নখোঙ থাদা মানবী খুতপনা মুকমু লৈত্তোন কোয়া খুকমজরকে। খোইয়ুম নোংপোক সিদবা নংনা নমু তাইবং মীওইবগী লাইপক সরু কপানখোঙদা অক-কণ্ডা থাইনা সরু লাইপক চিনা। নোংদম নোংখাইবা তাইবং পুক্লিং ময়োল চোংহনবা। খোইয়ম বারম ন,ঙাইবা চিংঙ, লাইগী লোল অরুববু বাহমলকে॥

— 0 —

নমু মীওইবা সিংওঃ উনবী পুক্লিং পিনা তাটওঃ। খোইয়ুম লাইবা অচেৎপা অসিবু থম্মোই পুক্লিং পিনা নাত্তারবদি মপোক লাংওন খুদিংদমু মহৈ চুম্না যাম্না পোকলৈএ। খোইয়ুম লাইগী লোল কৌববু অমা লৈতে। নমু মিরোন স'সংবা চেংলৌ মিৎনা উ'রবা খোইয়ুম অঙৌবা, অক-কত্তা থম্না, থকসি খাসি সিন্না পাল্লবা খৌবকপু চিংঙু লাইরোন খঙনা পাল্লিবা কৌবানে। রারম আওইবপু নাপ সেন্দানরবদি উনবী পুক্লিং পিদবা সিংগীদি নমু পোংবু ওইরবমু তৈবা হাজংচাবা সা অমাংবা ওইনা পোকলৈএ হায়দবরা॥

লহান নোংথুনুং লাংবা চকঙৈদা চিংঙু সিদবা খোইয়ুম লাই-য়িংথৌনা যালেম লৈসেমরকঙৈ কোরৌ নোংকৌরকঙৈদা ভাগী নিংথৌ সরেং য়াম্না। চিংঙু নোংপোক অচিবগী স্না মখোং থাদা খুৎকাং চাংজৌ চেপনা লোক্না যালেম কুবাক লৈদা সুনা লোননা বাহোমজরক্লে।

হেঃ খোইয়ুম সাইয়িংথৌওঃ তাইবং নোংসাপান অসিদবু হৌরেল নকানি খঙদা হৈয়েং সিগনি খঙদনা বোংবপুং ইপা ইচা খঙনদা ইগু-ইনাই খঙনদা সাগৈ ইরুপ-ইপিজ। পুম্নমকপু বাহৈ মসেক থাংনা নিংভাই ইসেন খঙনা চান্না নুংসি সুংওন থাইনবা অসিবু করিগীনোঃ

নদাইরেম ঐঙোম্পা কুকনা থৌজানবীওঃ। হায়না হায়জ-রক্লবদা; চিংঙু নোংপোক অপানবনা মচিল মোমোন নোক্লা পাওখুম-খিএ। তমুম ভাগী নিংথৌ সরেং য়াংমওঃ চিংগোই নথাখঙ অসিদোঃ পংনা হায়থোকক্করোইএ। খোইয়ুম রারম নচিবা নমু মীওইবা খৈবাক্লা পঙনা' খঙদবা রারম অরবা অচেৎপনে, কুরু লাই ওইনথা সিংদ চহি কুমসিং কুইনা লোইনা' থৌগল হাংদ উনবী পুক্লিং পিনা থৌগন-জবখ্রু' পঙমা' তাকংথথা রানে।

তাইবং মুংসা পাম্পা অক-কত্তবা অচং অসি অকোন অহান নাইদা সিদ-নাদনা পাল্লিবা মুভাই পুক্লিং থোক্লরোই। হায়বগীবু নোংথাই নোংদম্বনে হায়না পাউথুমলবদা। ভাগী নিংথৌ সরেং য়াংমনা

— 0 —

বাহংজখিএ। হেঃ খোইয়ুম লাইয়িংথোও কোয়ৌ নোংথৌ লৈপাক কৌবদি বায়ম করম্বনো হায়না পাওগংজখিএ। চিঙ খোইয়ুম সিদবনা পাওং খুমখিএ। কোয়ৌ নোংথৌ কৌবদি

পান্দম ঙমখৈ লৈত নমু পোংবচা পুম্নমক্কী তাংজকোকথক থোংনা নোংথৌ লৈবাক খুনিংথৌ খোইয়ুম তালোই লেমরেন অনিমক্কা হাওনা চক্ফুং চাব হেন্না কদি সেংপা তাংনা বায়ম কক্কা তুংলি হল্লা হৈনা চংলনা অংসিংবু কোয়ৌ নোংথৌ লৈ াক কৌএ. হায়না পাওখুমখিএ।

লাইয়িংথৌ সিদবও: নোংলোক লৈখা তাবা কৌবদি খমনুং বারক্কবা পাও হায়নবদি বায়ম করম্বনো: পাউহংজরদা হোইদা ঙাগী নিংথৌ সরেং য়াংমও: মালেম লৈখা তানা খমনুং বারক্কবা হায়বদি অম লেতে। মী কাবা মুংলাংবা চিংখি খুনলানবা পুকওন পাউওনবা অনা লাইথুঙ চাওবা নমু মী মতোন অতোনবা মী মপোক মীওই মুদবা নোনলোক লৈখা তাবও: তোনা কৌএ॥

অসুম পাউখুমলবদা, সাওন অমনা হেঃ খোইয়ুম সিদবও: য়াংলেন নমলি পোননা সমু মখাঙ তেকপা সীংগীদি বায়ম করম্বনো হংনিংঙে হোইদ ঙাগা নিংথৌ সরেং য়াংমও: নমু থৌবাই পুম্নমক্তি অমুনে, থৌবাই পুম্না তৌহেদে। বায়ম অচুম অয়োন খঙনা পাংথে চিদাই নাইদবা, পুক্কিং বাচুম নঙনে লংজ অয়োনবব লৈতন। হনিং খুহুম চনথবা নমু মিরোন খোম্বা।

খোইয়ুম লাইনা য়াজদে চিঙ লাইনা হয়াওয়ে য়াংনে নমল্লি পোয়া পোকলৈএ। করি লংজবা লৈতবা অক্কব থৌরি লঙোইপুন খাঙ য়াংলেন খুপনা উনবা সামু খাংতেক্কা পোকলৈএ হায়না পাওখুমখিএ। সাওন সইলোন অমনা চিংঙ সিদবওঃ—সমু মখোং মখুং তেকপা সিংগীদি মতৌ করম্বনো পাওহংজখিএ। হোইদা ঙাগী নিংথৌ সরেংয়াংমওঃ। মীবু করি লংজবা লৈতনা সমু কৈবাক চপনা হৈ- রম্বাদি সমু মখুংতেক মমিৎ পাংসোই নিক্কা পোকলেএ, অসুম পাওখুমখিএ।

ঙাগী নিংথৌনা অমরক পাওহংজখিএ। হেঃ খোইয়ুম সিদবঙ সমু নাকোং পঙনা পোক্লবা চেংলৌ নিংফম তাংনা পোকপিবদি

মতৌ কৱিগীনো পাউহংজখিএ। হোইদা ভাগী নিংথৌ সরেংয়াংমগঃ উদা খংদববু উরম খংলম সানা পুকওন পাউওয়বা কুম্ম মুভাইবা সিংবু মিংথৈনি হায়না য়েংবদি খোইয়ুম লাইগী বা অরুবা বারম অচুম্ববু নাপা সেন্দমরবা বারম সোগ্নিবা মিনম য়াথং নৎতবাবু উনবী পুক্লিং পিনা পিবা অহসিংনা চেংলৌ মমিংতাংনা নাকোং পগুনা পোক্লবনো। হায়না পাপথুমখিএ। ভাগী নিংথৌ মদাইরেম্না অমরক পাওহংজখিএ, লাইনিংথৌগঃ চেংলৌ মসকথি, চিনবান মথা পৈনা সমু মখোং মখুৎ ভেক্লা পোক্লবা অসি খৈদিকতি থৌরম করম্বনো হায়না বাহাজখিএ, হোইদা তৈয়ুমগঃ সেঙ্রোই নাপাতাবু বাবম থৈ-জিন হৈবা হায়হৈ তৌহৈদববু লোসিং আসিং সনা তাংজ লৈ অনি লোংবা অহন কুরু লাইওইবা সিংগী মমাংদা কমভম চক চা চা-ইহৈদনা থুয়া উম্ফুল উৎনা কমভমনবা তাংজ লৈতোন হৈনা লম-চৎ মরম খগুদনা অহসিংনা তাংজ মরৈ লোম চিলবান মথা পৈনা সমু মখুৎ মখোং লোম্না পোকালএ, অসুম পাওখুমখিএ॥

হেঃ খোইয়ুম সিদবগঃ মতৌ লাংওন অমনা নম, মিরক তিন্দনা চরৈ কিসেৎ তৈনা য়াংলম লম্বী ওয়া তৈনা চৎপা য়াম্পি চকচা মুদনা ভাওনৈবাম্বং উনবী পুক্লিং পৈনা নরৌসিং মরৈ খগুদবা অসি সিংগীম্ভ করম্বগীনোঃ য়ায়না পাউ কৎখিএ। হোইদা ইদাইরেমগঃ খীগী লংজ অয়োন লৈতনা চরৈ মফি মুনবা মীনা হায়বা বাবুদি বারম ভাবীদনা পুক্লিং লোকন চাওবা মানা হায়বা বাবুদি না ভাও লমচৎ মহোসা ওইবা অহ সিংনা উনবী পুক্লিং পিনা চরৈ কিথুংদা য়াংলৌ লম্বী চৎনা য়ারৌ সাগুং মানগুমনা ভাওনৈমদি অহসিংনা পোক্লবনে, হায়না পাউথুমখিএ।

ভাগী নিংথৌ সরেং য়াংমনা অমরক পাউহংখিএ, চিংগু কোয়ৌ নোংথৌ ঐবু লোইবা ইবুঙো তিমন লাইমন চাওনা অপাৎ অনোম অপোম অভঙ হুপ্নিহয়া থংনা পোক্লবদি মতৌ করম্বনোঃ হায়না

— 0 —

পাওহংজখিএ। হোইদা ভাইয়ুমও: অহল মথক মথাগীনা চাদরিউৈদা উদা খণ্ডদানা চাসিন থকচিল্লবা মীবু কবি লংজবা লৈতনা য়েরম চৈরঙ্গা অন্থসিংনা অপাং অনোম তিলমন লাইমন চাও:—হোকনি হয়া থ,ংনা পোকলৈএ, হায়না পাওথুমখিএ।

ভাগী নিংথৌ সরেংয়াংমনা মালেম কুবাকলৈদা তুনা অমরক য়াহংজখিএ। হে: চিংগু নোংপোক অপানবা।খাইয়ুম লাইরিংথৌ সিদবও: থৌরম অওঙ্গবা অমদি লাঙ্গরেন হিগুম লাঙ্গ লাঙ্গথ,ঙ ইসিংলাঙ্গ সমু মথোং মথুৎ লোমলবা পেয়ে চবুমলাঙ্গ ঈংগ্রি মুংসং লাঙ্গথ,ং যাদি করম করমবননো: হায়না পাওহংজখিএ, হোইদা ভাগী নিংথৌ সরেংয়াংমও —মীগী সরুক ভষবু লৌহৈ চাহৈবা সাহৈ য়েলকেন ঙা হেল্লবা চাসিন থকচিল্লবা নমুং অমৌবা খণ্ডদবা, পুক্লিং যারক চেৎতবা অহুনিংনা লাঙ্গথ,ং মরম অসিবু থ,ংলৈএ, হায়না পাওথুমখিএ।

মদাইরেম্না অমরক পাউহংজখিএ—হে: কুরু সিদবও:। থৌরম মভৌ অমদি সারৈ লাইথুং মুংয়েক লমহন লাইমন লাইথুং সিংলি হকচাং লৈতবা মুপী চকচা খণ্ডদবা পোক্লবদি কৎতা মহৈ চারস্বা করম্বননো হায়না য়াহংজখিএ। হোইদা সাগৈবু কবি খণ্ডদনা মমা মচেম মনেম নাইদবা মচল মচা সোকক্দবা, নমুং অমৌ খণ্ডদনা চিল্লেং অথিবা য়াথঙ যাহৈ চোপ্পা অন্থসিংনা য়ারৌ সান্নং লাংগুম্না লাইথুঙ ফক্তবা য়াম্না পোকলৈএ। হায়না পাউথুম ভাক্লবদা। মদাইরেম্না হে: খোইয়ুম সিদবও: ময়াল অভোন তানা লমলোং কম্না চারি ফিনি চৎলিবা থুল্লক য়ুম্বুম চৎ কোংয়াং চৈস্থ পাইনা চরৈ ফিথুং খানা তম্না নিবা অন্থসিংবু যারম কবি লংজ লৈবগী পোকপনো হায়না যাকৎচখিএ। হোইদা ভাগী নিংথৌ লৌসিংবাও: তাম্না চ্যানিববু য়াথং অথা থোক্লা হায়হৈদে চজিক য়ারেকপা ঙাপাই থুবাই চেংমান কৌবু হুম্না পিববু ভৌহৈদে। লম-লোং থ,ল্লক চৎনা তম্না চাকনিবব, তাম্না মথুংদনা লাইর অভোন তানা পোক্লবনে, অস্থম পাউভাকখিএ॥

— 0 —

মদাইরেম্না এবু লোইবা হবুগোও: বারম অওকপা অমদি নবা মখু হৌগী হৌনা তাংলোই মতু নাইদনা মপারি সাংবা, মমোম ফুই-দবদি বারম করিগীনো: পাউহংজখিএ, হোইদা তাইয়ুমও: মীগী তালোই মীতু হবা থওলেন মোবা লৈববু নাকংৌ ক্ষিয়াম্না খোইজি খাংকমথা মিহলিববু থবাই অঙাং মী ওইরবু অমন হিদাক থানা পিপুকচুংগী মারা অঙাং অচুবু অমন থরৈ কুম্না নোংহাম মনবা অচু সিংনা, পাক্রা পাহং নোংসেং পইনা তালোই মতু লৈতনা মপারি সাংতনা মমোম কুইদনা ফংতবা মহৈ ফংনা পোক্রবনে। হায়না পাউতাক্রবদা মম্নাইরেম্না মম্না নাপী চিঙ্গা অমরক পাউহংজখিএ। হে: খোইয়ুম সিদবও: ॥

থাংলেন য়াসাবা মচিল মৈম্না সাবাদা নোমনবদি খোরম করিনা-নো: হায়না হওজখিএ। হোইদা তাইয়ুমও লংজ অয়োন লৈতনা চিসেম য়াঙ্গসেম্বা হিকাপ য়াইপাম্না হিতম য়াইতম্বনা নোমনলবা অচুসিংনা থাংলেন মৈম্না সাঙ্গয়াবদা মচিন মৈম্না তুম্বাদা নোংমন-লবনে, হায়মা পাউথুমখিএ। মদাইরেমনা অমরক পাউহংজখিএ। চিংডু সিঙরও বারম মতৌ অমদি প্পানবা চিংগোঙ্গ চনবা কৈরেন য়াখোঙলোনবা অবাঙ থাকপা মতেনজাদা, নোংমনবা সিংডদি খোরম করি লংজবগীনো। অসুম পাওহংজখিএ। হোইদা ভাগী নিঙথৌ সরেংয়াংমও লংজ অয়োন লৈবনা পুক্রিং অচুম সানা নমুমীগী হকসাং চিঙ্গা বাসক অচুম্বনা পাম্বা কৈজাক ওইনা নোংমনবানে, লঙজ অয়োনবম্না মালেম লৈপাক চিকপদি কোরৌ চিংবা মৈথাকপা মতে-নজাদা নোংমনবানে খোইয়ুম লাইনা য়াজদে অসুম হায়না পাউ তাকখিএ ॥

মদাইরেম্না অমরক পাউহংজখিএ, হে: কুক সিদবও: লাইজ-ইদা মোমনবা থাম্বী মৈদা নোংহাম্বা পামেন উদা সিবা অচুসিংদি লংজ করি লৈবাগীনো হায়না পাউহংজখিএ হোইদা তয়ুমও:

— 0 —

লমলোঙ্গী আচেৎপদা থাম্বী মৈতরেং অরাবগা য়োক্তময়াই ভাউদনবগা অনিমকপু য়াথং অথাথোক্লা চৈরম্বা অহুসিংনা থাম্বী লৈদা নৌমবনে. লাইজ ইব, য়াথঙ অথাবা কওনা হায়রগা ইমু থৌহকপা লাঈজ ইরেন পুঙদা নৌমনবানে হায়না পাওতাকখিএ. মদাইরেম্না অমরক পাওহঙজখিএ। চিঙ, সিদবও: থোইয়ুম মাইওন্না নৌমনবা ভাঙজ নরিন সঙ লিন্না হু পুবা খৈবিক্তা নৌমনবা অসি মতৌ করি লঙজবানো হায়না পাউহঙজখিএ। হোইদা তৈয়ুমও হেন লানসা থোইয়ুম মাইওন্না নৌমনবা অহুনা মপোক নীওই খুদিঙদা হেনলান ওইনা পোকলৈএ।

পামেন উ চিংঙ, কাইদোংকম থঙদনা ভাপা পামসিন্না কাবা চিংঙ, লাঈব, থুরুমদনা তপা থাঙরাই কাবা থোইয়ুম লাঈব, থওইদবদি পামেল উদা নৌমনলে, মুজা মৌবা লৈবব, নমুমীছু হবানবা মপু মক হুনবদা অমৌ হিদাক থানা য়াঈবী থরাঙ্গী মাংহনবা অহু সিংনা ভাংজ লিন্না চিক্লা নৌমনলবনে। ভাগী নিংথৌ সরেংয়াংমও হায়না পাওতাকখিএ। মদাইরেম্না অমরক মানবী খুতপন্না পাওহংজখিএ। চিঙ সিদবও: বারম মতৌ ওনথোকপা অমদি মুপি লিংজেন কৎতবী করাম কোৎলৌবীনা থঙলেন মৌবা থৌজানদা থোইমা মনম মুকনা, পুকনিং য়াকম চেৎতবী বাহাই য়াথং নৎতবাব, মাংঙোইনাবী; মৌবা অরাক তম্বী। অসিদি মতৌ করমবনো পাওহংজখিএ। হোইদা তৈয়ুমও: মুপি লিংজেন কৎতবী, মৌবা নমদা হুন্না নিপা লমলামবাব,, মিথৈম ভয়ান থাদুংওন খুয়া লোনহাঙ্গী ননা পুকজিখিবী অহুদি মপোক লাংওন অমরকা থঙলেন মৌন্না মৈতনা নুপ্র মিথোইবী৷ য়াহিপ চকচা মুদনা ভায়ুম মিনাই ওইনা অয়ৈ অপুন্না চৈর কদিসেং থৌবাই পাকন পিকনা পোকলৈক, হায়না পাওতাকপিখিএ।

— 0 —

মদাইরেম্না অময়ক পাউহংজখিএ। চিংঙ, সিদবও লমচৎ ময়ম খণ্ডবা মথক মথা খণ্ডবনা, য়াথং ফংতবব, নমজা নমথেকনবব, পুকনিং মথৌসা ওইবা পুকওন পাউওনবাদি মতৌ করিগনো হায়না পাওফঙজখিএ। হোইদা তয়ুমওঃ লহান য়াথং মীয়াইবা কোনোই ময়াথংদগী, মীব, লংজহন্নবা য়াথং লোইখোইন্না বাহৈ লিংজেন চুমদবা, লাইজ ইরৈচগুয়া পুকনিং অরেপ নাইদবদি সাগৈ অমাংবা হায়বহ ওইনা পোকলৈএ, মুপি নিপা নাইদে থৌরম অমংতনে ভাগী নিংথৌ সরেংয়াংমওঃ হায়না অসুম পাওনাকলবাদা চিংঙ, খোইয়ুম লাঙ্গয়িংথৌওঃ ময়ান অভোনদবনা লমনক অতামবদা মীসী মীওঙ্গ খিনা নোংহাম্বা।

মীগী ময়ল হুবা মীগী মিনম সোরি চৎপা অসিদি বারম মতৌ করম্বনোঃ হায়না পাউহংজরবদা, খোইয়ুম সিদবনা পাউখুমখিএ। হোইদা তাইয়ুমওঃ মীগী ময়ল হুবা তেকপী ওকপু হুবা কাওরেন সনব, হুবা কারৈ য়েনব, হুবা থৌবাই মপু খণ্ডনা মোংবা, য়ুমলেন মৈথাবা মীগী ময়ল সোংনা তাংজ লৈ অনি লোংবা মীয়াক মীথেঙ কাহৈবা চাকয়েন উয়েনবা সায়েন ভায়েনবা লংয়েন তাংয়েনবদা কোলৌ কবাম চাউবা অহন সরুক অয়াম্বব, লৌনিং চানিংবা লমচৎ মতৌ খণ্ডবা অহুসিংনা লমলক মীসিথিনা নোংহাময়ে। সাগৈ য়েরুহৈদবব, য়েরুরবদি সাগৈ অমাওবদা পোকলৈএ, সাগৈ ময়ক তিন্দে, হায়না অসুম পাউখ,মএ। ভাগী নিংথৌ সরেং য়াম্না মালেম ফুবাকলৈদা সুনা বাহংজখিএ। হেঃ খোইয়ুম সিদবওঃ মপোক লাংওন ফবা মীওই লাংওন চংথোনবা ময়ল ললয়াম লোইবা মমি মনাই য়াম্বা মুভাই ময়াঙ কাইবা য়াইকা ময়াং কাইবদি থৌরম করিগনোঃ নদাইরেম ঐনা তাজনিংই চিংঙ, সিদবওঃ অসুম পাউহংজরবদা।

চীংঙ, নোংপাক সিদবনা বাওইখিএ। হোইদা ভাগী নিংথৌ সরেং য়াংমওঃ থৌরম অচেৎপা বারম অওকপব, হায়রকে উনবী পুরিং পিনা তাউওঃ।

— 0 —

থোৱাই মপু লৈতনা উনবী পুকপিনা হে. লানকম অরবাদা, থোইমা মমাই লৈদনা, ভিমেন ভানা পাল্লবসুং থোইমুম লাইব, সোল্লা নোং-মল্লবদি হেঃ লান লোইমানা কৈরা ভানবা থোংনা ওকপিরমমে, কোরৌ নোংথাঙ কোদ মুংনাং কাওথঙ কোন্দা সজিক মতুং-ঈন বাথ মমৈ রাইনা রাংনা কাওদা থংনা নিংদা ভাইবং মীপুনসি মিংলেন সিদবব, ওইনা পোকৈলএ। সনা লুপা পুককৈ লনগৈ থনবা মমি মনাই মতু মচা মমুম মকৈনমদা হুল্লা থৌরম অওকপাদা থোইমা মলাই হনচিল্লবা লিংজেন অচুম্ববু।

পুক্লিং মহৌসা ওইরা লাইরা অভোনবব পলেম মমা মপা সক্লা নাওয়োকপিবা, মেক্লা কলক হোদনা থকসি থাসি থঙবা অহন ভাংজ কোক্তা থোংনা য়াথঙ থোইরেন হিবু থমথোইবা, মভিক ললওন চাওবা। অহুসিংদি লাঙওন মপোক অমরক্লা নিথো লৈ-বাক মপু ওইনা পোকলৈএ। বারম লভৌ অমদি নিংথৌ লৈবাক মপুনা থোইমুম লাইবু নিংবা উনমী পুক্লিং লেম্মা য়াথং কোলোই অমেংবা, লাইজ ইরেন পুংগুম চিক-থাইবা, অহুনা কম্বাল চহি ফুইনা কংজৈএ। বারম অওকপা অমদি নিংথৌ লৈবাক মপুনা লংজ অয়োন থঙদনা পাওহং মভোন লোমদনা, অরাল মভিক থঙদনা অৱৈ অপুন ভৌবা মীগী, থৌরাই মাংহল্লবদি, লৈপাক ময়েং ভাঈৱে নিংথৌ কম্বাল মহৈ কৌনা থুনা রাইওংঙে।

থৌরম অওকপা অমদি মমুম মকৈ মতু মনাই থাক্তনা মরান অভোন ভাবাদা লংগুজরবগা, মহাক মদোম অমারক হোদোকচরগা ভিনকম লাইরম থিবিক্লা গুহ চংহৈবা পুক্লিং বাথিনাইদনা অহুনা লাললোই কমনাইবা নিংথৌ ঙমথঙল্লা পোকপবু ভামকঙজরৈএ। মপোক মীওই অমদি লাইরিক মরেক হৈবনা উনবী পুক্লিং ভম্মা লোসিং ভাংথক নাইদবা য়াথং পুক্লিং থংমা লিংজেল কংভা থল্লা

— ০ —

লমদম তরাক্লা হন্জোকপা ঙমলবা, উনবী পুক্লিং চুমথোকইবা থকসি খাসি খঙদনবু খঙহনবা, হয়েং সিগনি খঙদা হোরেন নাগনি উহল্দ নাপন মৈয়াই কাবা নমজ্জা নমথেক্লনা, ঐনি মৈয়াই কাদবা হৌনা লমচৎ খঙদাবা সিংবু ইপা ইমানে লাই কুরুনে হায়না খঙলবদি মতিক ঙমখৈ লৈত্তে নিংথৌ লৈবাক মপুগী য়েৎপী হুইরেন ওইনা উজা কুরু ওইনা মপোক লাংওন কনা পোকলৈএ। য়াংলৌ লম-খাং খুদিংদা লাইজ ইয়োক ফুবু তেনাখিল্লা, নমু মী ওঈবা খৈবিকপু লাইজ ঈথক হানবদি, য়াইফ মহৈ চাওনা নমু লাওইবা পুন্নমক থরাঈ ওইরিবা খৈবী ফপু থৌজান হৈবা অহুসিানা মী অথোইবা মসক অথঙ হৈবা ওইনা পোকলৈএ। ডাগী নিংথৌ সরেংয়াংমও থৌরম অমদি থোইয়ুম লাইগী থৌদা পুক্লিং ময়োন চোং তনজাওঃ লৈরা হৌদবা লমলোই মরুপ অকবা উজা কুরুসিংবু পিজ পিনা হৈবা অহল লাঈ ওঈবা সিংবু, থৌগল হৈনা পুক্লিং য়াকম চেৎপা থোইয়ুম লাঈবু নিংবা কৌবাবু বারম অহুবু থোইবা অমা লৈত্তে ললগী মপুগী মপু ওঈনা লৈবাক নিংথৌগী, পিবা ওইনা য়াথং হায়বা ঙম্বা নিঙথৌ ওঈনা পোকলৈএ। বারম মতৌ অনদি পাথো মমা-প্লনব, সমু মহাক সাংগুম মনিংবা লথাদগী নহাব, মনাও পোকমিন নবগুম মচাওঈনা মনিংবা, নুপি নমু মিওঈবা পুন্নমকপু, পলেম ইমা পোকমবীনে, হায়না মনিংবা তম্বা নিপা পুন্নমকপু পম্থৌ ইপা-পোকমাবানে, হায়না মনিংবা, নবানুরা মথোক কারকপীব, পাইমা ঐগী ইব কমুংগী ঈচানে হায়না নিঙবা, নুরা পাথঙ মথোক কারকপব পম্থৌ ইহনবীদা সাংলকপা ইনাওনী হায়না নিংলবা, হমু মাঈরেং চান্নবাব পম্থৌ ইপাপোকপা ঈপুনে, হমু মৈয়াঈকারবীব পলেম ইমা পোকমাবী ঈবেমনে, হায়না নিঙবা, নমু থরাঈ খাক্কনা চালহৈবা অরৈ অপুল পুন্নমকপু লৌনিং চানিং কোরৌ করাম অয়ামবাব কক্রবা য়াথং অথা অসিন খিবিকপু মাংহল্লবা, মচিল য়াথং অথয়াব

— 0 —

ঙোঙ্গনরবা, অহুব, মী লাংওন অকবা মীওঙ্গ মপোক চঙখোনবা ঙাঙ্গক মহৈ হায়ঙমলোই চিংঙ, লাঙ্গী মরূপ ওঙ্গ। খোঙ্গয়ুম লাইগা তিন্নখিএ, সমু মহাক, সাংব, নম, মীনে, উকয়োঙ্গএ। মপোক মীওই খুদিংব, পাঙ্গল মতিক চাও নম, মীকোকতোং মতিক অসি হায়ঙমলোঙ্গ চিংঙ,লাঙ্গ খোঙ্গয়ুম লাইতিক থঙনা পোকলরবনে। ঙাগী নিংথৌ সয়েংয়াংমও:।

হায়না অহুম পাউতাক্রবদা মদাইয়েম ঙাগী নিংথৌ লৌসিং লাইরু ঙ্গয়েন পূঙগুমনা থুংফাং চাংজৌ চেপনা লোয়া য়াকৎচখিএ। নদাইয়েম ঐবু থৌয়ম মুঙাইবা বায়ম থংকাত্তববু লৈরিয়ে। খোইয়ুম চিংলোই নয়াপঙ অথুববু-ন-তানিংঙ্গে হায়না পাউহংজয়বদা। চিংঙ, সিদবনা মচিল মোঢ়োন নোক্লা পাওমেনজখিএ। তয়ুম থাংমঙ:। থৌয়ম মুঙাইবা বায়ম অথোইবা অমবু হায়রকে। নিংথৌ লৈবাক মপু নমু পোংনে হায়না নিংগনো:। তাইবঙ সোয়ালেন নমু পোংহনবনে হায়না নিংঙ:। মতিক লাংওম অচৌবগী চিংঙ, লাইনা পোক্লবনে। নমু মীবু ওইনা পোকপদি পঙনা পোকঙমদে। খোইয়ুম লেংনা তিবা নস্থং নমু পোংবু ওইনা পোকচগে। তানকংজদবা পুংনে, খোইয়ুম লাইগী মমৈ থবাই পাল্লিবা খিবিক্তী মপোম ওইনা পোক্লবনে।

পন্থৌ পোকমাবদি চিংঙ, সিদবগা পান্দমনবনে। কুরু লাই মহাকনে, পলেম পোকমাবীস্থং খোইয়ুম লৈময়েন সিদবীগা পান্দমনৈএ। পন্থৌ কুরু মথঙগী খোইয়ুম কোলোই মিংলেন তাকপিবা থবাই লাংওন খুদিংদা লান্দববু তাকপিবা কুরুনে। কুরু অহুগী মথংগী আনচি লাইয়ুম থানা-লাইরিক ময়েক তস্নীবা লৌসিং ময়ম থঙহনববু। কুরু লাই মথঙনে, পন্থৌ পোকমাববু লংজয়বদি মতিক ঙম:খ হায়রঙমলোই। চিংঙ, লাইনা য়াজদে লিলফু ময়া কংলবনে। মপোক লাংওন খুদিংদা পন্থৌ পিক্লা থাইনৈয়ে। লংজ অয়োনবা পূয়মকপু কোক্লবা লৈতে মুমুং মতোন লোমলবনে। য়ারৌ সাস্তু

ওইনা পোকলবনে। কুরু ওবা অনিমকপু লংজরবদি লংজ অয়োনববু কোরবা লৈবনে কুরু ওবা মহাককুম্বা অমনা লংজ অয়োন পোক-পনে। হেঃ তাগী নিংথৌ সরেং য়াংমওঃ। ওজা কুরু অনিনকী মতু য়েংহৈ সোকহৈদে। পলেম ইমা পোকমাবী মহাক মকনে। সোকলু য়েংলুরবদি মপোক লাংওন অহুমলকী মথৈ। তাইবঙ মুংসা পানব, কাউদনা পুকনুং অমমবদা নমু মী ওইদনা মাংখিরয়ে। নমু মহু মীতু হয়ানবদি সাগৈ মীরক তিন্দনা লংজ মীসা চাবা লমহুই সাচাবব, ওইনা পোকখিএ। তরা থুপুম হুকলিতৌদা বাইসেং মমচিং সিংপা অহন কুরু মমাংদা থুয়া ইকুল উংহৈদে সমু মথোং নোইনা। মীওই মরক ওইনা পোকলৈএ। মীব, পোংলুমু নংহনবা অবা নংহনবা অলোই মতু য়েবা তমুম মনাই য়েবা, থুংকাই সগাইবা। লংজ অয়োন খওদনা য়েবা অহুসিংনা। সাগৈ অমাংবদা সামু মথুং নিরা উসা লাই লাইথুং থুংনা অবা উংসাই লাংনা নমু মীসিং থাদনা পোকলৈএ। মীগী য়ারা মরল হুবদি মপোক মীওই থুদিংদা পুন্সি চেংজেন কৌনা মরাং অতোন তানা অচা অথক বাংনা পোকলৈএ। হেঃ তাগী নিংথৌ সরেং য়াংমওঃ। থৌরম অওইবা অমদি উনবী পুক্রিং পিনা তাউওঃ।

মুপী লিংজেন কতবী, সমু মহঃকসাংব, লাইজ ঈরিক লাইগুম সেংথোইবী, থংলেন মবা লাইওইনবী চিংঙ, লাইনি হায়না নিংজবী। পুক্রিং উনথম লাইজ ঈরিক হুনগুয়া চিকথোইবী, মুপী মমায়বীব, সমু মহাকসাংগুম মনিংবী। লাইজ ইমোং ইখিল হৌদনা খনবনা চৈরক থাইদবী।, য়াথং চিংসাং থোইরেন হিগুবী নিপা তোঙান-বব, মিংথৈ হায়না য়েংদবী। সাগৈ মপা মতোন ওইনা মনিংবী উনবী পুক্রিং লেম্মী মথংলেনব, কোয়ৌ নোংজা থুদিংদা থৌপল কবী সোইদনা খনজবী। কয়ক য়েক্সা লৈতবী মুপী মীওই চংথোনবী অহুসিংদি মপোক মীওই থুদিং চেংলৌ সককোই হেন্না নিংথৌ লৈবাক মপুম্মী সমু ওইরম থাবী লৈমা কবাল কবী নমু পোংজ পুমমকী। পলেম মমা ওইনা পোকলৈএ। মুপী লিংজেন চেনবী

— 0 —

পুক্নি· লেপ্নীসিংবু খোইয়ূম লাইরেম্মা মতাক্কে হান্বনা নিংজোওঃ লাইওইবীবু পক্সা কায়হৈদে পুক্নিং ইকাযহৈদে॥ লৈপাক য়াইথি নংগী লৈপাক লৈতবদি লৈপাক মরা চেৎতে। লাইরেম্বী পুক্নিং লেপ্নীনা লৈপাক মরা ওইবনে। লাইরেম্বীদা ইকাইহূনা থকসি থাসি থোংগাল্লোল লৈরবদি।

লৈপাক লৈমনা মপুক ওলাংগী মালেম লৈমা লাইরেম্বীনা পক্সা লৈবীদে চেংলৌ মসক ফবা কৌদে উনবী পুক্নিং লেপ্লগু চেংলৌ সকফবী তৌনা কৌএ। তৌবা মতৌ অমুম নগ্‌ গাওইনা থৌনী লাইপাক মৈওইবদা চেংলৌ মসক ফবনা ওইনেএ। চেংলৌ মসক থিরবদি মপি নিপা লৈরে। নমু লাইবক থিবাবু সিংথানৈএ, মপোক লাংওন ফবা চেংলৌ সককোই তেনবা, মরল মথুম লৈবা পাঙ্গমা লিংজেল ফরববু। কোৎবী নোংথৌ কাবওঃ তৌনা কৌএ। মীওই লাংওন থিরবা চৈব অঙ্গন তাম চিনচাক ময়েংতা লাইথুং পোৎলুম ফরববু থমত্রং ষারক্করিবা কৌএ। ষাবম মতৌ অমদি চিংগু লাইরিক লৈবা ইরাং লাইসোন হৈবা লমবু তুবু তাই লথা সিংথা কোম্থা য়াইথা খঙবা লাইরিক ময়েক খঙবা লৈত্রবদি লৈপাক মসিং থাদে। মতৌ ষারম অমদি পুক্নিং থৌত্ত হুংগুম লুঙ্গা। লানফম জালসোক্রবদা খোইমা মমাই লৈদনা অথন নিংপোকপা অথৌ লাংগোনববু লৈতবদি লৈপাক মরা চেৎতে, য়োংপি হিরেন ওই লৈপাক পনলু ওই।

নিংথৌ পাম্বোম মহাক্কে লালফম খোইমা মমাই লৈ। থবাই পাম্মু খঙদবা পাম্বা কেসকপা কৈরেন তেংথাবা, মহুসিংনা লৈপাক পল্লু ওইনবনে, মপোক লাংওন য়াংনা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্মা পোকলৈএ। নিংথৌ ওইবা মপুনা মীওই লিংজেন খঙফান্তা অয়োন অরান খঙফাং য়েংফাংতনা পঙনা থবাই মাংহনবা অয়ে অপুন মাংওই নবদি সাগৈ ঙাইরি য়েংহৈদে লৈপাক মৈয়েংতা ফম্বাল চহৈ কুইনা লাইয়োকএ। সাগৈ ঙাইরি য়েংদনা পুক্নিং বচুমস্থ লংজ অয়োন য়েংনা লৈপাক সামু মথুং থুমজন্না। অরা ঈসৌ লাংহন্দবদি চিংগু লাইবক

মহাকনে। কম্বাল চহৈ কুইনা তাইবং চাকচা চাইয়ে। নমু মীওইবা সিংও কোলোয় য়াথঙ অমেংবা উনবী পুক্লিং তপ্না। লাঈজ ঈপোম হৌদবব, খোইয়ুম লাইরম থাদবনে। পুক্লিং বারক ঙমদা খাম্বী মৈরিক চোংগুম য়াথঙ পাওথি থাকপা। ঙাইরোং সিংগুম সাবা তাউজিং হৈগুম সাখোইবা। নামুং অমৌ খঙবা থুংকাই সাগাইবা য়াথঙ লুকপ্পা পুক্লিং লিংজেল মহৌসা ওইবা তাইবং মীওই কত্তবনা পহিংচাবা সাগৈ অমাংবদা পোকলৈএ। অহন বারি তাদবীদা খোইয়ুম লাইরোন অরুবব, খোইমা নাম্‌কনবা, নাপা সেন্দনরবা অহুসিংদি য়ারৌ সারিংজেন তৈবা হিংচাবা সাগৈ অমাংবনে, নম্ পোংব্ নত্তে। লাইরিক মৈয়েক মীরাইবা। লাইব্ য়াথঙ মীরাই চনবা মীপোক অহুসিংদি লংজ মতিক চাউই। য়ারোসা লেমলৈঙা, নাপী সিংবী উংপু ওইখিবস্নুং বাইথুং পান্দম নাইদে। উবা কুরু নাইদবদি নমু মী সিংথানদে। চহি কুমসিং কৌ মীসি অবা নং লাইথ্ং বারকুনা খরাই পুম্না মাঙবদি খোইয়ুম লাইরমলেন্দা য়োঁখিদে। মপোক মীওইথিনা পোকপনে হায়দবরা।

লাইনা ঔবা চংসা য়াথঙ বাচুমস্নবা চিংঙ্ হয়ি সোম্না নোংমনবা অহুসিংদি নম্ মী অকবা ওইনা পোকলৈএ। হুজিক তাইবং মিত্তা উরিবা অসিবু থোইবা অমা লৈতে। ঙাগী নিংথৌ সরেং য়াংমওঃ নঙোন্দা বারম থাজৈননা হায়রবনে। হায়না অশুম পাউত্তাক পিরবদা। মদাই-রেম্না অমরক পাউহংজখিএ। হেং খোইয়ুম কোরৌ উংঙংথৌঙঃ। হয়েং পোইরৈ স্নুদোন্দা হয়ি-হয়া খুগুং লাংবচক কোনা পাম্নরবদা মতৌ করম্নব্ লমচৎ করম চৎলগদবনো। বারম ঙমখৈ নাইনা তানিংঙে। অহুস্নুং হায়বিরম্মো হায়না বাকৎচরবদা, চিংঙ্ খোইয়ুম সিদবনা পাউখুমলকএ। হৌইদা তায়ুমওঃ, হয়েং হয়ি হৈম্না লাংবচক মমৈ হুইখিরবদা চৎলগদবদি। লমচৎ মরম খঙলরোইয়ে। মকোক মমৈ ওম্না চৎলগদববে। কত্তবা মীনা মপুং ওই অকবা মীনা সোং-লরেয়ে। খোইয়ুম লাইরমলেন পুমদা হুল। পাইমা মপুং য়াঙদা লৌথ্প বা অমা হাই নাপন মম্নাই কানা। লৌনিং চানিংমখৈ লৈতনা নম্ং অমৌ খঙদা মপা-মচা সাগৈব্ কৈথংদ মঙাই মসেন নাইদন মপা-মচা য়ুম থাইননা সাগৈ পিবা য়ুমথাইননা। লৌনিং চানিংবা মখৈ লৈতনা পাইমা মব্ক খঙনা।

—0—

বারম অচুম্বব, সমুনমদা হুল নাপা সেনদাগ্না, থোৱাঙ্গী পামু খংদ চিঙ, লাইগী লোন্দা সামু নাকোংফুন, লৌসিং পুক্সিংকৌ য়াথং লৈথা তা, সাগৈ অফবা, মতিক লৈবাসিংনা নমুমিথা পোন, অৱাইসোলাংনা পাল্লগদবনে, নম্মী মতোন অতোনবা সাগৈ মৱম খণ্ডদবা, সকথি সাথিবা. সাগৈ মরক তিন্দবা পাৎস সলাই খণ্ডদবনা; নম্ মীকোক তোং, মতিক সাগ অফবব্ য়াথুং লুরাক্পনা বায়েন থোদানভেরে য়াথং বাচুমম্বনা অঙাওবা মাংহৈম্ববা লমচৎ বাপেম্বনা নাকোং খোন-জেন মী য়াথং অপেবাদা লৌসিং অসিংবা সানা অহিং মুংথিল নাই-দবা বাগ্নি সিংবুল খণ্ডদবা অঙাং নহা অপিসক্পা, অহন মথককিবু নমজা নমথেক্পনা হনচক ঙাচক সানা, অনা লাঈথুং য়াম পুনসি চহি কৌ, থকসি খাসি খণ্ডদনা, য়ুম্বাঙ বা অমা হাই য়ুথুং বা অমা হোংনা তৈজ সৈয়োন্নবানা, মালেম লৈপাক ঙাকলভেনে কোকসি অপেবনা মতিক ঙমথৈ চাও অমম মিৎপু ঙাকপদা পুক্সিং বাচুম ম্বনা থোইয়ুম লাঈবু নিংবদি সোক্পা লৈররোইএ॥

লাংবা অমম্বদা উনবী পুক্সিং লেপ্পদি " মায়চৌ ,, থোই-থোই বনে, মহাক থক্পা লাংওন মরিমক্তা সুং-পাংনা লালবীররোইএ। তাইবঙ পানবা পুম্নমককী লালনরিবা উপান সিদবা মহাক্কে। ঙাগী নিংথৌ সরেংয়াংমও: সাগৈ অমাংবনা নিংথৌ লৈমা ওইরগদোবনে সাগৈ অফবা সিংনা মালেম লৈতারভেনে। মীগী মতু লমলামবব্ পুক্সিং বাথি নাইদ, হিপনিং চানিংবাম্বং ঙমথৈ নাইররোই। চানিং থকনিং মতোন লোমহন্দা। য়াহিপ চকচা সুদনা পাল্লমভেনে, কিজেৎ চকচা মরাং কাই তালোই মীতুম্ন তাইয়ুম মিনাইখোম মতু-মচা নমদা হুন্না মীগী মতু তোংঙানবাব্ অপাম পুক্সিংচং লৌনিং চানিং মহৌসা ওঈনা মীপাই মিৎফম পুক্সিং য়াং। তাংজ থুৎফম য়াম্না পাল্লভেনে। চাহে থকহৈবা সেৎলম তোরম্বব্ সম্নমদা হুন্না পারম পুরম লেনব্দি থৌরম থোগাউরভেনে।

— 0 —

থৌরম নত্তবা চাহি তৌহৈবা খৈবীকপু, ফিসেং চকচা হোং নিপা মুপী মতিক অপিসক্লা পুক্লিং মতিক নত্তবা লৈমা নিংথৌ মতিক চাউবা ফিসেং চকচা অথোইবা থৌরম অরুম্বা খৈবিকপু পুণ্ডম থাণ্ডম-দবসিংব, । মতিক ঙমখৈ খণ্ডদনা পুক্লিং অপামচং নাপন মৈয়াইকা পাইমা মপুকমুংদা ঐ নাণ্ডাইরে হায়না, নিংলগদৌবনে । অং অরাই খণ্ডদনা চৎঙেনে, লাংবা, ফৎতবা কৌবনে । ফৎত-অমম্বব, লাইজ ইরৈ চনবগুম্বদা উনবী পুক্লিং লেপ্পা । য়াথঙ বাচুমমম্বদি পুন্সি চেংজেন কুইনা রাইওংঙে । হে: ঙাগী নিংথৌ লৌসিংবও: । নঙোন্দা বারম থাজৈ নাইনা হায়বিরবনে । বারল অমদি নংদি হয়েং হৈয়া চক্তা য়াইফ মীপোক অথোই চংথোম্না নিংথৌ অকবা মপুথি কৌনা পোকঙম্মো মোবা পালি লৈবা কৌনা চৈনৌ স্না খুতুপ তরেৎ থোনখৎপা লৈবাক্তা লৈঙাম্বা । নমোম অনিস্নুনা পোকৈঙনে নমোম অহনবা ফুইঙদি চিংঙ, ঐনা লৌরগে, অমা কোম্না সাংপদি নিংথৌ থাগী নহা সাকবনা লৌরইঙনে । হায়না অস্নুম পাউমেনবিরবদা ॥

মদাইরেম ঙাগী নিংথৌ সরেং য়াংমনা মানবী খুত্তপননা মালেম থৌরৈ লৈকাবনা পুরুমখিএ ॥ হে: খোইয়ুম সিদবও: নদাইরেম ঐব, খোইয়ুম নথৌ চানা চিংঙ, নরন কুব, কুবিরবদি । মপোক মীওই খুদিংদম্নু খোইয়ুম সনা নখোঙ খাদা খুৎকাঙ চাংজৌ তরানা কংজগে । হায়না অস্নুম বাকৎচরবদা চিংঙ, সিদ্দনা বাহমখিএ । হোইদা ঙাগী নিংথৌ সরেং য়াংমও: খোইয়ুম কোলোই ইয়াথঙ মীরোন লাইরোন মুঙাইবা । বারম অথোইবা অসিব, নম, পুক্লিং য়াংবা থমুঙ য়াকম চেংতপা লাইরোন মীরোন স্নদবা । লৌসিং পুক্লিং কৌবসিংনদি চিংঙ, লাইরমুলেন মুঙাইবা অসিব, উনবী পুক্লিং পিনা নাঙাউও: । ফৎতবা কোংবালৈরেন পোংকুম্বাব, কোরুবনে উনবী পুক্লিং পিনা নাতা সেন্দানা সান্নরবদি মমিং ভাংবনা মিংসেন সককোই চেংলৌ য়েংগুম্বা নাকোং ফুনবা মীনা চিংঙ, লাইগী লোন খোইয়ুম লাইরিক

— 0 —

তাপুম্বনে। সিংলেন অরেম্বনে মপোক লাংওন খুঙিংদম্ম তাম্মুম মীমাই ওইনা পোক্লবনে। নম্, লিংজেন ফংজতব্বসিংগীদি, থমমুও থোঙারেনগী মদাইরেম চাওগদ অকনবা চেংলো সক্কোইথিবা য়োংকী থেঙ্, গুনা ফংতা লৈথাতানা, মমা লখা মরুফুমরি মক্তা থমমুং ম্বারকনগে হায়না চিংগোই পাওমেনজবদা। মদাইরেম্মা মালেম ফুবাক লৈদা পক্লা পুরুমজরবগা চিংঙ্, মাংদা নোংহামচিএ। চিংঙ্, সিদবা নোংপোক অচিবদি কোয়্রৌ মালেম তাইবং অহুম মক্তা নোঙমদা সাতরেং লকপল্লা কোইনা চংতুনা মালেমগী লৈরিবা অচৎ চঙ্তা লেংলি পাল্লৌবা থরাই পানবা পুম্নমককি লাইপক থেরঙ্গ চিনা ইবা চংথিয়্রে চিংঙ্, নোংদম্বা কৌনা॥

হম্বিচককী কুমছিং মতোন লোমথিবগা চিংঙ্, কোলোই ময়া-থড হৈম্বা লাংবচক হৌবগা ঙাগী নিংথৌ সরেংয়াংমনা। নিংথৌ মপুথিবা কৌনা পোকথিবগী ব্বারম খৈবিক লৈখিরিয়ে॥

## ১৯ শুবা মতাং

# য়াচেং পথুপলোন

হৌজিকতি লমলেন অমা হায়গে হেঃ মীওইবওঃ মী অফবদা ফংজরবদা মী লিংজেল ফংতবা মীসিং কয়াগী মপু মবেন মমা মপা ময়াম্বা মপি শংনবা ব্বারম কয়াবু মথং মথং হায়রককে হেঃ মী। পাথাংকোক পুথাংকোক্কি, মতিক মসককী মচু মমেন চাকচা ফিসেং মরোং ময়েক মমিং মথা খৈবিক থায়না হায়গৎলককে লাম-না তাওঃ হেঃ মী॥

১—খুৎনিংথৌ থম্বালদা লৈবা লাইসক মচুদি সংপানৈএ। ফি-সেংতি ফিগে মৈরিক মানবা সকলৈএ। নারিনবু থাংকম লাকা ওইনৈএ। ঈসিংস্থ কা নকনৈএ। মমিংদি লৈনপকা কৌএ। অসি লৈবগী খুৎনিংথৌ কোএ। ২—খুয়া সেনফুদা লৈবদি মচু হিকোক্কে

—০—

ফিসেৎতি ফিগৈ সনানে, খুৎসুদি থাং অকোইবা সুইএ। লৈদি চোমলাং মাপান চিল্লে মমিংদি লৈহকহল নয়াসাবা কৌএ। অসি লৈবগী খুয়া লেনফু কৌএ।

৩—খুয়াদা লৈবদি মচু মেন মানবনে, ফি:সংতি মকোংনে, মখুৎ অমনা মুঙসিংকী খোঙ্গেন সুইএ, য়েংতা সরিক সইএ। চাবদি হিয়াঙ্গী চাঙ্গীএ। মমিংদি লৈয়ারেন লৈনুঙ খোমচিকলিবা কৌএ। অসি লৈবগী খুয়া কৌএ।

৪—খুচিন খাদা লৈবদি মচু অমুবনে, মখুৎ মরি পাল্লে মখুৎ অমদা থাংসাং সুইএ, মখুৎ অমদা চুংকোই সুইএ। মখুৎ অমদা থম্বাল সুইএ, মখুৎ অমদা সাচৈ সুইএ মমিংদি ঙমসং সাথিং সাথিং ঈথিবা কৌএ, অসি লৈবগী খুচিংখা কৌএ।

৫—য়েৎকী খোংপীগী তুপু কৌএ, ৬—খোংতোনপী তায়ে কৌএ ৭—খোংয়াইতি লাইখোমতাও কৌএ। ৮—খোংনিংতি লাইমৈ-সঙ কৌএ। ৯—খোংনাওপীতি য়ামাইবনে, ১০—ওইকী খোংপীতি লৈসাং তাও কৌএ। ১১ খোংতোনবীদি মুংবা লেংবা কৌএ। ১২ খোংয়াই-তি লৈকমতাও কৌএ। ১৩ খোংনিংদি লাইমৈকক কৌএ, ১৪ খোং-নাওপীতি মাংতিং লেংতা কৌএ, ১৫ খুচিন কুল মককী মমিংদি মৌতাহিং কৌএ। অসি লৈবনা খোংপী খোংনাও কৌবনে।

১৬—খুনমদা লৈবদি লমপু কৌএ। ১৭ খুচিন্দা লৈবদি মিরু হিং কৌএ ১৮ খুমিং অনিমক্তা লৈবদি সনাফুদোংবনে, ফিজেৎতি অমুবনে, মখুৎতা চুমথাংখনবা শুইএ অমদা থবীয়ুম সাবা শুইএ মমিংদি লেফুলেন নাহৈবা কৌএ, অসি লৈবগী খুচেং কৌএ, ১৯-খুপোম অনিমক্তা লৈবদি মচু লৈচিননে ফিসেৎসু লৈচিননে মখুৎ অমদা মুকাকলৈ সুইএ অমদা পঙকোলৈ সুহএ, মমিংদি ওকপী সানোই কৌএ। অসি লৈবগী খুপোম কৌএ।

২০—খুরাইদা লৈবদি মচু কোরিনে ফি:সংতি অপানবা সেৎলে খুৎসুদি তিমেনলৈ অঙোবা সুইএ, মমিংদি নোংথাং লেন কৌএ।

— 0 —

অসি লৈবদগী খ.রাই কৌএ, ২১ খ.কম্ন কৌবদি মচু ঙাংনা পাল্লে ফিসেৎতি অপালবা সেং.ল, খ.মুদি সনারিক পৱেংসুইএ, খ.ৎ অমদা থাং অকোইবা সুইএ, মমিংদি কঙসু কৌএ, অসি লৈবগী খ.কমু কৌএ। ২২—কপলাক্তা লৈবদি মচু মকোংনে ফিসেৎতি অসংবনে খ.ঙদি সরিকনে মখ.ৎ অমদা চৈঙ গুইএ, মমিংদি ফিংকিংলেং হকপা কৌএ। অসি লৈবগী কপলাক কৌএ।

২৩—কৈপাক্তা লৈবা লাইদি মচু অঙৌবনে ফিসেৎতি পসো ভনে, খ.ৎমুদি কবোকলৈনে, মমিংদি লংবি সানোই কৌএ, অসি লৈবগী কৈবাক কৌএ। ২৪ তায়বঙ উকারক্তা লৈবা লাইদি মচু অঙাংবনে, ফিসেৎতি হেকোক্লে খ.ৎমুদি থৱো সুইএ. অমদা থম্বাল গুইএ, মমিংদি কানপ কৌএ। অসি লৈবদগী তাইবঙ উকা কৌএ। ২৫—উ.কা মুঙদা লৈবা লাইদি মচু অসংবনে, ফিসেৎতি লিক্লানে খ.মুদি থেজ. সুইএ, খ.ৎ অমদা লৈহাও সুইএ, মমিং কুহিংচেঙ কৌএ, অসি লৈবগী উকা মুঙ কৌএ। ২৬—উকামুঙগী ময়োন হক মরক্তা লৈবদি মচু লিক্লানে, ফি.সংতি অঙাংবনে, খ.মুদি থম্বাল সুইএ, মমিংদি কাংথিরেন লিকমাবা কৌএ অসি লৈবদগী উকা-মুঙ ময়োন হক কৌএ।

২৭—সিংলিদদি হঃ রঃ সঃ কৌবনা উয়োন্দা থাংএ, উচিন্দা লৈবদি মচু অমুবনে, ফিসেৎতি অঙাংবনে, চাকচাদি তম্ফা মনিক চাইএ। মমিংদি চিকিং হিংসী কৌএ; সিংলিদি সঃ রঃ হঃ কৌবনা লৈমলেনগী লৈয়োন্দা থাংএ, মমিংদি ঙাইতেঃ তেঃ মুহিং অক. আলি লৈনপক্তা কৌএ। অনিমক পুকতিম্নরে চিংতেতে নপমু কৌএ, লৈয়োন্দা থাংএ হংথোং হাংনাবগী মমিং পুরী হাংনাবা সনাথিংনবনে, সেক্লিং সংহিং কৌবনা লুম য়েঙ্গা থাংএ। ২৮—লুমদা লৈবদি মসক বাহোঙনে, মচুদি অসংবনে ফিসেত্তি অমুবনে, অমুবা হিকোক অনিমক ফিসেৎ ওইএ, মমিংদি মিহিংসং কৌএ চাকচাদি হৈরি চাইএ। অসি লৈবগী লুম কৌএ।

—0—

২৯—ঈসিং ম্নাকমদা লৈবদি, পিসিন কাংপি কৌএ, মচুদি হিকোক অসংবনে, খুৎন্নুদি খরো ন্নুইএ, লিন্দু থাংসেৎলৈএ। অসি লৈবগী সৌপোনপি কৌএ। ৩০—পেংকাঈ ঈসিংগা ঈকাম মরমদা লৈবদি পেংপি সানোইনা ঈসিংগী থোডদা কমএ, ঈখাঈ চাবনা কমএ। ৩১—পিরাইদা কমহনা লৈবদি মচু সেম মানলে ফিসেত্তি কোনপিরৈনে, চাকচাদি নম লোম্না চাইএ, মমিংদি পিসিনখোম্বী কৌএ। অসি লৈবগী পিরাই কৌএ। ৩২—পিরাঈ মথক্তা খুত্তোন মরমদা লৈবগী মচুদি মৈনে ফিসেৎম্ন ফিকেনে, খুৎন্নুদি খম্বাল অঙাংবা ন্নুইএ, চাকচাদি সংকোম অহিংপা চাইএ, মমিংদি লৈকৌএ, লাইরেম্মগী মমিংনা ন্নুঙ চারিবী ন্নুংনপপী কৌএ। লিথুপ অমদি তিম্নিরেন কৌএ, লিথুপ অমদি তিনন্নুরেন লৈএ, লিথুপ অমদি লাইমুরেম্নে।

৩৩—খোয়দা লৈবদি ভান্নু কাংঙপি মকোককুম্না তরেৎলক-কোঈনা লৈএ, ময়াইদা হোঃ-হা হোম্ন্োকলকএ, নিংভা-সা-হাম্বনা চিংসিনখিএ, অকোয়বা লৈনফুদা লৈবদি মচু হিকোক্নে ফিসেৎতি ফিকে সনানে, খুৎন্নুদি সরিক খম্বাল ন্নুঙসিৎকি খোঙ্গেন অহুম অসি ন্নুইএ, লৈদি চোম্নাং মপাল চিনলে, মমিং তরংঙাং কৌএ, খোয়রি কোকথোক-পনে, নাওকমনে, মসিদি হয়েং অমরক্তা চিন্নবা লৈনে, লৈম্না মাঙদবনে খঙওঃ হেঃমী।

৩৩—অসিবু খঙলবদি লিনকোঈ অহুম্নক্নে অসিনা লৈবদি মসক খুত্থুপ অমনে, মনাদি হম্মাইনে, হুম্বন্নু হুমএ, মসমদি খুত্থুপ তরেৎ কুইএ, মরেপ্তি কাপ অমত্তনে, সক্লা পাং অমদা সনা লুপএ, পাং অমদা লুপা লুপএ, ফিসেৎতি মৈফা নিকএ, লিস্তু অচংববু থাংকম লক্তা ওইএ, ঈসিংগা নক্লৈএ, ইম্নবা ফিকে সনা ফিরক লুপা লৈনপফি ইনলে, অহাও অথুম্বা ওইনম্বা খুত্তা ন্নুইএ, মমিংদি লেনপক্তা লৈহিংন্নু লৈনপপী কৌএ।

— 0 —

৩৪—মুংকোইদা লৈবা মচুদি সনা অহিংবনে, ফিসেত্তি অঙাংবনে, খুৎস্পদি হেংরা মনিক সুইএ, থাংসাং সুইএ, মমিংদি সনা কোন সোরেন কৌএ, চাকচাদি অসংবা অঙাংবা অমুবা টাইএ। মুঙসিংকী যাফমদা চংএ, মরিদি খোয়ত্তো য়াফমনে, মুঙসিংকী অসংবা অমুবা অঙাংবা অহুমক অসিদি লৈপাক্কী উযুংমেন পুনারিএ, অমদি ভিমে অমদি লাইনে, কুঙ্কুম সিদবনে।

ভিনগী মমিংদি লেংলেন লৈপানবা কৌএ, লাইগী মমিংদি লাইসং ভাংহিং কৌএ, কুকম সিদনগী মমিংদি লৈসং লৈপুম্বা কৌএ, খোইলনও খোইনে, বুমলেনতি খোইগী মথা খুত্তোনত্তা লৈবনে।

৩৫—অসিগী নঙসিং অমুবন, হুম-হুম মাপ-নাওবীনা চিচিলও: মুঙসিং অরাওবনু খেংলাওনা চিংসিনও: মুপী অঙাংবনু খুয়া লেনফুদা হুমলও: দা চিচিল্লোও, লেনফুদা থমও: অরাওবনু হুক হায়না চি-চিল্লোও: মমিং খুহসং অসিনা খুনম অনেমক্তা থমও: সায়োনগী মতু ইন্না লাংওন পুনসি খঙনা মুঙসাংলবনি খঙউ:।

৩৬—য়'দা মুঙসিংকী মরি চংলি খোইগী মথক্তা লৈবদি মচু নোংাথসং কৌএ, লাই মুপী অনিনা মঙামকপু কৌনা লৈএ, চাক-চাদি থালল মনা লোংনা পা। তক্কমক খুৎচুপনা লৈএ, মমিংদি লৈমুঙ লোনা খোমচিবিবা লাইবেন পোরোম খোক্কা লৈবা কৌএ, মনাক্তা মুঙপনলোন তরেৎ ঈসিং পনলোন তরেৎ ঈথিন চংহন্দনা ভাংনা লৈএ, ম্যাদি থাংনে, মমিংদি কোংঈবা কৌএ, মথক্তা সনাগী থম্বাল অমা লৈএ, মচুদি অঙৌবনে, ফিসেৎতি অমুবনে, অমদা অথুম্বা পাইনা লৈএ, মমিংদি পেনাপ সানোই কৌএ।

৩৭—সিংলি হিংতেম কোবনা য়ুপুঙ ঈপান্দা থাংএ, সেক্লিংদা লৈবদি মচু অপালবনে, ফিসেৎতি অঙাংবনে, মমিংদি মিহিংচি সিহিংঙক কৌএ, সিংলি লৈসংলি কোবনা সেক্লোংদা থাংএ সেক্লোংদা লৈবদি মচু অপালবনে, ফিসেৎতি অঙাংবনে, মচিল মরি পানে চাকচাদি

অসংবনে, অঙাংবনে, অমুবনে. চাইএ মমিংদি চিংবা ঙমসং কৌএ।

৩৮—হোপতা লৈবা মসক্তি সংলৈ অথকপা মচুনে, মচুমু মকোং নে, ফিসেংভ মকোংনে, চাকচাদি নুঙসিং অসংবা চাইএ. মমিংদি অরিংতাবে সারক কাবে অমরকতে সিংল কৌএ, থম্বাল অমদা লোংনা পানলে, মঙোন্দা সিংলি অনি লৈ, হ: র: স: না খোং-সাবীদা থাংএ, মসক্তি থম্বাল কুমএ মচুদি হিঙোন অহিংবগি মচুনে ফিসেংভি হিকোক্লে চাকচাদি অমুবা চাইএ মমিংদি ঈরি থাম্নবে ঊংছং হরি কম্বা হয়ুম অসিনা সোনহনা চানিংবনে।

৩৯—খৌনাওদা লৈবদি মমিং ঙাংতবং তেংখন তোনলাংলে কৌএ খোমলাং ভাচিন ইনৌ ছকম তায়বঙ চিলতম হৈবী অনি মক্তি পুঙনে, পুঙ অনিমক্লা লৈবদি মচু হিকোক্লে. ফিসেংভি অঙাংবনে মমিংদি বানসৌ কৌএ, থবাক্তা লৈবা মসক্তি কুম-কুমা থাংয়োনবনে, মমিংদি হককাথি মিহিংসোঈ অনিমক থিকয়োন সোইহক মিয়োন সোইলুম কৌঈ থাবং চাবংলিক কৌএ।

৪০—খৌরিদা লৈবদি মচু কোংকানে ফিসেংভি অঙৌবনে ঈসিং ঈরোং অনি কাংবৰু য়ানেক্লা লৈএ, মমিংদি হিক য়ভং কেএ ঈথম খোসা নোংদা লৈবদি মচু লৈচিননে, ফিসেংভি অঙাংবনে, মমিংদি ভোংসং পুঙ কৌএ, অসি লৈবগী ইথম খোঙসা ঈনুঙ নোংসা কৌএ।

৪১—নিংকোংদা লৈবদি মচু অসংবনে, ফিসেংভী অঙৌবনে, খুংসুদি থাংঅকোইবমদা সাচৈ সুইএ চাকচাদি নোংভা মনিক চাইএ মমিংদি ভোংকে কৌএ অসি লৈবদগী নিংকোং কৌএ।

৪২—খুরাইভা লৈবা মচুদী অঙাংবনে ফিসেংভি অঙাংবনে চাকভি হৈ: পোৎ মরোংনে মমিংদি সংপম লেন কৌএ। অসি লৈবদগী খুরাই কৌএ।

৪৩—য়াংলেন সমলি অনিমক্তি য়াংভৌনে সিংলি ভোংসং কৌ-বনা য়াংদগী খুনিং থম্বান্দা থাংএ সিংলি ভোঙসঙপুঙ ।না।

— 0 —

ওইগী থৃরা-নিং থম্বান্দা থাংএ, যাংলেন্দা লৈবদি তুবী সিদাপুঙদা লাইরেন নাসিন্নবা লৈএ, তুবী মথন্দনা য়ানসনবা লাই মথনদনা তিনসেনবা লৈএ, মমিংদি সংমন মরুহিং কৌএ। অসি লৈবগী য়াংগেন কৌএ. য়াং নারবদি থুনমদা সোন্নগা য় াং অনাবদা থক থা থুনম্না তক্কাদবনী থঙঙঃ সোন্নবদি সংমান মরুহিং তুবী সিদম্নবা ল্লাইরেন নাদম্নবা তুবী নয়াং তেক্লে নয়াং সম্মু তুবী তোংকায়রে তোংসম্মোঃ। নপা ইবুংঙো সালাই লেন স্না চুকচৈ কনবগী স্না য়াথংনি লু-য়াং সম্মোঃ।

৪৪—য়েংকী তোংসা কোবনা য়েংকী লুথমদা থাংএ, সিংলি তোংসংপু কোবনা ওইগী থুনমদা থাংএ, লেংপাক অনিমক্তা লৈবদি মীবু য়োকপী থাকপিবা, ঙাকপীবা চানবীবা লাইনে, ফিসেংতি অঙোবনে, মচুসু অঙোবনে, মঙকত্তা সনরিক্কা হিয়াই পরেং ওঙনা ঙানবানা থাবনাঈ লিক্লাংগুম ঙংঙোঈ য়াম্বানা ঙানবনে। মথুং য়েংলোমদা হিয়াঈ পরেং পায়বনে, ওইরোমদা লাইগী মরি লৈবা থৈবিক পরেং সুবনে অথুম্বা ওইনম্বা পাইএ হরাও তয়াম্বা ঙরাবগা হরাওএ মমিংদি মিকিং হিং মিহিংসাং কৌএ. অসি লৈবদগী লেংপাক কৌএ।

৪৫—নাকোং য়েংলোমদা লৈবগী মচুদি অমুবনে, ফিসেংতি ফিকেসনা সেংপনে, থুংসুদি য়েংকী মানচৈ সুইএ, মমিংদি চক মরেংবা কৌএ। ৪৬—ওইগী নাকোংদা লৈবদি মচু কোনবীরৈগী মচুনে ফিসেংতি অঙাংবনে থুংসুদি মানচৈ সুইএ, মমিংদি কোলেম কৌএ। অসি লৈবদগী নাকোং কৌএ।

৩৭—সেক্যাক য়েংতা লৈবদি, মচু সংপানবৈএ ফিসেংতি অঙোবনে, থুংসুদি থরো মপান সুইএ, মমিংদি থারিক অনিমু কৌএ। ৪৮—ওইগী সেক্যাকতা লৈবদি মচু অঙোবনে, ফিসেংতি হিকোক্লে থুংসুদি থম্বাল সুইএ, তক্কা থুদোপ সুইএ, মমিংদি সনাথোমমুবী কৌএ। অসি লৈবগী সেক্রাক কৌএ।

৪৯—থুপাক ওইদা লৈবদি মচু মুনা ঙাংএ ফিসেংতি অঙোবা অঙাংবা ইম্না অতেক অসং য়াম্নবা সেংলে, মথং ম পানলে,

— ॥৷ —

মথুং অমদা থেংজ্ঞ সুইএ, মথুং অমদা সমুকাত সুইএ, মথুং অমদা অনম অয়োক সুইএ, অয়েক অথাং সুইএ, মমিংদা চিসাত্তো কৌএ, অসি লৈবগী থপাক কৌএ। ৫০—য়েংকো থপাক্তা লৈবদি সাইত্তোন কৌএ, থুত্তোনবীদ থুনথা কৌএ, থংথাহাদ মেঙাং কৌএ, থনিংথোদি চরোইবা কৌএ, থংনাওবীদি সমারক কৌএ।

৫১—ওইগী থবীদি চিনপোমপা কৌএ, থত্তোনবদি থংনং কৌএ। থংখাইদ থংনম্বা কৌএ থংনথোদি লাংজো কৌএ। থংনাওবীদি বানপি কৌএ। থচন তরমক্তা মমিংদি সৌতাহিং কৌএ। থংনম সেং ওইদা লৈবদি মচু চানা কৌএ, ফিসেংতি অসংবনে, থংসুদি সম্রিক ওইএ সুক্ত সংকী থোঙ্গোম্ সুইএ মমিংদি সংকোইরেন কৌএ। অসি লৈবগী থনম কৌএ।

৫২—থনিং সেং ওইদা লৈবদি মচু অসবনে, অঙাওবনে, ফিসেংতি অঙাংবনে অসবনে য়াইরএ থংসুদ থাংঅকোইব সুইএ মমিংদি থংপোংলেন কৌএ। ৫৩—পামপোম য়েং ওইদা লৈবদী মচু লৈচিননে ফিসেংতি অমুবনে থংসুদি সমুকাওনে মমিংদী পোথাংলেন কৌএ অসি লৈবগী পাকোয়াম কৌএ।
৫৪—লেংতোন য়েং ওইদা লৈবাদ মংহিংচিরেং কৌএ। ফুহিং মঙান ওইনৈএ, মচুদি অঙৌবনে, ফিসেংসু অঙৌবনে, মঙক্তা হেরা মুক্তা সিএ, ওইরোমদা লাইয়েক লাইরিক সুইএ। মমিংদি সিংকিহিং মিহিংসং কৌএ॥

৫৫—চুনাচকাং য়েংলোমদা লৈবদি মচু অমুবা ফিকে হিঙোয়ে, থুংসুদি লোংকী চেস্ন সুইএ, মমিংদি চকমায়বা কৌএ। ওইরোমগী নাকোংদা লৈবদি কোনবীরে লৈচিনলেজে, ফিসুতি অঙৌবনে, থুংসুদি মানচৈ সুইএ, মমিংদি কোলেম কৌএ। অসি লৈবগী নাকোং কৌএ।
৫৬—সেংক্রুক য়েত্তা লৈবদি মচু সংপাননৈএ ফিসেত্তি অসংবা সেংলে, থুংসুদি লঙ্কু থরো মপান সুইএ, মমিংদি, থারিকমু কৌএ।

— 0 —

কোরোং অনিমক্তা মরক্তা লেপ্পদি মমিং য়ুম্লেম্ন কৌই, অথা অন্নাক অসিন অথুম লৈবা থৈবিক খওএ।

৬৭—লৈথাদা লৈবগী মমিংদি পিস্নান সেনগী মরু লেমক্ক কৌএ মাদি ইমানে, তায়বঙ পানবা থৈপিকপু নিল্লম্বদি ইমানে, মাদা লৈবদি মমিং সরৈরিং তোম্বা কৌএ, খদাংদা লৈবদি মমিং সংমাপিবা কৌএ চলবাক্তা লৈবদি মমিং পিসিন খোম্ন কৌএ চিনথান মথক্তা লৈবদি মমিং থুইমু চুচাবা কৌএ, য়েৎলমদা লৈবদি মমিং পিম্ন কৌএ। ওইরমদা লৈবদি মমিং অরৈম্ন কৌএ। খচাইদা লৈবদি মমিং ভরেং- লেন কৌএ, তোম্বাসাংম্ন কৌএ।

৬৮—চাইরুমদা লৈবদি মমিং মীমাহেন লৈরেনথা কৌএ. ওইরমদা লৈবদি মমিং ভাসনা মী মহেন কৌএ। সিংলিদি হঃ হঃ সঃ কৌবনা নাতোন্দা থাংঈ, নাতোন তিংনে মাতোন্দা লৈবদি মমিং মিমী কারুহিংহিং কৌই, অসি লৈবগী নমথি থিনা কানৈঙ ভনা চাইথুং ফংভবা খঙহনবা, অমনা অহ ওঃ অথুম অথা অয় ক অচম মনম পুন্নমক খঙই, মহাক্তি সেন্নে য়েৎতা লৈবদি পুলেমপা কৌঈ, ওঈরমদা লৈবদি বাইথা চেংনে, নাথাঙদা লৈবদি মমিঙ পিলী হরঙলেন কৌই। অসি লৈবগী নাথাঙ কৌঈ।

৬৯—সিঙসঙ হঙরঙসঙ কৌবনা নাদোঙ অনিমক্তা থঙই। নাকোঙ য়েৎতা লৈবদি মমিঙ সঙথক হিংথক হিঙ কৌঈ; ওইরমদা লৈবদি মমিঙ সঙতরেং কৌঈ. অসি লৈবগী নাকোঙ কৌঈ। য়েৎকী নারুমদা লৈবদি মমিঙ তুমমিনহিঙ মিহিঙহি কৌঈ,, ওইরমদা লৈবদি মমিং মিনহিন ভাংতুম্বা কৌঈ. অসি লৈবগী নারুম কৌঈ।

৭০—মিং অনিমক্তি মুমিং থানে. সিঙলি লৈসঙলি কৌবনা মিত অনিমক্তা লৈরে অমদি তু-অহিঙবনে, অমদি তিনঙোরেম্নে, অমদি তিমুরেম্নে, অমদি তিনঙাংলেম্নে, অমদি তিনলাইরেম্নে, অমদি সঙ্গোম অহিংবনে, মমুঙদা লৈবদি মিংচিরা ইপায়ম চুপাংনে মমুং- গীদী পচেং মহাক্লে, অসি লৈবগী মরমকি পোক মহাক্লে।

— 0 —

৭১—পিত্তম মথক্তা লৈবদি নোংতা ভুকুপলেং কৌএ, অসি লৈবগী মিংকুপ্পনে, নমসা নমনা থৌগল তৌকমদা থোংথিংবা অমা লৈএ, মমিঙদি সমনিক কুণ্ডণ্ড ঙকচারেন কৌএ, অসি লৈবগী লাই-পক কৌএ। কোক্তা লৈবা সিঙলি চামা নিপালগী মমিঙদি হিঙতেন কেৌএ, কোক্তী মমিংদি খোমতাওপী কৌঈ।

৭২—লুমাং লু'চন মতোক্সা লৈবদি মমিং মিং মরেংবা কৌএ লুবাই লেম্ফুদা লৈবদি খোংলেন কৌএ। অসি লৈবগী লেম্ফু কৌএ। লেনফু মহাক থিংবগী মমিংদি ঙমসঙসা কৌএ, লুবাই লেমফুদা সম মতাং পানবা তরেংপু কৈজা সানা ফমবদি, মসক সমুনে। পাপোম মরি পানলে, খুংগুদি চুক্লোই থাং সুইএ, অমদি উতুপ থেংগু সুইএ অমদি থৌরি কোংগোই সুইএ, অমদি অথুম্বা পায়না লৈএ, মমিংদি সেনকুপুংনে সমনিক কৌএ, অসি লৈবগী লুবাঈ লেমফু কৌএ

৭৩—থোপপু য়োম্না লৈবদি, সিংলি হঃ রঃ সঃ কৌবনা য়োম্না লৈএ, মমিংদি সংথোপহিং কৌএ য়াংলি লুসমবু লিক ওইনা লৈ-বদি মমিং সং হঃ রঃ সঃ সংঃ কৌএ, থম্বাল অমুবা পায়রিএ, সিংলি হঃ রঃ সঃ না সনা তাংপন ওইনা ফমএ, মিং অনিমক্তী মরিগুং নাকোং আনিমককি মরিংগু নাতোন অনিমককি মরিগুং তিননারে অহু লৈবগী কুরুমচিং কৌএ।

৭৪—মথনতানা ঙানহুনা লৈএ, মুঙসিং মাপনমক্না য়োমহুনা পুঙবিরে পেরে সরিক মুঙসিংকী খোঞ্জেন ইনিলখোন অসি খৈপিক তানা লৈএ। মাপু থংপতি থংচিংনে থংচিঙ ঙানা ঙানলিবা অহু খৈপিকপু লোমলে থুপম অমদা থোকখি মথক্তা সিংলি হঃ রঃ সঃ সং কৌবগী মসা লিমকোই মথকতা তাংপন ওইনা ফমএ, মমিং অসি খৈপিকপু য়োমলে হায়বগী হৈরোম সিদবা কৌএ, হেঃ মী ওইবাওঃ অসি থঙওঃ॥

— () —

৩৫—ঈসিংপু খাগ্নি থোক্লে ঈসিং অছুগী মথাইদা পমবাল অমা লৈএ থম্বাল অহু মনা অনি পানে মরি অংন্দি এ-এ-এ নে থম্বাল অত্তবু খোঙ্গমুনা চুপনা লৈএ, মমিং তয়ংঙাং হংপা কৌএ। অথোইবা লাইনে খণ্ডওঃ, মমিংদি অতিংকোক কৌএ, অতিঙংকোকী মনুংদা অমুবা লৈএ অমুবা মনুঙদা অতিঙা লৈএ অতিঙাগী ম ঙ- দা অঙকোঃ লৈএ, অকোগী মনুঙদা অপালবা লৈএ. অপালবগী মনুঙদা খোঙলি অনিমকপু লৈ।
খোংলি অনিমক্কী মতোন্দা অপালবনা মঙারক চুপ্পনা লৈএ, অসি শবু কোংপোনন লিক্লা ওইএ. অপালবগী মনুংদা অঙোবা মিরেম্না লুংংলে অঙোবা মীরেম্না লবাঙনা কুম্লে অসি কুম্বগীবু লছুং কৌএ, লছুং অহুদা লেবা মমিংদি খ্রিং ঙাংঙ্লেংবা কৌএ॥

চারি থক্লিবা খৈপিকপু মরম অনি চাওঃ মথম্ অনি সেংওঃ মনম চিনওঃ নিংথৌ অনিমক্কী থোং দ মিং মানে য়েংলম তুংলবদি নিপানে, ওইরম তুংলবদি নুপীনে, লাইগী খয়াদা মিঃ অমা লৈএ, কুরুম্না মমিং থোনবিরে ঙাংক্রবা কৌএ, সিংলি হঃ রঃ সঃ সং কোবদ চংথথ্রবদি, নুপী নাযে. হেঃ মাওইবওঃ অসি থোইবা রা অমা মরোন লোনদৈ লোন অমা অমুক তাপনা লৈত্রবনে, খণ্ডওঃ॥ সিংনা তাওঃ ঈপুন নুংসাং পুল্লিবা বানে, পংনা হায়রনোঃ চেৎওঃ পাথাং কোক্লা সিম্নরমএ, পুথাং কোক্লা সিম্নরম্বা বারমনে, পুক্লিং চুনা খণ্ডওঃ হেঃ মা॥

## ২০ শুবা মতাং

# সাতিং মচা লাংপুম

১—চীংঙ, খোইয়ুম লাইমরু সিদবা অপোকপা থৌরাই মঙা মকুকী, মপু ওইরিবা, লৈপাক নোংথৌ নোংসিং হিসি হৈঃ মুমিৎ থাঃ সচিক থাবা থবাই পিচা অসি খৈংপকী কোনলংদি মীন তায়বঙ হকসাং কয়াৎ অসিনী মনংদা লৈরিবা অকবা পুম্নমকগী ম্রাগী মাগী লৈকম অহু খঙনবা হায়গে।

— 0 —

২—মালেম নৈথা মশ্নোন তরেং কোন্নৌ নোংমদোন মরোম মাপন অসি হকসাংগী মনুঙদা লৈ, মথুদি কোক হায়রিবা লেন্দ, অসিদগী খোঁরিগী মনুঙ অসি কাওবা অসিদা অচৌবা লোক অমনী।

৩—অতুপা অচৌবা মকম অমনা মীওইবগী নওপল অমাদি থবাক হায়রিবা অসিন্থ অচৌবা লোক অমনি, অতুপা মীপোকদোবঃ লাই অচু মনমগলদা পোক্তুনা থবাক হায়রিবা অসিদা তুংলপা মহুওঙ্গা মপু অতুনা লাক্লগা, মীওইবগী হকসাং অসি ইললি।

৪—হকসাং কয়াং অসিগী মনুঙদা লৈরিবা মকম পূম্নমক অচ ?ংনবঃ লৈতনাবা বা কায়রগে মথুদি হকসাংগী মবোং লেপলিবা মপু অথুদি লৈম্নেং অসিনা থমখিবা অসিগী মথক্তা তান্নবঙ সেম্ব' মপুদো সোইদনা ?লরবনি।

৫—হকসাং কয়াং অসিগী মনুঙদা লৈরিবা পূম্নমক্তা নিংসিংজরঃ থম্নোই লাইয়ুমগী থবাই য়াইবী ঈলেন মুঙসিং কোবা সিংলিদ পুথংতুনঃ পীগুম অনিগী মরক্তা থমলপা মহাকনে, য়াহাকনে, ঐহাকনে লাংপুম অচুমমক অসিবু পুক্লিংগী হয়াও মুঙাইবা বাখলনা পুথংলগ অথোইবা লাইমক্ক সিদবা লাংপুম লাই অচুবু নিংসিংবদা ফংঈ অহুঙ্গা ময়াই ফংলবা মীওঈদি মপোক থঙবা ওইগনি।

৬—মীওইবগী হকসাং কয়াং মনুঙ অসিদা তান্নবঙ সেমবঃ মপুদোঃ নিংসিংজবা মচুম অচুদা পুক্লিং অসিনা হয়াওঃ মুঙাইজব অচুবু হেনবা অমা লৈত্রে, সককোঃ হিংকেঃ তরংকো মীগী মনুং দা লাইসং লৈবনে, লাইসংগী মনুঙদা লৈরিবা লৈহি পানবা মপু মহাকপু সংসংনা চেংলৌ সকপানথোং থঙদবা তান্নবঙনা মংগী মথক্তঃ মঙমংহনা তরংদা পামতৈ থিহনা তান্নবঙ মংলান ওইনা অরেমবা কুমথৈ ওইথরে।

৭—থবাই মঙামকী মপুনা ঈরংখুদেং ঈয়াইদগী মিংনাহানে খোইদোনে, অনিমকনা তরংদগী কাখিহনা মক লেমফুদা, তানথরে

—০—

খোইদৌনা কায়রক্তে হায়বগী খুদমাদ তুমনিংলবনে খঙওঃ খোইদৌদি কনচাওবন্নে, মহাক্কী মথক্তা হংঙোই তাংসাংগুম্বা অমা লৈএ। মমিংদি, য়ে-য়ে-য়ে-য়ে কৌএ। মহাক্কী খোনজেননে খঙও,।

৮—মিংনহানা সোনবা লাইমিংদি করোং কৌনা সোরে, অসি সোনন্না মখোঙ্ঙ অনিনা তিননাবা মফমদি খৌনাউদা তিননৈএ, অনিমক্কা তিননৈ হায়বগী লাংপুম কৌএ, রোনা নাউ্যাম ওইরে মমিংদি থিপ্পি সংভরেং কৌএ, মহাকনা সোনবদ পং কং কং রংসং কৌনা সোনবনে অসিবু সোনহনা য়েং ওইগী তুংসা থিংহনা খোইদৌ তম্ম সোনজিনন্নু য়াফম লেংবা ওমদবনে, খঙওঃ। মিংমুং চেংকুপ সিরোইদবনে হেঃ মীওইবা মিং নহাগী লমলেন্দি মিঃ নে, মৈনা কাখিহনা কোক্তা কুনল্‌ইএ, মমিংদি অংসঃ-হঃ কৌএ, মমিং অসিবু সোনলদি মিং চেংকুপ সিরোইদবনে খঙওঃ।

৯—কোকতি ময়োন অহুমনে, কোককী মগুওদা ঈরম অহুম্না চেল্লি থকলোমদা সঙ্গোম অহিংবা চেল্লি, ময়াইদা সঙ্গোম অফঙ্গা চেল্লি খাদা চেপবনা অরুবা চেল্লি মমিংদি হং রং স কৌএ। মথং অমদি মহু ঙৌএ, মমিংদি উক্ চিরিং কৌএ। মথং অমদি ফিগোক্কি মচুনে, মমিংদি রংকো কৌএ। অসিবু সোনজরবদি মঙ মঙলোইদবনে, খঙওঃ। হকসাংগী পাঙ্গল য়াই ওইরিবা মাঙবা লৈত্রবা য়াইবী য়েননৌ ওইরিবা সিম্না থুংনা লৈবা অসিগী মগুঙদা কুনবদি মমিং হঃ রং-হঃ রং কৌএ। মহুদি লিক্না অপালবগী মচুনে অহুগী মগুঙদা কুন্দুনা লৈএ, মফম অহবু লাইসং কৌএ। মহুদা ময়েক অনি লৈয়ে অহুগী মগুঙদা য়াইবিরেন লৈএ। ময়েক অনি অহুদি অমনা সানে, অমনা য়িনে। থবাই মহাক্তি লৈমরেলনা লমচিং ওইএ। নোংমা কৌবদি মহাক্কে, মুম্না য়েংলগা অমতা ওইবনে, থবাঈ লৈমরেল মহাক্না নিংবদি মহাকপু নিংঙে। সোনবা লাইমিংদি হং রং সং রঃ হঃ সঃ সং রং হং হঃ রঃ সঃ অসি সোরে হংকং হম্বদা সোনলিবনে "

— 0 —

১০—অনৌবা সোন্দুনী নিংসদবশিং লাইথিং লৈ: য়ু: কৈ কো: মমেক মরি অসিব সোন্দুনা থঙোই ভন্না চিংসিন্দুনা নিংওং মমেক চামা-ভরূক লৈবনে। খোজৈন মত্তা খোকপা মকমনে, থবাইগী খঙনবাইনে, হে: মীও:। মহূগী মকম অছু রো: না য়োম্বনে, পুক্কিং লোসিং খো-কপা মকমমে, অছুনা চংকা লৈচংদি হনকৎ হনথা খুদোন অহমগা ১চেংনে, মহাক্কা কোনবদা থংবা মকমদি মিং নহা অনিমক্তা থংবনে অহগা অহিং ভুম্বদা থংবদি লুখমগী সন মকুবা অতুদা থংবনে। নোংসিং চামা ভরুক্কি মাগী সিন্নানে, খঙও: লৈকোবগী মকমনে, মীনা কোবা ভাবা মকমদি মহাক্কে খঙও:।

১১—মরম অসিদি সিন্নমইদাদা সদৌ লাংলোঙ্গীদবনে, নংনা হিপ্পা খুদি·দা সোনলো: মরম অমা হায়গে, সর্চিক্কা লিক্কা হমগে হায়না সনাচিং খুংসাবী মতোন্দা নৌংখায়রে, মীৎ নহানা, থৌনাও দা চীরীৎলে কোনা লৈরমলবগা কোক্কী মনুঙদা হয়ীক হীওকোনা খনলে, কোক্ক অচিবনা নাউয়োম ওইনরে, নোংপোক অচিববু মমেক ঙঈনরে।

১২—অসি হায়রগা মুংস অহমলক চিংখৎভুনা অমুক হাইয়ু। থাবা কোবদি মিং নহানে, মিৎনহা লাইমুঙদি কোক মরোন অহম মকতা চংখরে মমিংদি উর্কচিরিক কো: কোএ, খবানা নোংদমলে অহগা নোংসোইরে অসি হায়না মাহৌবদা হিপ্পদা সোনলো অহগা খুয়া অকুৎ-পদা ঈরেন ঈপুঙ লৈএ, হায়না নিংঙো মকম অছু লাঈমক লৈমরেনগী মকমনে, মমিংদি সিংমুহ অন কোএ। মরম অসিগ সিংভপুঙনা নিংলম লাইনিংনে, খঙও:। মানা পুনসিবদি চহি চামঙা পুনসিবনে খঙও: ॥

১৩—মরম অমা হায়গে থানা নিনবদি মৈ: ঈসিং নোংসিং অহমমককী লিক্কা কারক্কগা মপুম ফাইয়ে। অহগা লাইপক্তা থান, নিনলে, মমিংদি উংসো হুংসে: অসি সোনলে অসিব, সোনহনা কুমহমলকুনা খুয়াদা থমও: খুয়াদা সবনে ॥

— ০ —

১৪—অহুবু অমুক আ আ আ হুঃ হুঃ হুঃ কৌএ, অসি হায়না সোপ্পুনা কাহনলকও: অহুগা লাইপক্তা লৈব লাইগা ভিন্নাহনলোঃ। মমিংদি উক-উক সঃ কৌএ, অসি সোনপ্ন সরিক খো-জেনগুম্না ভারগদি সিগদবা থা অনিদা ভাইরে হায়বা খঙও।

১৫—থমমোইদা মুঙসিং ভরামক্লা থ্ংলিএ। মরি'দি খোঈদা থাংএ· মরি অহু কুম্থ্যানিখোইনে খঙও:। মরম অমম্থ হায়গে থবাই কৌবদি গুংসানে, মহাক্লা থ্ংবদি থুম্না অকুৎপদা থ্ংঙে· মহাককী থাংদি থুচিন ভরামক্লে, মহাক্লী লাইসংনে। মাংলেনগী মরিনা ঙকলি লুসম অকুৎপদা থ্ংঙে মভোনদি খোনাওনে, থবাই ওইবা মুংসানা মঙোন্দা থ্ংঙে॥

১৬—থবাইনা লোৎপস্থ মঙোন্দা লোৎলে, মমিংদি অং অং সঃ কৌএ· অসিনা সোদ· চংঙে সোনা হুংদা চংঙে। হু°না য়োঃ দা চংঙে, কোককী মপুঙদা থম্বাল মনা চামা নিপাল পানব অমা লৈ মহুদা চংবনে। মৈ ঈসিং নোংসিং অহুম মরিম হুমদি নোংহুম সঃ নে। নোংহুমসং কৌবদি কোংলোনে· মুংচেংদি থাংনে, খোইদো থম্মোই অসিনা ভাকমৈঃ ভরামাপন ওইবনে, থবাই কৌব অতিংঙা মুঙসানা লোৎপদি, খোনাওদা লোৎলে।

১৭—লৈচংদি থুভোনপী অমগা মচেৎ চংঙে মমিংদি অং অং সঃ কৌনা লোৎলে, অহুগা সোনে, য়োনে· অনিদা চংখিবনে। অহুগা সোনে য়োনে অনিনা ওনে সোনে অনি অসিদা চংঙে। অনি অসিনা হুংনে মিনে অসিদা চংঙে॥ হুংনে মীনে অনিনা উম সোদা চঙঙে॥ অহুগা কোক্কী মপুঙদা কো· কৌবা লৈএ, অহুগী মপুঙদা থম্বাল মনা চামা নিপাল মুবা অমা লৈএ, মহুদা চঙখিএ। মমিংদি খোক খোক হুঃ সঃ কৌএ॥ অসি সোনবদা কোক ময়োন অহুম ক্বাওনা ভানলে মরম অসিদি থবাইগী মসক্লে, খঙও:॥

১৮—মঙাং নিংথৌ পুলিবনা হায়রম্বা বানে, মহাক্লা পুলিবদি চহি লিছিং অমগা চহুম পুলিরে খঙও: হৌজিক্তি লমলেন অমা হায়গে।

— 0 —

খোয়দগী হৌরকপা ঈরম তরেৎনা অং সঃ হঃ হায়না কারক্লনা লুবাই লুতোন খোনা চৎলুরগা ঈরেন ইপুওদা হনলক্লনা তিনলৈএ। অহুদগী অমুক মসক তরেৎ মমিং তরেৎ থোকখিএ॥ লৈমরেল, লাইখুলোনপী, নোংথাংলৈমা, লাইস্রাপী, ঈরৈমা, পান্থোইবী, ঈমোইন্থ তরেৎ অসি থোকখি॥ অহুদগী অং-অং সঃ হঃ হায়না কারক্লনা থোইদা থুংলরে। অগম কারক্রহনা থংলমবগা। সো অং সো অং সো হায়না ওক্লরে, অহুগা থম্মোইদা যঃ যঃ হঃ যং হায়না তিন্নরে॥ অনিমক তিন্নরবগা মমিংদি কেঃ কেঃ যো-কোক হও অসি সোন্দুনা ফাংনরে॥ অহুগা লুতুং সন মকমগুম্বা চংথরে।

১৯—কোক্কী মগুওদা লৈবগ্ন কুমলক্লে॥ নুথমদা তিন্নরে। মমিংদি উম হন হন কোএ, থবাই অমুক পুরমিন্নরে, হাযবগী ঈরু লিক্লা কোএ। লাই মথাক্তি নোংপোক অচিবনে থওঃ॥ মিস্থং লোৎলোঃ খোইদোম্ন লোৎলোঃ মকম অহুদা।। লাইনিং অসিদি সিংতপুওনা হায়রম্বা বানে হেঃ মীওঃ থওওঃ॥

২০—লাইলিক অসিগী মতিক্তি চিংদগীদি চোথে থুন মরমগুম্বনে। তম্পাক্তা হায়রগঃ মযাই নিংথৌ লনগুবনে থওঃ। হায়রিবা বা অসি মী লোৎপা ওম্বনে। মী মপুক অরুমদা পিয়োঃ হৱবদি উৎকুম ফুমগদবনে। মরম অসি থওলবদি, মী মহাক লাইগুম্ববনে থওওঃ॥

২১—লৈমরেলনা থবাইবু য়োম্লে সচিক মপুক মন্নুওদা নোংপোক্লা কুনলে, মমিংদি উঃ অক কোএ॥ লৈমরেলনে, নোংপোক্লে, কোক্র অচিবনে, থাংচিং লাইনে, চিংথৈ চৌংগী লাইবে লাই মণ্ডামক অমণ্ডা ওইনা তিন্নরে।। তিন্নবা মফমদি থুগা অকুৎপদা কুনলে। মমিংদি লাই কুংসৎ কোএ।। অসিদি হৈরোম বানে, হুহা হাবনে।। অসি থৈপিকপু লানবীবদি, নোংসানে, খোইদোবে, মিৎ নাহানে তিন্নরে

মিৎ নহাগী মসুংদি ভরক্কে, মমিংদি হঃ হীক হিক কোঃ ভরং কৌএ ॥ মখোঙ্গ মঙামক অমত্তা ওইরে, মমিংদি ভরং ভরেং লিক কৌএ, রঃ খিং রশুংলেঙ কৌএ।

২২—অহুনা থবাই মিচাক নিংথৌ সিদবাগী মপুক মনুংদা চংলে মমিংদি অঃ হঃ অঃ কৌএ, অহূগা অমরক ইনসিনখরে, মমিংদি কঃ নিক অঃ অঃ কৌএ। অমরক ইনসিনখরে মমিংদি' মমা মম মা মা মম মমারিক কৌএ, অমরক সুপচিনখরে মমিংদি অঃ অঃ সঃ কৌএ অমরক হনচিনখরে মমিংদি মাং অঃ অ। কৌএ। লরক পরেং কৌএ হুং উং হুম হোং কৌএ। মসিদি সীংতপুং লমলেননে খঙও। সীদবগী মতিক ফংবরানে, হেঃ মীওঃ ॥

২৩—কৌক্র কৌবদি কৌকিকি মকমদা কাখি হায়বগী কৌক্র কৌএ, অমদি নোংসিংকি খোনিজেনবু কৌএ, হায়বগীসু কৌক্র অচিবা কৌএ, অহূদগী খোইপুম্নমকপু পোক্লকএ, হায়বগী পোক্লেন পোকপা কৌএ ॥

২৪—পোকলেনগা কৌরবুগা অনিনা তিনসিনলবগা লাবরোন কৌএ, লাংপুম কৌবনে, চিংখৈ লৈনা হুনবনে, চিংখৈ অমমবনে, চিংখৈ অঙানবনে, অহুম অসিনা অমনা পচেংনে, অমনা লিকলাইনে অমনা মখোক্লে অহুমক্লা অমা, নুমিৎনে, থানে, অমনা চহিনে, খঙও মমিংদি নুমিৎনে, থাদি মাকময়নে, পুংদি চহিনে ॥ অচৎপদি মরিনে লাইরিক পরেংগুম্বা লাইরিক্লে চেৎনা খঙও ॥

২৫—মসক অমা হায়গে নোংদম্বা লাইনা ফম্বান মরিব, সোক্লবদি খোং অহূ লাংসিনলবনে। মৈঃ রা ভাংলবনে, নুঙসিবা লাঙ্গী অহূগী মকম সোক্লবদি ফিরান লেংলবনে, ফিরাননা লেংলবদি খুচিন ভাইরবনে, খুচিন ভাইরবদি সিরগদবনে। সমখোংলবনে, নাতোন ময়াং কংলবনে, চুবা কংলবনে, মিৎ তামলবনে। নৈতোন ওলবনে, লাইগী মনিন থোক্লবনে। খুয়া হোইরবনে, মতম অহূ য়োরবদি, লাংপুম ঐ হায়রিবা, ঐগী অচেৎপা চুক য়ৈয়ু ॥

— 0 —

২৬—মবোঙ কাইদনবা পথাপ্তি মথৌ মঙম তৌ মথৌ মঙম থৌরমগী মবোঙদি, মুকফুদি হুকসাংনে, মুক্তি মহিলেয়ে। অইবদি খোঙেয়ে। লাদি পুক্লিংনে। চিংখৈদি মিৎ অনিময়ে। তনচিদি খদাং চাইরু অনিময়ে, মথাদি কোয়ে, হুকসাংদি, কোঃনে, অকারদি মিঃনে। কৌরু মমিং খঙলবদি লৈব খৈপিক কায়বনে। কৌবরেন মমিং খঙলবদি লৈব খৈপিক কোকপনে, চিংখৈ মমিং খঙলবদি লৈব খৈপিক ঙমবনে। চিংখাং মমিং খঙলবসুং লৈব খৈপিক ঙম্বনে॥

২৭—লাংপুম অসি খঙলবদি লাই ফংবা ঙম্বনে। কোনলোঈ লৈমপী মমিং খঙওঃ মম্ম মকাপ চংদবনে, সম্বোং মরি খঙওঃ লৈখোং কায়বা তায়বা ঙম্বনে॥ মতাং অসিমগী হহি-হয়া লাউনা কোনসিন-জরমগে, হেঃ মীঃ তায়বঙওং॥

২১. শুবা মতাং

# সাকোক লমলেনপী লাইনিং থবা

১—হৌচিক্তী লমলেন অমা হায়গে হেঃ মী অথঙবা লৌসিং মপুঙ কায়বা মীনা খঙবা ঙমগদবনে। অহিং লিক্লা তাক্তবী মুংথিল লিক্লা কংদবী খোইদৌ চুপ্লি পাইরিবী তম্ফা সাইয়োন অয়াম্বী সোর নাখাং কম্বী কংবীরেন্দী সিদবী মুঙসি খোইবী ইমাওঃ। উজগে নহাক্তী সক্তম মবোঙ কাইদবা অহ্ সকচগে, পম্বোগী কোলোই নিংথিবা মপুগী কজবা মিংলেনবু হায়রকে হেঃ মী॥

২—হৌচিক্তি লাইসক অরেপ্পা অম্বু মউরে। মতমদি মথোল কারবী সক-ক্তোই হেনবা নিংথিবা অহনে, মচুদি সনা ফুদোংলবা সনা হিকোক অসংবা অথকপা মচুনে, মনমদি কাং অহিংবা মনম নম্বনে, মাগী মঙাম্না মুমিৎ-থা সচিক থাবা ওইরিএ। মুংসিত্তি মাগী সাগী সাদোংনে, লাই অসিম্বু মপাল লমপুংথোক্না নিংগদবনে, মমিংদি হং রং সং হম্রি-হয়া হয়ুম কোএ হেঃ মী॥

— 0 —

৩—লাই মহাকী সিন্নবকপা মণ্ডাম্না ঈপাদা থুপলরে। ঈপাদগী ইমাদা চুথরক্লে। অহুগী মমিংবু ঈপুঙ সল কৌএ। ঈপাগা ইমাগা অনিমক্তা থবাই য়াইবী ওইনা অমা লেপ্তুক্না লৈরবে। কু:য়'মদি য়াইরিবেন সিদবা অবেম্বা কৌএ। অবেম্বগী মমিংদি সইরেম তাই-রেম কৌএ, সাইরেম তাইরেম হায়বা বা অসিদি নুবেন নুববা বানে হে মী॥

৪—হৌজিক্তি লাংদোসন অপোইবগী বা হায়গে। অসাইদগী ন্য'সং খোইদো অপোইয়া অহনা ঈপাগী লিক্লাবু ইমাগী ঈনা তাংপল ওইনা য়াংলবগী লাংসিন্নে মরম অহুদগী লাংদেসন কৌএ। ঈহৌগী তরং ওমথৈ ওইরা ঈকোনপাং মহাক্কি ইমানা হকসাংমে। ঈপানা থবাইনে ঈমানা লাইনে, ঈপা মুবু ঈথাই ঈরিকথু: কোম্নৌ নোংগী লৈরিক্লা মালেম ঈপুং কারক্লে, তায়বঙ ওইবা মণ্ডদগী চেলথরকপা ইচেলনা অসি কাওবা ঈচেল লিরি তংলকত্রি, মরম অসিদগী "লাংপুম" ঐহাক্কী লাইদি ঈপানে. ঈপাবু ঈপাং কৌএ, ঈমা কৌবদি ঈবু থা তরা কনা থমমে হায়বগী ঈমাং কৌএ, অসিগী দমক ইমাবু :াই হায়বনে, হে: মী॥

৫—লাই অনিমক অসিগী মমিং হায়গে,। লৈমরেনদি লাই: কেএ: লৈয়োনমবী কৌএ, মমিং মিংলেন অসিদি নুপী নহনা লৈরোং খোংকাপ বাংলমদা ঈসিংদা সোন্দুনা পিথকও: সোইদনা কবনে লাইম্বিংথোগী মমিংদি ওমাঈ মিৎতরেং কৌএ। মিংলেন অসিদি মম্নাই কোকলেন মরু কৌএ, য়ুমগী সন্দংথাদা কমলবগী সংকু রোং কৌএ। হে লাইম্বিংথৌ মহাক্কি নংকু মরমলেন্নে নম্না বারেনবু নোংথৌ অঙাংবও: নমিৎপূ নিংথেবা মচুনা ওইবাও: কোরৌ মালেম অনিমক অমত্তা ওইনা তিম্নরবগী সংকু নরমলেন কৌএ। মমিং মিংলেন অসিদি নিপানা লিক্লা মম্নেং-তারবদা সোলো-বারম অসিদি লিক্লা মরি তংকদবনে,। হে: মী থওও:॥

৬—তায়বঙ মীপোক্তা পোক্লবা মী ওইরিবা ঐখোয়না লাইনিং লমচৎ করম্বনা থবাই য়াঈবী হকসাং পুম্নমক করম্না উপথগে, পোক্লবদি

— 0 —

সিগদবা মরৈরে। থরাই শকুম উবা লাইবু কংনবা লাইনিং লমচৎ অথুপ্পা অসি কোংদোক্লা হায়বা তারবদি মনুঙগী ঈচেলদি থঙনবা ফোংনবদা মতম থরা চংবনা মতাং অসিদা মমৈঃ মকোক চিরুদদা লৈখিসন্। মুঙগী ইচেলগা মরি লৈনবা লাই অনিমক্কী মতিক মগ্নাই মঙান খচিক্কা মমি পালদমলাক্লা হায়রকে হেঃ মী॥

৭—লাই মহাক্তি ফংবা থয়রোইএ। মিংলেন সিদববু খোইনা ফেন্না হেনবা অমা অমুক মরৈতরে। খোইমোম লাঈ মশাক্তি মী মরু, মী অহেনবা মী মচং থরাঈ চংখোনবা সিংদদি মরৈরবনে। হেঃ মী খঙওঃ॥

৮—খোইয়ুম লাইলমলেন অথোইবা থরাই মপু খৈপিকনা নিংনগদবা মতমবু খচিক্কা মমিঃ পালদম লাক্লা হায়রকে, তাউও লাই মরু সিদবা হায়বদি অতীয়া লাংপুম মসক খঙবা নোংখৌগুম্বা চুমথাং খনবা মতমগুম মরোঙ অনিমক্কী মমুঙদা চংনা শৈরিবা মমুঙ মপাল অনিমক্কী নাত্তে সমনরিবগী মমুঙদা পুক্লিংনা নিংজগদবা, লাইদি মহাক সিদবা লাই অচুনে হেঃ মী খঙওঃ॥

৯—মমিং মি মনিক চংবা মনিক হুমলেন সিদবা কৌএ। মহাক কৌবা লাইদি অসিনে, অথুপ্পা রারম অরুবনে। য়েংদনসু নিংদনসু হেক্তা খঙবা উবা ওইদে সোরগী হোন্দোক হোনচিন অনিমক্তি মী খৈপিক্লা খঙদনসু, অরেপ্পা মহাকপু ফাওহনবা ঙমদে হে মী॥

১০—অরেপ্পা লাঈ পাঙল অথোঈবা সকুম মরোঙ মহাক্তি হোন্দোকখিবা খুতোল অনি মথাঈ অচুনা অতীয়াদা নংগা চান্নবা অমা লৈবনে, মহাক অচুবু ফংজগে হায়রবদি, খোইমোম য়াথং অচুম্বা চেৎনা তাকপীবা মরেকতোঃ পুক্লিং রারেপ সরি নামুং রাথৈরগী নিংসাবু চেংলৌ মিৎখিংনা সক খঙনৌওঃ হেঃ মী॥

১১—নিংসা মমিং উং হুং কো হুইস হঃ রঃ সঃ রুঃ হঃ সঃ-রাঃ রঃ হুঃ-হঃ য়ঃ সঃ হং রং সং হথম [illegible]। সোর ময়েক অহুমমকপু মথক মথা ওয়া য়াথং অহুমলক [illegible] ময়েক্লা সোল্লেঃ হে মী॥

— ০ —

১২—মপুগী মসক অরেপ্পা মসকপু সংসংনা কাওরকদবনে, মতমদি অহিং মিকপ কাওরবদা তোও। অরেপ্পা বানে, অসিন, হৌচিক্লা খওহুনা সেমহুনা থমজিল্লবদি হয়েং তুংগী মতম য়েৌরবদা লমজাও চংপগুম ইনিং ঈথা তন্না কক্লবা লিক্লম চংকদবনি। হৌচিক্লা খও-জরবদি হয়েং তুংগী অবাবা মতমদা লম খোকলকপদা। মহাক অসিগী অরেপ্পা খওগনি হে মী॥

১৩—সোর নিংসা খোইদৌ অনিমকপু ওন্নবা মতম অমগুব, হায়রকে, পুক্লিং তপনা মুণ্ডাইনা য়েংগনি। পুক্লিং অকিবা লৈতবা অমা, থবাঙ্গী য়াইবী পেলবা অমা, পুক্লিং হকসাং মুণ্ডায়বা অমা পুক্লিং বাখল মরম অহন্নক অসিনা খোইদৌব, কাজিনগদবনে। খোইদৌ মহাকী মমিংদি লৈচনহু লৈয়াইগ্র বঃ য়ো নপ কৌএ হেঃমী॥

১৪—পলেম পন্থৌ অনিমক্কা ঈসা লাংপুমগা অমত্তানি, নিংনা লাইবু নিংলবদি, লাই মরু সিদবা অপোকপা সক্তম অরেপ্পা অখো-ইবা লাই অন্থবু সংসংনা কাওরককদবনে, লেপনা খওঃ অসিগী খোংচোম ওইগদবদি, পুক্লিং অকবা অমা য়াথং চুম্বা অমা লিংজেন সেংবা অমা, থবাই য়াইবী লাংপুম খওবা অমা, পুকচেল অরেপ্পা অমা তন্দনা কাওদবা অমা, পুকওন পাওন্দবা অমা।

মচল অচা পোংতগী ঈসিং ওইরকঈ, ঈসিংদগী ঈ ওইরকই, ঈদগী হকসাং ওইরকই। হকসাংদগী মতোং ওইরকই মতোংদগী তোংসা ওই-রকই তোংসাদগী সারু ওইরকই। সারুদগী তাীং ওইরকঈ তাীংদগী অপ্পোইবা পাংগল চোংথোকই, পাংগল অহুগী মমুঙদা লাঈ মরু সিদবনা নিংসাসোরগী চুপলি প্পাইরী। অরংবা মচু তরেং অসিনা তিনসিন-লগা লাই মরু সিদবা সক্তম কাইদবা মবোং অহুগী মঙান ফুদোক-লকপা অহু সংসংনা কংলগদবনি হেঃ মীঃ।

১৫—পোক্রবা মীওইবা পুন্নমক্কা তায়বঙ মালেম অসিদা লৈরিবা ক্লনাওম্বা মীথোই মীহেনিঙবা মী অহুনা পারম পুরম লিরি কাইহনা

পরিংলাংসং ছনথুনা চিংঙ, লাইব, ফংগে,হায়রবদি তাইবং খোডচক্তা খোই-মোম লাইপিয়াথং অচেৎপা। পলেম পস্থো মপন খণ্ডববু লাইরিক হৈবা, থকসি থাসি থণ্ডবা অথংবা কৌঈ। কৌকম মরু থডরবদি মাগী মাগী মরোন্দা পরাম পুরম খণ্ডবা সিংনা তৈমা হাজং চাবা সাগুয়া সিংথানৈঞ, হেঃ মীঃ।

১৬—পারম পুরমগী মণ্ডান ফংবা মীগী মনাৎ পুক্লিং বারক ভবা য়াদে, পুক্লিংচংদবা য়াদে কমভম অমা নাঈদবা য়াদে, সোর সাননগনি, নিংবা অমা নিংগনি, নিংলিবা অহুগী মসক মরোং নাইদবা য়াদেঃ নিংলিবা মপু অহুদা পুক্লিংনা তিনশনি। ঈসিংদা ঈসিং তিনবগুম নিংলিবা মপু ইবুঙোদা চঙগনি, হেঃ মীঃ॥

১৭—মসক কৌবা লাঈ অহুদি মিৎ মপুঙদা লৈবা লাইসক অনিমক অহুনে, বারম অমগুং তাংনা থঙও। পুনসি লমগেন অখোইববু হায়রক্কে, চেৎনা তৌজোওঃ। হ,-নেঃ-রঃ-নে-সঃঃনে-লঃ-নে, মরিমক অসিনা ছকসাংবু পরৈ ওইনা ফারিএ, হঃ না মৈনে, মৈঃ কৌবদি অসাবনে, অসাবনা অসাবা পাঙল ওইবিরিএ, লৈরিবা খৈপিকতোঃ চংথোক চংসিন সান্নবা অথৌবা মমাই কাবা, মুঙাইবা অসিনে মথং অমদি রঃ-নে-স,লঃ দি নোংসিৎনে হে মী।

১৮—লাকয়েনগী নাতৈনে, মুংসিৎ মহাক্কি মাংথি তাখিবা লৈতনা মা মানা পামনরিবা নোংথো অতিঙাগী মসকনে, মথং অমদি রঃ নে রঃ দি ঈসিংনে, ঈসিংদি ছকসাংনে। মথং অমদি সঃ নে লঃ দি খোইদোনে অনিমক্কা তিনলবা মফমদি সারেমকা খোংসাবীগা অনিমক্কে অমদি হ-র স-ল মরিমককী পাংগল খঙগে। কশী মরোন য়েন্নৌ সকতমবু সংসংনা উগে হায়রবদি মপুঙদা লৈবা লাইকম অনিমক্কা হঃ গী মফমনে, সঃ না রঃ দা তোংলে। র দি লৈমরেলনে, মহাক্কি খোইদোনে, ল দি থম্বাল লকী অরোংবা অহুদনে, হে মী।

১৯—অগুয়া থঙও লুরবা বানে মথোঈ মরিমক অসিনা মথং

মথং সিন্নহুনা নুমিৎ থা থরানমিচাক লাংবৈ কুমসিং ওইহনা তায়বং পানবা নুমিৎ চয়োন মসিং অসি খৈপিকপু মরিমক অসিনা পুরিএ, হকসাং মনুংদা চংনা লৈহন অক ফৎতবা অনিমকপু তম্বীরিবনে করম্না তমনিবনো থঙনবা থচিক্তা হায়গে হে মী।

২০—নুমিৎ খুদিংমক্তা মহোসা নিংসা সোরনা চৎশিবব, পুক্লিংনা থঙগদবনে। অহানবদি হন্না হন্না চৎলে, চৎতে, হায়বা করম থঙগবা হায়রবদি নিংসা সোর অহ মতম মতাং কুইদরবনে, সোর অহু থপেৎ থপেৎ কিখি বিরুম তৌবনে নাকচি অনিমক্তা সনা ভানা চৎপনে॥

অসুম চৎলিবৈঙগীদি নহাক্কী হকস ং অহ খোইসাও লিনসাওনা চোকথ হুইথনা তৌবনে। অসাওবা রা ভাংনা মভাংলে। মরম অসি থঙও: তৌরিবা খুদম অসিবু থঙলবগা পুক্লিং লৌসিংবু থেম হংনা সংনা হিদাক ওইনা চৎসিনলো: হে: মী॥

২১—অসিগী খোংচোমদি হ: রা লাওহন্দনা পুক্লিং তপ্না হরাও নুভাইবা মরম অহম্মক অসিনা মৈবু কানৌও:। অরেপ্পনে অসিব, লম্নবদি মৈনা চাকপা ভমলরোইএ। মথং অমা নুংসিৎ চৎলিবৈঙদদি নুংসা সোরদো চুংখুল চুম্না নাকচি অনিমক্কী মথক্তা রাংনা চথরক্কদবনে, অসুম্না চৎলিবৈঙদদি নংগী হকসাং.দা পুকলিম কাম্না তিনজুং থনাং তৌবনে, চানিং থকনিংদবনে হে: মী॥

২২—পুক্লিংদি নুংসিবগী মসক নুংপং-নুংত্রংনবগী মরোং ওইবনে। অহগা নচিল নরৈ ঙৌ অহম্মকপু সাইনা সাইনা ওলবগী মসক অকোইবা অহুব, লৈনা লৈসিন্দুনা চানিং তানা য়োথরো। নুংসিৎকী তেনবে থঙও:। মথং অমা ঈসিংনা চৎলিবৈঙদি. সোর অহু মরিক চুম্না নাভোল অনিমক পাংথক মাল্লনা থলনা মপুঙ কানা চৎপনে, হকসাংদি লুমথবনে। চাবা পক্পা কাওহরনে। নাভোল খোংবনে, পুক্লিং অথৌবনে, অতপ্পনে, অসেংব িংবা পোক্লে, মতম অহদা

থোক্নবদি ঐনা ঐনা পাম্না মফমদো অদুদা নিংহনা থরাই য়াইবীব, সোরগা লোয়ননা লৌসিংনা পুনসিন হনলো লেপ্প: পাংলবনে চেংনা খঙও: হে মী।

২৩—লৈপাক্লা পুরিভৈদদি হুকসাংব, লুমথৈএ। নাতোল নাকচি অনিমকন্ত মরিক চুম্ন চংপানে, পুক্নি তপ্নে। মীনা ভাংলিবন্থ থঙনিং কায়নিংদে, য়াথং ভাংনিং সানিংদে। মতম অদুদা নিংগদবদি না-কংনা তাবগী শংঙাইবা ম সং কথা মিংনা উবগী অপাম্বা নাতোলগী মনম হঙসনা মরম অহুম্মক অসিনা নিংসাবু কাক্নিনলো, লেপ্পা তুম্বনে হে: মী।

২৪—লাই অহুম্মকী মসক ওইরবা পুক্নিংগী ময়াই অহুম অদুগী মরুভদা চিংঙ, লাই সিদবা মপুনা মিকুপ তরেংমক চংহনা থৌসিন থৌবিরিএ। মতম অদুদা থরাই চংখোনবা য়াইবী অহেনবা পুক্নিং অফবা পিপুক ওনলাংদবা থমোই লাইয়ুমগী লাইগী বাচুম তায়বঙগী অথঙবা বাখল লৌসিং মঙপু ফাবা পুক্নিং তপ্পা অথোইবা ফাও-রকপনে, হে: মী॥

২৫—মৈনা হৌরক্নবাদি হ: গী মথৈবু র: গী চৈথৈনা নলপো:। হ:দি থৌরগী ডমথৈ মথকলোমদা কাহনগনো, মিকুপ তরেৎলক সান-নৌও। হুকসাং ফবনে, নুংঙাইবনে, ঈসা ঈনুঙ সেংবনে। ঈসিংনা হৌরবদি র: দি থমও। হ: না পুংচৈ ওইয়ে। য়ারামদা হোন-দোকও। নুংসিংনা হৌরনস্থ স: গী পুংচৈ তেন্নবা স: র: হ: না থোকও:। অসুম খঙও: বা অসিদি চান্নবরনে, হুকসাং ফবনে, সেনগুম কলবনে লাইগী মমিং ঈরি মরু ঈপু লাইসোন্নো: হে: মী॥

২৬—হ: র: স: কে: স. র: হ: কাম-কম লুপাক মথুম-নাইতে তমং কুসা মরোন থোকে। হ: র: দি উহৈদে মিং মি: কং হিং সি: হিং সি কৌএ। লাই অসিনা লৈবদি ভাইবং পানবা অসিদা মঙান বাঙাংগী ফবী ওইনৈএ। মরোন অহুম্মক ওন্না লৈএ। মপু অসিদি অতিংকোক কৌএ, অমনা অতিংঙা কৌএ, অমদি অতিন্না কৌএ।

— 0 —

অতিংকোক কৌবা অহুদি অহাংবগী মপু মানে। নিংসা সোর মাপং নোংসিংকী তিনফম মপু মহাক্লে। অতিংঙা কৌবা মাদি তরং অহাং-বগী মপু মানে। অতিথা কৌবা মাদি নোংথৌ কুক সিদবগী থৌ-পুনে। অহুম্মকী মচুদি অমনা অমুবনে. অমনা অঙৌবনে, অমনা অঙাংবনে, অহুম্মকঅসিবু অমত্তা ওইনা তাই'সনংদি লিফগী মচুনে। মমিং হং রং সং কৌএ। অং সঃ না মকোক অসিদা অনিমকপু তমশিনে, চিংঙ, অসংবনে, থোইয়ুম মঙাইবোই অনিমক সঃ অংনা মাহৌ থমহৌরিবনে হে মী॥

২৭—থোইয়ুম লাই মরু সিদবনে থবাই মপ য়াইবিরেন অসিদি অমনা মমিনে, অমনা হুকসাংনে. অমনা মমিংনে। অহুম্মকী তিন-কমদি, অতিংকোক্লে. লাইফম আথাইবা অসিদি লাইনিং লমচং করম্বা মহৈ লল তানলিপা, মহৈ মরোং ফংবা য়াবা কয়ম্ব' মফম অমদা লাইসোন সোম্লবা মফম খুদিংদা য়াওরকপগে য়েংঙ, বারম অসিদি অচেৎপা বাফমনী। তাংনা থঙও হেঃ মী॥

২৮—য়াইবীলেম্ন লেক্ষদ লোংলু ঈসা লাংপুম ঔনা থৌরিদা ইসা হুকসাং মনুঙদা থরইবু লোংকনি. লুম অনিদা লোংলু থোটথা য়াংপল্লা লোংকনি, থমাই লাইযুমদা লোংলু ইমানী পিপুকপুঙদা চংলগা লোংলু মি থৈদি হুইতে তেং সংদে মুদে সম্লে, কওম নপফা কৌএ। পিপুকপুঙদা চাবা চিল চাক্তি হুইরিক রিক লেঃ লে কুক কুক কৌএ। থুবাক ময়াইদা ঈসিং হাপলগা মুমিংকী মসেক চংহল্লু অহুগা সোন্দুনা চুপ্পওঃ উনবী পিপুকনুঙগী থমোই লাইযু কোনগী মিংথৈনি। অসি থঙনা তুংলি হম্লা য়েংনা চৎলু হেঃ মী॥

২৯—পুক্লিং তপ্পনা তাও'ওঃ থবাই হুকসাং নপা লমলেনবু, হায়রক্লে, তায়বঙ পানবা অসিদা অরেপ্পা ইকাইবব, হেম্না লুবা লাইনিং লমচং ফজবা হেনলুবা অমা অমুক নৈতরে। অরেপ্পা কৌবদি মহৌ-সাগী মথন্তনা ইকাইবা থঙলবব, অরেপ্পা কৌএ। অমুম লেপলবা মীবু লাই কুরুম সিদবা থোইমোম মহাক্লা লেপ্পা লৌবিরে হেঃ মী।

— 0 —

৩০—নুমিৎ চয়েংন তরেংমকপু মাংহন্দনা চিংঙ, ঈহকসাং সল্লাঈ ঈপু ঈযেকপু পোকপা পুকোক অতুব, লৌগলজগদবনে. পুকোক হায়বদি তুঈনদ পানবা অসি করিস্থ লৈত্রিভৈদা ঈশান হানবদা লৈচিনগুম্বা অংঙগী মসক ওইবা লৈচিংদগী নোং, ঈসিং ওনলগা ঈসিংদগী ঈগী মসক লৌরগা মচু ঙৌনা ইচেল অহুম থোক্লা চেল্লগা মকম অমত্তা ওই।। তরং হিরেপগী থংকম ঈরং ঈপাক ঈয়াইদা ইচেল অহুম্না পুন্নাগ ইচেল অহুম্না লৈকম নরগা ওইরক্লবা তায়বঙ সকতমবু ওই থবা পুন্নমকপু তেংনা উবা ঙম্বা তেংপানবা মপুবু পোকপা অপো-কপবুনে হেঃ মী॥

৩১—চিংঙ, লাইরুম অসিবু কাওদবা তমওঃ হোরেল তুম্মগে হায়রবদি লাইকম অথোইবদা নলাকী হকসাংগ, তাইসিন্নবা, তুমও, চংগদবা থোংদি লুবাইলেফনে। লাইসংদি হি-মরু কোবা লাইসং অহুন, উবুংচক ময়ুংনা কোনথাবা লাইরেন অঙৌবনা থোংখিংবা লাইকমলেন অথেইবা অহুনে থঙওঃ হেঃ মীঃ।

৩২—হোচিক্তি লাই অহুবু নিংজরিভৈদা পুক্রিং লৌসিং চো-ইদনবা লিক চংকদবা লাইমিংদি হং বং সং অসিনস্থ য়াই থবানাই ঙাকোই সনা লিক্লাং সনাহৈরু অমগা পলেমগী মিংলেন অমগা সনাহৈরু অমগা পস্থৌ মিংথৈ অমগা নিংসা সোরগী, হৈরা লাংপুম মসিং থঙনা লিক্লাং হৈরু মরু চংলোঃ লিক মহাক্তি লিকলাইনে মসিং চামা নিপালনে। করিগীদমক লিকপু চামা নিপাল সুহন-লিবনোঃ হায়রবদি হকসাংদা পুনসিন্নরবদি লিক্লা কোকনে, লংসুং ওইরিবা লিক্লাংবু লেংবিবা লিক্কী মথক্তা তোংলিবা অহুনা মহাক্লে। লিক্তি লিকলুনা লাই মরু সিদবনে, মীগী কোক হায়রীবা অহুগী লৈতেংনে॥

৩৩—লিক মরু চামা নিপাল মহাক্তি লাই থুরা চামাপা নি-পালনে। লংসুং লেংলিবা অহুদি চিংঙ, থোইমোম লাই হন্নি সিদবা

— ০ —

লাই মরু মহিলেন মকাক্লে, হায়বা খঙও:। বারন অসিগী মমক পায়-রবদি, কায়রিবা মরম অসি খৈপিক পুন্নমক খঙগদবনে, লিক পাযগে হায়রবদি পলেম পম্থৌ অহন লমন লাইনিং অহনগী ম্নাথং ভুংইন্নানা লাইসক মরেং অসি খঙন লিক পায়রবদি পুক্লিং লৌসিং .চাইর-রোঈ হায়বা খঙও: হে মী।

৩৪—হৌচিক্ত লাইবু নিংগদব মতম খঙনবা হায়রক্ক লংমাঈ তরা চাকহেন থা: অহন নো মা পানবদি নুমিং লংমাইচি শু ওই-রবদি লাইগী নুমিং অসেংবনে। লাইব, নিংজো:ও:। বারম অমসুং থাসিদগী হৌনা থা স অমা য়ৌও:। থানিল অমদগী থানিল অমা য়ৌও: নোংমা পানবা অমদগী হৌনা নিংগদবনে, নোংমা পানবা অমা য়ৌনা অমুক্কাগিদি সমপুরেং চিনলো: লৈদি তিংথোনে. লাইদি নোাপোক অপালবনে, নুমিৎ মুংবদা ভাগ্লনে, লৈদি ঈরিক সিবনে লাইদি থাংচিং মপু লাইনে নুমিংতি চিংম্না তমম্নানে। লোনলোইনে লৈদি নোংলৈসংনে, লাইদি কৌক্র অচিবনে, অহিং নোংম্নাই মতম য়ৌরবদা থবাল মিচাক নিংথৌ সিদবা চংগদবনে। হুকসাং পুন্নমকপু কাংক্র নমসা লৈ-মনম মুঙসিবা ফিরোই মসিং বাংহন্দনা খজো:, মমিংদি থোপ লুরেং কৌএ, হে: মী:॥

৩৫—লাইকম অসিদি হৌচিক্লা সেমহনা থমগদবনে, হয়েংভুংগী মতম মতাং য়ৌরক্রবা অহুদা মাগী মফম য়ৌননবা কলনা তানগদবনে অসাই অহানবদা হায়খিবা হিমক লাইসং হায়বদি হৌচিক পান-লিঙৈগীনে, অসুম খঙও: থবাল মিচাক নিংথৌ সিদবগী সচিকনা চিকথোক্লকলে, থাবানা পুথরকুনা থাদা পিরে, থাদা চংলবগা মমিং থ,পগী সংরু কৌএ। থাদগী নুমিত্তা থুংলরবগা মমিংদি হোমুং কৌএ। অহুদগী ঈসিংদগী মুংসিংতা চংলবগা হ: স: কৌএ, মুংসিংতগী ঈপাদা থুংলরে মমিংদি মি মি: হো: কৌএ। অহুদগী ইমাদা চংলক্লে, লমিংদি হো বা ইমা তাংসং কৌএ, হে: মী॥

৩৬—অসিদা হং বং সং অহুমমক্কা ওননা ওয়া সাইয়োন লাংএন সানবদগী তায়বগ পানবদা, ফাওবক্লবনে, মিংলেম্বি নোংদম্বা কৌএ। নমু তাযবগ মীওইবা নোমযু লাইপক সরুক মপানথোংদা অক ফগু থায়ন! সরু লাইপক চিনা নোংদম নোংখায়বা তায়বগ পুক্লিং ময়োন চোংতনবা খোইমোম বারম নুংচাইবা চিংগু, লাইগী লোন অরুববু নুংসি নোংদমবিরম্মে। মমিংদি হ হু হৈ হারোঃ হাকি হেঃ হঃ রংতঃ কৌএ। অহুপা কুরুমদা চংলে। মমিংদি মীমরু কৌএ, হে মী।

৩৭—ঈপা কুরুমকি চৌকমবু ফংজরবদি লাইবু নিংবা চৌচিনলক্লে। ঈপা কুকমবু ফংদরিবদা লাইবু নিংবে, হাইফদরিএ। লাইবু নিংগে হায়রবদি থবাই ওাকপনা সাচৎ নমিংয়োক বাওবনা সাকোন্নোওঃ লাইনিওকৌবদি, সাকোক্লে, সাকোক কৌবদি থবাই য়াইবা থওবা নিংসা সোরগী লমলেন মরু থওবা বারম অসিনে হেঃ মী।

৩৮—মী ওইনা পোক্লবদি পোক্লগা সিওঃ সিরগা পোকওঃ। মপারি তেসিলনৌও। নমোম হলচিলননৌও হন্দোক হনচিন্ননা পাললো অয়ুক থাংথুম হাওওঃ নুমিদাং থাংথুম চেৎলোঃ থাংলেন মথুম হাংগনো নুংসিৎ মরা তাওয়বদি ফৎতেএ। ৩৯—মী ওইবনা পোক্লবদা মপা কুরুম মুবদা চংতুনা পাগী পুগী লাঙ্গলিক অহানবা সাকোকপু থিজলজরগা সাকোক্কী পাওতাক লৌরগা ঈপা কুরুম মুববু চেৎনা থবাই লাই অথোইবনী, হায়তুনা ঈসা-লাংপুম পুক্লিংনা থোইয়ুম কুরুম মুববু থোইবা লাঙ্গী অমা লৈতে হায়বা লেপনা থওগনি, হে মী।

৪০—থাইনা পুরৈরোম্বা ভানবা য়াঙ্গকবা, থোঙাক ভেনবা কাবনা পোইরৈতোনবু কুরুম হায়নবা লাইবু নিংনবা মরম গুনা হায়বীরম্মে বারম অসিদি ম্বি উ বা চিংথোম্বা পোইরৈতোলনা কোম্না লৌহৌবা বানে। হে মী লৌসিং নবা সৈদম্বাও, লাইরিক অসি অকোঙ্গজাম্বা নোদিয়াচান্দ কাইবীরোলগী মথুৎফানি॥

0 —

২২ শুবা মতাং

# খময়োম্ব য়াংয়োম্ব

১—লাই সিদবা নঙব, খুরুম্না ইজগে। অহানবগী লাইওঃ নংব খোইবা লাই অমা লৈতরে। তায়বগু পানবগী মপু ও নসক্তি উদবা নংনা লেঙবদা খঙহনবা নমিং অসিব, খোইনা ক রব, সোলসিনবো, খচিক্তা মমি পানদম লাক্লা হায়বনে।

২—মীনে মখোঙ পানবনে মসা পানংনে মকম থ, বা মালেমদা লৈবা তিন বাফি মনু কৌজেং হারৌ ককচেং খোইয়া অচংপা চংতবা অতেকপা অকংবা উ রা পুন্ন' চিংনা মরাদগী হোবনে মরুনদগী ওনবনে মমানা পোকপনে অসি থৈপিক্তা থরাই ওইরিবা নিংসা হোন্নিবা থৈপিকপু হন্নি হয়ুম সিদবা লাই কৌই॥

৩—মপান্দা সিংলিবা মুংসিংতি মুংসিং কৌঈ। মমুংদা সিংলিবদি নিংসানে অনিমকপু অমতনে নিংই হায়বব, অমা লৈবগুমই। মপান্দা সিংলিবা মুংসিত্তি লাই সিদবা অতিয়া কৌঈ। মমুঙদা লৈবা মুঙসিংনা থরাই সিদবনে। নিংসাব, খোইনা কারিব, হায়সিবনো মমুঙ মপান অনিমক তিন্নকরোই করিগীনে। হংলবদি মপান্দা লৈবা লাই অহব, য়াওরোবা কৌই মমুঙদা লৈবা থরাইনা চেংঙা কৌই। য়াওরোবা অহনা বাবা চেংঙাচাব, য়াওজরবদি ( চারবদি ) সিরে হায়বা খঙও, কগে হায়বগী বানা লৈরে বাবা কৌবা, অবাংবদগী কুরুনা সিথরকুনা হান্না লৈরে বাংলৈ য়ুসিল হানবা কৌই। অনিমক্তী মরক অচেংবদগী ডাকপা গুমদহনা চাখিয়ে চেংঙাচা কৌই। অতিয়া সিদবা কুরুনা য়েংননা লোথননা লাকই হায়বগী ঈলোই কৌই।

৪—য়োরুহনা য়াওরুরে হায়বগী য়াওরোবা কৌই। চাবা সনা খোকহল্লে হায়বগী সাদোকপা কৌই। অতিয়াগী ময়াদা উয়া খোদকয়ে তোকমু কৌই। হারাবা কৌবা লাই অহনা উগনি হায়বগী

— ০ —

মমিৎ সংনা য়েংনা যেংদনা থোক্লকয়ে। তোকমু মৈসাংবা কৌঈ। অমস্ত কারাবা সারে। সবী সারে, নোংদোন্দগী খঙনা য়াংনা লৈথবক্কে কায়বগী লেরা অতোনবা কৌই। মথুন ইন্না লিখিয়ে লৈরমদে। তোক্লেন লেরা অতোনবা কৌঈ। অসাইগী তোকপা সাবা লাই অহনা থোংখৈপিক্তা কমলম্মী, থোংঙারেন কৌই। সাবী সাবা লাই অহুনা থোংঙারেন সাবা লাই অহুগা অনিমক হায়না চংনরে। লৈমুং মংতৌ মসক য়েখ নবগা বব সাবা লাই অহুনা লৈনা থোকহনলে লৈনাও তাবী কৌঈ। পোই য়ংতান লৈনাও তাবী কোই। অ মমদা খুৎত খুৎলাই খাও য়াওঈ হিংনা চাবা মরম ১০০ মন্না চাবা মরম ১০০ শুনা পুথোকহনখিয়ে।

৫—অসিগী মতুঙদা খমনা কোলহৌরে খমচিং কোন কৌঈ। কুরু মহাক্না শুকম, থনবা লাংয়া থনবব, রায়েনলিয়ে। সুকম, থমবা কৌবদি পোক্লি সাংলিবা, সুক্তা সোইদারিববু কৌই। লাংয়া থনবা কৌবদি সিখি খমখিবা, খমনুঙ লাংওনখিবব কৌই। নয়ুবা চিংথোং পোইরতোনগী মথুরোন কোনবনে হায়না খমমোঈ য়াংমোই কৌবদি হয়া হয়াগে হায়ন সৈগৌদবনে। খমমোই কৌবদি সিখি খমখিবব, কৌই। য়াংমোঈ কৌবদ পোকলক সাংলকপবু কৌঈ। অহুঈ লাঈরিক অসিব, খমমোই য়াংমোই কৌই।

৬—অমস্থ হায়গে। পুরোল হৈরোল লৈরোল য়েনরোলথোক মথক্কী থোক মথোইবা, তাং মথক্কী তাংমথোইবা পুন্সি হয়েনলৈ অবাং সরু লুতোংলৈ কৌবদি মিৎ নহানে॥ মিৎ নহা মহাক অসিদি লৈরাংনে। হৈঃ অহুনা পানবাদ অনি পাল্লি। হৈঃ অহুনা মুল্লক-পগা চারাগা মরু য়ারে। অয়ানবা অহুবু হুপলা মরু কৌঈ। মরু অহুনা অথুম্বা মহি অঙৌবদি চুপ্নে। অংকো কৌই। অংকো অহুনা অমোংপা চারে, মুং থক্রে, পি চারে, নপ চারে মুরাম্ব চারে লৈপাকম্ব চারে খুৎম্ব থোঙম্ব চুপ্নে।

৭—হৌচিক্তি চাউরাকপা অসিদা অতীয়া সিদবগী মপোক কাও-বদা পোক্লকপা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা নহাঙৈগী বা অচেৎপা অসি লৈপিকপু নিংসিংহনা মাগা য়েন সিদববু য়েন ওইনা চাই। থোং

মাপনমক্তগী লৌহনা চারে। চাখাবা চিংৈমসাং কৌবদি নাতোনবু কৌই। য়েনদি নপখিনে। মদ্বিং সনংখাঙ চিংদ পানবা য়েনদি মিৎসাংনে। সনখোং তৈনা য়েন কৌবদি নাকোংনে। য়েনদি মবেনে য়াদগী মকেশু লৌদনা চাও। মমিংদি মত্তিং মত্তিং সঃ ৎঃ রঃ কৌই। খোঈদগী য়েন্দি ন ভোন্দা পু সিন্না খোংলে য়াকম চেংশে। লাইমিংদি সঃ হঃ রঃ পন্দুনা হ, রং হায়রুনা য়োংখো। শিশু চাও অহল ওইদে। লাইমিংদি হ, হ, সিক খক কৌঈ। ৎ. স. শিং হ. হ, সক কৌঈ। য়েন অমদি তিলনে, নিংসানে অনিমা তিন্না থকও। লাইমিংদি করোং রোং হ, হ, কৌঈ থকও। সক ফএ। সিববা য়েয়ে॥ থমোইদি থরাইগী ফম্বীনে। থমোইগী মুরাগ, পিরুগা অনিমা তিন্নহনা থকউ লৈপাকপোকপা মুমিত্তা থকউ। মিত্তা য়াদা সোনশুঃ।

৮—নাতোনসু লাইমিংদি হাই র, থে য়ে লেমিং হিক কৌঈ। নহাক্তা হাপওঃ। পুন্সি বানে॥ য়েন হায়িন্দবা অমদি অয়ুক অঙনবা চিংথৈদা হোত্নুনা ঈকখোক্লো। লিক্লানে, তি খো অঙোবা মরা য়ানে। লাইমিংদি লিপ সনিংনিং হিংতা লৈনপ কৌঈ। অসি সোন্দনা চাও। উনম লাকপনা নিংখো খাগেলবদা সিন্নব বানে থওওঃ॥ য়েন অমদি লুতুংদা লৈএ। য়েন অমদি খোঃ অকুংপদা লৈ। খোচেংদা পন্নে। অসিবু তোও। মুরা অনিমা য়াদুনা চাও॥ লাইমিংদি সে, স, হ, র, র, র র কৌঈ। নিংসা হোন্দোক খোচিন্দনা ইরাই মুমিৎ মুবদা চিংসিন্দুনা য়োংলোঃ। থরাঈ খৈপিক পুসিনবনে থওওঃ॥ খৌচিক্তি হকসাংবু ভাকনা সেন্নবা বাবু হায়গে।

৯—লৈপোক চিঙকোইবা কৌবদি। হকসাংবু লৈঃ কৌবদি খোম অনিনে। লৈঃ কৌবদি মিৎ নহানে। চিঙদি নাতোয়ে। চিঙখোঙনঃ নাখাঙনে। নাপোমনা নাকচি অনিমনে। চিঙদোম্না নাতোন সাবা লাইদি মপাঙ্গা লংনা লৈবনে। অহিংদি থুয়া অকুংপদা কুরা লৈবনে।

— 0 —

মী কৌবা নক্লাককুপনে। সবী কৌবদি নোংসিন্নবনে। মখক্কপুন্না থোনবদি য়াদা চান্নিবা থৈপিকনে। মথা খোংগা তৌবদি য়থি, মোইদান তৌন্নিববু কৌঈ। লৈচাক হোৎপা থৈপিক্তি কুম্না কানা য়াববু লাক-থিগনি হায়না লৈচাক হোৎপনে। নুমিৎ খুদিং হোংতুনা ফুনচিন্না ভাকলিবদি সবীনে। য়াবা সাবা লাইদি নিংথৌ অপানলবনে, অংকো কৌঈ। নাতোন্দা কুম্না লৈবনে। অহ চাথিববু ঙাইদনা চাগে হায়না মঙাইরিবা অতবু থঙনা চান্নবা হৈন্নবদি পঙনা সিন্নোইদবনে খঙওঃ। ১—মিৎতগী পানে, চিনপান্দগী পানবা য়েননে, অহুম্মম তিনওঃ য়েনপি লয়ওঃ কোএ. মিসিংনা পাইখংপা নোংজিংনা হোৎপা মৈনা হোরপা অহুম্মক তিন্দনা পকউ কবনে। ২— খোংনিংথৌ অনিমক থুংনিং-থৌ অনিমক নিংথৌ মন্নিমক্তগী লৌদুনা তিনলো, তুহিংলুংচিং কোএ, মচারক সোন্দুনা চুপওঃ পান্দম্নু অৈয়্ মঙাং নিংথৌনা সনপা বানে ফিংচাব যাঙ্গৈতমব চংবা ঙমদে। ৩ খোংপাক থুংপাক ময়াই লাইপক অহুম্মকতগী লুয়া লৌওঃ লাইমিংদি হাফিংসক কৌঈ। মথক মথা অনিয়ক ওনন। সোনওঃ য়োংথৌ তমু সিগনি হায়রবদা লাংকম কোকঈ। হায়বদি অনিনে, খঙওঃ মসমম্ থোকই। ৪ নথাংনে মিৎনে, লাংপক্কে থোম মিহুনকমগী লুয়ানে, থোয়ক মিহুনকমগী লুয়ানে থৌরিদগী লুয়ানে, নাকোংদগী লুয়ানে তরেৎমক তিন্দুনা লাইমিংদি সেংসে সেয়ানসে লৌ হোং কৌই। তরেৎলক সোনওঃ। ঈসিংদা নৈথাহুনা থককমল সেংলমদা থবাই হনদিনবনে।

১০—অমম্মু হায়গে। অহিংবু ঙানবা মুংথিলবু মমবা মকম অনিমক্তো থঙলবদি মী কৌনা পোক্লা লৈবা মীনে। হে মী অফবা নঙবু থুরুমগে। কন্নিগীদমক ৎংলবদি, মুংথিল মমবা কৌবদি মিৎ পাঙলিতৈঙদী তান্নবঙ পানগী নুমিৎ থানা চিংবা মাপেম লৈময়োন্দাগী লৈরিবা মমুঙ মপাল পূমনক্তি মউরে। থমমুঙ মমুংদা নুমিৎ খুদিং সিনা মরৈরি অহুগীদমক মুংথিল অমম্বা কৌবনে। অহিং অঙানবা কৌবদি থমমুঙ অহুংদা সিবদা হুকসাংব, কাওদবা, নিংসা হোনবগী

— ০ —

লিকু খঙবা মচ মচগে হায়রবু — ... অবা. অতৈ'গ মংদবা কুরুমী অকবা অহবু অহিং অচানবা কৌই। যুম মনংগী মবৈবু থমখুঙ কৌই। পাললাংবু খোইপা লিক্তংপোক কৌই। খোঙাংবু, বাবা কেরে লাওবা কম্মাংচিং কৌই। ঈরুনবা মকমবু, থুম্নুমিসা তম্বা লুরুপ চ· কৌই। খোংচিনবু, চেংচা লাললুমখেন কৌই। থানা কমবু, সবা ভাইনা থল কৌই। অসিবু খোইনা থমনুং অমা লৈ, অহুমী মনুংদা থুমিং থুদিং সিনা মরৈবি। লাইরিরেল মাপন ভিম্নালাই পোকই হায়রদি অসিনি খঙউঃ॥

১১—মরম অমা হায়গে মাঙদা চৎপদি থাঙারেললে। মমিংদি তিং কৌই। লৈহকলেন য়াসাবা কৌই। তুংদা চৎপদি খাংচিংলাইনে লাইমিংদি পোংলেন ভুথকা কৌই। য়েংলম চৎপদি সনামহিনে। লাইমিংদি পিং চিং পিং পিং কৌই। নোংলেন কিংনাইবা কৌই। ওইরোম চৎপদি লিসিং চাইবনে হাইপুঙলেন কৌই। থক্তা চৎপদি অতিয়া কুরুনে লাইমিংদি এ, এ, হে হে কৌই। ঙংনাংলেল অপুম্বা কৌই। মখোই মঙাগী ময়াইদা চুংঙ ইনা য়োম্ন লৈ, হায়বগী অয়োক অকল কৌই। খঙওঃ অসিগী মপাং অংদি সোয়াম বানে লাইমিংদি মিং মিং রঃ সঃ হং হে ক হ হক সহং হসক কৌই। যুমগী পিবানা পুবা বানে অসি নঙে হায়রবদি মেলৈ লৈরোংদা বাচুমলৌও। মী অকবা উগে হায়বব; উরবা, মরম অরানবব, উদরবা, য়াহিপ চাকচা হৈরবা, থা ং লেপ্পা লিংজেল চুম্বা অহিংবু ভালবা মপুক তপ্পা, কুরুবু উনা মরৈবা অহুব, মকম খঙবা কোই। মী অহুব, অকবা ইবুঙোঃ কুরু মহাক্রে, অসি নঙনদি কনাগুমবব, থুরুমসি হায়বনোঃ॥

১২—অমনু হায়গে নতোমত্তা নঙগী নসকপু মিংসেল মনুঙদা উবগুয়া নমাংদা উনা। থমওঃ অহুব, ঙমলবদি কাপনা ভেলনে। তেলসক খঙদনা কাপলবদি মকম হায়বহু য়োদে হায়বা খঙওঃ। খঙনা কাপলবদি পালব মকমদো খঙনবা হায়গে। য়াইথোং ভং-

— 0 —

কালগ্গী কৌবদি নহাক্তী নসক নত্তনা মসক ওয়া কৌরবহু য়াগনু য়াইথোং তংকালহুপী কৌবদি মহাক্লে। খমনুঙ সিদনপী অমল থমলৈ পাওথেম্বী হায়বদি খঙখিহনা তাখিরবদ মক্ষম নত্তবদা অতিতাদগী চান্নবী মসক সানা ওইরোমগী মিত্রগী থোক্তনা কৌরবস্ত য়াগনু। সিথী তাখিরবদা মক্ষম ক্ষত্তবদা থেমখিগে হায়বনে, অহুগী সিদানুপী কৌবনে॥

১২—অরেপ্পা লাম্নবা হায়গে, সেক্লিং হাওসমগুম্বা লুপা কাগোকগুম্বা মন্নুঙদা লৈবীসনা থম্বালগুম্বী লৈমা অহুনা মক্ষম হোংলহুনা চৎখংলক্লনা অংকোগী লৈচং মরা লেলক্ত মৈঃ ঈসিংব, হিরি ওঈনা তকখংলক্লনা ঙমলবদা খোইদা খোইনৌ কৌনা লৈবী লৈমা অহুনা চাজুমগী থোংব, হাংনা থোকখিয়ে। মৈনা লিরুং ওইঃ ঈসিংনা লিরি ওই, মুংসিংনা তেল ওইনা কাপচিলখিভৈগী পালখিবা অহুদি হকসাং খুইদে হায়বনে। লুমব, সানা লানথিবনে খঙও: । থম্মোইগী থম্বাল অঙৌপ অরোংগী মন্নুঙদা সনাচিংগী মতোন্দা লাইনোংপোক কৌবা অহুনা লুতাম্নবা তাম্নারক্লে। ঈথক কাখৎলকপব, খাঙব ঙমদহনা নিংথৌ অপালবনা লৈবা ক্ষম্বী তানা চেলখৎলক্লে। লাইকৌবা থবাই অপিসক অহুগা অনিমক তিম্নারে। মুক্তাবলিগী লাইসং সংগোম অহিংবগী পুম্রি মন্নুংদা সনা থম্বাল অসংবা অমা লে। মনা অহুম লৈরিক লিসিং অমা মসেক ডাম্মানে। মনাগী মকা অহুম্মত্তা খোইমু মাগী মসক ওইবা অমনা অহুদা কানা কুম্না সাম্নারে। সঙ্গোমগী ঈসিং অহুদা ইকু নাহুনা সাম্নাবদা মচুম অথ,খা থাক্লে। কুরুগী ক্ষম্বী অহুদা অহুম্মক তিম্নগা সনাগী সোজৈ য়েনা থিংবা থোংহু হাংহুনা থোক্লকলে। নংগী দোলাই ওইনবদি পোক্রকভৈদগী নাওকম অহুনা ওইগদবনে; খোইরিনা হিরি ওইনবা চিংহুনা ক্ষম্বী নিংথিবা য়োনা লানথদবনে- খঙও নংগী হিরি ওইনা কুরুনা তাকপীবা নঙনা কাম্না তেল অহুনা পালবা মক্ষমদি খোইরি নাওকম অহুগী মন্নুঙদা লৈবা

— ০ —

লাইনে হে মীওইবসিংওঃ কুরুক্ষী পাওডাক্লে অচেৎপা অংখাঙ্গবদি লৈরগদবনে থচিক্কা মপা লৈনা হায়বনে।

১৪—বারম অমম্ব হায়গেঃ পোইঁরেতোয়া থোরা লৈয়িরে, সম্নংনা মুংখোও হাংনা লৈবনে, থমনুও ম সলবীনা সিনথুম সিলনা মথো-কন্বদো খওনবা হায়গে মালবী লৌবদি নহাকপু মাল্লে বাশবী কোই মুংখোং হাংবদি অওাংনা হাংবনে। ইপারি চিংমা হাথগে কোরো মুমিং মওানি ভাইনীওঃ—
ইচিক খুম্মা কৌবদি উনথম্বু তন্বীরে ইসা খুম্বা কৌবদি কানবীবু তন্বীরে। অম্বুক চাবা খুম্মাদ মুংথিল অম্বুক চাবর্ব কৌঙ্গী। মুমিদাং চাব খুম্মাদি মুমিদাং চাথিবব কৌঙ্গী। অ সম্বীর্ণকপু তম্লবগা মালবী মমিং কুপ্রে মনা হুয়ে। মালবী হায়র্বদি নুপী নিপানে। নুপীনে নিপানে অনিমক লোয়না হৈথারে কৌক্র অচবনা নোংদমহুনা কৌথপ্রে অনিমর্ক ইপাদা মুয়মঙ্গী।

১৫—অহুগা মমৈ থাতোপ্পদি সিংলি তোলোম্বা মানা কোবরে মথা নিও লৈথবদি য়াম্বিবা থাওনে মমৈ হৈনা মাংমু চোনজোল থাংবদি সমর্ঠনে। ময়াংলেন লৌরি সুপাই মালবদি চিপাকপা কৌব দ মহাক অহুনে। সবীগী মথুলদা থোও হাংলবগাঃ সিংলি তোলোম্বনা খিংজিলবহুব মুংখোও হাংব কৌঙ্গী। মালবীনা হাংদে মচানা হাংবনে হায়বদি অওাং অহুনা মপুও কারে মরম মওা শুনা পীদে থাসিং মুরে বগা কুরুনা থোক্লো হায়রে। অচা-অথক অরোঙ্গী লৈমু মুমিং-থা থবালমিচাক থোংচোমমুবী সচিক থাগা শুনা পারি থোক্লো হায়রে তওাং অহুনা হেঃ কুরুওঃ নচব থোইবদি লৈরমরক্লোঙ্গী অহুনা থোও-ডারেগনা কুরুদগী সাংতোকপা অহুব মচি পালহল্লে। ওইগী মাচদি কামনে, য়েংকৌদি য়িতুনে, অনিমকপু মাওহলদনা নুপীগী মুংখোও থিংবদা বোওডারেলব হাংনা পরৈ লোথোক্লে। থোললেন পোয়োর হাংদবদা মুমিং থা সচিক থবা, অওাল অসা উহল্লে, সিদবা কুরু অহুনা থোও হাংলক্লে ভাইবও কাওরে।

— 0 —

১৬—অংকো অহনা কুরুব্ কংলরে, চককুবা খুং খোংবদি মৈনে, তাঙপরিপীদি ঈসিংনে, সিংলিগী লিভোল থচিন্কা হোবা লাকলেন্দ লায়নরে। হৌচিকম্ হয়েংঙ্গ তত্তরিবা মথৈ পোকপম্ পোকদবনে। অনিমক হায়ননা মুঙসি মুঙওন্না অথূবা মকমদা লোললা থায়নরে অহুগীব্ অনি তকও নেতকওঃ তকতরি কৌই। মুঙসিবীনা থাইনবা মথুরোন কৌই। হৌচিকম্ মিৎনা উনা মরৈরি হায়বগী থমন্থ মসিলবীবু সিলনা সিললা মথোক্নি, অপোক অসি সিন্ননা মরৈরবনে অহুগীবু থমন্থ মসিলবী কৌঈ থঙও॥

১৭—অমম্ হায়গে পলেম পম্মৌ পারি ইচা অহম্মকী মতিকপু থূরুম্না হায়জগে। মুংসিং লাবা কৌবা সিদবা অহনা থাগী মচিদগী হঙ্গাম মরুশুম্বা অপিকপা অহ্ পূরক্ না ঈপাদা মরু হুন্নরে ঈপানা কাহৌরে ঈফা কৌঈ। থা মৃনা নাওপুরে ইমাগী থন্থুবু মপাল সারিঙৈদা থম্ফু ফিসেং নোংদা ইফানা মুংসিৎ লাবনা সাদোংহনা ইফানা হেন্নম্বা মরু লিক্লা অহুব্ ইমাদা তারে, চারাদা মরা বাইরে অংকো পান্নে। অংকো অহনা ইপাগী তরানিথোইমক্তা লৈরম্বা ময়াই অহুব্ চাকচা ওইনরে অহুগী ইচা কৌই। মচা হৌথরবসিংব্ পোক্লহনা পোক্লে পারি কৌঈ। ইতিওমলবগী পিখি ইমোম কৌঈ। কোকপু পূরেন কৌঈ। লাই থূরেম্বীনা লৈ, পিস্থম অনিমক পুস্থম লাংস্থম কৌঈ খোঁনাওব্ নোংথৌমতোন কৌঈ। সোরারেন্না লৈ, বাবা কৌবদি মিৎ নহানে। মুংথিন্দি অঙাংগী মসক ওইনা লৈ, অহিংদি পিস্থম অনিগী মরক্ত থূদোল অহম চংনা লৈবনে। কৌক্র কৌবা লাইদি লুতুংগী সম মরুমগুম্বা অহদা লৈবনে কুরুগী ফম্বীনে থঙওঃ।

১৮—চিংথৈ কৌবদি লিক্লেং চান্মানা থৈবা লিক্তগী হম্বা লুসম অকুৎপা অহুদা তিল্লুপ সিদবা অহুনা লৈবনে। চিংথৈনে কৌক্রনে অনিমকী মরক্ত। রেনবা কৈহুগুম্বা অদনা হন্দোক হঞ্জিন্না থবাইম্ মিংস্ব অমন্তা ওইনা চিংসিনথিহুনা লৈরুবা মফমদি নাপ্পদনে থূহপ অমা লুবনে কোইনা লৈবনে। লৈমরেল লৈনাওতাবীনা লৈতোন্দা লৈ, নোংথৌ মতোন কৌবা, খোঁনাওঃ মতোম্বা কুরু সিদবনা অহিংদি লাইস্রা কৌবী লৈমরেলগা লৈমিম্নৈ, মুংথিন্দি কুরু সিদবনা লাই ওইহনা

তুরেল কৌবদা লাইখুরেম্বী লৈময়েনগা। লৈমিন্নেরে অহৃগী অৃশিঙ মুঙথিল খাইবনে।

১৯—মুংস্থিংকী চিংদোল কৌবদি লেঙদান অনিমক্কে. অনিগী আইনবা চীং অহুদা কুরুগা থংননা লৈয়ে থাংচিং কৌই। থম্মোইগী থম্বাল অউপ অরোং অনিমকী মরক্কা সনাচিং লৈবনে, মনাক অহুদা থবানমিচাক কুরু সিজ্বনা পানলিবনে। চীং অপিসক অমম্ভ লৈবনে থবাইপী কণ্ঠীনে লাংয়েন সিদা কৌই। সিংখৌ লেংদা সিদবদি লাইপকী সন্নাই পিশুম অনিমকী মরক্কা ভান্না লৈবনে লাংয়েননা মাইথোংদা লংনা থোক্লবদি হকসাং মুম স.গ শায়রনে থেমজিনবা হেও

২০—অমম্ব হায়গে কুরুগী খুংস্ম খুংলাই থমনবদি নুম অনিমক্কে খাও কৌবদি ঈসিংনে, য়াঙ্গী কৌবদি মুংসিংনে, খুরুম্ব খুংলাই কৌবদি মৈনে, অহুম্মক অম্বিনা কুম্না লৈবনে, অহৃদগী হৌনা সিবনে, সিংলি খৈপিকী পানবী ওইবনে। ইলগী খুরজিশুম: কামগী দোলাই ওইনবা অপোক অসিগী লৈচং সিংলি তোম্নোম্বা কৌবদি তিনে, তিব্‌ থোইনা করিব্‌, হায়সিবানো। খুয়া কৌবদি লাইগী মম্বানে, গুমিং কৌবদি লাইগী মমিংনে, খুসিংখাদি থোংলেন অমুবনে, মীওইবগী মরা লিনফুদি সমনে, কোকফু লিনফু কৌই। থোঙলমন্‌ মতোন কৌঙ্গী খঙও:। মীওইবা নংনা ফংদবা বাব্‌ হায়রবনে, মসিদি মীঙোম্বা য়েংফল্লুগনু নমিং তাংউ: মীঙোন্দা তাফল্লুগনু, ননা পংউ: মীঙোম্বা হায়দোক্লবম্ব নরৈ লোমউ। নংঙোন্দগী হেন্দুনা মী অমদা খঙহল্লবদি হায়রিবসি নহাকথক্তা থুংত্রবম্ব নচা নম্বুদা সোইদনা লেপ্তুনা থুংবা ওইসনু।

## ২৩ শুবা মতাং

# কংলৈ পাকন ময়েক পুথোকলম্বগী চাউরাকপা থম্বদং

কুরুগী কাম্বাং লাংপুমদগী লাইগী ময়েক পুথোকলকপদা অসিবা কৌবা লাইনা. কোনচিন তিংথোক স্না পাখঙবদা তম্বীখিবা, চীংমী

তম্মীগী কংলৈ ময়েক হৌরকপগী মরম থয়া পোই হকঃগী লোইরকপা হয়ি চক্কী মঙান ঙাওরকপা, হম্মি চক হৌরকপা মতম অসিদা॥ ১ মঙাং নিংথৌগী মচা য়াংগেন কুরুম্বা কোবা অমা লৈরম্মী, কুরুম্বা হায়বা অসি লাইরা অতোনতা খমলৈ অয়েং চেংবা ওইবনা মসানৌ খঙলৈ য়াংবীগা লোইননা চীংমৈরোং য়াঙম থেন্দা সিংজবাঙ্গী কৌইনা থীবা লাকঈ।

মতম অহুদা লাইজ ঈরোনম্বুঙদা পাখঙবনা মথেক থেক্কুনা লৈবা মতমদা লৈমরেলনা অহুটৈ মচাগী মতৌ য়েংনিংহুনা পোইরৈ তোমপোক কোনচিন ভুংথোক পাখঙবদা হায়খিবা, ঈপারি ইবুঙো ইচানা লৈনুং লোনজা সাইয়োন লমদাইদা ইচাগী তৌবা ঙম্বা নতিক নয়াই অহু ইমানা য়েংহৌনিংই হায়রঙৈদা পাখঙবনা কোরৌ মালেম তায়রবঙ অহুম ভুনা নোংথৌ ভুরেন ভুনা খেক্লা-খেক্লা নোক্লা থেকভুনা চয়োন তরেংকী ফিথুপ-পুথোকখিবা অহু মুমিং অহুদা লৈমরেলনা অহৈঙগী সক্তম্বু নিংসিংখি॥

মতম অহুদা পাখঙবনা উরি অহিংবা কৌনা চীংদা, পাম্বী ওইনা হৌহুনা লৈরিঙৈদা, লৈমরেলনা উরি অহু থেক্কুনা মপুন অমাপুনলগা লাইজ ঈমুঙ পুঙদা থাদখি, অহুগা লৈমরেলনা চীংমৈরোং য়াঙম থেনগী হেনবা লোইবী চীংদা কারগা য়াঙ্গেন কুরুম্বা য়েংলগা চীংথক্তগী লৈমরেলনা কৌরকই। য়াঙ্গেন কুরুম্বা নংনা সিংজা বাঙ্গী কোইনা থীবা লাকপবু লাঈজ ঈলোন মুঙদা সিংজা মপুন অমা লৈবনি, পুখো তাকপিরে।

য়াঙ্গেন কুরুম্বনা লৈমরেনগী য়াথং মতুং ইন্না লাইজ ঈলোন মুংগী সিংজা বাঙ্গী মপুন অহু মসানৌ খঙলৈ য়াংবীগা লোইননা কুরুম্বনা সিংজা বাঙ্গী মপুন অহু পুরকলগা ময়ুম মরাংখাঙ্গী মকাইকমগী বাংগী য়েন্নখাদা থম্মী। মসানৌ খাঙলৈ য়াংবীগা লোইননা ভুংথুন ইচিক হুনবদা অৱাবা পৈর হন্দোকখি, য়াঙ্গেন কুরুম্বা অহু ভুমগ্রে।

— 0 —

অহিং ইচিক হুনবদা লৈমরেলনা লাকই। কুরুম্বী সিংজা বাঙ্গী অহু থেকতুনা লাইরমলেন মীরমলেন লোয়নম। পাখঙবগী তুথুপ অহুম মচু অহুম মথেক তরেৎ চয়োন তরেৎকী ফিথুপ মাপনগী মথেক পাকন তরানিথোইগী মথেক মাইকৈ তরা থোক্না থেক্লকপা, নোংথৌ তুরেন চয়োন তরেৎকা লোয়ননা থেকপা মথেক অহু লৈমরেলনা অকাওবা লৈতনা থেকতুনা লাইগী লিক্লম লাইয়েক ময়েক (১৩) তরা হুমদোই লাইলিক ময়েক সাথি॥

অহুগা লৈমরেলনা হোদোক্লে, য়ায়েন কুরুম্বা নওগী সিঙ লোসক্লো। হায়বা অহু তাবদা কুরুম্বনা হোৌগৎতুনা থাংমৈ মৈরা থাক্তুনা য়েংলে। মবোং অহু, মথেক ময়েক অহু শুংপাক্তা ইহৌরে॥ য়াঙ্গেন কুরুম্বা মকাইকমদা চংহুনা কুরুম্বা অমুক তুমক্লে।

লৈমরেলনা কৌক্রু থাংচিং বাংকুলেন মারচিং ময়েক (৪) মরি অসি সারগা, কুরুম্ববু অমুক হোৌদোক্লগা, লৈমরেলনা ময়েক তুথেক লাইয়েক মসক খঙনবা কুরুম্বদা তম্বীরে। পাকন ১৩ গী ময়েকা মাইকৈ ৪ গী ময়েকা ময়েক ১৭ সেম্না লৈমরেলনা কুরুম্বদা তাকপী তম্বীহনা পিরম্মে। তায়বঙগী হোৌরকপদগী লোইনরকপা লাইগী ঈয়েক লাইগী লিক্লম ওইবা লাঈলিক ময়েক হৈবা, অহানবদী, য়াঙ্গেন কুরুম্বনে॥

থোঙ্গহক: চক্তা অহানবা পুথোকপা ময়েক পাখংবনা মথেক থেক্তুনা লৈবা মতমদা লৈমরেলনা অকাওবা লৈতলা নিংসিংলগা হুয়ি চকী অহৌবা চক্তা মঙাংগী মচা য়াঙ্গেন কুরুম্বদা লৈমরেলনা তম্বীরকপদা মসানৌ থাঙলৈ য়াংবীগা লোনহুনা লৈবা মতমদা য়েকশ্রীবা ময়েক ১৭ য়াঙ্গেন পুয়াদা ইহুনা য়েক্লগা থানম্বা কংলৈ ময়েক লেঙবা য়াত্রবা চীং-তমগী ময়েক লৈপাক অসিদা পোইরৈচা পুয়মকী চংনবা লাইনিং লমচৎ অমদি লৈঙাকলোনগী মরম চংথোম্না ইরম্বা লোন মরম মুনা ইরম্বা লাইরিক মখল-মখা অরম্বা থলনা লৈপাক অসিদা লৈরি॥

কংলৈ ময়েক সনখোক্লব ময়েক অসাবা লৈক্লদবনা মায়কৈ অসোমগী ওইনা ইরৈপাক ময়েক্লা ইবা লাইরিক সম্বোকপা শুমজ্রি॥

লাইঙ্গিংথৌগী মমিং ১৩ সুবা, ১৭ সুবা মিংথৈগী তুথুপ পাকন্দগী লৌথোক্ল-কপা ময়েক লৈ ফম ১০ কি মক্তমদি। ১—পুক্লিং হুকসাং। ২—বাখল। ৩—মিৎ। ৪—খুৎ। ৫—খোঙ। ৬—কোক। ৭—চিলপান। ৮—নাতোন। ৯—মুংসিৎ সোর। ১০—নাখাং। ১১—নাকোং। ১২—থাপাক। ১৩—থামোই লুখম। অসিদা ময়েকী হৌফম লোইরে। ১৪—কৌক্র চীং। ১৫—খাঙচীং চীং। ১৬—বাংকুলেন চীং। ১৭—মাংচীং। মসিদা পাফলগী হৌফমনা অসিদা লোইরে॥

অহানবা ঈপী ঈয়েক মক ওইবা ময়েক ১৭ কী হৌফম পাগল ময়েক অসেংবা মক্ল লাইরিক ময়েক সম্বোক্লবা লৈজদবনা বে শাস্ত্রী ময়েক্লা বাহৈগী খোম্বোক কাম্নজবওনী।

১—ক: কোকমুঙগী কয়াৎ। ২—ল: লাঈমুমমুঙগী চ৯ কাঈ। ৩—ম: মিৎকী পাংকলনা যেংবা। ৪—প: পাংকলগী পুক্লিং লমচং। ৫—ন: নাকোংকী লৌছিং। ৬—চ: চিলপানকি লাকছিনবা। ৭—ত: তীলবী মকগী তিনছিনবগী মযাঈ। ৮—খ: খোঁরাংবগী চিংসিনবা ৯—ঙ: ঙৌকনবা অপালবগী সাচং। ১০—থবাইগী মঙান। ১১—বা: বাখলগী লৌছিং। ১২—য়: য়াইবীগী থোনা। ১৩—হ: হুকসাংগী পাংকল॥ ১—উ: উনছাগী মতিক মযাঈ। ২—ঈ: ঈগী ঈচং ছাচং থঙনবা। ৩—ক: কশ্বাস তাংপলদা উনা থঙনবে। ৪—অ: অতিংঙা অহাংবদগী লাকপনা লাকসিন্দুনা চৈচং মসিং কস্থুনা ময়েকী চৈথা থারমলে॥

অনচি-ময়েক্লা পুথোক্লকপা চ: গী ছ: ময়েক্তা অকার তপলগা ছা তপত্রগা ছ:+ময়েক ১৭ তা ছ: ময়েক অছি হাপলগা ময়েক ১৮ অছিনে। মপী ময়েক ১৭ তনি। অহানবদা ছ:গী মহক্তা চ:না ছিজিনরমঈ। ছ: অছিদি অকোনবদা হৈয়া চকী নিংথৌ লময়াঈ

—0—

ঙানবা কৌবা নিংথৌগী মচা ম্নু। ঙাংচেং ছুগী হাকক্তা নোংপোক নিংথৌনা চংগী ছঃ ময়েক অছি হাপলগা, সনা ঙাংচেং ছুদা ময়েক তম্বীবা হৌখিবনে। লাইরিক তক্ষম ছং ছাবছু চক অ'সদগী হৌনা ছাবা হৌগ্রবনি, লৈপাক অ'সদা। চংগী ছংগা কোন্নবা লোন ময়েক খারছু কাপ্তনা ময়েক ২৫ ছুনাবা হাপচিন্দুনা তম্বারম্মী। হায়রি চংগী ছঃ অসি ত্রিপুরাগী দোপোম ময়েক্কি হায়নস্থ মরম ফঙ্গনা পিরি অতুগা। বঙ্গোল কাংবুনস্থ বেঙ্গোল্লী ময়েক্কি হায়রি। মায়কৈ অসোমগী চীংতম পোইরৈচাসিংনা ঈরম্বনা খাগেলবা হাকক্তা কংলে ময়েক ২৭ না চৎনরম্বা মতমদা চংগী ছঃ অসি পায়োন কোবা পূয়াদ ঈরম্মী। ছ, ইবদা শ্রীশঃ ছিং সিংব অসিদি কংলৈ লোন ইবদা লোন চানদে অসিগা লোয়নবা দোসোম ময়েক অমস্থং বেঙ্গোল্লী ময়েক অনিগী মন্নুঙদগী ময়েক ৬ স্নু কংলৈ লোনগী খোঙ্গোক ইবা চানদে॥ টঃ তো মকোক পানবা, ঠ—কৈতেকপা, ড়ঃ—দোবিন্দ্রো, ঞঃ—নিয়ো ঝ—জা, ণঃ—মুধৈনো, ময়েক ৬ অসিগা লোয়ননা ময়েক ৮ অসিদি চীংতমগী কংলৈ লোন ইবদা বাহৈ খোঙ্গোক চানদে। বিগবোরোন ২১ গী সন্ধী বাহঙ্গোকী লোনচুম বাহৈ পাংরং হায়বদা পা'সোয় নাঈ।

নোংপোক অচিবা নিংথৌ অপালবনা লাইরিক সঙদা ফমলগা ইরম্মী হায়বগী বাহৈ পরেংদা, অনচি লাইয়িংথৌগী মমিং ১৩ স্নুবা ১৭ স্নুবা অসি অরুবা মিংথৈনি। ১—অঃ অতীয়া অচিরেং নৌদরেং সনা কুচু থোকএ। ২—কঃ—কোক কাংপুনচি সনা পাখঙবা কুইনা চুঙছাংনা লৈএ। ৩—খঃ খোখঙফা মিহিং মনিক পাঙ্গল কল্লেএ। ৪—লঃ লাইস্না উলৈ হিংওঃ অনা অয়েক লৈতে। ৫—ঙঃ ঙোম্নুঙফা মেন মনিক মংহা থিদেএ। ৬—মঃ মিৎ মনোংয়াঈ ওইবা হি য়াই মনিক নহা ওইএ। ৭—নঃ নাহুকচাং মহিস্না তোনৌ কুইনা নিংথৌ ওইএ। ৮—য়ঃ য়াং য়েনৌ তরেং মনিক মিনা চানএ। ৯—হ হুক হৌস্না কোনস্থ তরং হুকচাং ঈস্নুঙ ছোইতে। ১০—চঃ চিল চস্না

— 0 —

মেন মনিক শিল্লাইগী লাইথুং লৈতে। ১১—তঃ তিন তকয়াঈ মহি মিমনিক য়েন্নবা ওমএ। ১২—পঃ পামুপ মনিক লমথাংদা ছিতে। ১৩—উঃ উন হিং নিংক্রক খরিংক্রক চাপা ব্রাংতে। মসিদা মরু ওইবা মিংথৈ লৈরে লোইরে। মখাগী মাইক ৪ মিংথৈ অসি মছা অমত্তনে। মসিদা থব্রাই ময়েক্কী মমিং শৈরে লোইরে॥

১—কঃ কমকাং কায়চিংপা হায়কাহিং কৌক্র। ২—খঃ খোথাং উঈ ক্রাচিং থংত্র থাংচিং। ৩—ব্র। ব্রাইহিং ক্রক কংকা ব্রাংফুলেন ৪—ঈঃ ঈহিং কঃম্না সংক্তে হিংতে মারচিং॥ ময়েক্কী মরম পুন্নমক অরোইবা ওমথৈদি, অাসতনি। ময়েক্কী মরু ওইবা খোম্থোক্কা সিজিন্নরকপা মরমদি। পাকল ময়েক ক্ষিথুপ ১৭ তগী লোথোক্লকপা কংলল ময়েক্কী হৌকম মরুদি। মুক্কুদি হুকসাংনে, মুক্তি মাপ্পরেন্নে, অঈবদি খোঞ্জেন্নে, লাদি পুক্লিংনে, চিংথৈদি মৎ অনিমক্রে। তনচিদি খদাং চাইরুং অনিমক্রে মথাদি কোক্লে, হুকসাংদি কোনে, অকারদি মিনে। কৌক্র মমিং খওলবদি লবা খেপিক কান্নবনে, কৌবরেন মুমিং খওলবদি নব খেপিক ওম্বনে চ খাও মমিং খওলবদি লৈনা খৈপিক লৈতবা ওম্বনে॥

তায়বও পালবগী মউঃ ওইবদি, লোইনাবিবা ইপু সিদবনে মসানা মি ওইনা উহন্দুনা লৈবনা কনাগুম্বা তায়বওনা ঈপু মাবু খিবদা ঈপু লাই সিদবা মসানা তায়বও কনাবু খওহন উহনলরোই হায়না তাইবওবু মওগী মথক্কা মও মওহন্দুনা তাইবও মওলান ওইনা পংলৈ লৈহনলী।

অব্রাংবা থাক্তা লৈবা তাইবওতনা করৌ মালেম তুনা য়েংবদা পুন্নমক্কী মউ ওইবা মপু মাগী সনা কুম্মৈদা মসা অহুমগী উয়োন্দা থম্বাল অমমম সাংহনলিবা লৈরাং থম্বাল অসি মচু মান্নহন্দে।

অমনা খোইয়ুম সাইয়োন মচুনে, অমনা তাইবও লাংওন মচুনে, অমনা তাইবও থব্রাইগা ম্রাইবীগা খাইনবা মচুনে। মচু অহুম্মক অসিবু অমত্তা ওইবা লাংপুম অহুবু তায়বও চিও কৌএ, তায়বওবু চীং কৌবদি লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা মরম পুন্নমক চিখবা লৈতনা

চিংসিন্দুনা তায়বঙ হুকসাং মনুঙদা মরম পুন্নমক থম্বা ওমঈ। কাম্বগীবু থবাই যাইবী লাংপূম ইছা মছা খঙববু কৌঈ।

কোরৌ মালেম তায়বঙ অহুম অসিবু মপুগী মসা অহুমী, অমনা পোকপা কৌঈ, অমনা হিংবা কৌঈ, অমনা সিবা কৌঈ। মরম অহুম অসিবু অমনা ঈসা লাংপূম ঐ ওইবনে, অমনা ইমা ওইবনে, অমনা ইপা ওইবনে। ফাংথোঙ চুপ অহুম অসিবু অমনা হং কৌএ, অমনা বং কৌএ, অমনা সং কৌএ। অহুম্মক অসিগী মউ: ওইবা মপু পুন্নমকী পোকলেন পোকপা সাৎলেন সাংপা লাই সিদবা মপু অহৃদি, নুমিৎকী মঙান্না ঈসিংদা মমিঃ তাবদা মকম পুন্নমক্তা লৈবা তাইবঙ মীনা ঈসিং মনুঙদা নুমিৎকী মঙান উবগুন্না লাই সিদবা মপু মহাক্তি তাইবঙনুংদা লেংদনা লৈরগা পোকপা, হিংবা, লাংওনগী মরম পুন্নমক নোংদম্নীবা মপু মহাক্নি। মায়াদগী হৌবনে, মরূমদগী ওনবনে, মমানা পোকপনে, সাগৈ অহুম অসিবু মুমনাক অমদা থমহনা মমিং অমঙা ওইনা থোন্দুনা মি.দা মিং মায়হন্নগা থম্বীরম্মী॥

## হৌকম মরু খঙনবা

অতীয়ানা মপুগী পুকমুঙদগী তায়বঙবু হোইদোকরকপা ইসৈ অ-আ হয়ি হেঃ আ হঈহেঃ হোঈরোঈ হোঈ রোঈ নাগেসে। ইবুঙোনা সকপদ্দা।

## ইবেম্মনা খুম্বা অসৈদি

আ হারি হেঃ হয়া হয়া হয়া হয়া হয়া নাগেসে। তাইবঙ লাইয়াম্না হায়দোক্লকপদা, সক্লকপা ইসৈ। হোই হোই হোই হা হা হা হেঃ লিনলে হেঃ লিনলে লাওউঃ হায়ুতে খুলাইতে হয়াহেঃ অসিবু থোইনা নুঙাইবা লৈবরা লৈবনিদা হৌহেঃ হৌ হেঃ হয়া নগেদা॥

খুন্থোক লৈসেমঙৈ নমু মিকৌরোন তায়বঙ মৈহৌরকঙৈগী নোং-দমলেন অহানবদা করৌ মালেমদা লৈরিবা তাইবঙ মীঃ পুন্নমক্তা তুংদা থোক্লকদবা থবক থৌরম পুন্নমক খঙদববু খঙননবা, উদববু উননবা কং.লসনা লৈপাকী পোইরৈ বায়েন থোদা বারম খৈবিক মথং মথং।

—0—

# থা ১২না অনি থোক্লা খায়দোকপা

মেরা, হিয়াঙ্গৈ, পোইন্নু, ৱাকচিং, ফাইরেন, লমতা থা-৬ অসিনা অহিংবা থানি। সাজিবু, কালেন, ঈঙ্গা, ইঙেন, থারান, লাংবন, থা ৬ অসিনা অসংবা থানি। থা ৬ অসিদা পুবা মিকুপ নাহমপুং মসীং অহিংদা (খঃ) ৫২,০০০ পো ৪৪ নুংথিলগী পুংসিং (খঃ) ১৬ (পঃ) ৮ (অহাংবা) ৪ (খঃ) ৮০০০ (খঃ) ৩ (১০২) (৩০) (৯০) (১০) (২০) (৫) (৯০) (১০৫) (১৯০) (৩০) (৪৬১) পুল্লা পুং ৬১,৫২২ অসিনা থা ৬ তা মহাও অথুম্ব:, অথাবা অসিননবা অয়াকপা অককপা ওইনম্ব। নাচিংবা মহাও ১০৮ মনমগী মথল লুংসিবা। নমথিবা, অয়াক নম নম্ব; সিন্নম নম্বা, ওইনম্ব মনম অসিনাচিংবা মনম ১০৮ মচুগী মথল অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, অসংবা, সংবানবা, নাপু মচু হিকোক মচু চুমত্রে মচু, মেমানবনাচিংবা মচু ১০৮ পুথোকই। পোৎকি মসক মৰোঙ অচৌবা অপিকপা, থরা হেন্না চাউব: য়াম্না হেন্না চাউবা পিসক পিকপা থরা পিকপা য়াইমা ওইনা পিকপা, মিৎনা উবদা ৱাবা পোৎকি মৰোং মচৌ ফাওবা পুং অসিনা পুথোকই।

অসুম্না ৱাচিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থবান, লাংবন, থা ৬ অসাবা থাদনা অমুক নুংথিলগী পুংসিংনা হেন্না পুই। অসুম্না কুম কুম্ব অনিনা থা ১২ দা অনি থোক্লা খায়দোকপা কোরৌ মলেমদা লৈরিবা পোকপা পুম্নমক অসিনা লাই মীঃ পুম্নমকি থবাঙ্গী হিংনবা সেম্বিহনা থম্বিরিবনি।

থৱাই পানবা পুম্নমকী নুপী, নিপা, থাম্বরি, অসি মথক্তি পুংসিংনা থাম্বরিবনি, কোরৌ মালেমদা লৈবা লাই মীঃ সা, উচেক ঈসিংদা লৈবা, কংকালদা লৈবা, নুংসা হোনবা নুংসা হোন্দবা, লেংবা লেংদবা, অচৎপা চত্তবা, পুম্নমক্লা নুঙাইবা হয়ওবা উবদা অমম অঙান থাম্বরিবা থাদৈ নাম্নুং তম্নাতাবা লাম্বিংথৌ চয়োন তরেৎ তানকাংবা

—০—

মনুংতরেৎ তানফংবা লৈরাং পুমনাই সাতনাই পুদিরে, কোরৌ মৈদা কেমত্রবা বাংবল লৈরেংইত্রবা, পাখং তরেৎ লোনখংলৈ, মুক্তা তরেৎ লোনসিললৈ সিংগেল লৈরাং লৈপুলবু সেম্বীরকপা লাইমিংথৌনি।

২৪ শুবা মতাং

## সাগ্রোনে লাংগ্ন লাকপা

খুনথোক লৈসেমলোন নম, মিহৌবা তাম্বরও মৈকৌলোন অনচি কহস্কঃ থোই হস্কঃ তৈরো হস্ক পোই হস্ক হওকঃ মরিরী লাইথেক ঈরেক লাইয়েক ঈথৎ ভুপুস লাইরক লুতিন লাইরক চল।

হয়িচকং হৈয়া চক খুন চক লাংবকোয়া চক্র চক মরিমমকী লুতিন লাইরকচল কংলৈসনা পংমরোন কুরুম সনা লৈমরোন খোইমুম লৈহৌ পুঙমরোনগী তাম্বরও চংলম লুতিন পুরাবি লৈরেনবা 'পুয়া'।

বাহৌনবা লোনচং অসিবু হয়িচক্তা মুবদি অবাং পলসা য়াই- বীলেন থেক্ত্র চিংলেন লৈরুবা, তাইবঙ নমু লৈকুলেন খুন্দা অহানবা নমু তাইবঙ লাইগী মসক ওইবনা মমুম খুন্দারকতৈদা নোংদম থৌথা থৌপুনা তাকওম্বা লাইগী, লাইয়েক লুতিন লাইলিক সখাই রেকুপ সখাই নাইনা লৈথাঈহুনুা লাইয়েকপু সেমগৎ সাগৎলগা, হৌমিবা লৈঙমথরবা পুবাবু নিংসিং পমুম থৌপুজবা ওইনা লাইরমলেন মীরমলেন তুনা মথং লেংনা থোতু মুংপাক্তা ইহুনা মথুৎমু খুংগাই ওইনা পাইরগা। কংলৈসনা পুঙমরোনগী লৈঙম্বা মমুম সখাম্বতরেৎ লৈকম ততককী অসাই অসমবু মহৈ মছিং বৈনবা হৌখিবা; পুবাবু থোকাওদমবা থৌরম পুম্বা তম্বীনবা ওইকয়া চিংঙ, ইবুঙো তাইবঙ লাঈ (নো) লাইয়েকী মসক্তা ভইবা তাম্বরও অরেংকী সারোক মঙাং মুমগী তাইবঙ পীবা পাখংবনা তিরু লৈথম্বা লাইমিংপু-ও হায়চিংপা হারকাহিং কৌবা কৌক্র অচিবা কৌরেংঙেং চৌমনিক্ক কৌবনা থাগোনহুমা লৈ থম্বীবা পুয়ানি, তাম্বরও মপুম্বী বাকোন পুঙগী বাহৌনবা লোন্দী অসিদা লৈরে। কংলৈপাকন মরেক্ক। ইবা লাঈয়েক লাইরিক অসেংবা

— 0 —

থকাই ময়েক অমদি থাহবী ময়েক লেংবা য়াত্রবা বাকম অরুবা মরম অতে লৈরিবা থৌগিক পুম্নকতি অকোনবা লাইরিক অমদা পাকন ময়েকা কোয়া কমডম হোংবা য়াদবা ময়েক অতুনা ইবা পুথোকচনি।

হৈয়াচক্তা অহোং নিংথৌ মপুশিবনা তানকংলে, মতুংদা থেংগ্নং পানক্‌বা খোংথোং পুথোকপনা থৌপুইএ। মতুংদা কুরুম পুঙময়োন পানকবা মচা কায়ন লমপুৱনা অহন ইন অমগা কোম্নমা তানকংনা থৌপুইএ। মতুং খংকেং পীবাম তানকংহনা লৈপাকী থৌপুনৈএ। মতুং অমাই তাইথোংবনা থৌপুইত্র। মতুং লময়াঙ্গি তানিবা নিংথৌগী মথাদা সন্না তাংজেংম্বগী হাক্তকা চিংঙ, নোংপোক অপার্লবা নিংথৌনা লৈপাক মীয়াম পুম্নমকপু থোকাও-দনবা, সনাতাংস্নগী মনাও ইবুঙো সনাম্নানিক কোবা অতাং অমদগী হৌনা পাকন মর্য়েক লাইজয়েক লাইরিক তম্বীরমএ, হায়বগী অইবা লৈরিএ।

থুম্বঙচক্তা সেংবং নিংথৌগী হাক্তকা সত্রৈস্বী চৈস্রাগী মপা থাই থুয়েন তম্বনা মথুংস্নু ওইনা থাগাম্নৈএ, মথংদা লৈস্নুঙ থাবনা থাগেনৈএ হম্নিলাংকা কোম্নার্চক্তা চৈনাংদম নোংথাই নোংদা লাইথঙবগী হাক্তকা। লৈস্নুঙ থকক অসেথং তাংতাঙর পুঙতোইবা থানিংলোনজ থরুক অসেবা সিনৌ নোংথেলে ইবাল লাগী পৌংতোং সেম্বা ইতোঙ তোবনা থৌপুনৈএ। নোংদা লাইলেন পীথঙবগী মচা ইবুঙো থোই-তোমপোকী হাক্তকা থৌতাক ফুরুম্বনা থৌপুনৈএ।

লাইরেন নাওফাংবগী হাক্তকা লাইবা নহাবা সনছেনহা নাত্তয়ো-ইহনবনা চিংঙ; মতিক লৈনা থৌপুনৈএ। নিংথৌ খোংতেকচাগী হাক্তকা অকোইজম তৌমপোইনা লৈপাক নিংথৌগী পুম্না মহাও কানাবা লৈঙাক থৌপুনৈএ। নোংদা লাইরেন পাখঙবগী কুমসংক ২৬—চংলকপগী চাউহৌদা তাঙথা মরু নোংদম সংলেম্বা অপোই মচানা থৌপুনৈএ। মথংদা ভুবী চয়াইরেংবা হাক্তকা থাই কেক্রনা থৌ-পুনৈএ। মথংদা অকোইজম লাংমৈবনা সিনলোএ।

মতৌ অসুম্না চক খুদিংগী পানখি পানথিবা নিংখৌনা মাগী মাগী কোম্নবা মায়চৌ মোইরৈ ফাংথিবা অম্মাঙ্গ অসাই অসম পুম্নমক্না মথং মথং থমলম্বা লাইরিক্নি। মায়চৌ লাংওন কৌব। পুয়া অহৃগী মন্থুঙদা অপানবা নিংথৌ পুম্নমক্কী মাগী মাগী চৎনবী লোন মাহৈ মাহৈ পুরেং চুম্না অগোয় উপাক্তা লাতম ওইনা সেম্লগ। ইরম। লাইরিক কয়ামুক কংলৈ পাফন ময়েক্লা ইবা পুয়া লাইরিক লৈরিএ। মায়চৌ লাংওন কৌবা পুয়া অসি অপালবা নিংথৌ খুদিংগী মপুঙ ফানা ফানা লৈরিএ। কুনাগুম্বনা য়েংবিনিংলবসু য়েংবিবা য়াগনি, লাইরিক অসিদা মপুংফানা হাপ্তুনা ইবদা পাকথোক চাউথোকপা, হেন্দোকথিগম্না খল্লুবদগী খুদম ওইনা থম্না অসিদমক ইথোকচবনি।

## ২৫ শুবা মতাং

# পুয়া লাইরিক অমমমগী মমিংছিং

মতমগী মচুং ইম্না লৈবাক মীয়াম্না চৎনবিবা অনৌবা লোনচংকী ইং কুমজা ১৭০৯ গী মথক্তা ইং পোলইরে সনা লৈপাক্কী। মচি মচিদা সিনবা থুংনা লৈরম্বা "পুয়া" লাইরিক অমমমগী মমিংছিং।

১—তাওরোইলাই য়াংবী, ২—পাখংবা য়াংবী, ৩—তাওরোই-লাঙ্গ নোংথন, ৪—পাখংবা নাওয়োম, ৫—সনামহি নাওয়োম, ৬—সনামহি নোংথঙ্গ, ৭–লৈথক লৈখা লোন, ৮—লৈখা নোংখালোন, ৯—লৈচিনলোন যুম্বী, ১০—নোংলোন য়ুম্বী, ১১-নোংলোন লাইচম ১২--নোংলোন ফাম্না থোঙ, ১৩ নোংজোন লাংপুম, ১৪- নোংতোন লৈচিন লোন, ১৫-লৈরোন য়ুম চেৎপা, ১৬-লৈচিনলোন নাওয়োম, ১৭-হাওবা লৈচিনলোন, ১৮ লৈখা লাংপুম, ১৯ থিরেল সাকোক, ২০-লিরোন সিংকাপ, ২১ খুমুঙ সিংকাপ, ২২- থিরেল মৈরমলিবা ২৩-থিরেল লায়াৎ, ২৪- থিরেন লাইচম, ২৫-থিরেল চিপপি, ২৬-থিরেল থিপোংবী, ২৭-কাংথোঙ, ২৮-লৈসাংখোং থিরেন, ২৯-য়ুম্বী থিরেন ৩০,নোংমাঙ্গচিঙ থিরেন. ৩১-হৈপোক থিরেন, ৩২-লাংকোন থিরেন,

— 0 —

৩৩-কৌক্র লাংখৈ, ৩৪-থাঙচিঙ লাংখৈ, ৩৫-চিংখৈ সেক্লিং, ৩৬-চিংঙ্গা লাংখৈ, ৩৭-ললামপুঙ লাংখৈ, ৩৮-ৱাংপ্রেন সেক্লিং, ৩৯ নুঙলোন লম্বুবা, ৪০-নুংলোম য়ুম্বী, ৪১ নুংলোন য়াংবী ৪২ নুংলোন ককথায়বা, ৪৩-সাকোক লাইচম, ৪৪ নুংলোন মাহৌ. ৪৫ চাক্লা মাহৌ, ৪৬ খোই-মাহৌ, ৪৭-মাহৌ লাংপুম. ৪৮ মাহৌচা আখেন. ৪৯-মাহৌ সেক্লিং ৫০-মহৌসা সিকোক. ৫১মাহৌসা লাংপুম, ৫২-তাম্থোং মাহৌ, ৫৩-লেমখোং মাহৌ. ৫৪ নোংপাই মাহৌ, ৫৫-লৈহৌ মাহৌ. ৫৬ য়ুম্বী মহৌ. ৫৭ লৈহৌ লাংপুম. ৫৮-খেনখেন মাহৌ, ৫৯-লৈচাঙ্গী মাহৌ ৬০-নোংলান মাহৌ. ৬১ লৈংলান মাহৌ, ৬২-চকপলোন খেনকা, ৬৩-চকপলোন. ৬৪-সোম্না ঙচপুচ কোইবা, ৬৫-লৈখা নুঙলোন লাংপুম ৬৬ নোংলোন হিরি. ৬৭ খুনুঙ সমপুম, ৬৮-খিয়ান লোন, ৬৯-মারান লোন, ৭০-বরাক লোন. ৭১ হিরি লংসং লোন, ৭২-চোংখুলোন।

৭৩—খাম্বিলোন. ৭৪—লাইসিং কোকলোন, ৭৫—অপোকলোন লংমাঙ্গী চিংকোইলোন, ৭৫—চিংখাং চিংকোইলোন, ৭৬—লোইচিঙ চিংকোঙ্গী লোন, ৭৭—কোনচেং কোকফা লোন, ৭৮—চোংখু লম্বী, ৭৯—কৌক্র চিংকোই লোন, ৮০—খুনুঙপুকোইবা, ৮১—খাবী খিরিন, ৮২-সিদা লাংপুম. ৮৩—খুম্থোক লাংবী ৮৪—চিংসংলোন, ৮৫—মাহৌ য়াংবী, ৮৬—উরেনপুঙ মরুম্বোন, ৮৭-ৱাকোকলোন, ৮৮—পাবোং খোংচিনলোন

৮৯-য়াংপুম লাংপুমলোন, ৯০ খোংচিনলোন, ৯১-কুসং য়ুংলোন, ৯২-খায়াং হিবু লোন, ৯৩ কাইবা সেক্লিং, ৯৪-কাইবা খেক্লিংলোন, ৯৫-সিংখল লাংখললোন, ৯৬-সিংতাপুঙ কিয়ান, ৯৭-পোইরৈতোন খুম্থোক-লোন ৯৮-পোইরৈতোন নিংচৎ, ৯৯-সনামহি খিরেন, ১০০-পোইরৈতোন ফাংখোং. ১০১-খচওই য়াংওঙ্গী সেক্লিং, ১০২-নোংসাবা খুম্থোক, ১০৩-পাখংবা খিরেন য়ুম্বী, ১০৪-গুংবী গুংথা লোন, ১০৫ য়াবা লাং-পুমলোন, ১০৬—কোংখোং লাইচৌ লোন, ১০৭—সেলোই নিংচিং লোন, ১০৮—পাদম উরৌলোন, ১০৯—যুমিং খেনচং লোন, ১১০—খাখেনচংলোন, ১১১—লাতোঙ্গী সেক্লিং, ১১২সাকোক সারুম, ১১৩—সনামহি কাংখাঙ, ১১৪—পাখংবা য়ুম্বী, ১১৫—ৱাকোকলোন খিরেন

— ০ —

সন্নাই ম্রমাইলোন পুকৌক ১১৬—খুম্থোক পাখংবা থিরেন, ১১৭—পুম্না লম্বুবা ১১৮—থাংলোন ইয়াং, ১১৯—পাখংবা মায়োম, ১২০—সাত্তিং সাকোক ১২১—লাম্লোন সৈক্লিং, ১২২—থৌনিলোন মত্তিং মচা, ১২৩ অথুম তিলথুম, ১২৪—নোংতম পুম্না, ১২৫—নাওখিংখোৎ কম কাবা ১২৬—কাইবিরোক ১২৭—সনামহি অহোংলোন ১২৮—মুমিৎ কাপ্পা ১২৯—মুবিকা নোংয়াই ১৩০—লাবা লাংলোন ১৩১—নোংখোংলোন ১৩২—পুরাই ম'সর্ন ১৩৩—কারথোং লমলেন ১৩৪—লোইচি লোন ১৩৫—কাইখিরোন ১৩৬—লাইমুং কুখোন, ১৩৭—নোংতমলোন ১৩৮—পাখংবা তুথেক লৈরোং ১৩৯—অপোক লৈরোং ১৪০—মকৌ থাকোল ১৪১—কাকর্মেন মিঙম্বা ১৪২—চেকখোং লংথবা ১৪৩—লমত্তিনলোন ১৪৪—থিরেন মৈরোম্বী ১৪৫—কংলা লায়াং ১৪৬—মৈচাকখেস ১৪৭—খোংচোংনুরী মোঙ্গারোন ১৪৮—লৌতারোন ১৪৯—চাউমলোন ১৫০ সনালমওক ১৫১—থাগেলবা লাংলোন ১৫২—কংলৈ থুনখোকপা। ১৫৩—সেংকাও পারগুবা, ১৫৪—নোংথৌ ( সোরারেন ) লাইয়েক ১৫৫—অমাইলোন ১৫৬—মুপিকা লৈসাবা ১৫৭—তাওরোই লাইয়াংবী লৈরোং ২৫৮—সনামহি লমহিং—১৫৯—নোংলোন লাঙ্গচম ১৬০—লৈরোল ঙচমচেংপা ১৬১—লৈচিললোন নাঙরোম ১৬২—লৈমাতাক হাওবা ১৬৩—পাতা লাংপুম ১৬৪—থিরেন সিকক্ ১৬৫—থুংসিংতাই ১৬৬—থিরেন লযাং ১৬৭—থিরেল লাইচম ১৬৮—থিরেল লাইচেপপা ১৬৯—থিরেল কাওথাং ১৭০—লৈসাংথোং থিরেন মুম্বী ২৭১—মুংলোন থাল্লাওবা ১৭২—মুংলোন লাইচম ১৭৩—মুংলোন মাংবীমুবা ১৭৪—সাকোক লাইচম ১৭৫—চাদা মাহো খোইমাহোক ১৭৬—মাহো লাইপুঙ ১৭৭—নোংলাই মহো খোইমহোক, ১৭৮—লৈহৌ মায়োক ১৭৯ লৈই মাহো ১৮০—থেংকা মাহো, ১৮১—হিরি লঙমুঙ মুহো ১৮২—চাকলোন হৌনবা ১৮৩—কোম্না মুঙপুম কোইবা নহাইলোন মথৎ ১০৮ অম্রবা পুম্না ১৮৪— য়াচেং পাথপ হকলোন ১৮৫—তেনক্বাপ লোন ১৮৬— পাখংবা খোইজু লমওক ১৮৭—উমংলোন ১৮৮—থবা

— 0 —

মি খেনচংলোন ১৮৯—লোইনা সিনলোন ১৯০—পাখংবা মুশী লৈ. ১৯১—স'কাও মখল ৪ ১৯২—থিরেন নানম্বা ১৯৩—সাকোক স দ ১৯৪—মাহৌথেবারোন ১৯৫—সাকোক থিরেননা নম্বা ১৯৬—সিং ১৯৭—খেবা মারোন ১৯৮—মাংবীরেন সুবা ১৯৯—লৈমরেন সে ক ২০০—চায়নরোন ২০১—খুবাক খুনমলোন ২০২—তমংসা কোং ব ২০৩—তমং সালোংপা ২০৪—স কোক লমলেন ২০৫—তাংক্রম লন ২০৬—লমরেন নাওয়োম ২০৭—লমরেন উনকোই ২০৮ মরেন কর্ষপলোন ২০৯—সি-কক মৈবারেন ২১০—সনামহি মৈপুবা। ২১১—কারন লমপুবা ২১২—মহিরেন অপোকপা।

২১৩—রাকোক পকোক ২১৪—না সাবা পাঙ্গ হুই, ২১৫—খমাংবা অতই বান, ২১৬—লসেম চক দগী মাহৌ লাংপুম, ২১৭—খুমংকোথ কাঙ. ২১৮—তাওয়োঙলাঙ্গ নাওয়োম ২১৯—সিংথন নীওয়োম ২২০ য়াংনী থিরেন ২২১—লৈসেমলোন অরিবা ২২২—য়াংবীরোমপুবা ২২৩ স ত পাকন ২২৪—নো থাই:পান ২২৫—লৈতাকলোন লাতম মসিং লেন ২২৬—ল.রান ২২৭—ল.য়ান ২২৮—লোইচিংলোন পুয়া.

থিরেন লাংপুম পুয়া অমম্-মম্বা ,পুয়া, ৬৪—৬৪ থোক্সা সন-থোক্সা ইবা পুয়া লাইরিক মমিং মায়দবা লৈওক লোননা চিংবা পুয়া ৪৩২১ শুনা লৈ হায়না অঙ্গবা " ওঙ্গনা থম্বীরম্মী। পু—পানা।

ইংশোক ১৭২৫ কাওবগী মতমদা লায়রিবা পুয়া লাইরিক মমিং ছিং লসি চৎনরম্মী। পুয়া লাইরিক অসিদগী লোকোতুনা লাসংনা সাবা লাইরিক মমিং তোঙানবা মছিং রিবা তমদনা লৈরি। ইং শোক ১৭২৬—৭ অছিদা য়ুমলোয়াবদগী পুসিন্নকপা অনোবা পুরান থরগী মমিংছিংদি।

১—বা মিকক অর্জুন রামায়োন গীতা কান্দি ৭মর্ক ২ কালিদাস রাম য়োন— ৩ ঋক বৈপ্যায়েন বেদ ব্যাসকী মহাভারতকী থনফা প্রবা ২৮ +৪ উপানিস—৫ ভারনি সংহিতা ৬ গীতা ৭ শ্রীসরৎচন্দ্র। মুখো পধ্যায় প্রনীত। কবি অসিনা ইবা প্রভাস খণ্ড, ৮ স্বরূপ দামুদোর কারুচ, ৯ ত্রিত্রায়োভা, ১০ভাকতী চন্দ্রিকা, ১১ রিক বেদ, ১২ শ্যাম বেদ, ১৩ যরজু বেদ, ১৪ অথারব বেদ, ১৫ যরজু বেদ ২১ শুবা

।। —

কাওবা য়েংঙ্গে। ১৬ মণ্ডন লৈবা বেদ ৪ অসিতস্থ নত্তে। ১৭ ব্রহ্ম প্‌রান, ১৮ পদ্ম প্‌রান, ১৯ বিষ্ণু প রান, ২০ শিব প্‌রান, ২১ ভাগবত ২২বৃহন্নারদীয় প্‌রান, ২৩ মার্কণ্ডেয় প্‌রান, ২৪ অগ্নি প্‌রান ২৫ ভবিসৎ প্‌রান, ২৬ ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত প্‌রান, ২৭ লিঙ্গ প্‌রান, ২৮ বরাহ প্‌রান, ২৯ স্কন্দ প্‌রান, ৩০ বামোন কুর্ম্ম প্‌রান, ৩১ মৎস্য প্‌রান ৩২ গরুর চ্‌রান।

৩ — ব্রহ্মণ্ড পুরান, ৩৪—উপ পুরান তরানিপালদি আদি ন্‌সিংহ পুরান ৩৫-বায়ু পুরান, ৩৬ সিব ধর্ম্ম পুরান, ৩৭-দুর্ব্বাস পুরান, ৩৮-কপীল পুরান, ৩৯—নার্দ পুরান ৪০—নান্দ পুরান, ৪১—কেশ্বর পুরান, ৪২—শুক্রনন্দগী উসনস পুরান ৪৩ বরুন পুরান, ৪৪ সাংখ্য পুরান ৪৫-কমর্কী পুরান, ৪৬ মহেশ্বর পুরান, ৪৭ পদ্ম দেব পুরান, ৪৮ পরাশর পুরান-৪৯ মরচি পুরান, ৫০ ভাস্কার পুরান, ৫১ চৈতন্যানো চরিত্রম মৃত, ৫২ নোরত্তোম বিলাস, ৫৩ স্নাতোন সঙ্গ, ৫৪ শারভুম সঙ্গ, ৫৫ রামানন্দ সঙ্গ ৫৬ বৈরাগী ন্নোয়, ৫৭ ভাবিসত, ৫৮ কৃষ্ণ চনা মৃত, ৫৯ স্মৃতি পুরান ৬০ জৈয়দেব কাবিগী মনাও বোক দেবনা ইবা ভগবত, ৬১ অর্মদ্রি ব্যাশা দেবনা ইবা ভগবত। ভগবতকী দ্‌দস সহসকন্দধা হাৰিবিবদি শ্রীনারয়োনগী সায়োন্না কালকি ভাগবান হায়বসি বমভল দেস্তা পোক্‌ন হায়রিব। অসি, ৬২ মোরঃ কোট= ওবিধান, ৬৩ সংচকারদা হায়বগস্থ থেননা হল্লি, ৬৪ জানাক য়েংলগস্থ পুক্লিং থেনা হল্লি। ৬৫ ত্রিভিয়োভা= সিস্থ সিথানস্থ অভাং বাখল ওটহল্লি। ৬৬ বেদান্ত ভিণ্ডিমঃ= শ্রীশঙ্করাচার্য্য।

অরিবা লৈঙ্গিবা, লাইরিকছিং অসিগা লোয়ননা অনৌবা মুম ল্যোন্নবদগী প্‌সিল্লকপা হান্নরিবা সম্বোক্লা ইবা লাইরিক মমিংছিং অসি, য়েংনু পাক্রবা খঙলবগী মতুং অসিদা ইথোক্লনা লেংলক্লিবা, লাইরিক মচা অসি পাক চাউথ্রদা খল্লুবদগী, চৎথরক্লিবা অসিতমক ইথোকচরে॥ (নোদিয়াচান্দ)

অঙৌপালবা সল্লাঈ অকোইজাম্বা পীবা॥

---

# অকোইজাম্বা পিবা নদীয়াচান্দগী

## ছাপা তোৌরবা লাইরিকসিং

১। থারোল-মুঙলোন্ ... লুপা ২

২। মেরা মেন-তোং কুমচল্লোন্ ... সেন ২৫ ( সিকি অমা )

৩। পারি-নোংদম্বা ... লুপা ৩

৪। থারোল-নোংখাম্বরোন্ ... লুপা ২

৫। খমনুঙ-ঈঙান্ ... লুপা ৭

৬। ব্রাখুন-পোমিং ... লুপা ১১

৭। ঈয়েক-সল্লাঈ অমসুং নুমিৎ-থাপান্ লুপা ২৫

৮। ঈয়েক-সল্লাঈ ... লুপা ৫

৯। মরি লৈনবা লাইরিক খরম্ব ফোংজখ্রে-

---




লিসাং সিৎনা ছাপা তোৌরগদবা লাইরিকসিং

১। ঈঙোন-লাংপুম

২। পাখঙবা যুম্বী পুয়া ১-ময়েক্কা কোন্নবা

৩। নোংলোন-হিরি

৪। নোংতোন লাংপুম্

৫। মায়চৌ লাংওন্

৬। হিরি লংখুংলোন

৭। লাংওন্ থোৌরম্

৮। মতম খোঙলৈ

৯। সিংকক্-লোল

১০। নোংদম্-পুয়া মপোক লাংওন খঙনবা

১১। মেরা মেন তোংবগী থোৌরম পরেং

১২। পাখঙবা য়াংবী পাকম ময়েক কোন্নবা

১৩। য়াংকেল পুয়া ময়েক্কা কোন্নবা

১৪। হৌরকঙ্গেগী পুয়া যুমদাবা যুম খাম্বরোন, যুমনাক সাগৈ ঈয়েক হৌরকপা খঙনবা

১৫। ঈয়েকনিংথো তরেংকী কম্বাল লৈছুন লৈঙাক্ লোন

ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা মরূওইবা দুকান পুম্নমক্তা ফংবিগনি ।